মণিপুর গবর্ণমেণ্টনা *order no 17/1/66—SE Dt. 7/3/1967* দা অনুবাং
তৌনবা মাথংগা লোয়ননা *Publication grant* সু পীবিখিবা—

# প্রিয় বান্ধবী

মৈতৈলোন্দা ওহোকপা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

অকোঙবা—

শ্রীকৈশাম মধুসূদন

হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই।



অনিশুবা খুৎনম—১৯৮১

কপি ১০০০

মমল রুপা ১৫·০০

[illegible] :—

দি মণিপুর প্রিন্টর্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স

থাঙাল বাজার, ইম্ফাল।

# ৱারোল খরদং

প্রবোধ কুমা'র সান্যালগী "প্রিয় বান্ধবী" মমিং চংলবা অমদি মরোক কারবা উপন্যাস অমনি। লাইরিক অসিদা নিপা নূপী ওইবগী চাংদম্নিংঙাই লৈতনা নুংশিনবা অয়েীবী থাক অদু ময়েক লানা উংলি। শেরাম্নমা উগল্লবা মীওইবা ঐখোয়গী মিংয়েংনা নিপা অমগা নুপী অমগা হিপ্নক্কম অমত্তদগী চোংথংমিন্নরকপা উবদা মতৈ মনাওগী ৱাথল অমা হেক্তম্নক্ খলহন্দবা ঙমদে। অদুবু অইবা অসিগী হৈশিংলবা অমদি নিংথিরবা থুংয়েক্লা য়েকলিবা নিপা নূপী ওইবনা জুংহন-থানা য়াত্রবা, মীওইবা মীওইবী অনিগী মরক্তা পাক হেক ফংনঙমদ্রবা মনুংশি, মহৈ মহৈ অমগা অমগা ৱাথল মান্নবা মতো অসি উরুরগদি নিপাসু নূপীসু অমগা লোইনবা, হকচিন্না লৈমিন্নবা য়াই অমদি মীওইবা ঐখোয়না পাক হেক ফংঙমদবা তংঙমদ্রবা নুংশিবগী লংলা অমা লৈ হায়বসি খঙবা ঙমই। অমনা অমগী মথা পোন্দবা, অদুগা তুং ওন্থোক্তুনা চংনখিবদু নত্তবা, থোদোক ৱাথোক কয়াদসু, লৈনুংদা লৈবা মশক উঙমদবা অশেংবা ঈচেলগুম তংনাইদ্রবা নুংশিবগী মরিনা খক তংপা লৈতনা পুন্সিবা মতৌনা শিবা নাইদ্রবা নুংশিবদি করিগুম্বা অমত্তনা খক মকশিলহনবা ঙমদে হায়বদু তশেংনা উংলি। অমকপা য়াওদনা নিপা নূপীসু লুনা চান্না তিন্নবা য়াবোইরে হায়বসি লাইরিক অসিদা য়াম্না ময়েক লানা উংলি।

লাইরিক অসিনা য়োমা ফজবা মরিক লক্ষ' অমা চূম্বা ওইতুনসু ঈরোম্নগী মণিগুম বাংলালোন হৈতবা ঐখোয়নদি ওইনমলবা মহাউ অসিবু ফংঙমদনা অদুমক তোক্লগদবদা, ঐখোয়গী ইরোলদা ওন্থোকপিবনা অইবগী লাইরিকপু মৈতৈ লৈবাক শিনবা থুংনা লৈথেং কয়াগা লোয়ননা মৈতৈ সাহিত্য ঈপাক্তা ঈতিন্নরবনি।

হায়নৈ, হন্দোকপা থুদিংমক মচুম খরদি, চুবাদ নত্রগা চম্প্রাদা পক্লুনা লৈহোরমনি। অঃবু বাংলা হৈতবা ঐখোয়দি শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মনা মৈতৈলোন্দা ওন্থোকপা উপন্যাস অসি পাক্লরগা প্রবোধ কুমার সান্যালনা ইবা লাইরিক অদুবু অসিমুক খোমিং কানা মহাও চেনবমক ওইরমগত্রা হেক হেক খল্লকই।

ফনবক ফজহনা, মহাও ফনা চেন্দুনস্থ মহমক্তা মহাউ ভংবা য়াদ্রবা মীয়ামদা য়েক্সোক্তনা খঙচনবা ভমদ্রবদি পোং অহ্নবক মওং য়াওদ্রবা বায়কী ভয়ালনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

প্রবোধ কুমার সান্যালগী "প্রিয় বান্ধবী" শ্রীসূরচান্দ শর্মনা ইরোলদা ওন্থোকপীরবতদা, মরোক কাই হায়বদ্ নঙই। অকোঙবা ঐনা ফোঙজ-সিংলূবগী মরমস্ লাইরিক অসিগী জহরগী বাখল—থবক ফংদবনা চাওরবা নহা অমনা করম্না লেনবা, অমদি, জাৎ-বিজাৎ থাইদবা শক্তম অমা ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিদস্ থোকপা য়াই হায়বা অসিদগী ফোঙ-জবনি, অহ্নগা অনৌবা শক্তম অমা লাক্কবা, জহরগুম্বা নিপা অমগী বাখল্লোন চঙই হায়নসি তাক্লিংবগীদংজনি।

—অফোঙবা

# প্রিয় বান্ধবী

## ১

কলিকতা সহরগী মতাইদা নিংথম নুমিৎ তাররক্লম্মী। লৈচিনগা মৈখুগা তোংশিন্ য়ানশিন্নখিহনা তাঙ্গা অসিদা মায়কৈ মরিমক মূশি মূশি তৌরক্লে। মচি অমদা মৈ থাক্লে, মচি অমদনা থাক্সি। সহরগী শেংক্কাতবা মীনিঙ্গ মখোলনা অরাপ্পদগী অসুম তাউরক্লি।

মুম মনুং মনুংদা অসুম থজীক থজীক ওইনা অমম্বা চবুন ফাজিল্লকলি। থোঙ অমগা মীহুং-থোঙ অমগদনি— মীহুং অহ্ হাংদোকলি। মতুগী মপাদা মমায় ওম্থোক্লগা জহরনা মমিৎ উইশিন্দুনা হীপলি। নুংশিৎ চঙথোক চঙশিন লৈতে, অমম্বদনা কাঙনা ওংলি, ওম্থোক ওনশিন কয়ারক তোহনা থাঙলে। হন্দক্তি মমিৎ পাঙলগা হৌগত্নুনা ফমলে। ফমলেদি হায়নবু তুম্মিঙবা মম্নাইদি কোকঙমদহনা অঙৈংবা ফক্লাংদা ঙাহনা অমুক্ত তুথরক্লে। নিংথম খাগী অঙৈংবনা মতম অদু ফাওবদা মখোঙ-মখুৎশিং অদু চীক্ চীক্ লাউরি, তুম্নবা ফাওরদা মখোঙ অদু শাগৎত্রি। মওঙ অসিদা নাখোক্নুনা হাইকেৎ কুইনা ফমহুম তুমলুরগা মহাক্লা মমিৎ পাঙহন্না য়েংলকই। মমিৎ পাঙলকপদা অহানবমক্তদা না'শিংলকই— মহাক নুমিৎ চুপ্পা চন্না হেল্লি।

শেগায়রবা ফুরিৎকী অফোৎপা ফুরিৎখাউদা মখুৎ হুমজিনহনা য়াম্না থিবা হুম্বা তৌরগা মঠাক্লা থরুথবা চুরুপ মতেক তংখায় অমথক লোথো-রক্লে। পুন্সী অসিদা মহাক্লা অমুক্ত[illegible] অমা মপুম ফানা লোইবা ফাওবা থক থকচরক্লি। ফুরিৎখাউ নাম্না অমদা মখুৎ হুগজিন্দুনা মহাক্লা মৈখেৎ অমা পুথোরক্লে অদুবু নীকনুমা য়েংবদা উরে মচৈ অমথক্তমক মনুংদা কোয়োক কোয়োক ওল্লি। মৈখেৎ মচৈ অদুগা থরচ তৌথোক্নুনা চুরুপ চমথোকপহ্ মহাক পায়রক্লে। হজীকসু অহিং লোংশোয়বা অমা বাংলি।

মহাক হৌগত্তুনা লেপলে। খোঙথাং মখোন ভাবদগী অচৌবা উচি অমথক চি চি হায়রনা খোংনা খোংনা অপুম অশা চেস্থকম নালাদা মপান থোকখ্রে। উচি অহনা মহাকপু থজীক্ত কাওবা থৌশাবীবা তৌদে, কা হেন্না মনীং তৌই—চঙনীংলকপদা থোঙ ঈনথোক্লগা হেক্তমক মনুং চঙলকই, অহৃগা নালারোমদা অমুক হেক মপান থোকখি। চঙথোক চঙশিন তৌবদা মাগী থক অপনবা লৈতে। য়ুম্নুগী হৌদোঙ মচা অহনা উচি অসিবু য়াম্না কিনা কিনা চৎলি। জহরস্ন য়াম্না কিনা কিনা মসিগী মখুত্তগী মশা কনজনবা হোৎনহনা নোংম নোংমগী অসুম লেনবা তারম্মী।

ঈমুং অহনা খরদং চাউরম্নবস্ন মহাক্না হংগৎহন্দা মচৎচবা য়াবনি, অচৌ অচৌবা লমজাউ শোরোক্তদা অসুম হংগৎহন্দা চত্তুনতা মতম লেপ্লিবা মশাকনি। মীঙোন্দদি মাগী থৌচিনবা মতৌ উৎপা ভাই ; মহাক থবক্কী মীনি হাইবসি মরম ইরৈ হেক লৈতবমখৈ মহাক্না চেন্থোক চেনশিন তৌহনা প্রমাণ তৌজবা তারিবনি। মহাক হংগৎহন্দা চন্ত্রে, তুমিন্না অহুম লেপ্তুনা লৈরে। থোঙ হাংদোক্লগা মহাক লম্বীদ। মপান থোকখিববুদি ময়াই, অদুবু কদাইদস্ন মাগী চৎকম লৈতে।

কদাইদনো মোমবাতি মতেক অমা লৈখিবনি, মখুৎনা মা মাদুনা মত্তু মহাক্না খিরকলে। মৈ থানগত্তনদি মদুবু থক ফংগদবা মরৈত্রে, মৈখেৎ খেত্তুনা য়েংলবমক্তদস্ন মহনা মফংখিদ্রবদি মৈখেৎ মচৈ অহুমা অরেম্বদা মাঙগদৌরি। মোমবাতি অহু লৈরসনু।

শেগায়রবা খোঙউপ অহু মওঙ অমা ওইনা মহাক্না মখোঙদা উপশিল্লে। তৌইত্তুদস্নং মখোঙ হেক থাংদোক্লুবমক্তদা মানা নেৎলুব্রিবা পোৎ অহুগী মরমদি ঙসায়মখৈ মহাক্না করি অমত্তস্ন নীংশিংলুব্রি। নোম্বহনা মখুৎনা কোয়মা মারকই—নহানগী কবোক মুড়ি ময়োম অহু পোকথায়রমলে। হরাউজবনা মাগী মায়থোং মকায়ামজরে। মসিবু মাদি ঈনীংমক নীংশিং—লুব্রবনি—ফরে, ঙসিদি মহাক মওঙ অমা ওইনা লেনজবা য়ারে।

মুড়ি ময়োম অহু ফুরিংখাউদা নমশিল্লগা মহাক মপান থোরক্লে। য়াম্না চোকথরে, মরম ইরৈ লৈতনা চোকথরিবনি, চৎনীংবা পোক্ত্রে, লম্বীগা মায়োক্লবস্ন মহাক পামজদ্রে। পঙলাপ লাপতনা লৈবা গ্যাসকী থাউমৈ অহনা মনুংশা থিংবমখৈ ফুৎ-ফুৎ ঙাল্লি। মৈঙানতনা লৈতেংলবী

অহিংগী কলিকতা সহরবু লাপতক্লা উবদা মাগী মপূক্লীংদা ইহৈ হৈনীংদবা পোকল্লি। ওৎপি নৈবীরবী সহর অদুনা মপূক লায়বা, মরৈ হা হা ভল্বা অচৌবা লাইরেনগুম ঙাইহাক লৈতনা হেক হেক মথেক মকোন তৌরি। জহরনা মচীন্দা মুড়ি খরা লংশিল্লগা শায়না শায়না অদুম লেপ্তুনা লৈরে।

'এ জহরবাবু, অসিদা লেপ্লিরম্লেদনা ?' হায়না হায়না য়ুমগী মপু অদুনা থোঙজীন মথক্তা কাখৎলকলে। 'বাবুবু থিজরিবনি, অমুকতম্ থেংনদে, ঐনা লৈ বাবুনা লৈতে বাবুগীদি নাশোন কাওবা ফংজনবা উপায় লৈতে। থবক থনাগীদি কমদোৱীরে ?'

জহর নোক্লক্লে। নোক্লা নোক্লা হায়রকই, 'ঐদি করিসু হোৎনবা লৈতে।'

'হোৎনদেয়ে ? অদুদি করি খনবিরিবা ? ঙাইহাক্তং লৈবীরমখো, অদোমগা ঙাঙনগদবা মা খরা লৈ, ঐ লাকখিগে। চংপিরমখিনুকো।' হায়দুনা মহাক মনুংলোমদা চঙল্লে।

গলি অদু লাম্থোক্লুনা শোরোক অচৌবা তারক্লবদা মহাক শোর হোন্দোক্লে। অসুম তৌদুনতা মহাক অয়াম্বা মতম লেলক্লবনি, য়ুম ভাড়া পীবা ঙমদবদগী মথং মথং থা কয়া কয়া! মহাক লোত্তুনতা থাঙলক্লবনি। মতম খরদি ছাপাখানা অমদা লাইরিক ময়েক লেংশিন্দুনা থা মরিগী মমাঙদা মহাক্লা পূম্না অমুক্তংদি য়ুম্ম অদুগী মখুত্তা লুপা খরা হাপচবা ঙমখি; মতম খরদি য়ুম্মনা মহাকপু ঈকায় খুম্মনা লোয়নবীরম্মী। য়ুম্ম অদুগী য়ুমলৈমদু ম্রাম্না নহানি, মচানচিংবা কনাসু লৈতে—লৈতবদুনা মরম ওইদুনা মানা কা খরা হেম্না শেল পামলিবা ওইবা তাই। নুংশিবা মশক খঙদবী নূপী অদুদি মহোশানা শেল ম্রাম্না পামগল্লি অমদি পূনশিন তাশিম্নীংগল্লি। অদুবু নূপীগী বাদি থমখিসি।

মুড়ি অদু ফংলমল্লে, চবেং চবেং লাউরে, লৈহিং মনম নম্লে, হেক শায়ক্লবদা ম্রাখোঙদা নপশিল্লে, ওদুম ওথোকনীংলে। জহরনা মখোয় অদু শোরোক মথক্তা চাইখায়রে। অহাউবা চীঙ্গাক্লা চাবা ম্রাখিদ্রবদদি মতম অদুদা মদু নরকূকী মশক্লি। অদুবু চরাক্তা হেনদুনা মহাক অমুক

---

গলি— য়ুমলেং অমিগী মরক্তা লৈবা অথূবা লম্বী।

অসুম করম লেনগনি ! জহর করিসু শাউবা তৌদে, মানা খল্লকই, ভাইবঙ মালং-পান অসিদি থোইদোক্লমক কুম্মৈগী মশকনি। পৃথিবীদা লৈবসি হুজীক্তদি য়াম্না লায়না থোক্লরে মরমদি, মীওইবনা লায়থোক্লা হিংবা হায়বদু কাউনখরে।

পানা য়োনবা দুকান অমগী মমাঙ শমদুনা চংপা মতমদা মহাক্লা অমুক্তং হিংশেল তম্না য়েংশিল্লকই। খরা চখোক্লগা মথুংনা মমায় নান্দুনা য়েংলকই, মমায় অদু মকোইতনা পীকথনখ্রে। খল্লকই, মাগী মায়থোং অদুগী য়াইফবা হায়বদু ওইদ্রে। মমিং কোম শানা কুংখ্রে মরেক মহাউ থোক্রবা, চপশিন-খুইজিল্লবা মমায় অদুগী ফজবা নীংখিবা করিসু য়াও-শিদ্রে। মশাগী মায়থোং অদুবু মহাক্লা নুংশিরকলে। মতম অমদদি মহাক্লা মাগী মশা অদুতবু খায়দগী হেন্না নুংশিজরম্লিবনি।

কনানো অমনা মরেংবান্দা শায়রবগুম তৌই। মমায় লৈথোক্লনা য়েংলগা জহরনা নোক্লকই। মরূপ অদুনা হায়রকই,—'অদুক মুম্না করি খল্লিবনো হা ?'

জহরনা হায়রকই—"হৌখ্রবা রাখগনা মীওইবগী পুক্নীং ফাবা ওম্বরা য়েংলম্লিবনি।"

"সাবাস্ ! হুজীক্তি কদাইদা ?"

'সে নংখোয়গী'সিদা। ওসিদি শান্নরোইদ্রা ?"

মরূপ অদুনা কিনা কিনা হায়রকই, তুমিন সৈম্ম. পুলিসনা য়ে·শিল্লি। শান্নবা হৌখিবদি কুইরবনি। নঙসু –'

'অং নেশা পোকই। পুক্নী' হায়বসিদি ফওগা থবক্তবু কোয়না থিবা মশিননি।' জহরনা অমুক হায়রকই, 'চৎসি চৎলু।'

ফুটপাথ শমজিন্দুনা মখোয় অনিমক মী উহন্দনা খুব্রবা অমদি ইমম মম্নবা গলি অমগী মনুংদা হায়জিল্লক্লে। খরদং চঙশিল্লগা সুরুংগুম্বা লম্বা অমা অমুক লৈ। মিংকুপ খরতগী মনুংদা কলিকতা সহর অদু মিত্রংগুম্না উখিদ্রে। কোক নোম্থদুনা শঙতপ অমগী মনুংদা হেক চঙখিবগা ইহানমক হানবদা চাক্লিবী হনুবী অদুব্রু হেক্তমক উবা ফংই। হনুবীগী মখোয়গা কারার অমা তৌনৈ, থা অমদা মহাক সুপা অমমম বকৃশিস ফংই।

কেরোসিন গোদোন অমা ময়ায়দা থম্লগা মহূগী অকোয়বদা মী থরা ফমহনা অমোংপা অমনবা ভাস চেনা ময়াম ফাকপা-খোংপা তৌনরমলি, খোঙথাং মখোল ভাবদা মিংকুপ থরদি মখোয় থঙলেপ লেপ্লখি। মথংদা মখোয়গী মীওই অনিবু উবদগীদি হন্নহনা অমুক লাঙনবা হৌরকলে। কা অহুগী অশোমগী কাচিন্দা কেরোসিন গোদোন অমা অমুক থম্লগা মী মরিথক ফমহনা চফ্রু অহোবা অমগা লীকোন থরগা শায়রম্মী। জহরদি চফ্রুনা শায়বহ নীংথিনা হৈতে। বিড়ি অমদি গজা মৈথু, কেরোসিন তেংগালি, অমোংপা ফি-রোন অমদি হকচাংগী নমথী-হণ্ডাই মনমতনা কা অহু ইফুন ফুল্লি। ভাস শায়ফম মনাক্তা তপ্প তপ্পা জহর ফমথরকলে। মশাবু ফজবা থবক্তা চিংনবা লৈতনা চেক্তমক কখোকপদা মহাক কৈদৌ-ঙৈদসু থক হালেংবা লৈরক্তি।

রোসেদ মিঞানা হায়রকই 'জহর বাবু, পৈশা-লীকোনদি য়াও-রকপরা? ফমলো য়াওশিল্লোদনা। লুপা কয়াদি য়াওরি?'

জহরনা হায়রকই, 'লুপাদি য়াওদে, মোনু লাইবক্তি য়াওরি।'

রোসেদ মিঞাদি অহুক ভাব ভানা খঙদে, অদুবু খঙবা শাশিন্নহনা অশিংবগুয়া মকোক নোমলি।

কানাই মিস্ত্রিনা হায়রকই, 'জহর, য়াওশিল্লোদনা।'

জহরনা হায়রকই, 'ঙসিদি পকেট খালি।'

'পাগল অমত্তংদি পুরগা লাইবক য়েংঙ্দনা।'

জহরনা নোক্লুনা হায়রকই, "পুহনা শায়বা অহগা শোক্তুনা চাবা—মসিগী পৈশাদি থক শিংনীংদে।"

ওয়থংবা নাকন্দা হকচাং হকচাং নপশিন্ননা পান-ওয়ালা বিরিজলাল অহু ফমুম্মী, মহাক্কা অকাম অপেংবী বাচৈ অমা হায়না হায়না চিংশিন্দুনা জহরবু শায়বহদা য়াওহনখরে।

শায়বা ঙাইহাক্তুং ঙাইরিঙৈনা জহর অহু মপুক লায়না খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। অনিরক মাঙখরবা তুংদা হন্দক্তি মহাক্কা থোইজরে। হন্দক অমুক্তুং অসিদা মহাক্কা চাউরাক্কা অনা অমা লোকচরে। কানাই মিস্ত্রিদগী অনাহুমা লোরপা মহাক হোৌগংলকলে। জুয়ারগী ঈরাংদা পুম্মক ঙাওনরি,

জহর অদু অমুক হন্না য়েংলমম্রে—পাম্নবা 'পুস্দা মাগী অপাম্বা নৈ অদুমদি ওইরগা হকচিল্লুবদি খক তোদে। কনাসু উচন্দনা মহাক্না থোক্চজীন বাংমা লাম্বোরকলে। নাকন্দা চনুবীগ তুম্নপী, খোঙথাং মখোলদা ফীরুক খুম্ববা কাম্ব অদু থংতাই তাইদাক্লুনা হায়রকই, 'কনানো চংলিবা ?'

জহরনা হায়রকই, 'ঐান অবোক।'

'অরোবরা অমাঙবরা ? কদায় পৈশা পঙ্খু—শিকি অমদা পৈশা অনিনি।'

“মাঙলবদবো”

“নঙবু মাঙতনতা অসুম নৈত্রবনে ?”

'নুমিৎ খুদিংগী নত্তে মতম পুখদনি।' হায়না হায়না নোক্লুনা জহরনা অতোপ্পা লমীদা অময়দা খেক্না খোয়্নন চত্তুনা মপান থোরক্লে।

অাহংগী মতম থোইনা থেঙজিনখিদ্রি। ফুরিৎ-খাউদা লংশিল্লগা চিখেক-নাইবা অনা ময়েক অদুবু জহরনা হন্না হন্না পায়হনা য়েংলকই। ঙসি অহিং অসিবুদি মাগী মমিত্তা ফজরবা অমদি নুংঙাইরবা মশক ওইনা খঙরকলে। নুমিৎ নিনিদি মহাক য়ায়া নুংঙাইনা লেপ্তরগনি। গোপাল সরকারগী হোটেল হেক নাংশিংলকপমক্তদা মচান্দা মতীন তারক্লে। করি করি চাগদগে হায়বহ্গী হিসাব তোনা তোনা মহাক য়ানশিল্লকলে। গাড়ী, লগোল অমদি মাং-পোৎ পুম্নমক্না লমজাউ পোরোক্লা মাবু কোয়শিন্দুনা জগোই শানা শানা চেন্নরি, হরাউখিবনা জহরগী মশাদু তুজু-মানজুংবা চোরক্লে।

অদুবু তাঙ্গা অসিদা অরুবা অমা অমুক ফাওরক্লে। চাক নত্রগা ভল—করম্ব। চাবনা ফগনি, মসি মক্তনা খল্লনবা মচাক অমা ওইরক্লে। চাক অমদি ঈনশাং অনিমক অহাউবমক্তনি, চিংননিঙাই নৈত্তে অদুবু ভলদি তুমগদে, তুমহনবদা মতম চঙই। অহাউবদগীদি মঙোন্দা তুম-গন্দবনা হেন্না কান্নে। জহর অচাপোৎকী দুকান অমদা চঙলকলে।

পৈশা মরিদগী পৈশা অমত্তং হেন্বা ফাওবগী হিসাব তোহ্না চারগা মহাক তোকলে। মথুং হায়লগা দুকানগী শেম্পাক মচাদা হাপ্পা সুপারি অচপ্পদু হেক লোথংলুবা তাক্না অদুমক্তদা কনানো অমনা হায়রকই, অজ্জা ইবুংঙো, খঙবিরিবরা ?

জহরনা মমায় হাইগৎলকই। মী অদুবু য়েংলগা হায়রকই, 'কনানো, অমুক্তা হায়রূদনা ?'

মীহুনা হায়রকই, 'বোম্বেদা লেঙবিয়কখিদনা ? ধর্ম্ম শাস্ত্রা উন্ন-খিবদো ? জাহাজগী থবক তৌরম্ব্রদি ?'

জহরনা তেম্না হায়রকই, নঙগী মঙ্গল ওইরিদনা ? হায়দুনা ফ্রিং-খাউদগী অনা ময়েক অহু লোথোক্লগা মেনেজরগী টেবল মথক্তা থমলে।

অজ্ঞাবু, হোয় মঙ্গল ওইজরি। ঐ দুকান অসিদা থবক তৌজরি। হায়দুনা মহাক্না জহরগী মথোঙদগীনা মকোক ফাওবা অমুক্তং য়েংলম্লগা অমুক ফমথহুনা মথৌ তৌখ্রে।

'বাবু, অনা অসিদি চৎলোই, শিনবীয়ু।'

জহর থংপেক থংনা য়েংথোকই। মথংদা অনা অহু মথুংনা পায়রগা ওম্থোক ওনশিন তৌদুনা মুন্না য়েংলগা মহাক্না হায়রকই, 'চৎলোইদবা ? হুজীক্ত 'পুরকপসিবো।' কিবনা মাগী মথোঙ অহু থারুয়রকলে। মপুক মনুংদগী চৌঙাকশিং অদুনা খঙহৌদনা মথরায় পানখৎলক্লনা লাউবগা খোংবগা মপান থোরকদবগী হোৎনরকলে।

'নকল্লিয়ানিনে বাবু হেক ওম্থোকশিয়ুবা ?'

'নকল্লিয়া ? নকল্লিয়ানহুম হেন্না চৎপসিবো ?'

মেনেজরনা হায়রকই, পৈশা লীক্কোনগীদি মহু নত্তে। মসিদি পুম্নমক্না খীংহুনা মশোল য়েংনৈ।'

জহর অহু হাইফেৎ ফাগি ত্তৌনীংলকলে। হায়রকই, 'অদুবু খীংলিবা মীশিং অহুদি অয়াম্বনা থক মখোন থোক্লদে।'

দুকানদা মী য়াম্না তিল্লি, মেনেজরগী য়া অহুক য়াম্না ঙাঙনবা মতম লৈত্তে। হায়রকই, অদোমগীবু কয়া থোক্লিবা ?'

'পৈশা মঙা। অদুবু অনা ময়েক অসি মস্তনদি ঐঙোন্দা কল্লিমু য়াওত্রে বাবু।'

'হায়বদি ? অনা চত্তবা অমা পুয়গা দুকান্দা কমহুনা চাবিগে লাক্লিবা ?'

জহরনা নোঙ্জুনা হায়রকই, 'য়োয়নে, অহুম তৌরম্মাস্ত্রেদনা। হে লটারিগী পৈশা, ওম্থোকপনি।'

অহুদি হুজীক কমদোবীগে হায়বা ? অনাময়েক অহুদি ঐ লৌজ-রোইদৌরি।

'থৈ ঐনসু পীজনীংত্রে।'

ঙসায়গী শকথঙনবা নিপা অহু মতম অহুদা মফম অহুদগী মনুং চঙখিরম্মী। মেনেজরনা হায়রকই, 'ঐখোয় বাকি থমজদে; হয়েং শোয়দনা পীবিরো। অদোমদি অশোমদা ঙাইহাক লৈতনা চখোক চংশিন তৌবিরিবনি।'

জহর দুকানদগী মপান থোরকলে। লম্বীদা কুমথরক্লবদা মহাক নোক্কনা লৈবা ঙমদ্রে। অনা ময়েক অহু লৌথোক্লগা মহাক্না থোক-থোক ওন্দুনা অমুক য়েংলে। শেল অসিনা মশাবু য়োম্থোক্তুনা মপূক থম্নবা থবক তৌখিদবসিদা মতাক পেনখ্রে। মশাবু য়োম্থোক্তুনা মপূক থম্নবনা হুজীক্কীদি চংনবী ওইরিবনি।

কোয়না অসুম চৎনা চৎনা অহিংগী মতম য়াম্না হৌজিল্লকলে। চীক চীক লাউবমখৈ ঈংলবা নিংথম অহিংদি লৈচিন নোংফাইনা কুপ্লবা থাহুবদা য়ারবা অতিংনি। শেগায়দা ফ্রিৎনচিংবা শেংন-ইন্ন-ফিগী মরক অহোবদা ভঙৈং-ভঙৈংবা নুংশিং হাইজিল্লকপনা শক্ৎ মনুংদা চীক চীক লাউরি। অসুম তৌনা লম্বী চৎপসিদা হায়দি জহর অহু য়াম্না থম্মোই শোকপা অরাবগী সুর অমা ফাওরম্মী। চেৎপদি তাংজফম অমদি অপূনবা করিসু লৈতে—য়াফম আসনা নৌরিনা মাগী মপূক্কীংদা হায়দি নুংঙাইরবা ঈরাংতুম পোকতল্লম্মী। হন্দক মরক অবস্থা ফংলক্রবসিদদি মাগী থম্মোইগী থোং-নৌরবা লাঙতক্লবগী সুর থোকতনবা অহুঙম্বা ঈরাং মরীশিং অহুদি হায়গুম্না অমুক নুংশিবা খোম্থোক্না হক খীংলকখিদরে।

মাগী লৈফম মনাক য়োরক্লবদা মহাক অমুক থঙলেপ লেপলে। হোজঙ-থোঙগী ওয়থংবদা লৈবা কা অহুদা করিগীনো লাঙনরমলি। থাউমৈ থানগত্তুনা য়ুম্থু অঙনা কাংথোন অমগী মথক্তা ফমলি, মমাঙদনা নিপা অনিথক লৈ—অমনা ফমদুনা হীদাক থকলি।

'অওইবা কৌবা অমত্তা ঙাঙবা লৈত্রবা হুরানবা জারনিনে, খঙ-লবরা সাধন।'

অমুক কুইরসিবু নঙনা করম থমলম্মিবনো যজ্ঞেশ্বর? থা মরিগী ভাড়া বাকি, কলকত্তা শহর অসিদবো·········নঙগী খরচ মচাউ অসিগা—

অহুগুম্বা মীওই অহুদি য়ুমদা শক চঙহন্দবনা কৈ। মপোৎ মচৈ পুন্নমক ঈমুংদগী লাক্নুনা লংথোক্লগা ভাড়া অমুক শান্দোকউ! তোপ্পা চাকথুম লৈদনা? বস, ঈশিং কলগা—পায়খানাগনা অমা, ভাড়ানা লুপা তরামঙা। য়েংসি করম্বা শালানা—'

য়ুম্বনা হায়রকই 'য়েংঙুনে ভাই, ঙাইহাক্তং লেপলমখো ঐ লাক্লে হায়রম্মিবনিনে, হল্লক্লগদি উরে শ্বায়? নবাবকী মজাইবুংঙোনি, ঙাইহাক্তি ঙাইফৈদনা? মাবু তাম্হোকখিদবা য়াদে, ঐ ফমহুনা লৈরবসিনি, সেন্না, অমুক্তি হল্লকখিগনিদনা।'

মাহুৎ-থাঙগা ঝিলমিলিগী কারক অহোবদা জহরনা মখোয় ভম্মা য়ুম্না য়েংলি।

'যে-শা অমা তোহুনা ঙসিদি মওঙ্ অমা তানবা হোংনৌ যজ্ঞেশ্বর! চাকথুম ফুঙ্গাসু লিংদবা শক অসিদগীবু করম্না ভাড়া থোক্কদৌরিবা? মচা-মশু য়াওনা ময়ুম লিংদবা মী অদুবু থক থাজরুবা হৌনদবনি।

যজ্ঞেশ্বরনা হায়রকই, 'তাম্হোক্লবগীদমক ফম্মিবসিনি।'

জহর মফম অহুদা অমুক লেপলমদ্রে, মাহুৎ মনাক্তগী খোয়ক্লুনা অমুক মখোঙনা চংপা হোরকলে। অদুবু মাগী অহিং লেনফমদি মফম কদাইদসু লৈরমদে। নুমিৎ খরগী মথাঙদা পার্কতা লৈবা বেঞ্চ অমদা হিপচগে তৌরুবদা পুলিশনা মাবু ফাখি। মঙোন্দা শীখিবা মরানদি—মথরায় হিংনবা য়াবা মাগী করিগুম্বা অফবা লম্বা অমত্তসু লৈতে। মথংদদি ফত্তবা লম্বীহু পুথোকপা ঙমদে হায়বগীদমক পুলিশনা মাবু অমুক ফাবিরবসু য়ানা লৈরি।

কলিকতাগী অয়াংথংবা শরুক্তা কদায়রাইদনো অচৌবা মন্দির অমা শাগৎলে হায়বগী পাউ অসি জহরনা খঙ্ই। অহিংদা মন্দিরগী মাঙপত্তা তুমহুনা লৈরবদি কনানসু মহাকপু করিসু হায়বা লৈতে। অহিং চাক্তাবশিংগী শাজংতি চিংননীংঙাই মশক্তি অদুবু করিগুম্বা মফম অমদা অমুক্তংবু তুমথগ্রবদি মখোয় অহুগী মরাল তংখায় অমা হৈহে। জহর মপুক্তা য়ারী অমা নীংশিংলকই। মতম অমদা মহাক্লা সমুদ্রদা

জাহাজ তোংজনা চৎখি। জাহাজ মনুংদা মহাক্না ওস্থোক্না তুকচগ্রবা থবক অমা তৌরুবদগী চেনফম থঙখিদে। মথং মথং পূং কয়ামক্কম চুপ্পা নাখোক্লনা নীংঙাইবা লৈতনা তুমদুনা মহাক্না মরাল লৈতবগী প্রমাণ তৌখি। জাহাজ অহুমক্কুদা মহাক্না জর্মন লম্লোনবা নিপা অমদগী যাদু-বিদ্যা ক্বাম্না তমজুনা হৈরকাখ।

হাম্নদগীসু জওরদি শহরগী অচৌ অচৌবা শোরোক মথক্তা মখোঙনা থক চৎচনীংদে, খুদোং চাবা য়েংজনা অখুনা লৈরক লম্বী খন্দুনা চৎপনা মহাক্না চেন্না পামজে। যুগ অসিদদি থাঙ্গশেংনা নোমজ-লীকচ তৌজব-দগীদি খুদোং চাবতমক লৌবা মীওইনা য়াম্না হেন্না চাউনৈ। জওরসু মপুন্সীদা অসিগুম্বা খুদোংচাবা কয়া কয়া লৌখ্রবা মীওইনি। অসিগুম্বা খুদোং লৌবা অসিগা বুদ্ধিগা অনি চুংশিনখ্রবদি কৈবাক ফাওবা জয় তৌবা য়াই। রাফম অদু লৈখিসনু। গলিগী লম্বীদা জহর অদু থেক্না থোয়না অসুম চৎলি। অখেঙবা অহিং অদদদি নাকল তানিমক্কী য়ুমলেং-শিংদা খোঙ-লুক পুম্নমক ঙম্না থিংজন্নখ্রে। য়ৌনা তুগখুন হুল্লবী অহিংনি। অরাংলোমদগী হু হু হুম্নকপা নুংশিংনা মরক মরক্তা উফুন-রাইফুন পুদুনা লাৎলি। মী পুম্নমক কাম্বু পুপ্তুনা তুম্নরমগনি। কাম্বু পুপ্লবদি খোঙ-থুং পুম্নমক তপ্পা তপ্পা অসুম শাগৎলকই। কা-হেন্না নুংঙাইবা, অমদি কা-হেন্না পেনবাদি কা-হেন্না রানবা মশাক্নি। মপুং ফাবা নুংঙাইবগা মান্নবা করম্বা অভিশাপ অমা পুন্সী অসিদা য়াওরমগদগে? চহি নৌরিঙৈদা জহরনা অরাবা ফংলগা লোক্ল-মী নুংঙাইবগী হরাউবদনা মম্মিত্তা মপি শিন্থরম্মী। অপনবা লৈতবা ঈচেলদগীদি নুংপাক্তা য়ৈম্শিনবা ঈচেলগী ফজবনা য়াম্না হেল্লি।

অরাক্লদা কদায়দনো পাহারাওয়ালা অমনা য়ুমগী মীবু চেকশিন্না লৈনবা লাউনা লাউনা মশামক য়াম্না চেকশিন্না চৎলি। মানা উপলিবা মথাদা য়োৎথাবা খোংউপ-বুটকী কপ্ কপ লাউবা মখোল অদু অসুক লাপ্লিঙৈদগীসু তাবা ফংলি। নিংথম থাদদি য়ুমদা হুরানবা চঙ্বসি অঙনবা অহিংদনা খুদোং চায়, কালেন থাদনা অহিং অথেঙ্বদা। জহরনা পাহারাওয়ালাগী বুট মখোল লাক্লিবা মায়কৈ অদুগী ওয়-তৈনবরোমদা চৎপা হৌরকলে। 'থায়া চামগা তরা'দা পান্দুনা 'খুদোংথীবা অমদি

মথরায় পাম্মুদ্রবা শাথীবা মীওইনি' হায়না আদালতকী মীয়াম মমাঙ্দা মশাবু খঙ্হল্লুবত্ মহাক্না পামজদে। মী অয়াম্বনা নিন্দা তৌনবা তারগা অফাওবা মী অমা ওইরবনি হায়দুনা মদুনা মশাগী লেমজবা ওইনা কোয়না চৎপা অদুগুম্বা হুক্কাঁক-কালগী পৃক্নী' মত্তা অদুবু জহরনা তুক্কচৈ। লম্বীগী থাউমৈ শরেং অমদি অমম্বা আতিয়াগী মশীং লাকঙমদ্রবা শরাম্মীচাকশিংনা মিংফম হোংদনা মাগী লম্বাদা য়েংশিন্নরি। মহাক্না মথক্লোমদা অমুক্তং ওনখত্তুনা য়েংখৎলকই। অসিগুম্বা খোন-নাইদবা, রাঙাঙ্দবা আতিয়া অসিবু মীওইবনা পৃম্নমক্কগী হেক্না ।কনৈ। পৃথিবীগী পাপ অমসুং অরানবা মখল পৃম্নমক অদুগা ঈমুং মনুংদা ফমগ্নুনা লঙশিন্নবা অমকপা ফত্তবা থবক পৃম্নমক মীওইবনা আতিয়াগী মিংয়েংদগী লোৎপা পামনৈ। অহাঙ্বা লমহাঙ ময়ায়দনা মী হাৎনৈ, য়্যেনৈ-শুনৈ, অদুগা অরানবা অমদি লৈখা তাবগী তুক্কচফম থোক্লবা মরোশিং অদুদি হু চেল্লবা থোপ অদুদগী খক উৎথোক্লরকপা লৈতে। মণি-মুক্তা, লন-থুম অমদি ফিজেৎ লৈতেংন-চিংবনা মীওইবগী অরোনবা মিতাহম্নীংঙাই ওইবা পোৎনি, মরম অদুনা মখোয়গী মফমদি অহাঙবা আতিয়াগী নুংশিৎ-নুংশা মশাদা নত্তে, য়োৎনা শাবা উপুনচিংবগী নুংশা-ফুল্লবা অন্ধকূপ মনুংদনি।

পাহারাওয়ালাগী খোঙথাং মখোল অদু নকশিল্লকলে। জহরনা মায়কৈ অদোমদা অমুক্তং য়েংলম্লগা শম্বনগুম থাজিনবা শঙতপ অমগী ফক্লাং ময়াদা শং কাখত্তুনা লোৎখ্রে। পুন্সী অসিদা মহাক্না ফিবম কয়াদা কয়ারক হন্না অসুম্না লোৎপা তাপ্রবনি। অমুকসু অসুম্না লোৎনা লোৎনা মহাক্না মধুপুরদগীনা কাণপুর ফাওবা য়ৌখি। অদুগা অমুক্কী লোৎখিবা মরোৎ অদু বু নীংশিংলুবদগীদি মহাক মথন্তা নোকমি নোকমি তৌজরকই।

পাহারাওয়ালা অদুনা তুমনা তুমনা চৎথ্রবদা মহাক অমুক মপান থোরক্লে। মখোংনা অসুম পঙচত্তা চৎপদগী মশা অদু হাইফেৎ শাগৎলক্লে। পৃথিবী অপৃম্বনা য়োকপি-থাকপিফম থোকপা মীশক্তি মপাংগল শীজিন্নদুনা মশাবু শাগৎনবা হোৎনজরিবা মীওইশিং অদৃতবুনি। জহরনা ওয়গী থুনীংথেক্তা লৈশিল্লক্লে। তৌইগুম্বসুং লৈশিল্লক্লগদি মহাক্না হান্না চৎপা হৌখিবা লম্বী অদুদা পোপ অমুক তায়রে। মহাক্তবু কেন্দ্র ওইনদুনা পৃথিবীনা কোয়না লৈরবরা করিনো? খঙলে, মহাক লম্বী লম্নুক্লরে,

লমহাঙ মমাগী লখী অদুদা অমুক চক্রবদি মহাক্না থক মন্দির য়োবা চমগদবা লৈত্রে। য়াম্না খোয়রাঙ খোয়শাউননা মহাক চৎপা হৌরকলে, নিংথম থাগী অহিংনি, নোংয়ায় য়োউদ্রবৈঙ্গা হান্না লখী-থোং পুম্মক চৌক চৌকথ্রে অমসুং মীম্ন তাক্লথ্রে। মানা লখী চৎলিঙৈদদি মফম কদায়দসু করিগুম্বা পোং অমত্তা মাগী মিৎয়েংদগী থক চাওথহোবা লৈত্তে— নাক-য়েং অনিমক্তা য়াম্না থাপ্প ফাওবা মাগী মিৎয়েং অদু চৎলি। লকশিঙ্ক্লগা মহাক্না উরে—মপান পাক্লা চনবা ফিগী ফীজি অমা নুংশিৎতা হাইরি, মৈঙান্দা ফি অদু অমুক অমুক ঈরং লংলি। জহরনা অমুক হন্না য়ুম্না য়েংলে। উরে, ফি মথন্তা নৎলমদে, মফি শেত্তুনা গ্যাসকী মৈঙান্দগী মশাবু কজ্রদুনা থোঙয়া নপ্পা লেপলিবা অদু মীনি। অদুগা মহাক অদু মী-মকমু নত্তে নুপীনি।

নুপী উবদগা পাখৎলদুনা মহাক খোঙথা' হাইগৎলকলে। খোঙথাং হাইপৎলেদি হায়ববু মহাক অদুক থাপ্পা চত্থোকখিবদি য়াদ্রে। নুপীদুনা হংলকই 'অমুক হল্লক্লিবোইরে ?'

জহরনা হন্না য়েংলকই। 'ও নঙ ওইরেসে ? য়ুমদগী থোরক্লুনা খোঙজীন য়োর ঐবদি করিগীনো ? ঐদি হল্লকপা নত্তে, লখী লানখিবনি, অশোমদা অসুম চৎলম্বনি।' হায়দুনা মহাক মখোঙ থাংবা হৌরকলে।

নুপী অদুনা তফিং তফিং হায়রক্লই, 'ঙসায়দি লু লুক্লা লুক্লা চৎখিবা উই। তাখো ঙাইখো, নহাক কদায় য়োগদবনো ?'

'মন্দির।'

'মন্দিরদনে ?' নুপীদুনা মমিং ঈরাও লাওথোক্লুনা মঙোন্দা য়েংলকই। মথংদা হায়রকই. 'ঐনা নঙবু নোংমত্তসু মহাজুয়ারি অমনি হায়না থক থনখিবা লৈত্রি। নুমিৎ অদুদা নহাকপু 'নঙ' হায়না কৌখোকলুরে, মদুগীদমক য়ারোগনু। চানবীদুনা ঐগী উপকার অমত্তং তৌবীরমগেরা ?'

হাইফেৎ নোক্তুনা জহরনা হায়রকই, চহী নৌরিঙৈদদি কোয়না চত্তুনা নুপীগী উপকার তৌরম্মী, হৃজীক্তি মদুগী অপাম্বদু লৈখিদ্রে। মদু অমখো, নঙনা হায়নীংবদু করিনো তাখিগে অমুক্তা হায়য়ু, শৎ-হেক হায়দোরকউ।'

'হায়রগে।' হায়রদুনা নুপী অদু লপ্পীদা কুমথরক্লে। হায়রকই, 'মাঙদা থরা চংখৎখো অদুগা হায়রগে। মখোয় অদু হুজীকমকসু কোক হেক লাকপা য়াই।'

মাঙ্গী ওথক ওথকপা অমদি ওক্লিং ওক্লিংনা পাখৎপা মতৌ উবদা জহর অদু ইঙক ঙকখে. হায়রকই, 'মখোয় হায়বদি কনা কনা?'

'ঐগী ইকুবোকখোয়গী মীনাই নুবীদো। মাগী মতলব অফবা নত্তে।'

'কন্নদোনা?'

নুপীদুনা হায়রকই, 'মদুগী বাগুদি য়াম্না য়ামগ্রে, মাঙদা হাম্না চংখৎখো। নঙ লাক্লমদ্রবসু ঐদি হুজীকমক চংলয়গদবনি।'

জহরনা খক্লানদুনা হায়রকই, 'কদাইদা চংকদৌরিবা?'

'কদায়দনো খঙদে অমদা হেক্কা। ফরে, নহাক রায়-বাগানগী লম্বী অদু খঙ-লাকপরা?'

'খঙই, করিগীনো হায়য়ু।'

'নৌনা লিংখৎপা নুপীগী বোর্ডিংদো?'

জহরনা হায়রকই, 'হায়বুদি অদু পুম্নমকতু লোইনা খঙলম্বী, কোই হোৎবা হোৎরকপা মতমদো, হুজীক্তি অমুম অমুম খজীক খজীক ওইনা পুমকাউদুম কাউশিল্লক্লে।'

'চালাক তোবা শাগনু। হায়দুম হায়রো। নুপীগী খুদোং থীবনু শায়পোৎ ওইনবা মীশিং অদুদি শাগুম্না মরমচং নাইদবনি।'

মখোয় অনিমক খোঙকাপ থুনা থাংনদুনা গলি অমদা চঙলকলে। চংনা চংনা জহরনা হায়রকই, 'নুপীদি হেক শিরবা ফাওবদা মর্য্যাদা-বুদি খক থাদোক্লে। অদুবু তাও, অসি পুম্নমকসি ঐদি ঙমদে। তাইবঙ অসিদা থবক অমত্তংদি নাম্থোক্লুনা চংকদবনি মদুদি, নুপী ওইবীশিংগী উপকার তৌবা। মী অমুক য়াম্বগী মনুংদা নঙনা করিগী ঐবুত খল্লিবনো, মসি ঐ ভাব তাদে। ঐ অসি অফবা মীওই অমা নত্তে হায়বসি নুমিৎ কয়ানিমক্লুম অসিদা নহাকসু শোয়দনা—'

'মদুবুদি ঐ খঙইদা।' নুপীদুনা হায়রকই।

'খঙ—এ, করি খঙলিবা?'

'খঙই, অশাবা খাংদগী চোংথোরক্তনা মৈরক্তা অমুক তারবনি। ইকাইবা নংলম্বদগী হুক্তীক্তা থমথেংনা মৈথা তাররবনি।'

অহয়না হায়রকই, 'অহৃদি করিসু খঙলমগ্রি। চক্ষু মনুংদগী তারক্লেদি হায়ববু মৈরক্তদি নত্তে, উৎ-পুং মথক্তনি।'

অসি য়েৌনা রারিৈঙ অসিদমু নুপী অহ্ ফাগিগী মীনোক তৌরকলে, হায়রকই, 'ঐনা করিগীদমক চেল্লকপনো তাগেরা?'

'তানীংদে।' অহরনা হায়রকই, 'নঙগী থুংাম্বা র'রা পুম্নমক্তু বোকথোং নাজবা গুম্বা থাগা চেফোঙ অনৌবহ্ ঐদি নৎচদে। হায়, চেকশিন্না লাকচৌ, প'হারাওয়ালা অাস লাউহ্না অমুম চংলি।'

নূপীহ্না হায়রকই, 'লাউজসনু কৈদোই, ঐখোয়বু ফারগদবা লৈত্রা?'

'শোয়দনা ফাগনি, খুৎথে'ননবু ফাগ্রবদা থাদোক্কদবা লৈত্রবনি।'

'.রাতদি?'

'হায়রগনি, ঐনা নঙবু ফুসলাই তৌহ্না পুম্বিবনি।'

নোক্তনা নূপীহ্না হায়রকই, 'মহ্ ওরানব ঙ'রোই হায়না খল্লি।'

অহয়না মাগা য়মায়দা য়েংলকই। হায়রকই—'আ—তু, ওয়্থংবা অসিদা লৈশিনগ্রবদি রায়বাগানগী বোডিং হায়বহ্ ফংগনি, চৎক্রো চৎলু। নঙগী অমুম লম্বীদা খোঙনা চৎমিন্নবসি ঐ কয়া তৈনদে। অসিগুম্বসি ঐ করিসু পামদে।'

পাহারাওয়ালাগী খোঙথাং মখোন অহ্ মায়কৈ অময়োমদা চৎক্রে। নূপীহ্না হায়রকই, 'পামদেয়ে? মতম অসিদা পোকপা নিপামচাশিংগী অনৌবা ফেশন হায়ববু নূপীবু তূক্কচবা। মশানা করিগুম্বা দাম্লি অমত্তা লৌজবা ঙমদবা, কিগনবা, অহ্গা থবক ফংদবা—অহুম অসিনা পূনশিল্লগা নূপীবু য়েংথীবা। ঐ চৎলোই।'

অহয় অহ্ চমম-লাই চুক্রে। হায়রকই 'অহিং অথেঙবসিদা অমুক কলঙ্ক তৌরগনু। চৎলোইদবা লৈরবদি করিগী নমথাক তৌহ্না লাকলি? ঐবুদি থাদোকপিরো, নঙগী কৃপানি।'

মানা হায়রকই, 'মহ্ ওইরোই। থম্বুনা ময়েংউ, অমুক থেঙলবা অহিং অসিদবু নূপীগী বোর্ডিং অহ্দা চঙলুবা হৌনরিবা।'

'অংদা হূজীক কদাইদদি চৎপিগে হায়রিবা ?'

অসিবাইদা, কদায়দাইদনো অমদা ধর্ম্মশালা-ককা লৈরবদি ডাক্লম্মু; অহিং অসিদং মতূদা কুন্দুনা লৈক্লনবা।

'অমুক থেঙলবদবু কদাইদগী ধর্ম্মশালা ? কলকত্তাদাদ ধর্ম্মশা ধর্ম্মশালাগা অনিমক অতাওবা ডাক্তনি।'

হন্দক্তি তাইক্কেৎ নোথনা নুপাতুনা হায়রকই, নঙগা খঙনরকপা কনস্নু মকূইরবনি অতূমঙদা নঙ অসিনা ঐবু থক থাজদ্রিবকো ; চৎনা চৎনা মানা অমুক হায়রকই, 'ঐ ইথক্তা লাকচরম্মু কেন্দোক্লা য়ারম্বনি। অদুবু নুপী হায়বসিদি তাংজফম অমত্তং ফংলবদি হেক্তমক শোম্বুরকই। মখোয় অতূ হূজীক্তি কোয়না থিনরম্মগনি।'

'করিগী ? নুপী মাঙখিবদি থিক্ষম থোক্কেনা।'

'ওম, থিনরি। ওইজ ওইথক্তা মনম খরদংত্তখু ফংলবদি নুপীদি লিনগুম্না হেক্তমক থোয়রকই। মীনাই-নুবী ময়ুমদা ঐনা লাক্লুবা অসিতবু অরানবনি।'

'করিগীদি লাক্লুরিবা ?'

'অতূক লায়বা রাহুবো ইপুরোয়বনা অত্যাচার তৌবা, মু, ঙাওবা—'

মরক থওনা জহরনা হায়রকই, মরম অসিগীদমক্তা লৈবাক অসিগী নুপীশিংবু লাইরিক হেহনফম থোক্তবনি। নুপাবু কেবা-মৌবা অমদি মশানা মশাগী ঈকাই খুম্নবা ঙাকচবা হৈনবা জ্ঞানবু ফংহল্লুরবদি বাংলা লৈবাকী মুম খুদোংমক অসি হাহাকার লাউনগনি হায়বসিমদি খল্লুনা য়েংলবরা ? অদুবু ফরে, হুনীকপু নঙনা মুম থাদোক্তুনা লাক্লগা কক্তি তৌগে হায়রিবনো ?'

নুপীতূনা হায়রকই, 'ঈনীং তৌনা হিংবা!'

জহরনা হায়রকই, 'মলতূনা হূম্মোকথ্রবা রাকমদো—হায়বদি হাস-পাতালগী নার্স নত্রগা নুপী স্কুলগী ওজা ওইবা, অতূদগীদি ?'

'অহদগীদি হায়ববু করিনো ?'

'অতূগী তুংদসু রাহং অমদি লৈরি। নার্স অমদি নুপী-ওজাশিংগী ময়মদা ঐনা থঙবা থরা লৈরি।'

নুপীতূনা হায়রকই, অচ্চা, 'মথা তারকনু। মীনাইনুবীতূগা লাক-মিন্নরে, মানা হায়—দর্জিপাড়াগী লংনাইফম কল অমা লৈরিবতূদা ঐগী

থবক ফংনবা শীনবিগনি, শূজ-নোমজরবদি নোংমগী মথায় অমা নম্রগা মথায় অনা অসুম্না ফংগনি—মাগীদা মতম খরা অহুম্মক লৈগনি। ফিবম অসিদদি হিংনবা য়াবা করিগুম্বা অমা হেক্তা—অদুবু ওরাংদগীদি উবা ফংলে, মানাইনুবী অগী মপৃক্তা অতোপ্পা গভলব অমা শান্নরি, মানা ঐবু লৈখা তাহন্নীংই। আ—নঙগী লৈফমদি অসিদা কদাইরাইদনো?'

জহরনা হায়রকই, 'হুক্কীক্রেদা ঐগী রা হংলকলি? ইপোক-ইশা খঙবিনীংলক্লিবদুগুম ইরাইনক ফবনি। ঐদি ঈচেলদা ভাউথবা লৈরাং অহু নত্তে, সমুদ্রগী নাপীনি।'

'ইঃ য়াম্না তৈরিপোংনিনা। লৈফম অহুত হায়য়ু ভাগে সে।'

-'লৈফম্মুদি লৈ, অদুবু লৈনদেনে, মহুদা চঙবা য়াদেনে।'

'কদ্রিগী?'

'য়ুম্মগী ভাড়া পীবা ঙমদবা।'

'অহুদি কমদৌব?'

জহরনা হায়রকই, 'থনবা তারিদনা!'

ওয়থংবা গলিদা মখোয় চংশিল্লকলে। হুই অমথক কুল্লম্মী, মখোমবু উবদগী খোংনা খোংনা অহুম্মক চংখ্রে। তুমিন্না লাক্লুনা মখোয় অনিমক য়ুম মনাক্তা লেপ্লরে। লম্বীগী মৈঙান অহুদগী থৈদোক্লুনা মচি অমদা নূপীদুবু লেপচল্লম্মগা জহরনা তোজঙথোঙদা কাখৎলকলে। কদাইদসু কনা অমত্তা লৈতবা উবদগী মংাক নে তারে। থোঙ অহু ঈন্দুনা য়েংলকই, মনুংদগী লোনশিল্লি। অতম ওইনমক মহাক্তা হাংদোক্লবা লৌশিং খঙদবা নত্তে। ইঙ্গিত তৌদুনা নূপীঙবু হাইগো তায়নম্মগা মংাক্তা পাকাগী লৈমায়দগী মখোচ থাঙ্গত্লুনা চেকপন মথক কাখ্রে। মফম অহুদগী য়াম্না চেকশিন্না অমুক মনুংলোমদা কুমখরে।

মিনিট অনিগী মনুংদা থোঙ হাংদোরকলে। নূপী অহু তুমিন তুমিন কাখৎলকলে। অহুদগী লোম্না লোম্না হায়রকই—'ঙসাইমথৈ ঈকাউবু কাউক্লই, ঐগী মিংদি সুখলতা কৌইকো।'

জহরনা হায়রকই, 'নূপীগী মমিং লৈবা হৌনদে।'

য়াম্না চেকশিন্না পুনা হাংহুনা অমম্বা ঈমুংদা অনিমক চঙ-মিন্নরকলে।

ঈমুং চঙলগা মৈদি য়াওদবনিনা করিগ্গু খঙনবা উপায় লৈত্রে। মক্সবা মথাগী কা অমনি, অতিং নুংখিগ অনিমক খিংদুনতা লৈবনা মনুং অদুদা মৈখুঙবা হকচাং ফজ্রবা অঙ্গংবা লৈনিগ অমা কারি। মনুং চঙলকপদগীদি সুখলতাগী মখোঙ অড ঈংখিবনা চীং চীং লাউরকলে।

'মৈ হান্না থানগৎখোদনা ইবুংঙো।'

জহর অদু ফুরিংখাউ তুমদুনা মৈখেৎ লোথোক্রমলিমাল্লে, সুখলতানা ঈখঙ খঙহৌদনা 'অঁা' হায়দুনা মখোঙ মথুৎ ক্রীং ক্রীং চোংদুনা হন্দোকল্লে। 'ইমা—, খোঙথক্তা করিনো অমা—মৈদু থুনা থানগৎলোদনা কৈদোরে ?'

জহর নোকথোরকলে। হায়রকই, 'করিগী কিরুরি, ঐনা লোইজরিবা উচিনি, নোনা লাকপা মানি হায়দুনা নঙগী খুয়া উফুন লোজরিবনি। অমুক্ত লেপখো, ঐগী মৈখেৎ অসি মচৈ অমদগী হেল্লে, থাউমৈ মতেক অদুদুম হান্না অমুঙা থিরকখোদনা ?'

'অমম্বদবু কদাইদা থিগদোরিবা ?'

'অদুদি সে মৈখেৎসি পায়হু ঐ য়েংগে।' জহরনা মপা লাক্তুনা মৈখেৎ অদু মাগী মথুত্তা পীরগা লৈমায়দা ফমথদুনা মথুৎনা মারকলে।

'ফংলবরা ?'

'ফংদ্রিবো।'

'ফংলবরা ?'

ফং-দ্রিনে, অদুবু অসিরাইদা লৈখিবনিনে, ঙসি নুমিদাংরাইরম চৎখোক্রমদাইমক্তদসু—এ—এ ফংলে, ফংলে, অসিদা থেংনরে। পোৎ পুম্নমকসি লৈরিবা ঙাক্সিনে, থিবদা ফংদবগী রাজনি।' হায়না হায়না হৌগৎলগা জহরনা অমুক হায়রবই, 'মৈখেৎতু অমুক্তং খেৎলকউ—চেকাশঙ্কো, মচৈ অত্তে লৈত্রবনি।'

য়াম্না রানা মৈ থানগৎলে। অদুবু মৈঙান অদুদা ইমুংগী ঈকাইনীংঙাইশিং অদুতা ফাওরকলে, অঙানবা শক্তি য়াওদ্রে। কা অদুগী মনুংদা মদুবু মীগী তুংফম লৈফমনি হায়না খনবা য়াবা অসিগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈরমদে। চেক্তী ফক্লাং অকোয়বদা লৈখো মরী, মরীনা থোরীঙুম শাংথরকলি। মচি অমদনা খবর-কাগজ খরা, ময়ায়দনা ফম্মুং অমা—মদুসু মোংফম অমদগী হন্দোরকপদা খুল্লকপককা মাল্লি।

অহৌরনা কবিসু হায়বা তোদনা ফম্বুং শেঙ তৌরক্লে। মনাংদা কদায়দা হিপক-গে হায়বসিগী ময়মদা অনিমক্তী অকংবা অমা ওইরকলে। লেপ্লরে, উচিনা চক-চঙ চৎচনবা লমীদং থাক্লগা সুখলতানা কক্লাংলোয় থংনা হিপকনি। অহৌরনা হায়রকই, 'অতিথি ওইবগীদ নত্তবু থক্লা চেক্লাই জুনা তোকম থোকই অদুগা নুপীনা হায়বগীদি নত্তে। কা-হেক্তিল্লা নুংশিগা মাচত্তদা লেপ্লাগনি মীশিং অমাদ মথোয় মশানা মশাগী ইকায়-খুম্নবা পত্তবা রুংপন।'

'অদুমদি ওইরগা বাল্লেনজত্তদা বিচার তৌব ফাওবদ নুপীভবু থোইদোক্লা ইকাইখুম্নে। নহান নোংমা—'

'ইকাই খুম্নব নত্তে মহাদি, মোইথেমনি, নঙগা বিচার তৌরিবা মী অদু শোয়নবা ময়া ওইরমগনি অদুনলি। চপচানা ভংথায় ভংথায় য়েমবা নত্তনা শমনা অম কাওবা নুপীদা হেক্তিল্লা পাবা ঐদি য়াদে।'

মী অমগী ফাংনা নিংথম্ব কোকত্তংদবা ফম্বুং অদু মী অনিনা য়েম্লরে। অমরোমদা অহিং কয়া থেত্তজিনগ্লবগে হায়বদুমদি কনানসু খঙনখিদে। খুদক্তম শরোং অদুগুম মিনিট থরদং চাকখিগদবা মতায়রে। অহৌরনা হৌগত্তুনা কা অদুগী পোত্ত লোনশিল্লুরে। মথংদা হায়রকই, 'হয়েং চৎলমদাইদা ঐগী ইমক্ষি অদুতদি পুখিগনুকো।'

মাবু অসুক তোত্থহনবা উবদা সুখলতা অদু শাউথিবনা লোইরে। হায়রকই, ঐবু অসুক তোক্লি থনবরা?

'নত্তে, নত্তে, মতু চ য়বা নত্তে, করিত্তরা কাউত্তুনাককা—ইখুত্তশীবু নাম্বোকপ্রবদি কংবাদবা অসুক লেঞ্জবা। নত্তনসু চেম্না চেল্লা চৎখিগ্লে হায়গনিদে।

সুখলতাদু ভাইচাক তুমিন লৈখি। মথংদা হায়রকই, 'করিসু উপায় লৈত্রবদগী নত্তগী অপমান অসিবু ঐনা অসুম খাত্তলবনি। খোত্ত হাংলোকতুনা ঐনা অমুক চৎল্লবদি নত্তনা খিংবা ত্তয়গদ্রা?'

'চৎপু চৎলবদি খিংবা ত্তয়মগদবনি। অদুবু নত্তী নশা থোক্লগদবা ওইবদা খিংবদি তৌরোই।'

'মতুগী অর্থদি?'

'ময়া মপুরোইববু য়ু-ত্তাওবনি হায়দুনা থাদোক্লকপা নুপী অদুবুদি ঐ থক থোক্লে।'

সুখলতা নোক্লকদে। হায়রকই, 'য়ু-ভাওবনি হায়না থাদোকপা নংলমম্ববদি নঙ শোকে হায়রিবরা? অদু ৺ইরবদি নঙগী নয়মচংনা ঐগী নিপাদগী হেনহুম কত্তে। নঙ ঙসি ফাংবা নুপী থিম্রিবরা।'

থিবু থিরম্ববদি ফংদবনি। মীগী নুপীদা নুপী থিম্রি হায়না পাউমুম পীবা তৌরম্লোইরবনি।'

সুখলতানা মথন্তা অমুম শোক্লরকই, য়ু-ভাওবনি হায়দুনা নত্তে, ময়মচং নাইদে হায়দুনা থাদোক্লবনি।'

ফদুং মথক্তা কম্নগা জহরনা হায়রকই, 'নঙনা চেন্নকলিবসিদি লমচং য়ামা ফজবগী থুদমলা?'

সুখলতানা হায়রকই, ঈশা হিংজনবা চেন্নকপনি। ঐগী নিপাদু মশা মথন্তনা ময়মচং ফজদবা ওইরবসু ইথন্তা শিজরগা হিংনরমগদবনি, অদুবু ইনেম ইনম্মদো?—ইমাইপেম্মা, বাংলা লৈবাক অসিদা নুপীনা নুপীগী মথক্তা তৌরিবা অত্যাচারশিং অসিদি ঙমখৈ লৈবা নংথিদ্রে। মদু পুম্নমক অদু হোৎপ্রসনু, নঙগী নমাঙদা মুক্তা চাইথোক্লবগী কান্নবা লৈত্তে।'

জহরনা হায়রকই, 'নপুন্সীদগী চহি কয়াদি নাম্থদ্রে হা?'

'মহুনা অমুক করিনো?'

'নশাগী চহি কয়ানো?'

সুখলতানা নোক্লনা হায়রকই, নুপী ওইবী অমনা মশাগী চহী খক শেংনা তাক্লদে। হায়মু—ঐ অসি কয়াগী মীওই মাল্লি।'

থোঙলোমদা য়েংলগা অনিমক তুমিন লৈনদ্রে। হুরান্নুনা লোম্না মনুং চংনরকপনি হায়বাসে ঙসায়মখৈদি মখোয় ইথন খম্নরমদে। মুম্নুগী মখোন ভাবদগী মখোয় অনিমক নাশোন পাক্লা মহৈ মহৈ য়েংনরকই।

মখোল অহুনা তাশিদ্রবদা সুখলতানা লোম্না লোম্না হায়রকই, 'কিবম অসিদা ঐখোয়বু মহাক্লা উথিবা থোক্লবদি নঙনা করি হায়গদৌরিবা?'

'করিসু হায়ক্লবগী কান্নবা লৈরোই।'

'ঐবু ঈকাইবা পীব্রবা থোক্লবদি?'

'নঙবু ঈকাইবা পীব্ররবদি কি ভাখত্নুনা ঐনা চোংথোক্লগা মাপা লাল তৌনমনি হায়না খনবা শাব্রিবরা?'

'চোংখোকখোইবা ? লম্বাঙমতুদা নূপী অঙাংবু—'

অহরনা হায়রকই, 'মত্তে, নঙ অসিবু কুঞ্জগী লিপাইচাশিংদা লৈককরক্কা তৌরকপা জাংলা ? নূপীনা ঈকাইবা কাংবা মশা ভূগথকম থঙ্গ্রিবা মীওইশিং অহুদি মশানা থঙদনা নূপীশিংবু ঈকাই-খুম্নবহুম বাংপনি। মখোয় অহুদি নূপীগী লৈজবা মশাগী শক্তি অদুবু থক খাজদে, ঈকাইখুম্নবিবসু থক তৌদে।'

মখোঙ কোনশিল্লগা সুখলতাহু মশা তাশিন্দুনা হিপথল্লে। ঈংমন্দুনা মহাক নীকনে হায়বসি মখোয়গী তাবদগী অঙ্গম্বক থঙবা ওমনে। হায়রকই, 'নঙগীদি ফুম্বিং অথাবা অমা লীংজি, হকথং-ফি অহু থাকহৌরগা নঙগী কমল অহুদি ঐগোন্দা পীরকউদনা।'

অহরনা শাউনা হায়রকই, 'মহুদি নঙগী নমজা হাজানবা মতৌনি।'

'বাঃ, ঐ নায়ক্কবদি ?'

'নঙনা নাবদি য়েংবীনবা মী য়াংলোই, মরমদি নহাক নূপীনি। ঐনা নাবা থোক্কবদি হাসপাতালদা থম্বীক্কনবা মী ফাওবা ফংলোই য়াই-থুনাম্বা পোং অমঙম মানা ঐবু লূখাক কোমদহুম হুন্দোকপিখিগনি।' হায়না হাঁয়না মহাক্কা কমল অহু সুখলতায়োমদা ঈনখোরকনে।

সুখলতাহু কমলনা কুপশিন্দুনা হিপলে। থাউমৈ অহুসু হন্দক্তি মুথরকলে, অদোমদা অমুক্কং য়েংলম্লগা মানা হায়রকই, 'তৌরিবা পুম্নমক অসি ঐদি মঙ হাওম্না খল্লি। নঙসু ককওাওনহুনা কদোমদনো চংলমলিবনি, ঐনা লৌষেন চেল্লকপনি। গ্রহ অমগা গ্রহ অমগা থেংগায়নরবনি। হাইফেৎ-শাফেৎনা তুক শকখঙনবতনি, অতৈদি করিসু থোইনা খঙনবা নত্তে, অহুম ওইনমক ঐখোয় অনিমক্তি অনিমকপু খঙনরে। হয়েং অমুঙৈদদি অমগা অমগা উনথরোই—খিন-হুম্নবসু তৌনরোই করিওম্বা নীংশিং খুদমসু থম্নরে'ই—'

অহরনা হায়রকই, নঙগীসিদি বৈষ্ণব কবিতাগী রসতত্বহুম মানশিল্লকলে, লৈমিন লৈমিন্নমক শেংন-থাইনবগী য়াখল হায়না খন্নবা।'

সুখলতানা হায়রকই, 'ফরে, ঙসায়দগীনা হন্দোক কাওবসিদা ঐবু কন্তিওম্বা চাবা থকপদি তৌরক্কবরা হায়নবককাদি অমুকসু নমদি হংলক্কবা ?'

'মহু থনবদি থমুই হায়। নঙনা করিসু চারক্তি হায়দোয়রুবদি অয়াবা ঙাপনিদো। অহিং অথেঙবসিদবু—'

'ঙসিদি ঐ নুমিৎ চুপ্পসিমা চরা হেল্লরুবনি।'

'নহানদি চাখিবরা?'

'অদুবুদে, করিগী চায়োইদোরিবা?'

জহরনা হায়রকই, 'অদুদি নহাক নীংঙায়দনা তুবা য়াগনি।'

সুখলতানা মঙোন্দা য়েংলরুবদা জহরনা অমুক হায়রকই, 'অসিগুম্বা মীওই কনাগুমসু ময়াওই থঙউ, মথোয় অদুদি নোংমগী মনুংদা চরা অমত্তং চাজবা কংবগী রাখল ফাওবা থজরুবা ফংদে? অসিগুম্বা মীওই লৈ থঙউ, মথোয় অদুনা তুয়া তুয়া মমঙ মঙই—মথুৎ অনি থাদুনা চাক-ঈনশাং হুকচিল্লি।'

'চাবগী মঙ্?'

'উম, মমঙ অত্ কায়প্রবদি মথোয়গী মমিত্তা মপি শিন্থরকই।'

'চরা হেনবদগী শাথীরবা অনাবা ওল্লকই।'

জহরনা হায়রকই, 'অরানবনি। অশেংবা অরাবগা মায়োক্লরগদবা মীওই অদুগীদি অনাবা চঙদ্রে। অরাবা হায়বসিদি লুপ্রবা শেংপ্রবা পোংনি।'

অনিমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরে। অদুগী তুংদা সুখলতানা মতম অমদা হায়রকই 'নঙবু করিনা পায়ে ওইনবগে? করি তৌবগে হা?...............কমদৌনা হিংনৈ?'

'নঙদি করি খল্লি?' জহরনা পীগুম শৃক্কা য়েংদুনা লৈ।

'ঐনা খনবদি নঙগী করিগুম্বা পায়ে অমত্তা লৈতে, করিসু তৌদে অদুগা হিংননীংঙাইসু লৈতে।'

'বেশ, মহগী মথক্তা নঙগী মত অমত্তংগা ফেনজিল্লুদনা।'

নোক্লুনা সুখলতানা হায়রকই, 'ঐগী মত ফেনজিল্লুরবদি নঙনা শাউদুনা ঐগী কমল অসি মুনখিগনি।'

'তৌরোই, ময়মদি, পুম্নমক্তী মতামত পুম্নমক ঐঙোন্দদি চপ মান্নে। কনানা ঐবু হায়নৈ—অলক্ষীমচা, কনানা হায়,—অপাম্বা লৈতবা সর্বত্যাগী, কনাগী মকমদনা ঐ অসি হুয়ানবা জুয়ারী, কনাগী মকাদনা মীগী কায়নবা তৌবা মহাপুরুষ, কনা অমনা হায় মীনব শোয়িবা অদুগা কনা অমনা অমুক হায়নৈ ধর্ম চেনবা।'

'উম,—ঐ হিংলে, হজৌক্তি নত্তবু ননক থত্তবা ওয়নে। নহাক তোপ তোল্লা মাওই অমা নত্তে, কা হেয়া চযথ্রবা জাংনি।'

মৈত্তান অহ্ থজিক থজিক মকশিন্নজদুনা মূথগ্রে। কা অহ্ শুক্না ময়গ্রে। অমম্বা মরক অঙ্গা অনিমক্তা অনিমকপু মপূক মপূক্তা থম্ররকলে। নকশিন্নরক্রবা সমুত্র ঈপাক অমিনা মহৈ মচৈ অমনা অমবু থত্তননবা তোংনবত্তস্থা। হজৌক ফাওবদা তাওন-শানগ্রিবা মা পূমমক অসি চুম্বগী চীনগী মথৈতনি, মারী মাতাই অসিগী মনুংদা মফম কদাইদসু নক্রবা মরো লৈনবগী করিত্তম মৈশা অমত্তসু য়াওখিদবত্তম নুংশি-নুংঙনগী অমদি অমনা অমগী মাইফনবা থনবা অসিনচিংবগী নাশোন ফাওবা থক য়াওখিবা লৈত্রি। নুং-মচেং অনিনা তক্ররগা মৈ হৌবা—মখোয় মশা মশাদমি মৈ য়াওজদবা অত্তুত্তয়া মখোয় অনিগী মরক্তা লৈনবা করিত্তয়া মনুং হুজিন্নবা পোং অমা ফাওবা থিরুদুনা ফংবদি অক্রবা থবক্নি।

সুখলতানা অমুক হায়রকই, 'ঙসি ফাওবদা ঐ মখল কয়াগী মী উরকলে। মফম কয়াদা মখল কয়া—।'

জহরনা হায়রকই, 'নূপাগী থত্তবা হৈবগী হিসাব তারবদি ঐদি নোক্লীংলকই। মশাতবু ঙাকচ কঞ্জনবা হোংনদুনতা মতম লেনবা মখোয় অঙ্গনবু অমুক করিবু উরমফম লৈবগে?'

অহিংগী মতম লোইগদবা পুং অহুমলোম য়াংলমখিগনি। মরৈ য়েংনবা অমদি বারী বাতাইনা নিপা নূপী অনি অসিবু থংত্তমগ্রবা মাগী থুংচিংদা অসুম চিংদুনা পুরি। মসিদগী পোথাফম থোক্লবনি অদুবু মখোয় অনিমক্তা রাগী নেশানা তোংগ্রমাক্লে।

'জহরনা হায়রকই' অনিমক ভূমথনগ্রবদি অমুক্তা অবাবা তাগনি। নত্ত ভূস্মো, ঐ ফমহুনা লৈগে। নত্তনা চংগ্রগা থোত্ত লোম্বুনা অমুক অত্তনবদা ঐ অমুক ভূমহোগে।'

'নুংঙাইজরে।' হায়দুনা সুখলতা অহ্ মমিং উইশিন্নগা ওহোকগ্রে। মিনিট অনিগী ভুংদা মমায়দগী কৈফুপ হাইদোক্লগা অমুক হায়রকই, 'নত্ত কয়ম্বা মীওইনো অমুক্তা হায়খোবা?'

জহরনা হায়রকই, 'করিগীনো?'

সুখলতা ভূমিন লৈগ্রে। নিপা হায়বসিমক্তবু করিত্তম্বা চহি মতাংদসু থক থাবকম থোক্তে হায়বসি মানা থক্নি।

ওইহাক লৈরদা অহনা হায়রকই, 'কনাওবী নুপীগা ঈমুং অমত্তা অহিং লৈমিন্নবসি ঐদি অহোক্তা ইহেনদে, শোয়দুন কুমদে তৌরকই।'

ইমকংমু সুখলতাগী কবি অমত্তা খুমজে, তুম্ভিঙবনা মখিং ফাখিনবা-মাক্লে। কয়া কুইথরক্লে, খোঙ-খুং খরা শাগৎলক্লমাক্লে। পাওথরক্লবুনা অহিং অমু মথোঙ কোনশিন্নগা ঙাবোই হিম্নোই তৌরকলে।

মতম খরগী মতুংদা সুখলতাগী অমুক মখিং পাঙলকলে। মপাদগী কবল অমু পৌথোক্তনা অমম্বদা মপা লাক্তনা অহনগী মথক্তা লংশিন্নগা হায়রকই—'লৌজরো সে, ঐনা চৎশ্রগা ইতুংদা নুপী হায়বসি মপাগীতা লৈংবা অাংনি হায়হৌগনি, মহুদি য়াদে।'

অহনা হায়রকই, 'ঈংবনা তরং তরং চিংশিন্দুনা চৎখিগদবনু মহু কমদৌনা খনগদৌরিবনো? কবল অসি নঙনা শুপকদবনি। হায়দুনা মহাক্না কবল অমু অমুক ঈস্থোরকলে।

'অদুদি ঐগী ইরুফি অসিনা নপাক লৌরোসে।' হায়দুনা মপাদগী ইরুফি অমু লৌথোক্লগা মহাক্না অহন্না তম্না হন্দোরকলে।

মথোন্ন অনিমক হিপ্তুনা অমুক মখিং উইথনরকলে। অহনদি মিংশেঙ খাঙগদৌরিবনি। ফিবম কয়াদা মাদি অহিং কয়া কয়া অমুম তুমদনা লেনবা ঙাম্রিবনি। মতম অমদা মহাক্না খা লৈবাকী—সমুদ্র মপান্দা চৎলগা অহিংগী ফজবা য়েংগে খনখি। থংন-থংননা অহিং তন্নানিপান খক সমুদ্র খোঙবান্দা ফমদুনতা লেনখি।

কয়া কুইনা অমুম্বা লেনশিনবগে কনানা খঙগনি। অহিং নোং-চানশদবনা কয়া য়াংলবা হায়বদুমু খঙনবা কবিঙনা পাৱৈ অমত্তা লৈদে। সুখলতাগী অমুক মখিং শি লকলে। নুংঙ চৈবা অমাদ হরাওজননা মরুম অদুদবি মাগী মপা পুম্মক শাগৎলুক্লে। অদুবু মানা খল্লকই, কল্লিদৌনা অমনা মাগী মথক্তা নম্বওবা তৌরি। তপ্না তপ্না মখুৎনা মাকপা লেঙ-ওন্তুনা য়েংলকলে। উয়ে, অথাবা পরম-ফুরিং অমনি। ফুরিং অমু অহনগীনি হায়বসিমু খুদক্তা মানা অদুমক খঙনা ঙমলে।

মমত্তা মরক অদুদা সুখলতানা মাগী মায়কৈদা য়েংলকই। কবিমু উদে, শকী মথৈদি খঙনবদা মপুক্তি খঙঙমম্রিবা মী অদুগী মমুংদা থোরক

হোন্দোক হোৎজিন তৌবগী মু মু-লাউবা মখোন অদুগুম্বক মহাক্না য়েংবা য়েংনা অদুম তাদ্রি। মীহুৎলোমদগী মপানগী মঙান অদু মরীক থবক্তৌ ওইরবদু চঙলক্লা তারবা খোক্লবদি মী অদুনা তুরক তানিন্না শিথক-পীক্না তুমশিনবদু মহাক্না উগদবনি। মহাক অদু অঙৎবনা লাকখলদি, তুম তুমদক নীকপওম তৌরি, অদুম ওইনমক কিবক কায়রবা মাগী মথায় অঙনদি পৃথিবী অসিবু খম খেংনা য়াগোবা মতৌ উৎলি। সুখলতানা তুম্বিতবলা কাজিন্নবা মমিং অদু কুপ্পগা হাইকেং লোক্লকই। মানা খজি, মী অসিনা অতিথিবু খুনা তৌবতবু নত্তে, অঙৎ-অশাবু জয় তৌরে।

খোঙ ইন্নকপগী মখোন তাবদা ঈথং খংনবা মখোয়গী তুখা কায়রে। অনিমক ফুক ফুক হৌগৎনদুনা মথোঙ মরম খঙদনা ফমমরে। চৈরক অসিদবু করম্বা মতমদা নোঃ শাক্লোকখিবা? ঙকপগা কিবগা জ্ঞান মাঙনদুনা অনিমক মহৈ মহৈ য়েংনরক্লে।

য়াম্না য়াক্লবা খোনকম্না লাউবা থোংবা অমদি অশীবা য়াহৈনা চৈবা-থাংবা তৌদুনা কনা কনানো খরনা মপান্দগী খোঙ থীরকদি। হক্লীক মীয়াম খঙব্রবদি ঈকাইবা পীবা অমদি চৈবা-থাংবগীদু [illegible] নাইথ্ররোই, লোংকম লৈতে, চেম্নবা লরীমু লৈতে, অহর অদু [illegible] অমওম খিন্দুনা লৈরে।

মখোন ক্নগৎনা সুখলতানা হায়রকই, কাহনখিবা নত্তনা উপায় অমা লৈতে! করি ওইরনিসিদি?' করিগীদমক শিজনবা নতুং ইন্নক-পনোকো? অহরনা মহাকপু তুমিন লৈনবা ইঙ্গিত তৌরকই। অকিবা ফংনা খোঙ থীন্দুনা নিপা অমনা হায়রকই, 'কালাচাঁদ, ননা পাম্দবরা? হো নবাবকী মজা ইবুংঙো?'

কিথনা ফুচু ভাইকেং তাইদ্রদুনা সুখলতানা লোম্না লোম্না হায়রকই, 'হংলগবু করি খুমগদৌরিবনো? ঐদি লোইরেদনা।'

খোঙ অমুক থীরক্লে। খোজেন পীক্না খুমদুনা অহরনা হায়রকই, 'কনা ওইরবনো?'

'হান্না খোঙ হাংদোকখো, খুনা হাংবীমু।'

'অহরনা লোম্না হায়রকই, 'হৌগৎলগা কাচিন অসিদা লোম্না ফমমু, মীওইলোয়নগী কনাকনু উনবা লোয়নো।'

হেক হায়রবগা হৌগংখিদুনা সুপলতানা ক' অড়ুগী শাচিল্লা মাশোন পীরা লোংল্লে। অদুগী তুং'দা মখোন থয়া লাউরপনা অহয়না হায়রকই, 'লাইহৌ হৌদুনা লৈরে, হৌগংপা ঙমজরে, মীহুং মনাক্তা চঙশিনবীরকউ।'

কবলনা মশা অপুম্বা য়োমশিল্লগা মহাক্তা মীহুং ময়াদা চাদুনা লৈরে।

মীহুং-বাংমদা নিপা মরি মঙা চঙলক্লুনা লেপলরে। য়ুয়ু অদুনা হায়রকই, 'লাইহৌ হৌগে হৌ, অমা তোগে তৌ, হুরান চীঙ্গী মচৌ অসিবু কয়া কুইনা অসুম তৌবীখিগদগে অমুক্তা তাহনবীয়ু।'

অহন অমনা হায়রকই, 'নশাগী আয় লৈত্রবদি করিমীদমক য়ুম ভাড়া তৌবি? মসি নপা নপুগী লমদি নত্তেদনা।'

য়ুয়ুনা হায়রকই, 'অহিংদা নঙগীদমক কনানা থোঙ হাংই?'

'থোঙদি অদুম্মক চাংলমই।'

'হাংলম্মে? ওইদবা রানি, ইশামক্তা তুম্মদাইদা'—

অহয়না মদুগী পাউখুম পীদ্রে, য়েংকৌ মখুং অদুদং তিং'থোরক্লগা মখোন পীক্লা হায়রকই, 'মিহুন য়েংবা হৈবা য়াওবিরিবরা?' হায়দুনা মহাক শদো থোংবা হৌরকলে।

কনানসু মাগী মখুং পায়নরক্তে, অহোয়নহুম ময়ায় থংবা মী অদুনা মচীন মখা ফৈরেং তুরেং তৌদুনা হায়রকই, 'নশাদি শামুমক্তমমুক চাউরগা করিসু তানশিনবদি ঙমদবা? কা অসিদা মণ থাক্লমবসু শংগোম থুম্মমগনি গাধা থক্লগনা পোং কোকথোং পুনগনি, শগোল ওইরগনা গাড়ী চিং-নগনি। নঙদি শগোলসু নত্তে—গাধাসু ওইদে।'

অতোপ্পা নিপা অমনা অমুক হায়রকই—'আ—নুপীমচাগীসু হেম্না তোনবা মীতানি।'

অহয়না অহু অহু তৌদুনা মখুংনা মবুক নয়ুগা লোক খুরকই। অসিগুম্বা অপমানদা চৈয়া পাউখুম পীবা ঙম্বা অদুগুম্বা মশাজল. অদু মঙোম্দা য়াওজখিদ্রে। মনম পোন্দুনা কুহুরগা মহ'ক শদো থোংদুনা লৈরে।

'লাইহৌ থাবা ঙাইবা য়াদে, হীদাক-লাংথক-কক্তা থঙলে, পুং

অনিগী মতম পীরবনি, অকিস কাবা মতমদা ঐগী য়ুম অসি খাজি ওইনা উবা পাম্মী। য়োম্থোক্লগা ভাড়া কুপথংপা য়াবদি করি লৈ?'

অহরনা শোর থবেং থবেং হোন্দুনা মথুং লাম থোক্লগা মাগী ফ্রিং অদু লৌদুনা শোর ক্রনগংনা হায়রকই, 'ফ্রিং অসে, চোরা বাজারদা করিগুম্বা মথায় অনা নত্রগা সিকি অহুম ককাদি ওইবমু য়াই।'

মনাত্তোন শুরুদুনা মীয়াম অদু হন্দোক্লম্রে। হায়রকই, 'মদুবু ভদ্রলোকী ফ্রিংনা! হায়রি, মুচিগী মশাদা ফাওবা অদুগুম্বা ফ্রিস্তি —থুঃ, হায়েঙ মনম হেক নম্লদুনা।'

য়্রুম্বু অদুনা হায়রকই, 'ঐগী মাঙজহোরসমু ফয়ে, ফ্রিং শেগায়বগা কম্বল শেগায়বা অদুগা পুদুনা নঙত চংশিগ্রে। পুং অনিগী মতম পীরবনি, মদুদা চংখিদ্রবদি ইন্দুনা —'

ঙাওনা ঙাওনা মখোয় অদু চংনগ্রে। মখোয়গী খোঙথাং মখোল অমদি য়া ঙাঙ্গ্রবগী খোঞ্জেল অদু অসুম অসুম ভামগ্রবদা অহরনা তুং হয়া য়েংলকই। মতম অদুদা সুখলতাদি ময়াদা ফীবুন নমদুনা নোক্লীংবা ফাননবনি হায়দুনা অরেম্বদা হোৎনরম্মি। অহরনা ইঙ্গিত তৌদুনা হায়রকই, তুমিন লৈয়ু. তাখিদুনা তৌকনি।'

মখোয় অনিমক ফমদুনা ঙাইহাক কুইনা অমনা অমবু য়েংনদুনা লৈরক্লে। অহিংগী মৈঙান্দা অহরনা সুখলতাবু উখিবদু নুমিৎ মঙান্দা হুজীক অমুক উবদদি মহাক পেনখি। লাইরিক হৈবী নুপীগী ময়মদা মহাক্লা থনবা য়াথল অদুদি অকবা নত্তে। মখোয়দি কেবা-মোবা হকমল্লি, পাল্লিশ হেম্না তৌমল্লি, মশা পুম্নমক ভাংনা য়োম্মী, ঈয়ায় লায়বা য়াকমবু কোইথোকহন্দুনা মশাগী ইনং নত্তবা হৈশিংবগা তৌংশিন য়ানখিল্লগা মখোয়না কোংদোক্লবা হোৎনৈ। নুপী অসিগীদি মিৎচিনা য়েংবত্থু য়াওদে, ঈয়ায়-লায়বা মিৎয়েংনি, ইঙ্গিত তৌদে, শেংনা হায়-দোকই। মশা কৈ, লৈতেং য়াওদনা কজবা মায়থোংনি, মখরায়সু লোইবা লাইদরমথৈ চাউই। নুপী অসিদি মীবু মঙোল্লোমদা চিংশিল্লি, অহুমদি ওইরগা মিতাহনুথদি থক তৌদে। নুপী ওইবগী হোনশা ইচম চমজবা মত্তোহ্ মঙোন্দদি অহুমক লৈ, অহুগা নুপীগী নমথাক অহুদি মঙোন্দা য়াওদে। য়া-জবা হাইকেং শঙনবদগী হেন্দবা নিপা অমগা লোয়নহুনা,

হৌনকৄবষু নত্তবা নুপী অসিনা ওরাং অহিং—লৈবীদা কমদৌপা কেক্তমক কুমথরকপা ওমখিবনো হায়বচু হৃজীত্তদা খঙলক্লুনা জহর অহ্ নুংঙাইজবা ফংদে।

সুখলতানা হায়রকই, 'অপঙবদোনা যায়দা অমুম য়েংজিখসিনো? অদু খাওলখয়া?

মখায় লৈথোক লৈথোক্লা জহরনা হায়রকই, 'নঙবু খাদংকয়া খাদংলোইরা খল্লিবনি।'

ক্ষিংনা অমদি লাউরওননা সুখলতানা হায়রকই, 'অং হৃজীক অহুগী মতম-খক্কি। অতৈ নিপা অমত্তদ। লৈতবা পোং অমথক বাল্মীকি মুনিতদা লৈরবী মহুদি, মখো মশক খঙবা।'

জহর অহ্ নোকখোরক্লে। হায়রকই—'অহুগা নূপীদি পোং অম-খক্তংগী মপুনি, মহুগী মমিংনা—পাইরক লৌশিং।' হায়বগা মহাক হোৗসত্নুনা লেপখ্রে।

খোঙ মনাক্তা চঙশিল্লগা মপান্দা, কনাগুম্বা অমগী ওইরবসু করিগুম্বা শঙম নম্রগা রাঙাঙবগী মখোন কংলিবয়া হায়বা খঙনবা মনাকোঙ থমত্তুনা ভারে। মথংদা নুংশা থীবা কোক্লংনুনা য়াম্না চেকশিন্না পোয়োন হাংলক্লে। য়াম্না ক্ষিনা কিনা মকোক লিংথোক্তুনা মায়কৈ মরিমক অমুক্তং য়েংথোক্লগা মহাক্লা সুখলতাবু মপান্ন থোক্লকবা হায়রকলে। সুখলতানা ইন্নক্কি ইনশিল্লগা মপান হেক থোরকপদা মহাক্লা হায়রকই, 'পজিগী থেকচিনফম য়োনা চংলগা লেপলম্মু চনু, ঐ লাক্লে।'

সুখলতা খুদমক অদীদা কুমথখ্রে।

জহরনা লমরায়দা ভূমিন্না অমুক লেপজি। পুদুনা চংখিবা য়াবা মপোং অমত্তসু য়াওদে। শেগায়রবা অমদি মশা শোল্লবা করক অমমবা অহুনচিংবা লৈরিবা কম্মৃংগী মফি মরোলশিং অদুসু পুদুনা মক্তংমুখদি অদীদা খেংনবা অচং-অওক মথৈন। মাগু অভাওবনি লোয়হুনা মচুংলোমদগী থুখাক থুজিন্নকপহুম য়াই। মহাক মশাদং মতনা লায়রবা কনাওমদা মখোয় অদুবু পীথোকখিবা য়াবা অহুঙবা পোং অমত্তসু য়াওদে। লোবশিং অহু পীজিন্নবা য়াবসু অমা কাওবা য়াওদ্রে; পোক্নুম ওইনমক্তদি।

মরম অহুনা হুরিং অমত্তং মশাদা থোংলগা অমদি মরী শানবা

ক্যাম্বিশকী শউন-খোঙউপ অহুমা মখোঙদা উপশিন্নগা মাখোন পীক্না মহাক মপান থোরক্লে।

সুখলতাহ্ন লখী হেক থেকচিনকমদা লেপলম্মী। মাহ্ন উরগা হায়-রকই, 'করিগী ঙাইখো হায়রিবনো? নঙ হৌজিক কদোম্দা চৎকনি?'

'মুমু অহুনা তৈস্তবা মায়কৈদা। নঙনা কদোম পাংবা?'

'মখারোমদা। মরমদি, ঐগী লিপা মমুমগা ইপামগা অনিমক অহাং মায়কৈদা লৈ।'

'মখা মায়কৈদদি কদাইদা?'

'মম লৈবা ক্রবুদি নত্তেদা, ভবানীপুরদা ঐখোই' ইমাগী মখুত্তানা পোকপা মনাউ নূপীগী মমুম লৈ।'

করে করে, অহিং অমগুং খঙন-উনরবনি, পুক্লীংদা কাউরোই, অমুক হন্না উরখিদবসু খঙদে। করিগুম্বা ঐনা লানখিবা মাওরবসু—' হায়দুনা চৎকদবগী অহর অহ্ন মখোঙ থাংলকলে। মেঙনা নোক্পা মীনোক লোয়ননা সুখলতানা হায়রকই, 'নঙ্দি লীলাগী ফিবমদা বিদায় লৌ-বোইরে। হৌজিক্তি করি তৌরুগদৌরি অমুক্তং ভাগেদনা?'

'করিসু তৌরোই, করিগুম্বা বাগান অমদা চৎলগা ভূমলুবা য়াই, নত্রগনা—'

'হৌজিকপু চৎলগা অমুক ভূমলুখিবা?'

'ভূমত্রগনা খবর-কাগজ অফিস মনাক্তা লেপ্তুনা খবকী নোটিশ পারুবসু য়াই।'

'ঙঙ্ক-মায়খজবা অহুগা চাবা থকপা অসি পুন্নমক্তি—?'

অহর নোকখোরকলে। হায়রকই, 'ওরাং অহিং কচৌরী চায়, ওসি নোংমা অসিক্তি নুংঙাইনা অসুম লেনগনি।'

'নুমিৎ চুপ্পা খবর পাহনবা অহুম লেনগদবা?'

'অহুগীনু অরেপ্পা লৈবা পোংলা? পাবদা খবকী নোটিশ থেংনরুবসু য়াই, খবকী নোটিশ য়াওরমদবসু য়াই। মতম অহুনা শিন্নাঙদাদা রেল-লাইন মথুংইদ্রা অহুম পোঙনা চৎলুবসু য়াই। নঙ চৎলো, নঙগী লমীদি য়াম্না শাংজি। হায়দুনা অহর অহ্ন মখোঙ অহুক থাংলকলে।

খোঙকম অনিথক চঙশিন্নরুগা নোক্তুনা সুখলতানা হায়রকই,

'নঙগী বিদায় মরো অসিময় কয়া মরাক চুম-কাত্তে। ঙ-অী ৱয়দনু মত্তোয়মুদনা।' হায়রগা মমায় ওম্থোক্লনা মংাক চংকে তৌরকলে।

জহরনা হায়রকই, 'মচুংদি বারীসু ফংরে ই, ঐনাগী অপুত্তসু তারোই, ফাগিদুম তাহনা তোকনি। সে বা হায়গে তাও, ঙবানীপুর হায়বদু অপীকপা মফম নত্তে, করম্বা লৈবীনো অহুংগা নম্বয়মা করানো হায়বদু খঙগদবনি।'

'ঠিকানাবুদি কাউদ্রিদা।'

কলিকতাগী লমজাউ শোরোক মথক্তা ঈশিং ঈচেনতম মতম অহুনদি মীগী ঈচেন চেন্নকপা হোরে। শগোল, গাড়ী, ট্রাম, হাওয়া, মী, যগগাড়ী—ময়াম অসিনা পুল্লপ তাশিনহনা ঈচেন অহুদা তাউথরি। নাক য়েংবী লম্বী-চংপশিংনা তাংজফম রাংলবা নিপা-মুপী অসি অসিবু থেংনরগা পীনুম শুকপা মিংয়েংনা য়েংন-য়েংনন! চংলি। লম্বী লম-খাঙদদি কনানসু অসুম্না থক রাগী শানদে।

মথরায় নুংঙাইতনা জহরনা চংলগে তোরকপদা সুখলতানা ওয়গী মথুং তিংথোক্লনা হায়রকই, 'ঐগী সনা-খুজি অসি য়োনথোক্লবা ওম্মোইদ্রা?'

জহরনা হায়রকই, 'ওম্মোইবো, ইশাদা করিসু অমত্তা য়াওদবসি ওম্থোক্লা রাই শংজদ্রে, করিগুম্বা সনাগী লৈতেংককা শাগোম্ম্রুরবদি ঐ শোয়রে।'

'করিগী?'

'ইথোঙদগীনা ইকোক ফাওবদা শেগায়বগা অতংপগা—ফিবম অসিদবু সনা পকপা য়ারিপোংলা? নঙগী নথুত্তা শিবা খুজিহ য়োমবা হোংন-ক্লবদা পুলিশকী খুজিনা ঐগী খুং লৈতেংবিরকপা য়াই।'

'নঙবু হুরানবরনে, পুলিশ কিরিবদুবো?'

জহরনা নোক্লনা হায়রকই, 'হুরানবদি কিকদ্রু লৈতে, হজাক অসিদা পুলিশপু কিংবদি ভদ্রলোকাশংগা লাইরিক লাইত হৈব-শিংগতনি।'

সুখলতানা হায়রকই, 'ভুমিন লৈয়ু, রাজনীতিয়োমদা ওমলিয়ুনু, মহু আইন অমদি লৈবাক তাকপগী নিয়ম কৌবনি।'

অহঙনা লোক্ত্না হায়রকই, 'নিয়ম নত্তে; কুরাউ হং থাংবনি।' মখোয় অনিমক মথাক্তৌমদা চখনরক্লে। তাইহাক লৈরবা অহঙনা হায়রকই, নুপীনা নীংতায়দনা লৈথোকচবা য়াবা অদুগুম্বা তাংজকম অমত্তমু লৈবাক অসিদা লৈতে।'

সুখলতানা হায়রকই, 'অংদি অমুক য়াম্বা আশ্রম অমদি নুপীগী লৈকম লৈনরিবশিং অসিদি করিগী দম্বকনো?'

'মফম খুদীংমক্তা, পেশা চঙদবা মফম অত্তদনা শক ফজবী অমদি মথোনকাবী অমদি ওইবা তাই।'

'হায়বদি, তুনিয়া অসিদা যুধিষ্ঠিরগী মশীং অত্তক য়ামদে। শেন ভিংদনা লৈবা য়াবা শঙ পূমগকী মরুমদা লৈরিবদি দান তৌবা, ঈ-চুপ্পা।'

করিনো অমা খল্লগা সুখলতানা হায়রকই, 'অদুবু নুপীদি তশেংনমক লমচৎ ফজবী মক্তনি। ঙসি কাওবা অসিদা অয়াম্বা নিপা মখৈনা নুপীগী লৈকম শাগৎনরি, অদুগা কনাগুম্বী নুপী কাঙবু অমত্তনদি নিপাগীনি হায়রুনা ঙসি কাওবদা করিগুম্বা শঙ অমত্তমু শাগৎনরকপা লৈত্রি।'

অহঙনা মতম তাইহাক চঙনা হোনা নোকলে। মথংদা হায়রকই, 'মতুগী ওয়তৈনবসু ওইবা য়াই। মশাগী মরমচংতা মখোয়মা থক চেংনা থাজবা হায়বত্তু লৈতে, মরম অতুনত্তম ওইরমগনি। অতুমকপু নুপীশিংনা আসগুম্বা কারনে খরদংত তৌনবিরক্রবদি ঐখোয় অসি হিংজরমগদবনি! ঐখোয়গুম্বা থবক ফংদবা, লৈকম লৈজদবা অমদি কোয়ঙাওনরবা পাখং-কাঙলুপ মখৈদি অত্তু ওইরবদি—'

সুখলতানা হায়রকই, 'এ—হজীক্তদা নঙগী থবক অমা ফংলেদনা। অতুম হায়না করিগুম্বা চয়োল-চেকোঙ অমদা নুপীগী মমিংদা কোঙ-কোঙ শাবা প্রবন্ধ খরদং ইরু চৎলু। নুপীনা নুপীশিংগী মায়োক্তা ইবা মরোল হাপা তৌরবদি চেন্ন চৎকনি।'

অহঙনা হায়রকই, 'অং অদুবু ওইরবদি অহানবমক্তদা কলেজ-ছাত্রশিংগী মরক্তা ঈকাং হৌনগনি। নুপীশিংনা ইবা মরোল পাজ-বত্তনমু মখোয়গী নুংঙাইজবনি।'

খেঙথরকলে। মায়েক মরিমক্তা নুংঙাইরবা নিথঙ-নুংশা শাদো-রকলে। অমুত্তা চংনা চংনা মখোয় অনিমক মনকপুরা লৈবা পোৎলমদি

পুক্ষী মপুংদা কুমথরকলে। মাওমকন্দা খুং-নানবা মুংনা চনবা পিক্তি মথাদা মুরবা ইথিংনা ইরুং লংদি। মখোয় অনিমক সিড়িদা কুমথরগা মবায় মথিং তাখোক্লে।

'ঐদি চন্না হেন্ন্না অমুম নৈবককাদি ইওম ওমকদে ইবুংঙো। খুজি নামথক্তি অকংবা মমল অমদা য়োন্নবা য়াররনি। নত্তোন্দি করিগ্র য়াওরবা নক্লদো?'

কুরিংখাউজগী চন্নবা অনাময়েক অহু পুখোক্লগা জহন্ননা হায়রকই, 'মসে মকম খুদীংমক্তা কদাইদমু চৎলো হায়বা য়ান্ত্রে—সতী সাবিত্রীনি, মাদি ঐখু খানোক্ত্না কদাইদমু চৎলরোই।'

সুখলতানা নোক্ত্না হায়রকই, 'চৎলো, সনা ওনবা দুকান অমদা য়েংলুসি, ঐ অহুমক ননাক্তা লৈরবমু লৈগে।'

মখোয় অনিমক সনা ওনবা দুকান থিনা থিনা লাকলে। লাপত্তক চৎলগা ওয়থংবদা তল-থা য়োনবা দুকান অমথক ঊবদগী সুখলতাহু চপ লেপল্লে। হায়রকই, 'পীয়ু, কদায়, অনাময়েক অহু চৎপন্না য়েংসি, নওনা আ-দগী গ্যাস-খুঁটি অসিগী মনাক্তা লেপলম্ম—ঐ লাকে।'

সুখলতাদি মপুক লায়বদা মদুবু অমুম খাওহ্ননা লৈবী নুপী নত্তে। মাগী মায়থোং অহু লাংশিনল্লে। অমুক য়ারবা মতম অসিদমু মাগী কজরবী মায়থোংদা করিওম্বা মমি অমত্তমু তাক্লি, মুংশান্না য়েবদা চৈরক অসিদা থোইনত্ত্বম তাক্ত্রানরকনি। দুকান চত্তলগা মানা হায়রকই, 'অদোমগী অসিদা কমত্তুনা চাকমকক্কা লৈবীবন্না?'

মহোশানা নুপীদি দুকান্দা কমত্তুনা থক চানরক্তে। দুকাপ্দায় অত্তুনা হায়রকই, "হোয়, লেওশিনবীয়কউ, মকম পীজগে। করি হাবীগনি?'

কোও কোও শাবা চীজাক ময়াম তৌরম্মী। সুখলতানা মপুক্তা অমুম হিসাব তৌরগা অনা অমগীওম্বা অচাপোং পীনবা হায়রকই। মথংদা দুকান্দারনা হায়বা মতুংইন্না অচৌকপা কাচিন অমদা তরু তরুবা থেক অমগী মথক্তা কমলুরে।

য়ারা নোঙ্ক্রা অতাং অমনা অচা অথক থরগা ইথিং অইংবা খুকাই অমদা মাগী মনাক্তা থমক্লগা চৎল্লে।

মিনিট তরামরুমগী মতুংদা পুজাইগী ঈশিং অহুনা মচীন মথা ভেং-থোক্লুনা অমমি ঈশিং থক্তনা মপান থোরক্লগা সুখলতানা অনা মরেক অহু পুথোক্তনা পীরে। মথুক্তা পাররুনা হম্না হম্না য়েংদনা হুকান্দবা অহুনা হায়রকই, 'অদোমগী অসিমি চৎলরোই।'

মমিং লাওথোক্তনা সুখলতানা হায়রকই, 'হাইমা, চৎলোই হায়বা ? কালীবাড়ীগী অজাহুদগী হুজীক্তা পুরকপসিরো।'

হুকান্দারনা হায়রকই, 'ও—মহু শোয়দনা ওইরমগনি। চত্তবা লুপা শৈন্না মথেদি হুজীক অসিদা মী পুয়মক্তা লাইগী থোজজীন্দা লংশিনরবনি। বামন অজাশিংমু সর্ব্বত্যাগীনি, মনাক্তা করিসু থরদে।'

নুংশিরবা অমদি থুম্বা মীনোক অমত্তং নোক্লগা সুখলতানা হায়রকই, 'অহুদি কমদোনি 'সিদে ? থ্রেত্তোন্দনি অত্তে করিসু অমত্তা হাওদ্রে।'

মাগী মীনোক্তা ভস্কংলবা হুকান্দার অহুনা হায়রকই, 'হুজীক থুংলাম-খাম কোবা মতম ওইবগী তুক ত্তোবনি, নংলমদ্রবদি মথায় অমগীমু চাবিরম্না হেন্দোক্লা য়াবনি—' হায়দুনা চত্তবা অনা অহু মহাক্তা সুখলতাগী থোং-নোরবী থুবাক অহু শোক্লা শোক্লা হল্লকলে। অহুদগী অমুকমু হায়রকই, 'মতম অমদা হেকমচ পীবিরো, করিসু হায়জগদবা নৈত্তে। ইবেম্মদি নৈবাকমচা ভাবা ঈমুং মনুংগী নুপীনিনা—'

'য়াম্না করে বাবা, অহুদি মতম অমা য়েংদুনা পাজররগে। হায়দুনা ইকাইথিবনা মরু নুক্তনা তপ্না তপ্না থোত্তকম অমমম অসুম চথোরকলে। লাপত্তক্লা অহর লেপলম্মী, মনাক নকশিল্লরুবদা মাবু ইস্নিত তৌদুনা মতুং ইল্লরুবা হায়রগা মহাক অসুম অসুম চথোরক্লে। হুকান্দার অহুগী মিংলেং বাংমদি লাক্কোত্তবা য়াদে।

য়াম্না লাম্না চথোরক্লগা মথোর অমুক পুমরে। সুখলতানা লোক্লা লোক্লা মথাদা ইজিবা ইমকি অহুগী মমুংদগী কীজিদা পুনবা অচাপোং করোম অমা পুথোক্তনা হায়রকই, 'হায়া থিত্তং চারুখিসি চৎসি।'

অহরনা ইকক ওক্লা য়েংদুনা নৈরিঙ্কো সুখলতানা চত্তবা অনা মরেক অহু মাগী মুঙ্গিংথাউ মমুংদা লংশিনগা হায়রকই, 'করিসু চারুক্তিবনি, কমদুনা অমুম থোইশিল্লকপথনি। চৎনি।' হায়দুনা মহাক্তা অহুরমু মথুং শাজদুনা চিংলক্লম।

ভবানীপুরগী য়ুম অদু থিদুনা মখোয় অনিমক হোজঙ, মনাক্তা লেপ্লরে। মরক অসিদা মখোয় ওনিমক্তা কারায় অমা তৌনরকখি। সুখলতানা মঙ্গোন ঙচাগী মথুমদা কুইনা শক লৈথরোই, হাওড়া ষ্টেশনদা মহাক 'লেডি বুকিং-ক্লার্ক' ওইনা থবক তৌগনি। অদুগা থবক ফংরগনা অহবগা ভিন্নডুনা চা গী দুকান অমা খুলিরগা নীবু ওকহনগনি। হাত্রশিংগী মরক্তা ঈরাং হেক হৌহনগনি।

মরক অসিদা অহর অদু মকোই মরাং কোকথোরক্লে। কনাগুম্বা অমগী থোঙজান্দা নাপেং কৌদুনা ফম্নগা মকোই মরাং শেংদোকহনখি। নাপেংনা পৈশা পীর্নু হান্নরক্লবদা মহাক্তা মাগী অনা ময়েক অদু পুথোকজুই। অদুবু মত্রদি চত্তবনি। তঙাইফত্রদুনা নাপেং অদুনা য়ুম অদুবু য়ুম্না য়েংলম্নগা চংশি, হয়েং শাক্লগা য়ুম অদুদা কৌথোক্লুনা পৈশা লৌরগা লোইরে। মকোই কোকথোক্লবদা মাগী মমায় অদু তরু তরুরে, সুখলতানা মাগী মশক অদুবু হাইক্কেংনসু থাগংখি। মহাক মশক থিবম্ত্তি নং-লমদমাক্লে।

থক্বা থক্তালনা সুখলতানা থোঙগী পুনা নীক্লকলে। পুনা নীক্লব-কাওবদা কনাসু থুম্নক্লবদগী মহাক্তা থোঙ, অদু ঈক্লকলে। থোঙ্দু অদুম হাংলম্মী। অহরবু ঙাইহল্লম্নগা য়েং-ওর য়েংনা য়েংনা মহাক মনুং চঙ্লকলে। মতম কুইনগী তুংদা ঙসিদি মহাক মঙ্গোনমচাগা উম্নজবা ফংলগনি।

মানা চংখিবা য়েংনা য়েংনা অহর অদু মিনিট থরদি অদুম লেপ্তুনা লৈরে। সুখলতাদি চঙকম অমা ফংখ্রে, লোইনা খল্লুনিঙাই অমা লৈত্রে। সুখলতাদি অশোনবী অমা নত্তে--নুপীদ নুপীনি। লৈবাক অসিদদি নুপীগী মশীংদগীদি পাংগল শোনবী অবলাগী মশীংনা হেম্না য়াম্মী। অদুম ওইনমক নুপীগী মরমদা অসুম থনবসিদি অহরগী হৈনজবী নত্তে। মশাবু কাওবা মীয়ামজরবা মী অদুনা অতোপ্পবু থক থল্লুবা লৈতে। সুখলতাগী-মথক অসুম লেপ্তুনা ঙাইবসি মহাক্তা মশাবু য়াম্না তোম্বহনবা য়ুক্তৌনি হায়না থক্লকলে। সুখলতাগী মতুং কোয়ইন চৈনবসি মাগী ঈকাইনীঙাইহনি থক্লকলে। মাগী মতেং পীবগী থবক লোইখ্রে, ঙাইথক্লদুনা কাজবে। অদুগা নুপী অসিগী মরমদি মাগী মপুক্তা অদুদক য়েকখ্রে।

মখোয়না হায়া তৌনখিবা কারায় অহু হাইরেং কায়না অহয় অহু খুদক্তা মকম অহুদগী চংপা হোয়রকনে। মহাক্কি করিগুম্বা কারায় অমা তেক্তমক খুগায়বদা মতম খজীক্ত কাওবা চঙ্নবা মীনি। অওইবমক ওয়াং অহিংগা ওসি অয়ুক্তা মতম অনি অসিদি মঙ-হাওয়া হোয়ে। পুন্সী অসিদা খঙ্হৌদনা থোক্লবা থৌদোকশিংগা পুন্সীদসি থোইনা থক মরী লৈনক্লবা নত্তে, মরম অহুনা, তখেংবমক থোকখিবা ওইরবনু মখোয় অহুদি মঙ্লানমক্তি। মখোয় অহুগা আত্মাগা মরীদি লৈনৈ, অহুগা নকশিন্নবদি নত্তে। অসুম্না নকশিন্নবা মরীদি লৈনবা নত্তে হায়বসি মাবু সুখলতানা নীংশিংহল্লমলে। সুখলতাগা মহাক্কা চুয়গী মরূপ ওইন-খিবতনি, অপুনবা করিগুম্বদি থক লৈনখিদে। শোয় চনীং তানা হোক্লগা অহয়বা খল্লকই, অকনবা ইরৈ অমদি মহাক লাম্বোয়রকলে, মতুদা মহাক থোইনা ককণ্ডাওনবদি থোকখিদ্রে।

নুপীগা শকখঙ্ মাইখঙ্নরুরগা মমৈদনা মাগীদমক তেংথা নাউরোয়বা অহুওম্বা মীতাশিং অতুগী মরক্তা অহয়দি থক য়াওদে। নুংশি নুংওনগী-দমক মীওইবনা ওসি ফাওবদা শিহ্নখ্রিবা শিয়াংশিং অহু নুংশিবগীদমক্তি অদূপ শিহ্নখিবা লৈত্রি। শোক্ত শয়বা কংখিত্রবা পোং অহুতগী মায়কৈদা মীওইবগী থুংচিং হেল্লি। প্রেমগীদমক অমুক য়ায়া মিংকী পি পৈশিন্দুনা থমলিবমক্তদা মীশিংনা মীওইনা হিংনবা হোংনবদা কংলকপা ঈকাই ঈকিতনা মায়কৈ মরিমক তাউথোকহল্লি; পৃথিবীদা অমুক য়ায়া ধর্ম্মপ্রচার তৌনরিবা অসিমক্তদা পাপনা পুণ্যগী মচাংবু খুম্মংলি, খায়দগী হেনবা লৈবাক মচা তাবগী অপেংবা মশক ফোংদোকপদি লমচংনাইদব-শিংগী মরক্তদা লৈ। ইতিহাসকী অমুক হল্লকপা থুংকোয় ওইরমাক্লে।

পোয়োক অচৌবহু লাম্বোক্লগা অহয়না মাওগী লমীদা চংপা হোয়রক্লে। লমী অসি চুমত্রীং অমুম চংখিতুনা কালী-মন্দীর য়োপ্সিবনি। ওসি অসি করিওম্বা লাইগী নুমিৎ অমা থোকপামাক্লে। পুণ্য তানবা লিপা নুপী ফাওবু কাওবুনা লমী হেক ফুনবমথৈ চংনরি। পাপকী চঙজকম পীহুনা মাবু হিংনবা য়োক্লিবশিং অহুতনা পুণ্য পাবশিনবা খিং মহেক্লি। অপেংবা মী হায়বহু ওইরবা ওমল্লিবা কাওবুনা খায়বগী হেয়া ধর্ম্মবু চুয়ান্নুনা লোনীংই। ধর্ম্ম চেক্সবা মী মথৈতনা ধর্ম্মবু কিনা তৌনৈ। অহুওম্বা

ধর্ম্মবু কিবা নিপাগী মশাংদগীদি তাইবঙ্ অসিদা ধর্ম্মবু কিনা তৌবী নুপাগী মশাংনা ল্লায়া হেন্নি। ঙসি কাওবদা তীর্থ কোয়নরিবা মীশিং অসিগী মরক্তা নুপীতগী শক্লা অয়াবনি।

অদুনি, মীগী ঈচেল মরক্তা ঈরোয়ননা অসুম তাউদুনা চংলি। নাকল অনিমক্তা দুকান, কৈথেল, মেলা, পোংহাবা-মী, গাড়ী, চাক-লিবগী থোক্লাউ, বজরী পায়দুনা শকপা ঈশৈ, পাওাশিংগী ঈরাং, অথীবা খোনকননা চৈনথাংনবা, রামকৃষ্ণমিশনগী গেরুয়া শেংপা কাঙ্বু, নুপী থোক্লেনগী নীংথিবা মীনোক—পুম্নমক অসিনা পুল্লপ তোংশিন্নথিদুনা অকিবগী মশক ওইরবা ঈরাউখোল অমা থোকলি। তীর্থগী পরিচয় হায়ববু মসিদগী হেনবা অতৈ করিসু লৈতে। লৈবাক অসিদা অয়াম্বা পাপকী শরোদি তীর্থতবু কেন্দ্র ওইনদুনা পাঙথোক্লে। অমরোমদা অরাম খোয়াংবতনা লাকহংপা, অমরোমদনা মশাগী ঈকাই খুম্নবা মাঙ-হনবা। মশাগী ঈকাইখুম্নবা মাঙহল্লবনা হজৌকী মতমগী লেমজনবনি। পৃথিবী অসিদা লাক্লগা মশাগী ঈকাইখুম্নবা মাঙ্হল্লবা ঙমদ্রিবা মীশিং অদুদি অরা অনংতগী চৈক্ চাদুনা মতম কুইনগী ওইনা অসুম মরু লুহুনতা লৈরে। মশাগী ইজৎ মাঙহন্দুনা লন তানবা মী অদুগীদি মশান নাইদবা ঐশ্বর্য্যনা মাগীনি। মীওইবনা মরল মথুমতগী মঙ্ মঙ্নৈ। পাপ-পুণ্য, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম লৈবাকমচা তাবা-তাদবা নুংশি নুংওন অমদি নমথাক—পুম্নমক অসি ঐশ্বর্য্যগী মখোঙ্ খুম্না থাদুনা পুল্লপ লৈমিন্নথরে। অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্য অসিগীদি জাতকী বিচার লৈতে। মীনম-শোরিবা অমদি লৈবাক মচা তাবা, লৈথাতাবা অমদি অচুম্বা, নাপল তৌবা অমদি মী অমা ওইবা—অসি পুম্নমক মহাক্না পুল্লপ কোনশিনখরে। অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্য অসিতনা মিংচংনি, ঐশ্বর্য্যতনা মাঙ্-তাকবা মশক্নি।

অহরনা অমুক বাখল তৌদুনা য়েংলকই—মহাক্না অসুম পাঙ্চত চংলিবসিবু মকম কৈদনো? কদাইদমু মাগী লমথুংকম লৈবা নত্তে। লমথুংকম য়ৌনা চংনবদি কনাম্বু য়াওগ্রবগে? মহৈ তম্বা, শাবন তৌবা, জ্ঞান তানবা, লৈবাক মচা তাবা—পুম্নমক লমথুংকম অসিতমু লিনবা চাকনি; মশাগী ওইজবা থাদোকপা, অদুবা বাখল অমদি চাইক-পুকচেল চেনরিবা পুম্নমক অসিমু হায়রিবা লমথুংকম অসিগীদমক্তদি অহনবীদি কনিতবা লমথুংকম নত্তগা শনথুংকম অমতমু লৈজদে।

মহাক মথক্তা অমুব লোক্কীংলকলে। পুমিং কয়াবিমক্কবী মমাঙ্গী লৌমা অমু শঙ্‌বা কোংগোনগবা অপো অপোবা য়াম্ব মরনা য়াপি মকোক্তা ক্রন্ত ক্রন্ত তৌঙ্গনতা লৈরকলি। অওইবমক্তি ; হুক্তীক কাপগী মহে হৈরবা মী মথৈনা মথেত্র মথোমগী অতোনবা মতো, ঈকাইবা অমাপি অরা-অমং মতিবু থুমজিন্দুনা থরবগীবক হায়চংনরবা পর্মনশাস্ত্রী মক্তৈ লৌমরি। মহেমশিন হৈরবা অমদি মতান কংলবা সমাজগী মরক্তা থায়গী হেন্না মরাচেংনা লৈবা পোংশক্তি মশানা মশাবু মীনমজবা হায়বা অসি-ভনি। মশানা মশাবু মীনমজবা অমদি মশানা মশাবু থাজবা ভমজনবা। অচৌ অচৌবা য়া ভাক্তা ভাঙহনা মীগী পুক্কীং ওনহনবা হোংনরিবা অগুভবা মীশিং অগুদি মথন মথক্তবু মশানা কাউজনবা হোংনবদা মচাক মরল তুম্নশিংহনা মথুং হায়বা মীওই মক্তনি হায়বসি থঙ্‌শলবনি। মনুংগী করিম্ন য়াশুদবা-হামচংনরবা মীশিং অগুগীদি চীনকেন ফবতনা মথোয়গী অমত্তা ভায়জবা মরলনি। মীরমলেন অসিদা কাব্য অমদি সাহিত্য সেবাগী মিং থোনজিন্দুনা কায়দ্রবা বাহৈ অমদি থোম্থোক ভাক্তা লৈবা হোংনরিবা কাওবুশিং অগুদি লায়রবদা থম থেংনব অমদি পাথৈ লৈজরবা মীওই মক্তনি। মশা মনুংগী অমদি মপানগী অচীকপদুবু ঈরাঙ্‌ লাঙ্‌-হনবা থৌরাঙজরুবতনা মথোয় অতুনা মচাক মরল ওয় ভাকপনি। থায়দগী হেনবা কবি অতুদি মাগীনি হায়বা করিম্ন অমত্তা লৈজরবা মীওইনি।

মায়া খেঙ্‌থয়ক্রবা কাওবদা জহর অতু ভাকৌ ভাহো অসুম চত্তুনতা লৈরে। মহাক ওসিদি থায়দগী হেন্না শান্তি ফংলে—চানবা চীঞ্চাকী উপদ্রব অতুসু য়াওখিদ্রে। কদায়রাইদনো ভাইহাক্তং পোথাক্করগা ঈবায় লায়না অমুক চংপা ওয়গনি। মনাক মক্তদা ধর্ম্মশালা অমথক উবগী মহাক লেপলে। ধর্ম্মশালাদা লেল তিংদনা লৈকম কংইদি হায়রবু থোঙ-শঙবলাচংবা পুরমকপু বক্‌শিস পীবমক্তদা মমৈদদি য়ুমভাড়া তোবগী চাং অতুবগী কাওবা হেনগংলকই। হুক্তীকী মতম অসিদি মমল দান তৌত্তুনা দানগী মমল পীবা তাই।

তৌকয় থঙবনগী মহাক মন্দিরগী হোৎক থোক্তদা কাবংলকলে। মনুং অহু অত্নুংকী মতিক মী ইরম্ত্রে অমদি লাক্তনদ্রে মহুদি, চুরা

লেহ্নবা কাওবগী উপায় লৈতে। মহৌশাদগী হৌনা লৈপাক অমদি মুংচনা করিগীদমক লাইগী মূর্তি শানরক্লিবনো হায়ববু লৈপাক অমদি মুংগী থাওহৈবা ওণ চেনবতননি। অচওবা মূর্তি ওইরবদি পুণ্য ভানব-শিংগী অত্যাচারদা মহাক অদু ঙাওদুনা দেশ বাংমা লাম্নগদবনি। লৈপাক, নুং অমদি অয়েকপা লাইতনা মীওইবগী মশীং থীওমত্রবা অপওবা অপাম্বশিং অচুগী সাক্তানি। জহরনা অচৌকপা মকম অমা থিগে হায়দুনা চওশিনবা হৌরকলে।

তোইওমসুং মখোও থাংবা হেক হৌরকপমক্তদা ভুংলোমদগী কনানো অমনা মাগী মেংথংবা মখুং অদুবু ওম্বমথৈ কয়া পায়দুনা য়ায়রকলে। মমায় লৈথোরকপদা মহাক পূমওক ওকত্রে। হায়রকই—'নঙ ওইরে? হায়রুবদি কৈদৌরে?'

য়াথক্কা মচৌনবান মথাদা কয়া চীক্ক্লনা সুখলতাদু শোর থবেং থবেং হোজম্মী। মখুং অদু মহাক্কা হায়ওয়: অদুম্মক কয়া পায়দুনা লৈরগা নোক্কনা হায়রকই, ওহোক্কা য়ানা নওবু ফংলরবনি—কয়া য়ানা থিদুনা—' হায়না হায়না মমিং অনিমক্তা মপি তরং তরং চেল্লকলে। অমুক হায়-রকই, 'লম্বী নাকল অনিমক য়েংনা য়েংনা লাকলিবনি—কনাগী লৈরক-কোনশাং, দুকান-কৈথেল থাকলক্লুবনি—হজোক্কা নওগীদমক লাইমাওদা লাইপক অসি ওগায়রুরগে লাক্লিবনি।'

'লাইমাওদা? নওবু লাই থাজবরনে?'

'ইশাদা হিন্দুগী ঈ চেক্লিবসিদি! অবাবা মওমদদি য়োনা থাজকম থোকই। চংসি চংলো, অসিদগী মপান থোকখ্রসি।'

অনিমক লম্বীদা মপান থোরক্লে। সুখলতানা মাগী মখুং থাদোকপ-দদি মরৈত্রে; হায়ওম অদুম্মক কয়া পায়রি। জহরনা হায়রকই, 'নন্দোন-মচানা করি হায়রক্লে।

'ঐনা নিপামযুমদগী চেল্লকপদু মহাক হায়া থওলমলে। ঐবু মহাক্কা লৈকম পীরক্লোই।'

সুখলতানা অতোনবা মীনোক নোক্লকই। মথংদা হায়রকই, ঐনা হায়জবা হৌনবমথৈ কয়া হায়জরে, মমৈদ মমৈদদি মখোও পায়না মুক্লমলে, বাবা হায়, চেল্লকপী মুপীমু লৈহমুমবদি মাগী মিংচং থীগনি।'

জহরনা হায়রকই, 'নঙবু লৈকম পীরক্তনবগী অর্থদি, মহাক মশানা মশাবু ইকাইখুম্জদে অত্থুপা থাজ-অনম্থু লৈতে।'

সুখলতানা ঙাইগাক তুমিন্না অত্থুম চৎলবদগী হায়রকই, 'মত্থু হৌরবা রানি করে, চৎসি।'

লমীদা, মীরাম মরক্তগী থোরক্লগা মচি অমদা লৈরেথোক্লুনা মথোর চৎপা হৌরকলে। সুখলতানা হায়রকই, 'ইস, ঙাইহাক্কী মথাঙবদি ঐ অসি পুম্নম হেক মন্নুইদকো! কনমক লমকেং লমহাইবী অমা ওইদুনমু নুপী হায়বসিদি পাগ্নে অমদি হেক্তা মথিরে।'

জহরনা হায়রকই, 'ঙরাং অহিংদি নঙ মত্থু হায়রমদবা নত্রা? নঙমরুম শাথিবা অত্থুগা ওইরবা তানবা নুপীদি—থাদোকই সে, থুং পারগনু—'

সুখলতা থুং থাদোক্তে, হায়রকই, 'থাদোকলোই, থুং থাদোক্লুরবদি নঙবু অমুক কংলরোই।'

জহরনা মাগী মমান্ন তম্না য়েংলক্লবদা নুংশিবা মীনোক লোয়রনা সুখলতানা হায়রকই, 'নঙ নত্তনা হুপীক্তি করিগুম্বা ঐগী চঙকল অমত্তা লৈত্রবনি।'

জহরনা শাউনা হায়রকই, হৌনবী মতুং ইন্না নহাক উপন্যাসকী নায়িকা অমা ওইখৎলককেকো।'

সুখলতানা খুম্নকই, 'নায়িকাদুবুদি ওইবা য়াই অত্থুগা মত্থু কাবক-কাবকপা উপন্যাসকীদি নত্তে।'

জহরনা হায়রকই 'লৈবী চৎলিবশিং অসিনা করি খময়মগনি খঙবরা?'

'ঙসায়না খময়রবহুবো।' সুখলতানা নোক্নুনা হায়রকই, 'কুইখিন্নি, পাখংমচা অনিথক্লা ঐবু উরগা করি খনবনো খঙদে—ইতুং অত্থুম ইম-রক্লগী, ঐনা মায় ওহোক্নুনা লেপ্লগা নোকশিন্নুনা মথোয়দা মন্দিরগী লৈবী কদোমদনো হংখি। বস, মখা তানীংঙাই লৈতে। হুপীকী পাখং-মচাশিং অসিদি মথোয়দা নোক্নুনককা য়েংনুবা য়াবা পোং নত্তে, মথোয়দা মীংখিবা লোনচৎ ব্যবহারককা উৎলুনবা উপায়ত্থু লৈতে।'

'করিদি তৌরগী? মথোয়বু থুংলোকপী শায়রকপরা?'

নোক্নুনা সুখলতানা হায়রকই, 'য়াব নাম শোক্নু, ওহোক্লা হৌনরবা মশায় অমা শায়রগী।'

মী অদু অহননি, সুখলতাবু উবদা মহাক থাজবা অমদি সুংশিবা পোকখ্রে। মতুংদা, জগৎকী বাঙাও-শাঙাওদা মহাক পেনখ্রে।

জহরনা হায়রকই, 'অদোমগী পরিচয় হংজবা য়াগদ্রা ?'

হেন্দোকনা য়াই। ঐগী মমিং শিবপ্রসাদ ভট্টাচার্য্য কৌই। মন্দিরদা যাত্রীশিংগী পূজা তৌবী। অসিগা হেক থংনবা মনীং অসিদা ঐগী য়ুমনি। য়ুমশিং অসিদনা যাত্রীশিংনা ভাড়াদা লৈনৈ। ঙাইখো বাবা, ইমা সতীপীদমক ঐনা থৌরাঙ অপূবা লোইনা তৌগনি। য়ুম অসি-মক্তদদি মহাক্না লৈবীবা য়ারোইদ্রা ? লেপ্পনক মহাক্তি মন্দিরদসু অদুম লৈবীরুবা য়াগনি। লাউ ইমা চংসি।'

জহর অমসুং সুখলতা অনিমক য়াম্না নোম্লুক্না হৌগৎনরক্লে। মী অদুনা মাঙগী য়ুম অদুগী থোঙ হাংদোকলে। জহরনা মঙক থিংজিন্দুনা য়েংলকই, মনুংদা কাংথোন অমা অদুগা ফক্লাংদনা লকাং চুরবা কালিগী অয়েকপা ছবি অমা অসিদং নত্তনা অতৈ করিসু থোইনা লৈতে। ভট্টাচার্য্যনা হায়রকই, 'করিসু য়াওবিরক্তবা নত্রদো ? কৈ বাবা, য়াওদসনু, ঐনা পূমনাঙ লাঙগনি। অদু ফাওবতদি নথোয়—শং চংলুদ্রগা হং হেক হল্লকদবনি। আঃ, ইমাগী শক অসিমাক্ত লক্ষ্মীমক হেক মাল্লিদকো, ওয়োক্লসু নীংথিজপ্রেদা।' হায়না হায়না মহাক অদুম মপান থোকখ্রে।

সুখলতানা জহরগী মমায় য়েংলগা নোক্ত্না ময়ৈ শাংনা ভিংথোক্লগা হায়রকই—'মাঙলেদনাসিদে, নঙনা ভৌরিবসিবু করি মভৌনো' ?

জহরনা লোয়না হায়রকই, 'হিংনবা ফাওবদি হোৎনবা ভাইদনা ?'

'অসুম ভোনা হিংগদোবা ?'

'লৈবাক অসিদদি অসুম্না হিংবনা মরায়রবনি।'

মিনিট থরগী মতুংদা ভট্টাচার্য্য হল্লকলে। জহরদি য়াম্না নোমুক্না মতম অগদা থোঙজীন ময়াদা লেপ্ত্না লৈ। মানা হায়রকই, 'মন্দিরদা কমলবনিনা কীওৌদি শেংপা য়ায়রোই, মপান অঙাঙবা চনবা লেরুয়া অসিনা—সে ইমা, ফি অসি হোংদোকপিরো।'

মথুংনা ফি অদু লৌরগা সুখলতানা হায়রকই 'সিন্দুরককাদি লৈবীবরা বাবা ?'

মরা লাওনা কাথোক্ত্না ভট্টাচার্য্যনা নোক্লকই। হায়রকই, 'নঙগী

নচা অসিনু লপত্তবরনে ইমা? সিন্দূরদি অচুম্বক লোয়নবরুবনি।' হায়রগা মহাক্না চে মরোম অমা মাগী মখুত্তা পীরকলে।

সুখলতানা হায়রকই, 'অসুকম্ন য়াম্না তৌবীরবদি' ইরিক্ষ অমত্তুংগা পীখিন্দনা বাবা।'

'হুজীকমক পুরক্ক' হায়রগনা ভট্টাচার্য্য অহ্ চেনচং চংল্লে অমসুং মিনিট অহুমগী মনুংদা লেকন্না শণ্ডনা ইরক্ষি অমা অয়ূক পুহনা লাক্লে।

মখোয় অনিনা অহুম মপান্দা লেপশোরে। মিনিট থরত্তগী মনুংদা সুখলতানা লেকন্না মচুগী শাড়ী অমদি ইম্নফিনা মশা পুম্মক কুপশিন্নগা মপান থোরক্লে। সিন্দুর চাইশিন্নুনা মত্তম অগুদা লুমাত্তগী মশম মথে ইভাত্ত ভাত্তশিলহল্লে। নোঙ্হনা মহাক্না ভট্টাচার্য্যগী মখোত্ত মনাক্তা খুরুম্ন-রবদা মহাক্না হায়রকই, 'লাউ ইমা, লাউ, নত্তনা নীংবা থুংলসনু।'

ভপ্না ভপ্না সুখলতা লমীদা কুমশরক্লে। জহরবু কৌশিন্নগা হাইক্কেচ্চুং নোক্তনা য়াম্না হংগোইবা ফিবমদা ভট্টাচার্য্যনা হায়রকই, 'কম্মিনু থনবী-গনুকো বাবা, ঐখোয়গীদি মসিনা শিনক্ষমনিদো। শাড়ীগা ইরক্ষি অসিগগী ওইনা লুপা মত্তাদংগা অদুগা নোংমদা মথায় অমগী হাংদা য়ুম ভাড়াদংগা—'

জহরনা হায়রকই, 'ভশেংবনি, লেপ্পমক মহ্ ফংবীগনি।'

'হুজীকমক পারগত্রা বাবা?'

'কৈ, কৈ, হুজীকমক নত্রবসু য়াইদা, নত্তগী খুদোংচাবা মতুং ইন্না—অদুগা ঐগী ইথুং চম্নসু মরৈরিদনা।'

নুমিৎ তাশিল্লকলে। ত্তসি সন্ধ্যাদি থোরাত্ত য়াম্না চাউনা মন্দিরদা আরতি কৎকদোরি। মী-লোং, নিপা নুপী পুম্নপ চম্নেংনখিন্নুনা হুজীত্তগী হোনা লাত্তনবা হোরকলে মচি অমদনা কালী-কীর্ত্তন শকলি।

মহারাণীগী মভোত্তম মত্তক-বাংলা থাংগত্তুনা উইরুম ভোবা থ্যানগী মিংয়েং লোয়ননা লাক্তনা সুখলতা লেপ্পরে। মথায় মায়খোংগী অকোয়-বদা কোয়না ভানবা মত্তাপ—মমিত্তনা মর্শগী ওইবা অরংবা, মচীন-চীনবানদনা থায়দগী হেনবা লাইয়েকপগী তুজিনা লেকপা অত্তকপা মীনোক্তী লেখা—পুম্নমক অমিনা মাগী মশা অপূবগী চাংদমনীংঙাই নৈজবা মথোন-কাবগী নীংখিবদুগা তিম্নথিন্নুনা মহাকপু মশা নৈজনা মত্তিক-মত্তপ-চাউবী অমা ওইহল্লকলে।

ভট্টাচার্য্যনা কদাইদগীনো বোরোই মশা অকংবা পুশিল্লক্তনা মৈ হৌগংলরে। মৈ হৌগংলবদা কনাগুম্বা পাঙা অমদগী আসন অমা পুরক্তুনা ইমা সতীশ্নিদমক থারে। মনাক অগ্নমক্তদা জহর লেপ্লম্মী, মানা হায়-রকই, 'ঐ হজীকমক কোয়না পাউ চেম্বোক্ক্নগে, নহাক্তি অসুমক লেঙ-লমগনু বাবা। অহৃগা ঐগী লূপা অহৃগী রাকমদি—হে হে' হায়না হায়না মহাক চথোকখ্রে।

ভাইহাক্তংগী মনুংদা য়েংনা য়েংনা নিপা-নূপী মরাম পূনশিল্লকলে। মশক মতো চঙথোনবা, মথোন কাবী ব্রহ্মচারিণী অসিদি মো অমমুং লৈপাবী অনিমক্তা থূনাক মম্নি য়েংবা য়াম্না চুম্মী হায়বৈ। ভারত অপুম্বদা লৈরিবা তীর্থ পূমমক খুংনা কোয়ক্করগা মীনা চঙনবা গুমদ্রবা হিমালয়গী গুহা অমদা লৈবা সন্ন্যাসী অমদগী দীক্ষা লৌরগা লৈবাকী মী পূমমকপু য়াইফহনবীনাংবদগী মীয়ক্তা মহাক অমুক হন্না কাগুবিররিবনি।

অসুম অসুম মী য়ামথংলক্তুনা ঈরাও লাঙনরকলে। মীয়াম অহৃক্কী মরক্তা সতীদেবীমা কনানো অমদা 'কিরুণনু' হায়বা মতাঙম মথুং থাংগৎশিরকই। থূদক অহৃদা মঙক্তা ক্মি য়েংপা নিপা অমনা মপি তরং তরং চেল্লগা মীরক থায়হৃনা চঙলক্লে অহৃগা হেক চঙলকপগা অমুক পম্ববা তৌদনা ফুরিং-খাউদগী অনাময়েক অমা পুথোক্তনা দেবীগী চরণদা কংলগা দণ্ডবৎ তৌহৃনা খুরুম্নরে। জহরগী হৈশিংবা মতৌ ভবদা সুথলতাহৃ মপুক্নীংদা নোক্নীংবা ফাওক্লে।

পূম্নাও লাঙখ্রে। তিন্নরিবা মীয়াম অহৃনা ভক্তিগা লোয়ননা মকোক নোম্নুনা খুরুম্নমক্তসু নত্তে, লোয়না লোয়ননা দেবাগী মখোঙ থম্বালদা পৈশা মতেক, মপুম, মরিচংগী, অনা, শিকি অসিনচিংবনা ঈচেল লেম্না লৈতবমখৈ হৈথবা হৌরক্লে। অনা মমেক অমা কংলগা দেবীগী চরণদা ঈশাং শাংনা দণ্ডবৎ কংথিবা নিপা অহৃনা করিগীদমকনো খঙদে, অঙাং-মচাগুম্বা হীক হীক কপ্না হৌরকলে। মানা কপলিকহৃগী ওইরক্তা য়াম্বা মরমদি কনাগুম্বা অমত্তনা খঙনদবদগী মশাং লাকঙমম্রবা নিপা নূপীনচিংবা মীয়াম অহৃনা সতী দেবীগুম্বু অসুম মূম্না মূম্না য়েংনরগা হেক ফেক পৈশা কত্তনা খুরুম্নরিবা ওইরমাকে। দেবীগী মতিক মঙপবু মাগুইবনা কনিবু থঙবা হৌনবগে?

সেবীনা হৰীতকদা পেনখিরম্লাক্লে। মেঙুলবা বীনোক নোঙ্কনা নিপ্পা অদুগী মকোক্তা থোৎকবী মথুংনা নানবীরগা থোৎ-নোরবী থোক্লেকনা তাকপিরকই, 'য়াইকনসু।'

চৈরক অমিদা ভট্টাচার্য্যনা ম্যুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা হেক চৎখ্রি।

---

২

মী-পোং অমদি লিপা নুপী ময়াম অদু অসুম অসুম ময়েং তাশিল্লক্লুনা পুমতাক তাকগুবা মতম অহদদি অহিং ফনা য়াম্না থেঙজিনখ্রে। আরম্ভিগী শবীক মথোন লেপখ্রে, লাইশঙ থোঙ খিংলম্লগা পাগুা মথৈসু চৎনখ্রে।

কদাইদা কনাসু লৈত্রে হায়বা উরবদা হন্দক্তি ধ্যান থুগায়রগা সুখলতাদু লোম্না লোম্না নোকললে। অনকপা উথোঙ অমদা তাদুনা ফমগা জহর অদু হাইকেং উইথরম্বী, সুখলতানা ইঙ্গিত তৌদুনা থোৎনা মেঙনা কৌরকই, 'তাবিরিবরা?'

মখিং খংশিং শিংদুনা জহরনা কোয়রেং য়েংলকই। সুখলতানা নোক্তুনা হায়রকই, 'কনাসু লৈত্রে হক্তীঙ্গি হৌগৎলো।'

জহরনা হৌগত্তুনা মাগী মনাক্তা চঙলক্লে। সুখলতামা হায়রকই, 'চুমলুরিবরা নত্রগা করি খল্লুরিবনো?'

তুম-তুম খলম্মিবনি।'

'রাখল খল্লিবা মী অহদি খক তুম্বা হৌনদে। লোইশিল্লুসে, ময়ামমি অমুক্তা লেংদোকম্ব হৌগৎকে, ফম্বদুনা থোঙ শঙ্গীং হৌবনা লোইরে, পঙথরে। তল-খা অথুম অচাউশিং, লৈ অমদি ইশিং—অসুক্ক মায়বসিব্র কনাইদা পুখৎলোরিবনো? মপান সুঙাঙবা চনক্কা ঠ্রি-মপৈ অদু ক্লৌড—মুপা মুক্তা জবগে খিদুনকক্কা য়েংগদোরিবরা? পৈলা লীক্লোনী খুমমক রোথথক্লদা নক্লোক্লা অদুমক থমজিল্লু।'

জহরনা মাগী ময়াম য়েংলগা নোক্লকই। হায়রকই, 'অদুকহাক্লা ঐবু থাজকদ্রবসু য়াম্বদ্রা।'

'থাজক্লবগী য়া নত্তে, বাজনীংদনুনা তৌবনি। নিপা অমনা গিনি মপাক অমা কংলম্বনি, ময়াংনুগী মরক্তা খিয় য়াওরমগনি।'

'গিনি মপাক? সতী ব্রহ্মচারীণীগী ওস্তক—'

'সতীদা নত্তে, সতী শানুবা কমলাবী অনুগী মকাদনি। মুন্না য়েংহোই, গিনি কংপা নিপা অনুনা ওক্সিন ওক্সিন য়ামদ্রবদা তরারকতি কোয়রগা ঐগী খোঙ শোক্লা থুরুম্লম্মী, মানা ঐবু মিং উইশিল্লিবনি থনখিমাল্লে। খোঙ শোকচবতনা মাগা পেঙ্গবনি।'

জহরনা হায়রকই, 'নিপাদুন্না নহারনে?'

সুখলতানা হায়রকই, 'মপোক হোরমাল্লেদা, নহা ওইরবদি মীনমু চিংনগদবনি। চিংনিঙাই ওইনা চহি মতাং হোৱবা অনুগুম্বা মীওই অনুনগুম থোইনা চিংনমীঙাই মশক্তি। চংসি চংলো।'

'কদাইদবো? লৈফমদি?'

'ওসায়গী ভট্টাচার্য্যনা পীবা য়ুম অদো, মনুদবু লৈবা য়ায়োইদ্রনে?'

করিনো অমা খল্লগা জহরনা হায়রকই, 'নঙগীদি য়াগনি, নঙদি হৃজীক ভট্টাচার্য্যগী শেনগাউনিনা, অদুগা ঐগীদি—'

সুখলতানা হৌগত্তুনা লেপ্লগা হায়রকই—'কয়া ওক্লিবনোনেসে, নঙ লৈয়ো য়ুম অদুদা, কম্বলনা ইশা য়োমশিল্লগা ঐদি মাংগোন মচি অমদা অদুম্মক কুন্দুনা লৈজগে।'

'কম্বলনা য়োমশিন্দুনা? লুপা য়ায়া থোক্লবনিনা ওসিবুদি থরা হেয়া শারগনিদা। অহিংদা কম্বল অদু হকচাংদা পক্লমদ্রবদি তুমলিঙৈদা করিগুম্বা হকচাংদগী—'

'য়াওরমদ্রবসু' হায়রগা সুখলতানা মশাগী ইন্নফি অদু নীংথিনা ইনশিল্লকলে।

জহরনা হায়রকই, 'অদুম তৌরবদি ভট্টাচার্য্যনা অয়ুক ওস্তা হৌগংলকপদা উগনি, শক-চু হেনবী সতী দেবীনা মশাবু বাল্দুনা লময়ায়দা তুমলি অদুগা ভক্ত প্রহ্লাদগী গুরু ষণ্ড অমমুং অমর্ক মায়বা মথোঙ হুক্রবা মাষ্টার অসিনা মথনতা নুংঙাইনীংবনা ঈমুংগী কাংথোন অদু দখল তৌশিন্দুনা লৈরি। মদুদি ওইবা য়ারোই।'

অহিং লেঙথরে, সুখলতানা অমুক বাহৈ মথা শমথরকখিদরে, লুপা পশানচিংবশিং অদু ময়োম মচা অমা ওইনা পুনশিন্নগা জহরগা লোয়ননা মন্দিরদগী মপান থোরক্লে।" লম্বীদা কুমথরকপমক্তদা ভট্টাচার্য্যগা থেংনরে ; হোৎ হোৎ তৌদুনা মহাক মনুং চঙলম্বনি। হায়রকই, 'এ বাবা, থেঙমন্নরদুদা য়েংলুগে লাক্লিবনি—লাইবক ফবা ঐগী ইমানি, খোরাঙ 'পুথু লোইরম্লবনি, কনাগী তৌপকম' চা-কম পুম্নমক—'

সুখলতানা হায়রকই, 'লেঙশিনবীয়রকউ, ভাকচরমগে—অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক অসি অজ্ঞানা খোমজিনবীরগা য়ুমদা পুবীখো।'

জহরনা হায়রকই, 'মসি লেম্না পীজবা নত্তে, লম্মন শেংদোকচবনি।

মোমোন নোক্ত্না ভট্টাচার্য্যনা মন্দির মাংগোন কাথৎলক্লগা লৈরম-লিবা পোৎয়াম অদু উবদা অঙকপা অমদি হরাউবনা মথোঙ মরম খঙখিদ্রে।

ফিদগী-রোলদগী অমুক য়াম্না ফংলবা ইমা ? চান-থক্লবা অহাউ অথুম্না য়াম্নলিবা ? অসি পুম্নমক নহাক্তি করিসু অমত্তা লৌরোইদবা ?

সুখলতানা হায়রকই, 'হোয় লৌজরোই, ময়াম অদু ঐঙোন্দদি করিসু কান্নদে, অশুবা ফি লৈবীরবদি অনিদং পীবিয়ু। ময়াম অসিদি অদুম লৌবিখ্রো।

রাঙাঙবা থোক্ত্রবা ভট্টাচার্য্যনা অঙকপা ফংলবা নিপা-নুপী অনি অসিগী মমায়দা মুম্না য়েংলকলে। মখোয় অসিগী মপুক্লীং অসিদা লন্নাইগী ওইবা রাথল, অফা-অপুন অমদি ময়ুম মকৈগী রাথল অসি পুম্নমক করি অমত্তা লৈতবরা করিনো ?

জহরনা হায়রকই, 'ঐখোয় চৎখৎচরম্নগে, অজ্ঞাদি কোম্না লাক-পীরো। ভাশিন খোমজিনগনবা মীশিংদি তুংদা লাকপা হোনশানি।' চায়দুনা মখোয় অনিমক অমম্বা লম্বীদা অমুক কুমথরকলে।

ভট্টাচার্য্যনা হল্লকপা মতম অদুদদি মখোয় অনিমক মখোয়গী লৈকম য়ীদুনা চাবা থকপগী থবক লোইনরমলে। ঈমুংদা নম্বো-থাবো থম্নরগা হাক অমুক মপান থোরক্লে। হায়রকই, 'চাবা থকপা লোইরবরা মা ?'

সুখলতানা অহানবদা হাইরেং নোক্লম্লগা কোন্না হায়রকই, 'বাবা, বাবাবু অমুক হন্না বাহৌজনীংত্রে, লেঙবিত্রো, মহাক অসি ঐগী মান্না পাজবা মীশক্কি।'

অসিগুম্বা খোঙ্গেল অমদি বা ভাঙবগী মওঙ অসি ভট্টাচার্য্যদি ভাখিদবা মতম কুইখ্রে, অতোপ্পা ইঙ্গিত তৌদুনা মহাকপু অমুক খঙহল্লবগী কান্নবা করিসু লৈত্রে।—ফরে, ফরে হায়না হায়না মহাক্না য়েং-ওয় অনিমক্তা অমুক অমুক্তং য়েংলম্লগা অদুমক চৎখ্রে। তপ্না তপ্না হৌগৎখিদুনা সুখলতানা খোঙ অদু লোনশিল্লুরে।

ঈমুংদা থাউমৈ থাজলক্ষ্মী। অচৌবা কাংখোন অদুগী মচি অমদা কাখৎলগা জহরনা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা কমখ্রে। লারটৈন মঙান অদু থরা মমথহল্লগা সুখলতানা অপোবা গেরুয়াগী শাড়ী অদু হোংদোক্তুনা হায়গী ফি অদু শেৎচিল্লে ; মথংদা মৈঙান চাউনা অমুক লৈখৎলগা হায়রকই, 'কোক অসিনা সিন্দুরমঙনা হেক থোমলে। অমুক মায়া সিন্দুর অসিবু কোক্তগী কম্বোকহৌদ্রবদি হয়েংদি লমজাউ শোরোক্তা খোঙ থাংদুনা চৎপা ঙম্মররোই, কমদৌসিগে হা?'

জহরনা হায়রকই, 'পূমলো লৌথোক্লগে হায়বরা?'

নোক্তুনা সুখলতানা হায়রকই, মদুমকসু ঐদি য়াদবা নত্তে।

'নঙগীদি আপত্তি লৈত্তে, অদুবু ঐগীদি লৈ। নঙনা লৌথোক্লনি নকোক্কী সিন্দুর, ঐনা ভাগনি সমুদ্র ঈপাক!'

সুখলতানা হায়রকই, 'সিন্দুরসু মুত্তবা, নহাকসু অসুম লৈবা 'ওদি কৈদগী য়াগনি?' হিসাব লাল্লবদি ঐ খাঙবা ঙম্মী, শেরান্নবা ফল তাহল্লবগুদি খক খাঙবা ঙমদে।'

জহরনা হায়রকই, 'অদুদি সিন্দুর লৈরসনু ঐ চৎলগে।'

সুখলতানা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, 'নত্তে নঙদি লৈমু, সিন্দুরনা চৎখিসনু, সিন্দুরদগীদি নঙবুনা হেন্না ঐঙোন্দা কান্নে। হৌদুম হৌগৎলুসে, ফম্মুং অদু অমুক্তা নীংখিনা থাখিগে।'

জহর হৌগত্তুনা লেপলে। কাংখোন অচৌবদুগী মথক্তা ফম্মুং থানা থানা সুখলতানা হায়রকই, 'ভট্টাচার্য্যসে শিংথ্রবা জাৎনি, ফম্মুং অমনা অনি থোকপা হেন্দোক্না য়াগনি সে, ওসিদি ঈংবসু হাইফেংনা—'

জহর অদু নোকখোরক্লে। নোক্ল নোক্ল হায়রকই, 'ঐখোয় অসিমক্তি লেংনা লায়রগ্রবা জাং হায়বদু ওইরে, ঐখোয়গী লাইবক্তা নুংঙাইনা পোথাবা হায়বদু থক তম্লমদবোইরে।'

সুখলতানা মাগী মমায়দা য়েংলক্লবদা মহাক্লা অমুক্তা হায়রকই, 'হেম্না ঈংবা অহিং অদুদনা হিপফম লৈতে, হিপফম লৈবা নুমিত্তনা—'

সুখলতানা হায়রকই, মদুগী নুমিত্তনা লুপাগী মৈশা।' হায়দুনা গেরুশঙবা শাড়ী মচি অমনা মকোক্তী সিন্দুর অদু তক্কন্না মুথংলকলে।

কাংথোম মথক্তা জহরগী হিপফম শেমলে. মথংদনা লৈমায়দা মঙঙ অমা ওইনা মাগী কম্মুং ত্তিংথোক্কদুনা থারগা সুখলতানা হায়রকই, 'অমুক কৈদোম্বিবনো তুমলোদনা।'

হিপথরগা জহরনা হায়রকই, 'হিম্লবুদি চিপলেসে, অদুবু তুম্বা য়াগদবদি মহৈত্রে। ঐ ইথল্তা লৈজরম্লবা নত্রগা নঙ অসিনা তুক নিপা অমা ওইরম্লবা অদু-ওইরবদি ঙসায়না তুমথগ্রগদবা।' অমুক হম্না হায়-রকই, 'সমাজবু কিবসি নুপীদগীদি নিপানা খরা খিং হেল্লি।'

সুখলতানা হায়রকই, 'ঐবু উরগা নঙনবু মদুমক হেক থনরনে?'

'মদুমক ওইরম্বা য়াই হায়না শল্লি। সমাজ হায়বসি নুপীগী মফমদদি অকনবা য়েক্লবনি, লান তৌনরুরগা মায়থীবা কংগনি হায়বা খঙবদগী নুপীশিংনা মাগী মথা পোনবা য়ানবনি; অদুগা নিপাগীদি সমাজ অসি ভক্তি তৌনক্কমনি অমদি ঈকাই খুম্নকম মশক্কি। মরম অদুনা নুপীদগীদি নিপানা ঈকাইবা খঙবগী মমল হেল্লি।'

সুখলতানা হায়রকই, 'ঐদি লমকেৎ লমহাইবীসু নত্তে ঈকাই-ঈকি লাম্হোকপসু তৌগ্রি, সমাজবুসু থাদোক্ক্রি।'

'করিসুবুদি তৌগ্রিদা, অদুদা নহাক্লা সমাজগী মপুক্লীংবুদি শোক-হল্লিবা।'

'মথা তারকনু।' হায়দুনা সুখলতানা মাবু লাউহংলকই। হায়রকই, 'সমাজবু কোয়না শেম্নগে হোৎনরিবা মীশিং অদুনা মখোয় মশামকপুদি শেম্লকবা ঙমদ্রি। সমাজগী পুক্লীং হায়বা অমা করিসু লৈতে, পুক্লীংদি নঙগীনি; নিপা হায়বসিনা অদুকী মত্তিক পুকচেন চাউবসু ওইসনু, মশাদা চেল্লিবা ঈ অদুদদি মহাক মশাবু কনজনবত্তা খম্বুনা লৈ। অহিং

নোংমায়দা সমাজ তত্ত্বগী মরমদা থংনবা অমুক হৌরক্লগনু, প্রোক প্রোক-তুম চাক্লকই।' হায়রহুনা মহাক্না শাউনা শাউনা মমায় ওস্থোক্ত্না হিপঙ্গ্রে।

জহরনা নোক্ত্না হায়রকই, 'অদুবু, মসি ঐগী দোষতি নত্তেদনা।'

মাগী নেমথরক্লবা মথোঙ্গল অদু তাবদগী সুখলতাদু ওস্থোরক্তবা ঙমদ্রে। মমায় হাইগত্তুনা হায়রকই, 'করি দোষপো?'

'জ্ঞানগী মরমদা নৈনবসিবু হায়বা। মসিদি অশোনবা মীওইতগী কারবারত্থম ওইরমাল্লেদা। ঐনা সহায় উপায় করিসু উরক্তবা মতমদদি তত্ত্বজ্ঞানগী বা হেক্তমক নীংশিংলকই।'

সুখলতানা হায়রকই, 'অদুগা নুমিৎ খরগী মতুংদদি নঙগী দোষ অসিনা লায়চুহুনা ফিবম কায়হল্লকপত্থম য়ারি। অসিগুম্বা নিপাগী ফিবম কায়বা মতো অসিবু নুপীশিংনদি য়াম্না পামজবনি।'

জহরনা হায়রকই, 'নুপীদি নিপাগী দোষ খুদীংমকপু লোইনা পাম-নৈনা! মরম অদুনা ফত্তবা মীওইতবু নুপীগী নুংশিজকম ওইরিবনি।'

মমিৎ ফাক্ত্না সুখলতানা হায়রকই, 'নুপীগী মিংদা অসিগুম্বা বদনাম তোরিবা করিগীনো? নুপীদি অফবা মীবু খক থাজবা ঙমদে হায়না নীংবরা?'

লেপ্পমক গুম্মী! থাজবতা? ঈকাই খুমনৈ অমদি ভক্তিসু তোই। অদুমদি ওইরগা পীক্লবা ঐগী বুদ্ধিনা খনবদি—নুপীশিংবু ওৎপি নৈবীবা, অরাবত্ত পীবা, কপহন-লাউহনবা, অমদি ইজ্জৎ থম্বীদবা অদুগুম্বা নিপাশিং অদুবুত্তা মপোয়না নুংশিজে। লমচৎ নাইদবা, শাগী লীচৎ চংপা, পুক্সিগী মমল খঙদবা, তোঙমদবা লৈতবা অদুগা লাকঙমদবা, চংনলোনসু য়াওদবা অদুগা মথোঙসু হুক্ত্বা অসিগুম্বা নিপা অদুবুত্তা নুপীনা পামজে।'

সুখলতানা নোক্লা নোক্লা হায়রকই, 'কৈ, পেম্নবা হায়জো, বেরা লৈজে। নুপীগী অপাম পামদগী মরমদা পাঙন কাজিগুম হেক হেক রায় তাথোকপসিনা হুজাক কালগী ফেশননি।'

'নত্তবদে, ঐনা বৃন্দাবন চংলুবদা অমুকখক নুপী অমবু উখি। মতম খরা মুম্না য়েংলবদা উরকলে মহুদি, নুপী অদুগী মঙণ অমা অমসু চেক্লম্বা ওইসনু, মপুরোয়ববুদি মানা খক নুংশিরমদে। মপুরোয়বা অদুমক্তি

থম থেংনা লৈবাকমচা তাবা মীনি—মশক কৌজে, মরল মথুমসু মরৈজে। অদুবু মুমিং হেক খুদোংগী থংনবগা চৈনবগভা তোহ্নুনা লৈ। নিপা অহুগী পভি লৈজে, খাঙজবগীসু ঙমথে লৈখিদে। অহুম ওইনমক নোংমগী নুমিংত্তি মহাক খাঙথবা ঙমখিদে, নুপী অদুবু ধমাধম মুথরে। অহুগুম্বা চৈম্ফ অহুমক্তি বাঙালী নুপীতনা খাঙবা ঙম্মী। পুমঙক ঙকগ্রহ্নুনা ঐ লৈবাক অদুবু অহুম্মক থাদোক্লমলে। অহুদগীদি কলিকত্তাদা নোংমা অমা অমুক ঐগা কোক থেংনররে। নিপাঙ্নুনা ঐবু কোহ্নুনা মযুমদা পুখি। হে হরি, অংক ঈমুং মগী লাঙলম্বা মতৌ অহুদি কদায় ? মচা নিপা নুপী পোক্তুনা নুংঙাইরেমথে—'

সুখলতানা হায়রকই, 'হায়বদি নম-হাহ্নুনা পামহল্লবা ?'

'ঙম, অহুমক্লিদনা, নমথুহ্নুনা হেক্তমক। নুপীগী মশাবু অমসুং মপুক্লীংবু ওংপা নৈবা ঙমজদবা মখোয় অহুদি নুপীবু মশক মুম্না খঙজ্রিবা নিপা মক্তনি।'

সুখলতাহ্ নোকলকই। নোক্না নোক্না হায়রকই, 'নহাক নশাসু অদুম্না অহুম্মক খঙবরা ?'

'খঙবা খঙদবগী বাদি হায়রক্কনু, অখঙবা হায়বা অহুদি অপঙবা মপান থোকপগী ইতিহাসনি ; অতানবা ঐনা নুংশিবা হৌখিবা অহুমক্তি ইকাইনীংঙাই মশক্তি। মহুগী মনুংশি অহুদা থোকখিবদি, নুংনাঙবা থম্মোই, অশোনবা পুক্লীং, অমুক-নুংখিনগী অতনবা মঙলান, তৃপ্ত-মাদবা অহিং, শৈরেং ইবগী মযাই অমদি মিংকী পিরাং—অসিনচিংবা। ঐনা নুংশিবা মশক খঙখিবহুদি ঐগী পুন্সীদা অথাবা মায়হিং কাখিবগুম্মী।'

সুখলতানা ফাগি তোনীংলহ্নুনা হায়রকই ; 'কমদোনা অহুদে ?'

অহরনা হায়রকই, মতম অহুদদি অঙাংনিনা আ-নুপীবু য়োনা থাজখি, ঙমথে লৈতবমথে ঈকাই খুম্নখি অহুগা মশীং থীঙমদবমথেসু ওইন-চাউবা ওইখি। মাবু ঐনা লোয়না লোয়না পূজা তৌজখি। অহানবা নুংশি ইহুনগা মায়না হরাউ তুজুংবদি পুন্সীদা অতৈ অমত্তদসু থক য়াওদে। মহাক অহুতনা ঐগী পুক্লীং আতিয়াদা থোকপা অমত্তা ঙায়জবা থবান্মী-চাক্তি, মহাক অহুনা মীরমলেন অসিদা ঐগী অভিশাপনি, লাইরম-লেনগীনা

লাইবকনি, মাগী লোক্‌-শয়ক্তবদু নীংশিংলুরবনি ঙসিসু ঐগী থম্মোই অসিদা থঙ থঙ শাউরকই।'

'অদুদগীদি ?'

'অদুদগীদি অদুম—। ঈচম চম্বনি. অইতদসু পঙথোক মথোকই। নুংশিনবদু অরেম্বা তাখি। ঐসু চে কলম পুথোক্তুনা শৈরেং ইবা হৌখি। লাইবক ফগুনা শৈরেংশিং অদু থাগী-চে-কোঙবা সম্পাদক-শিংনা লৌইনমক শেগায়রিবাখি, অদুনা হিংহৌরিবনি।'

সুখলতাগী অমুক হৌগৎলকলে, হৌগত্তুনা চৎঙগা থোঙ অদু হাং-দোকলুরে। অদুদগী লাউইম অদু অমুক পুথোরক্লগা মথাদা, হাংদোকলিবা থোঙ অদুগী মরা দা থম্লগা চঙলুনা অমুক হিপথরে। জহরনা হায়রকই, 'থোঙদি অদুম হাংদোক্লবা ?'

'হাংজসনু, থিংলুবগা কায়বা লৈতে।'

'থরদি কাম্লেদা, য়েংবদা কয়া নুংঙাইতে। অয়ুক অঙনবদা লৰ্খী চৎপা মী থাগেবনা—।'

'ভয়োক্লসু ভংৎঙ্গেদকো!' হায়দুনা সুখলতা অমুক হৌগৎখ্রে—'হাংদুনা থম্লবসু মাবু ঈকাইবা, লোনশিল্লুরবসু চিংনবিবা; কদোমদবু চৎসিবনো ?' হায়দুনা মতাক্লা খোঙনা অমঙং ভাশিল্লয়গা অমুক চঙদুনা হিপথক্লে। শেল ময়োম অদুবুদি মহাক থক কাউদে, মাগী মনাক্তা অদুম লৈরম্মী, মথৎ লামথোক্লগা ময়োম অদু মহাক্লা জহরগী মনাক্তা চইম্মারকলে।

'ঐদোম্দা পারমিশন করিগনো ?'

সুখলতানা শাউনা, হায়রকই, 'হূবাননা চঙলক্তুনা ঐগী থোঙজঙ মেৎলরবাদে ? হুজইক কনা হূরান-চাম্বী মতৌ অসিদবু ! থাঙমথক্তককাদি ঐ শিঙলী দ্রি ইবুংঙো। নঙনা থোকপা তৌজখো।'

'শেল অদু খিত্ত নঙ্গবনি।' জহরনা ডাইতাক রাখল তৌরে। হৌগৎলগা ময়োম অদু পুদুনা থোঙ-মনুংগী কাচিন অমদা মরুম থূপ্না থম্লুরে। মাগী কুটবুদ্ধি অদু উবদা নোক্তুনা সুখলতানা হায়রকই, 'মথোঙ থাংদোকপনা হাল্লবা ?'

'অদুনা মা চংলোইদোরিবনি। য়াম্না হেন্না চেকখিনমনবনা শেল-থুমগী শাঙনবা মরমনি।' হায়দুনা কৈজদ্দা পুপাচিল্লগা জহর অদু হিপথক্লে।

মমিং উইশিন্নহনা মখোয় অনিমক ভাইহাক অমুক হিপ্লরে ! মপানদা অমদি নকবা মকমশিংদা কদাইদসু মীচীক-মীরাউখোন তাখিদ্রে। কদাই-বাইদনো অরাম্লদা পোংলম্বা ষ্টিমারগী মখোল অমা হজীক লেপখিবদা মঙায়রি। তপ্না তপ্না সুখলতানা হায়রকই, 'নঙগা-ঐগা শক-খঙ-মায়-খঙনহনা বা-লান তুক ভাঙনবা হোরকপসিমক্তবু ওস্থোকপা মওঙ মতানি—পুমঙক হেক ঙকপা হায়বহনি। নত্তবরনে ?'

জহরনা তেম্মা খুম্লকই, 'অং।'

সুখলতানা হায়রকই, 'ঈখঙ হেক খঙনহোদবমথৈ খঙনরকপনি, খঙনদ্রিঙৈদা ঐখোয়গী করিগুম্বা থোরাঙ অমত্তসু লৈনখিদে, করিগুম্বা শৈহোনচিংবগী কাম্নবসু থোকখিদে, নত্রা ?'

জহরনা হায়রকই, 'পুন্সীদা অসিগুম্বা থোদোকসু মথোকই হায়বসি মপুন্সীদা অমুক্তসু থেংনরক্রিবা মী অহনদি ঐথোয় অনিগী হেক্তমক খঙনখিবা মতো অসিবু শাশিন্নবা তোকঙা ওইনা মমিত্তা উগনি, মসিবু মখোয়নদি খক খঙগদবা লৈতে।'

সুখলতানা খুম্লকই, 'নিপা-নুপী অনিনা খঙন-চান্নবা খরা খরা হৌগংনরকপা মতম অদুমক্তদা থেংনহৌরবদি খঙগদবনি মহদি, মখোয়গী মনুংদা করিগুম্বা মরম অমদি শোয়দনা মরৈরে।'

জহরনা নোক্তুনা হায়রকই, 'উম, মশাগী খুদোং চাবতমক লোবা বিধি কোবা লাইনা মতম অহদা মখোয়গী মরক্তা মহৈ মহৈ চিংশিন্নবগী নুংঙাইবহ্ হাপচিনবারকই। নিপামচা অহনা মশাগী শাথেক শাহন কয়াগা লোয়ননা মাঙদা অসুম চঙশিল্লি অহগা নুপী অহনা মখল কয়াগী ইঙ্গিত লোয়মনা অসুম অসুম নকশিল্লকই।'

'অহগা ঐখোয়দি অসুক লায়না খঙন-চান্নত্রিবসি কমদোনা ওই-খিবনো ?'

'মহগী মরমদি ঐখোয়গী কান্নবহ্ নুংশি নুংঙনগী নংখিদে, তিন্নবগী-দমকসু নত্তে, ঐশোয়গী কান্নবদি অমনা অমবু তুক খঙনবতনি। অকনবা নোংলৈ-নুংশিংনা হমলকপা উচেক্রা পাইরক্তুনা লুপথরক্লবা জাহাজগী মাস্তুল মত্তোন্দা কায়দোংলরবা মতম অহতদা মশোয়গী মরমদা খল্লু।—শকখঙনবগী নুংঙাইবা হায়বহ্ খঙলবরা ?'

সুখলতানা হায়রকই, 'ভত্তগী রা পুলিসতা্না নঙদি ঈরায় লায়বা রাক্ষম অদূবু কুপশিন্দুনা থমগ্রে।'

জহরসু নোক্লে। নোক্তনা হায়রকই, 'মহুগী মরমদি তুমনীংলকপা। তুমীংবনা মিং উইথরক্লবা মডমদদি মীওইবনা লায়না রা ওাঙবা কাউ-শিল্লকই।'

হন্দক্তি সুখলতাহ্ হরাউনা নোকথোরক্লে। হায়রকই' 'মহুমক ঐসু থল্লি। মখোয়গী মকাদগী থবক্তী মরম তাজগে ভোক্লবা মীশিং অহুনা হায়বদি—মখোয় অহ্ লৈবাক্তী অচৌ অচৌবা মতুং চেনবা অমদি জান লৈরবা মীওই মক্তনি হায়না হেক লোয়রো, অহ্ওম্বা মখোয় অহুনা ভত্তগী রা-ভমক তাহল্লকই। ঐনা খাল্ল, মখোয় অহ্ মিংকপ থোক্রবা ঙাংনি।'

জহরনা হায়রকই, 'ঐখোয়গী লৈবাক্তা মী মখল অমদি থক মিংকপ থোক্তে—মখোয় অহুদি কবিগী জাং অসিনি। তুমজবনা মখোয়গী নেশানি অহুগা মীবু তুমথহনবনা মখোয় অহুগী কারবারনি।'

মখোয় অনিমক অমুক তুমিন তুমিন লৈনগ্রে। ওাইহাক লৈরগা সুখলতানা হায়রকই, 'হয়েংদি মন্দিরদা অমুক কমহল্লররোই, কদাইদা চংকনি?'

জহরনা রাখল ভোরগা হায়রকই, 'ঐগীদি চংনবা মফম অমা লৈ. জুয়ার শায়বগী মকোন অমদা। চংলমদাইদা বক্শিস ওইনা লুপা অনি-দংদি পীয়ুকো, মহুনা ঐগীদি নুমিৎ তরামঙানি ফজনা চংনগনি।'

'তরামঙানি অহুগী মতুংদদি?'

'অমুক লৈতে ভোনীংঙাই মুড়ি ঙোবা নত্তনা।'

'নঙদি নিপানি, থবক থিবদা করিগী ফংদ্রিবনো?'

'মফম অসিগী বাঙালী মচাশিং অসিবু নিপায়া নত্তবরা খঙদে।' জহরনা হায়রকই, 'অহুম ওইনমক থবকপুদি থিরগা করিগী ক'লোই। করিওম্বা মথো অমত্তসু লৈত্রবা মী অহুগীদি লৈবাক্তী থবক লৈ। হন্দকমুক্তি পিকেটিং ভোরগা জেলদা চঙপে থল্লি।'

'অহুদি ঐবুসু থরা পুবীয়ু?'

'মফম অহুদা নঙগা ঐগসু পুমা লৈমিন্নহল্লবদি পুবা য়াই। মতম অসিগী সভ্যতা মতা অসিদি ওষ্মোক্লা হৌন-লোনচং খঙদে, জেল মনুংদা

নিপাগা নুপীগী থক পূরা নৈমিয়রহন্দে। মহাগী নিয়ম অদু নৈবা থোক্লবদি লায়না যরাজ ফংলমগদবনি।'

সুখলতানা হায়রকই, 'নিয়ম অদুবু নৈরম্লবদি মেল পূম্নমক অসি 'লুহো ফম ওল্লমগনি। খিৎ রারেম থোরেম তৌরক্লগনু সে ইবুংঙো। নঙনা নথগুম্বা খল্লি, ঐদি ওয়েং কদাইদা চৎকদোরিবনো হা অমুক্তা হায়মুনে?'

জহরনা হায়রকই, 'নঙগী নহনফম অদুদা—'

মখিৎ শংদোক্তুনা সুখলতানা হায়রকই 'খুদো' চাবা ফংবগা হেক্তুমক ইপুরোয়বগী মনাক্তা চংখিগনি হায়না খল্লবা শারিবরা? থনুং ফাওনা থাদোকবা মহাক অদুবু অমুক লৌশিনবা—করিবু রাক্তুনা? নুপীগী খায়দগী হেন্না আশা তৌনজফম ওইবা অদুগুম্বা মফম অদুদা ঐগী থম্মোই লেপ্পাক কাবনা চিংশায়রম্লবনি; খায়দগী হেন্না নুংঙাইজফম ওইবা মফম অদুদা হু তৌজিনরবনি।'

'অদুম ওইনমক, নুপী পূম্নমক্না মতাং তৌদুনা অমুম্বা ওসি যুম থাদোক্তুনা চৎনরবদি?'

'তাং নত্তে, ওৎপি নৈবীবা তকমল্লুননি। নপাংগল মথোনা য়াওনা মথোয়না থোকচরকপা ওয়বাদ হুজাক নুপী আন্দোলন অসি মথরায় পাল্লি তায়বা খঙগদবনি।'

নুংশা থীরম্বা কোকপগী য়ুর মচোন অমা তোন্দুনা জহরনা হায়রকই, 'ওকলে, অসুক লায়না নঙবু খঙবা ঙমগনি খল্লমদবনি।'

'কারম্বু লৈতবা ইচম চম্বা রা অসিবু খঙবদা নত্তম অমুপ চঙবকো?'

'ইচম চম্বগী মথক্তা অমুপকা মাংক মবোল মরোল কুপশিনরে মহুদি, গতি লৈএবা দুঃশাসন অমা রাবনা মমা ওংগি। অদুদি নহাক হুজাক করি তৌদোরিবা? চাকরি?'

'উম, চাকরি অমা ফিবা তাই।'

'জহরনা হায়রকই, অদুবু নথোয়না চাকরি থিববু থোরক্লবদি ঐথোয়-গীদি মহা অরাবনি। হান্নদগী তৌনা লৈবাকশিদা থবক ফংদবগী অরাবা লৈরক্লবনি, মহাগী মথক্তা নথোয়নগা অমুক যুকশিনবারক্লবদি মফম পূম্নমক্তা ঐথোয়দি মায়থীবা শোয়রবনি।'

'নখোয়গী নঙুণ লৈরবদবু করিগী—'

'ঐপোয়গী গুণবুদি শংবায় অমনি, অদুবু নখোয়দি নুপীনিদো। মীহাৎপীমক ওইরবসু নুপীদি য়ায়েনশঙদা থোইদোক্লা ঈকাই খুম্নবি।' নুপীতগী মীচঙদা লেপ্পা হায়রবসিমক্তবু মীওইবনা অা—য়েঁহেল্লোইঙেদগী অদুম্মক লোয়নরক্লবা পোৎ অমনি। নুপী অমগীদমক্তদি জাতি অমনা মাগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক শীজিন্নথোকখিবা য়াই অদুগা নিপা অমগী-দমক্তি মদু থক ওইদে। নঙসু মখঙলিবদুনি, করিসু লৈতবী নুপীগী মশক অমনা কুনগুবা শতাব্দীগী সভা-জগত অসিবু ঙসি ফাওবা শাসন তৌরি ?'

সুখলতানা হায়রকই, 'নঙদি শাসন অদুগী রাংমদা লৈরনে ?'

'লৈতে, ঐসু মদুবু ইকোক থোংনা য়ারিবা মীশক অমনি। অহিং ঈতুম চেক তুমদবমথৈ নঙনা চোইরোন লোল্লিবদু নঙনা নুপী ওইরম্ব-তননি, নিপা ওইরম্নবদি তুমদুনা ঙসায়না নোং ঙাক্লগদবনি। মদু নঙনা নুপী ওইবতননি, অসি নত্তবা অতোপ্পা মরম অমত্তা লৈতে।'

'অতোপ্পা মরম অমথক্তি লৈরি।' সুখলতানা হায়রকই, নঙদি থার্ড ক্লাসকী লেকচর পীবা মীওইশিং অদুদগীসু হেন্না তোইম্বে। শগোল হনুবনা চিংবা নঙগী গাড়ী অসিদি চৎপতবু হোৎপ্রবদি অমুক লেপঊ হায়বা থক য়াদে। নঙনা বা ঙাঙবদা ঐনা তাবিদ্রবা ফাওবদা নশা নথন্তমক তাজনবা ঙাঙই ; নথক্তা তুমিন লৈবা মতমদনা নপুক্লীংনা বা ঙাঙই। নঙ অসিদি বা-তগী নম্বোনি, রাথলগী লৈপুংনি, অতৈদি কারসু অমত্তা ওইদে।'

নোক্লা নোক্লা জতর অদু নাকল ওন্থোক্তুনা মমিৎ উইশিনখ্রে।

অহিং মমৈ ওইরক্লে। অরাপ্পা মন্দিরদা অয়ুক্কী সংকীর্তনগী শেংফাওবা মখোল অমা অসুম তাউদুনা লাকলি। অরেম্বা, কান্নদবা রামক্তা অসুম ঙাঙনবতদা অহিং হোৎনকম্রে অদুগা মখোয় মশাগী থবক্কী রাফমদি করিসু ওইহৌদ্রে, 'ওইহৌদ্রে হায়দুনসু মখোয়গী নুংনাঙবা করিসু লৈতে,' ঙাইহাক্কংগী মতুংদা ওইররগদবা মওঙ অদুগী রাথলনা মখোয়বু রানহল্ল-মংল্লে হায়বগী খুদম ফাওবা নিপা নুপী অনি অসিগী মমায় ফনমক য়েংদুনসু থঙনবা উপায় লৈরমদে। ঈমুং মচি অমদা থাউমৈ ফুং ফুং

ঙাক্লি, অমরোমদনা মীহুৎথোঙগী অহোবা কারক মচেৎ অহৗদা অমূক অঙনবগী আত্তিয়ানা খঙীক খঙীক অসুম ঙোথোরকলি। মৈমদদি থাউমৈ থাক্লিবহৗগী কায়বা লৈরক্তে, অমূক অঙনবহৗ গোঙজাউরোমদা চঙশিল্লকলে। সুখলতানা হৌগত্তুনা থাউমৈ মূখৎলুরে।

মৈ মূখৎলয়গা মহাক্না মীহুৎ অহৗ নীংথিনা হাংদোকলমলে। জহরদি করি অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে, মতম অহৗ মাদি তুমথখরে। মীহুৎ ময়াদা মমায় থয়্রবদগী সুখলতাহৗ অয়াবা অমদি চোকথরগা কোকখ্রে। নিংথম-থাগী অমূক অঙনবদা লিংপা নুংশিংনা চীং চীং লাউরি, অপাবা লৈচিন ময়ক ময়ক্তসু য়ায়া থাপ্লা মতাক্না উবা ফংলি। সহরগী নিন-খোংবদি মতম অহৗ কাওবদসু মিংকপ থোক্লক্ত্রি, মমিং কুপ্তুনা মায়কৈ অদোমদা য়ুয়া য়েংলগা সুখলতানা অমুত্তং খল্লকই, নুংশাগী মৈশানা চাকথেক্লবী অমদি হিংননবা লানকম চঙবদা রাজরবী শহর অহৗগা, অমকপা চেল্লবী অমূকী শহর অসিগা কয়াগী মতিক খেয়রিনা। ঙসি অহিং মশা চোক-থক্লরবদগী হৌগৎলকপা নীংথিজরবী মৌ অমনা শেংনা মশা ঈরুজথোক্লগা পূজা অর্চ্চা কৎননবা আসনদা ফমলবা মাল্লি। মমায় মায়থোংদনা অরংবা মঙান, মমিত্তনা ওইথোকখিদ্রিবা তেজ। সুখলতানা ঈমুন মুনব-মখৈ অসুম্না মায়কৈ অদোমদা য়েংহুনা অহৗম লৈরকলে—মমৈদদি ইথু থুনা মমিৎ অনি অহৗ তুম্নাংবনা অসুম অসুম অমূক ফাজিল্লকলে।

জহরনা মিকপ থোরকপা মতম অহৗদদি নুংশা ফনা য়াক্লম্লে। মহাক মমিং নোইনা নোইনা হৌগত্তুনা ফমলে। সুখলতানা লৈমায় মথক্তা কাম্ব থারগা মকোক-মরু পুম্নমক ফিনা খুমজিন্দুনা তুমলি। মাগী য়াম্নবা মশমশিং অহৗদি উফুন য়াইফুন তৈরি। থোঙলোমদা মহাক্না য়েংথোরকই, করম্না মতমদনো চৈরক অসিদা ঈমুংগী থাউমৈ অহৗ উথিদ্রে, ভট্টাচার্য্যহৗ শোয়দনা লাক্লগা তারে, মখোয়বু কৌরমদনা থাউমৈ অহৗতা পুহুনা চৎখ্রিগনি। জহর নোক্লকলে। অদুবু, সুখলতানা লৈমায়দা হিপলম্বনা ভট্টাচার্য্যনা চিংনবদগী মশাবু লায়না কনজরে। নুপী হায়বা অসিমক্তবু চিংনবা লম্বী থেদোক্তুনা চৎপদি য়ায়া হৈ।

অমূক তুমথবা য়াদ্রে, করিনো থোয়াঙ অমদি তোদনা তোকপা য়ায়বনি। অহৗগা মসিবুদি জহরনা করি হায়না কৌগনি? মাদি য়ায়া

মথোঙ হুক্তে, মাদি মপুক্কীংদা নুপীগী মমিং খক কাউদনা থম্বা ঙমদে। লৈ, উৎৈ, ভুরেন, উপাল, লাইনুপী, মীওইবগী অথোং-অমেঙ শিনফম কয়ামরুম, মহৌশাদগী ফংবা ধাতুগী মথল মথেল অমদি মশক-মচু অসিন-চিংবদগী লোতুনা অয়াম্বনা নুপীগী মমিং থোয়ে। অদুবু, নুপী অসিগী মমিংদি করি ওইরিগবা? থম্না থম্না অহনা মায়কৈ মরিমক অসুম য়েংলকই, করি অমত্তসু নীংশিংলকপা মরেখিদ্রে। 'তারিবরাও—' অসিন-চিংবা হায়দুনা কৌবসু মঙোন্দা মতা অমা ওইনা থোকই। মহাক্না কম্না কম্না খোদেমলে অদুবু করিসু তাবা লৈতে। মীহুখোঙগী থোঙনাদা মখুৎনা দং দং থীল্লে, অদু কাওবদসু তাবা মরেত্রে, হায়ঙম অদুম্বক নুপীদুগী মনাতোন্দা থর থর হায়না নাখোকলি। উপায় লৈমল্লক্ত্রদুনা অহর অদু তৌফম খঙলক্তে। অদু কাওবদা মমিং অদুতদি মপুক্কীংদা মক্কাওরক্তে।

খঙতৌদনা মহাক্না মপান্দা মাংগোন্দা খাজিল্লিবা নাথল অদুবু উবা ফংলকলে। নাথলদুদা পুল্লখা অপীকপা পজেং অমা নাম্থোক্ত্ননা য়াম্থরি! থুনা চত্তনা মদু মহাক্না লৌথোক্ত্ররে। অদুদগী লাপ্না ফম্মগা য়াম্না চেকশিন্না মহাক্না সুখলতাগী মশাদা অমুক অনিরক চক-চক থিল্লকলে।

চৈনা থিনবদগী সুখলতাদু মমিং শিংলকলে। মমাঙ হাইদোক্লগা হৌগত্ত্না ফমলে। হায়রকই, 'কৈদোরিবা হায়দুনো 'দুবো? করি লৌশিংনো 'দুদে? চৈনা থিল্লিবসিবো, শোক্লবদি কয়দৌনি?'

পজেংদু হুন্দোকপ্লগা অহনা হায়রকই, নুপীগী মশাদদি ঐ খুৎনা পাক হেক শোক্তে।

'কনানসু পাক হেক শোক্লবা লৈতে।' হায়দুনা সুখলতাদু তং-শাং তৌনা শাউরকলে।

মতমদি অসুম অসুম থেঙজিল্লকলে, নুংশানা মায়কৈ মরিমক তাউ-থোকহল্লকলে, মসিদগীদি মীগী মমূমদা মরম চাদবা লাবি তৌশিন্নুনা মতম হেন্না লৈবা খক য়ায়ক্লরোই। সুখলতানা হায়রকই, "চৈনা কক্ কক্ থিজ্জলদি হৌদোকপীরে, হকীক করি তৌবীগদোরিবনো তৌবীরো।'

অহনা হায়রকই, 'তৈরারী লোইশিল্লু।'

'ঐবুদি তৈন্নাবীদা অহুম্মক লৈ।'

মতম অসিমক্তদা ভট্টাচার্য্য লাক্তনা থোঙজীন্দা লেপলে। হায়-রকই, 'করিনো অহুদে, মতুদি য়ারোই, ব্রাহ্মণগী য়ুমদগীবু চাবা থকপা করিসু তৌদনা চৎখিবা হোনদে। অয়ুক ঙন্তানা চাক থোংগৎহনগ্রবনি—'

সুখলতানা হায়রকই, 'অজ্ঞা ইবুংঙো, অদু পূম্নমক্ত করিগী তৌবীরুরি, অয়েম্বদা অজ্ঞাবু বাহল্লুহনা—'

'করিগী য়াবনো ইমা, অসিগুম্বা অসিদি ঐগী ইথোনি। ইবুংঙো, নখোয়গী ট্রেনদি করম্বা মতমদনো?'

জহরনা হাররকই, 'পুং তরামাথোই মথায়দনি।'

'এ অহুদি হেন্দোক্লা নংখিগনি। হুজীক নখোয়গী ঈরু মায়থজনবা থোরাঙ তৌরুখিগে।' হায়না হায়না মহাক মনুংলোমদা চেনচৎ চৎখ্রে।

মানা চৎখিবা লম্বীদা চেপথহনা য়েংলগা সুখলতানা হায়রকই, 'আঃ— হিংলেদনা।' হায়হনা মহাক নে তাবগী অশাংবা শোর মহোম অমা হোন্দোকচরকলে।

জহরনা নোক্তনা হায়রকই, 'হায়রম্লিবহনদি হুজীক্কিদি নে তারেদনা।'

সুখলতানা হায়রকই, 'হুজীক্কিদি হায়বা? নঙগী নপুক অহুদবু হোয়েনগী আশা-ককাম্ন তৌজবা শারিবরনে?'

খোঙ্গল নেমথনা জহরনা হায়রকই, 'অয়ুক নুমিদাংদা খুম্না অমমমদং চাজবা ফংবদি অহুক হাক্লা চাউবা আশা নৎত্রেনা!'

মচীন্দা করিনো মখোল অমা থোকহল্লপা সুখলতা অদু অহুম তুমিন লৈখ্রে।

ভট্টাচার্য্য মহাশয়গী অতিথি সেবা লৌবা ওইনা মতম চানা মখোয়না ঈরুজনা অমদি চাক-চাংগী থবক লোইশিনখ্রে। জহরনা মুন্না খন্থহনা য়েংলকই, হৌখিবা থা হরুক অমগী মনুংদা মহাক অমুক্তসু অসুক পেন্না চাজবা ফংলক্রু। মুম্বাল্লিবা ঈমুংদা চঙলকপা ওইবনা মখোয় অনিমক য়াম্না চীংলেম্বা শাহনা অমুক অনিরগুগী তেন্না রা লান ঙাঙন-খিদ্রে। অমনা য়াম্না থাজনীংঙাই ওইবা ওজা ইবুংঙোনি অহুগা অমনা গোপালপুরগী সাক্ষাৎ লাংনরিবী দেবীনি। সুখলতানা অহনবা অমদি

অথূবা শাড়ী, ফুরিৎ অমদি ইম্নকি শেং ইন্দুনা নোকক্নেং নোককেং তৌনা মায়থোং মকারাম্না মপাম থোরকপা মতম অঙ্গদা পূম্নমক্না মঙোম্না ইঙক শক্না য়েংনরকলে। অঙকপা দেবী মূর্ত্তিগুম মহাক থোরকলি। জহরনা তাঞ্জা অসিবু নাম্বোকহনবা তৌথিদে, মনাক্না চঙশিল্লগা নোম্বগ্রনা য়াম্না ভক্তি তৌনা মাগী মখোঙগী উফুন লৌরকলে।

সুখলতাগী মায়থোংদা ঙাঙ্‌নবা মচু অমা ফাওথি। থুনমক মহাক্না জহরগী মকোক্তা মথুং শক্লগা মাগী মকল ওইহনবীনীংদুনা অথোংপা অথুম্বা খোঞ্জেলনা হায়রকই, 'মাষ্টার মশাই, হন্না হন্না ঐবু ইরাল লঙশিনহনবীরে—ঈথক্কী অহন্না অসুম তৌনা থুম্না উফুন লৌবিরসিনু—'

জহরনা হায়রকই, 'ওইসনু, ঐদি অতোনবনি—'

নূপীমচৈসু মহৈ মহৈ ঙম্না খুরুম্নরকলে। ঈমুং অসিগী অমদি পা-রাং থংনবা যুমগী নূপী অহুম মরিনা সুখলতাগী মথোঙ ময়াদা লূপা অমমম কত্তনা খুরুম্নরক্লে। নোজুকপা খোম্বাঙনা সুখলতানা হায়রকই, য়াম্না ফংলে, য়াম্না পীনবীরে, ঐদি মসিগী মতিক চাজদবনি—মাষ্টর মশাই, প্রণামী অসি লৌশিনবীয়ু।'

য়াম্না থোশাদনা জহরনা লূপাশিং অদু লৌখংখরে।

ভট্টাচার্য্য অদু মাঙদা চঙশিল্লকই। সুখলতানা হায়রকই, 'হজৌক থুম্না-উফুন পীনবীরসি বাবা!'

'মাঙজেদনা, অদু হায়গৈদে ইমা. ঐগী অপরাধ ঙমথৈ লৈত্ররোই। নঙ্গী কোক অদুদি অমগী মফমদা নোংনগদবা কোক নত্তে ইমা? নঙ্গুম্বী সত্য-সাধ্বী অমগী থুম্না উফুনন ঐগী ঈমুং অমদি মফম অতৈদা লৈত্রিবা ঐগী মরামতা পূম্নমকপু লানবিরবনি।' ভট্টাচার্য্যগী মমিত্তগী মপি শিম্বরকলে।

মাগী মথোঞ্জেন অমদি য়েনা থাজবা মপুক্লীং অদু উবদা মিংলুপ অমগী মতমদি সুখলতাগী মশা অপূবদু হায়কম খঙদবা লাঙতক্নবা মঙলগী তুজুংবা মথল অমনা রাই চিলহনখি। মাগী মমায় মতা অদু উবদা জহরনা খুংলৈ থুনা হায়রকই, 'হজৌক যাত্রাগী মতম ওইশিল্লক্লবালে।'

'লেঙ্‌লসি, মাষ্টারমশাই।' হায়দুনা নূপী নিপা মরক অদুগী

তপ্না তপ্না সুখলতানা খোঙ শানদোরকলে। বিদায়গী মগক ওইনা ময়াম পূম্নমকনা মাবু হোজঙ্ খোঙ্ ফাওবা থিন্দোক্লরকলে।

লখীদা কুমথরগা খোঙকাপ খরদংতা মচৎথোক্লিঙৈদা সুখলতাদু খংলেপ লেপখ্রে। হায়রকই, 'করিস্ চীথহৌদ্রেকো?'

খোঙকম অনি চঙশিল্লক্লগা জহরনা হায়রকই, 'খরদুম হেজিন্না পূরক্লবনি।'

'লুপা-শংবাদুদি নঙোন্দা অদুম্মক থমজিল্লুকো।'

খংপেক খংনা জহরনা হায়রকই, লুপা ময়োম অদুদি?

মঙোন্দা য়েংদুনা নোক্লগা সুখলতানা হায়রকই, 'হন্দোক্লম্লবা, চেল্লো থুনা—'

চেম-চেম্না জহর অমুক হল্লক্লে।

মতম অদু ফাওবদা মখোয়না চৎথিবদু য়েংদুনা ভট্টাচার্য্যদু খোঙজীন্দা লেপলমলি। হায়রকই, 'বাবা করিগী চল্লকপনো?'

'দেবীগী জগ তৌনবা মালা-থাউ অদু কাউরম্লদুনা।' হায়দুনা মহাক্লা ঈমুং চঙ্লগা থোঙ্ মরুমদা লোত্তুনা থমলিবা লুপা ময়োম অদু লৌক্লরে।

ভট্টাচার্যনা হায়রকই, 'গাড়ীদি শোয়দনা ফংগদ্রা বাবা?'

'হোয় অজ্ঞা, ঐখোয়না চক্রিমথৈদি গাড়ী থারেক্লই।'

'আহা! অদুরা, হোয়—সতী ওইবী অমা চৎকদৌরিবনিন্না।'

হায়রিঙৈ চৈরক অসিদা জহরদি হায়না লখীদা কুমথদুনা চৎখ্রবনি।

মখোয় অনিমক পূন্না অমুক লখীচৎপা হৌরকলে। ফিজেৎ লৈতেং ওন্থোক্লুনা মখোয় অনিমক মরক অসিদা য়াম্না লৈবাকমচা তাবা মীওই ওইনরক্লবনি। কদাইদা অমদি কদোমদা চৎকদগে হায়বগী মরমদা অহানবদদি মখোয় করিস্ খোশানখিদে। সুখলতানা হরাউনা হায়রকই, অফ-অকবা দুকান লৈবা মায়কৈদা চৎসি, ঐখোয় অনিগী খোংউপ অনিদং লৈক্লসি। ঐগীদি খুদোন খোংউপ ওইরবস্ য়াগনি। মথংদনা ঐগী পেটিকোট অমগা নঙগী ফুরিৎ অমগা লৈগনি। নিংথম খাদি লোইবু লোইশিল্লকলে, নঙদি পাঞ্জাবী লীংকেরদো?'

জহরনা হায়রকই, 'ভিক্ষাগী চেঙনি, মতৃগীবু অমুক য়াইকুপ য়াইরু-
য়াওবা য়াওদবা।'

'ভিক্ষা নত্তেয়ে—প্রণামীনে প্রণামী। ঙাইখো, ঙাইহাক্তা লেপখো?'

জহরনা লেপ্পবদা সুখলতানা লম্বী মথক অতৃমক্তদা মকোক নোত্থ-
রক্ত্না মাগী মখোঙগী খুয়া উফুম লৌখরে।

'মসিমক্তি ঐ কয়া ভাব তাদেকো?' পীশূম শূক্ত্না জহরনা মাগী
মমায় য়েংলকই।

সুখলতানা নোক্ত্না হায়রকই, 'ঙরাংদগী হৌনা ঐগী খুয়া উফুল
কয়ারক হয়া লৌগ্রবা? ঐদি নঙগা য়েংনবদা আ—মখাগীদি।'

জহরনা হায়রকই, 'ঐখোয় কনানসু কনাদগী হয়নবা নত্তে, ঐখোয়
অনিমক চপ মান্নবনি হায়বসি খঙজিন্দুনা থবনা মতৃদগী হেন্নতৃম ফৈ।
ঐখোয়গী ইরক্তা লৈনগদবা অতৃদি ভক্তিসু নত্তে, শ্রদ্ধাসু নত্তে, নুংশিনবসু
নত্তে। নঙোন্দগী হেনগৎপা ওইতৃনা নঙনা ফংলোইদবা মফমদা লৈবসু
ঐ পামদে।

'অতৃম ওইনমক চহিগী ঈকাইখুম্নবদি—'

'চহিগীদমক ঈকাইখুম্নগদবা নত্তে, মীবু মীনা ঈকাইখুম্নগদবনি।
চহি অহল ওইবা মী কয়ানা মরমচৎ ফজদে, অঙাং কয়ানা পূকচেন
চাউই অমদি মবুক ফৈ। ঈকাইখুম্নগে নীংবা মী অমবু নঙনা ঈকাই-
খুম্নবদা মতিক চায় চাদে হায়বসি হান্নরা য়েংখোকপা চুম্মী। ঐদি
মপূক পীকপা কনাগুম্বা অহল অমবুসু হেক্তমক তরাই তরাইনা অপমান
পীবা ঙম্মী।'

'ঙম্মোইরে? ঐদি ঙমদে! নুপীগা নখোয়গা থেন্নরিবসি মতাং
অসিরাইদনি।' সুখলতানা হায়রকই, 'তশেং তশেংনমক ঈকাইখুম্নফম
থোক্তবা মীশিং অদুবু উরগা ঐখোয়দি চেস্লোকই, অপমান পীরুবদি
ঙমদে। ঐনা নিপা ময়ুমদগী চেল্লকখিবা নুমিৎ অদুগী নোংমা য়াংলিঙৈদা
ঐনা ইপুরোয়বা অমদি ইনেম্বোক অনিমক্তী সেবা তৌরকখি। ইপুক্তদি
মখোয় অদুবু ভুক্তচরবনি অদুবু ঈকাইবা পীরুবদি তৌদে। নুপীদি
মীবু পাক হেক্তমক ঈকাইবা পীবসি থক ঙমদে।'

থলি অমগী মন্নুংদগী মপান থোরক্তুনা মখোয় লোয়োক অচৌবা তারকলে। হাইগৎলক্লবা নুংশা মঙাম্না কোকথক্তা য়াকৃনা শারি। দুকান অমবগী পান্না লৈহ্নুনা মখোয় অনিমক শায়না শায়না চৎলরি। লাপতক চৎলগা সুখলতানা হায়রকই, 'চৎলো, টেক্সি তোংসি য়াম্না য়াঙনা চেনগনি।'

'কদাইদা চংকদবা? ইডেন গার্ডেনদা?'

'নত্তে, চুম্না কোয়বনি। পঙকোয় হেক কোয়রগা লোইরেদনা।'

লম্বীদগী হরাগাড়ী অমা কৌশিন্দুনা মখোয় তোংখৎলে। ড্রাইভরবু অরাংপাংনা থৌনবা হায়রকই। কদায় তাম্না চংকদবনো মহুদি করিসু হায়বা লৈতে। গাড়ী চেনবা হৌরক্লবদা মখোয় অনিমক তুংলোমদা ঙাথহুনা নুংঙাইনা ফমখ্রে।

সুখলতানা অমুক্তং হায়রকখি। 'ঐখোয় অনিমক তুমহুম তুমথোকসি। মিংকপ থোরক্লগা গাড়ীদগী কুমথসি। হরাগাড়ী তোংবসি নুংঙাইত্রা?

জহরনা হায়রকই, 'যন্ত্র-সভ্যতাগী অথোইবা দান অমনি।'

মতম য়ায়া শাংনা মখোয় হরা তোংহুনা কোয়চেন চেন্নে; মরক মরক্তা জহরনা ড্রাইভরদা লম্বী তাকলি। সুখলতাদি ঙাথহুনা অহুম্মক মমিং উইশিল্লি, নুংঙাইখিবনা মাগী মায়থোং অহু নোকচবনা হেক হেক মকায়ামলি।

পুং থরগী মতুংদা মফম অমা য়ৌরক্লবদা জহরনা গাড়ী থামলে। হায়রকই, 'চন্দক্তি কুমথরো।'

খোয়রাঙ খোয়শাউননা সুখলতানা হায়রকই, 'নখোয়গী দোবতি মসিনি। অহুম পুমতাউ তাউথবা থক ঙমদে।'

অনিলক কুমখরে। জহরনা ফুরিংথাউদগী লুপ লৌথোক্তুনা গাড়ী ভাড়া পীথোকখ্রে। মহুগী থরচ মতা অহু থোইনা চাক্টদবা নংখিদে। শিৎ ড্রাইভর অহুনা চৎলমদাইদা মখোয়বু সম্লাম তৌরম্মী। লোঙ-লম্বীদা কাখৎলগা মাঙদা দুকান হেক্তমক লৈরে। জহরনা হায়রকই, 'মসিগী কৈথেল অসিদদি মগ মাঙখ্রবা ফাওবদা খিবা কংই। করি লৈনীংবগে হায়রো?'

মানা মানা লৈনগদবা পোং মশীং থানরগা মখোয়না দুকান অময়মদা চঙহনা লৈনরকলে। জহরনা থাজে, কলিকতাগী দুকান্দার-শিংদি থক মীনমদে, মরম অদুনা মমল তীক্রুবগী কান্নবা লৈডে। মপান্দগী চঙলক্লগা কলিকতাগী মীনি হায়না নাপল তৌহনা চংপা মখোয় অদুতনা মমল তীক্রুহনা লৈবাকমচা ভারবা দুকান্দারশিং অদুবু ঈকাইবা পীরবতনি। জহরনা খল্লি, তাইবঙ পানবদা খ্বায়দগী হেনবা জাতিদি লৈবাক অসিগী মাড়োয়ারী লল্লোনবশিং অসিতনি। খুজাই, কম্বল অমদি ছাতুদগী (যব নক্রগা চানা অঙৌবনা তকপা য়াম মখল অমা) হৌনা মখোয়না ঙসিসু লায়রয়বা ভারতবর্ষ অসিগী ইজ্জং ঙাকপিরি। থোইদোকপা মথৌমক লৈবা নক্রবদি মপূক্লীংতদা ওইরবসু মাড়োয়ারীশিং অসিবু থাগৎলুনবগীদমক মহাক্লা বড়বাজারদা কোরবা হেক হেক চংলি। নোংমদি মহাকপু ফূরিংখাউ-চল্লা মী ওইরবোই নীংদুনা গোয়েন্দা অমনা বড়বাজারদগীনা বরাহনগর ফাওবা মতুং ইন্ন-রকখি। মমৈদা অতেকপা য়ূম অমগী মনুংদা লৌংশিল্লগা মনীংলোমদা থোক্তনা জহরনা য়ায়্যা রানা উহন্দনবা হোৎনবা ভাখি।

ফূরিং ফিরোন-নচিংবা মরাং কায়না লৈনরগা লম্বীদা মখোয় অমূক কুয়রকলে। খজীত্তং অমুক চংলগা সুখলতানা খোঙউপ য়োনবা দুকান অমদা চঙগে তৌবদা জহরনা খামহনা হায়রকই, 'দুকান অহদদি নত্তে, অতোপ্পা অমদা চংসি।'

'কৈদোই? অমুক চাউবা দুকানবো?'

'মহুদা ঐ চাকৃরি তৌরম্মী।'

'চাকৃরি তৌরম্মে? খোঙউপ য়োনফমদবো?'

'চাকরিবু কৈদোই হায়বগে? ওইনীংবা ওইসনু।'

"হোয় অদুবুদি! অহক নুংঙাইবা চাকৃরি অদুবু থাদোকলিবদি করিগীনো? নুপী অমত্তসু খোঙউপ লৈবিরদবরা?"

'থাদোকপা তাখ্রিবসু মহুগীদমক্তনি।' জহরনা হায়রকই; 'থোই-দোকপা মরম অমদগী দুকান মপুবু খোঙউপনা থাখিবদগীনি।'

'খোঙউপপবু থাখ্রিবা, অহিংসাগী য়ুগ অসিদবো?' নোক্তনা সুখলতানা হায়রকই।

জহরনা হায়রকই, 'মতম অঙ্দদি ঐগী অহিংসা লৈরমগ্রি, ঈকাইবা পীবগী লম্মন শিংবনা অভ্যাস ওইনা ভোরম্মী।'

অতোপ্পা দুকান অমদা মখোয় চঙশ্রে।

কাঁসারিপাড়াদা লাক্লগা য়ুম অমগী থোংজীন্দা লেপ্তুনা জহরনা পুনা নীক্লগই। ওাইহাক কোথোক-কোশিন ভোনরবা তুংদা নুপী খোঞ্জেল অমনা মনুংলোমদগী খুমকই, 'হা কনানো?'

জহরগী ওইনা সুখলতানা খুমকই, 'থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ুবা?'

মিনিট অনিগী তুংদা থোঙ হাংলকলে। নুপী অমনা মনুংদগী মঙক থিনদোরকপদা শঙহোদনা জহরবু উখিবদগী মনুংদা অমুক লৈশিনশ্রে। সুখলতানা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকলে। নমস্কার তোরগা হায়রকই, 'ভাড়াদা য়ুম শাল্লোকপিগনি হায়না লাইরিক থেংপিরি। পুম্না কা-কয়া লৈবীবনো?'

নুপীদ্বনা হায়রকই, 'কা অনিগা চাকশঙ্ অমগনি। অদোমনা কা কয়া পাম্বীরিবা?'

সুখলতানা হায়রকই, অনি অহুমবু শুরবদি অহুম্মক য়াগনি। ভাড়া তোবীগদৌরিবদি লম্বীরোম থংবা অসিরা?'

সুখলতাবু মখোঙদগী মকোক ফাওবা লোয়না অমুক্তং য়েংলগা নোম্লক্লা নুপীদ্বনা হায়রকই, 'মনুংদা লেঙশিল্লগা য়েংবীয়ুদনা? পাম্বীবসু ময়াই; মতিক চাবা ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা?'

জহরবু ওাইরয়বা ইঙ্গিত তোরগা সুখলতা মনুংদা চঙশ্রে। নুপীদ্বনা য়াম্না হংগোইনা মাগী মতুং ইল্লকপা উবদগী হায়রকই; 'ঐখোয়বু অচৌ-অশাং ওইনা থনবিগনু, ঐখোয়সু ময়ায়গী মীওইনি।'

নুংশিৎ-নুংশা লাংবা কা অনিথক উবদগী হেক্লমক অপাম্বা পোকলে। পামলগ্না-সুখলতানা হায়রকই, 'ভাড়াদি কয়া ওইরবনো?'

অসিগুম্বা মীতা অসিতবু ফংননবগীদমক নুপী অদু মপুক্লীং লাঙ্-তক্লরম্মী। নুপীগী ফজবা মশকপু কল্লক-মিহৌ লোয়ননা নুপীনা ঈকাই-খুম্নবা অদ্গুম্বা মতৌ অমা লৈ। মহাক্না হায়রকই; 'মখোয়দি গুম্বা অক্নিসতা চৎনগ্রি, য়াচঙ্বদদি হন্নরকনি, মখোয় লৈরবদি নুপা কুন

হায়গদবনি। অদোমগীদি থরা তানা পীবিরবসু য়াগনি। লেঙঙনা লৈবীগদবা ওইরিনিনে?'

সুখলতা নোক্লকই। হায়রকই; 'মদুবু হায়বা ঙক্ষম থোকলিবা য়ায়া? মতুঙদা কারায় ভৌনতুনা য়ুম-ভাড়া লৌবশিং অতুদি মী নত্তে শিরবা ঝাংনি।' হায়রগা মহাক অমুকসু নোক্লকলে।

নুপী অতুনা তাঙ্গা অসিদা হংলকই, 'লোয়নবীরকলিবা অসিদি অা অদোমগী ইপুরোয়বনিদনা?'

হায়গী মীনোক অতু অতুম্মক তোকপা তৌদনা সুখলতানা হায়রকই, খঙবিরিবা অতু মঙায়।

অদুবুদি হোয়; হায়দ্রবসু অতুমক খঙবা পোংনি। অতুদি লেঙ-শিনবীরকলো, কা অসিদা লৈবিয়ু। মথোয় অতু হল্লক্লগা লুপা কুন অতুদগী থরদং তানবা ঐ হায়নজগে।

'লুপা কুন অতু অতুম্মক পীথোকপসু ময়াইদা, অদোমগী য়ুম অসিসু মফরি।' হায়তুনা মহাক্লা জহরবু কৌশিল্লুনবা মপান থোরকলে। পোং কোকথোং পুবা কুলি অমগা লোয়ননা জহরদি মতম অতুদা তুক্ক তুকাই চনবমখৈ লব্বা মথক্তা লেপলম্মী। চৈরক অসিদা কুলি অতুনা পোং কোকথোং অতু পুদুনা চেনখিবা থোক্লবসু মতু মহাক্তি করিসু খঙ্লরোইদবনি।

পোংকা লোয়ননা ঈয়ুং চঙলক্লগা জহরনা পোং-চৈশিং অতু থারে। পৈশা লৌতুনা কুলি অতু চংশ্রবদা সুখলতাবু মরুম অমদা কৌথোক্লগা নুপী অতুনা হংলকই; 'পোং-চৈ অতৈদি কদাইদা লৈহৌরিবগে?'

সুখলতানা হায়রকই, 'পুরক্লদৌরিবনি, মনাক অসিমক্তদা, ঐগী ইপামদা থোং-লোংপা লৈহৌরি। ঐখোয়দি ঙসি অয়ুক্তদা এলাহাবাদ-তগী হল্লকলিবনি অতুনা—'

'খংনতুনা ইপামদগী লাকপীরিবা ওইরেসে?'

'খংনবমক্তি নত্তে, চুয়গী লোন্দিন্নরক্তবতনি।'

সুখলতানা হায়রকই; অতুতসু নত্রি; মুপীদি মপামদা কুইনা খক লৈরোইদবনি। ইবুং-ইপুবাশিংগী মপুক্রীং অতু থারম্মিন্নকই।

'অচুম্বনি ভাকপিরিবগুমকনি। অদোমগী আ—বাবু অসিদি করি তৌবীরিবগে? চাকরিককাদি তৌদবরা?'

সুখলতানা হায়রকই 'চাকরি নত্তবসু মীওইবগী হিংননবা উপায় অত্তে লৈ। মাদি অর্ডারসপ্লাইগী থবক তৌই।'

নুপী অদু হন্দক্তি কয়া পেনফাত্রমাল্লে। মানা থাজে; চাকরিবু তৌরবা মী অদুদি মহৈ মশিন হৈবা অমদি মতিকচাবা মীওইবা থরদি মরাংলে। ওইনীংবা ওইরসনু; মনুংদা পাউ পীরুনবগীদমক মহাক অদুম চঙল্লে।

কা অনি তনা ফংবদগী হরাউবনা মকারামজরবী সুখলতানা ঙাইহাক অদুম হংগংহন্দা চত্তুনা লৈরে। ফজ-ফজবা লাই ময়াম থেত্তুনা কল্লাংশিং অদু ঈথন থলহনগনি। মানা অদুক হাক্লা ঈমুং শেম-শাবা পামলুবগী রাদি নত্তে, অদুমদি ওইরগা নীংথিনা শেম শাররা ঈমুংবু উজনীংবা ময়াই অদুদি মঙোন্দা মরাং কায়না লৈ। মাগী মত-তদি লেঙদনা লৈগদবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈতে, লেঙদবা নত্তে হায়বদগী পোৎ পুম্নমক্কী ফজবা নীংথিজবনা অসুপকী মতিক নুংঙাইহল্লিবনি। মঙোন্দদি, লেঙদবা অদুগা লোইবা নাইদবা নুংঙাইবগী মমল থক লৈতে, মিংকুপ অমত্তংগী নুংঙাইবত্তুনা মঙোন্দদি য়াম্না হেন্না চাউই। মহাক্তি ঙাইহাক্তগী খনবীনি।

অসোমগী কাদা চঙলক্লগা মহাক্না হায়রকই, 'হন্দক্তি নহাক পোত্থারো, কমলো। ঐ—কৈথেন্দা অমুক্তং লৈবা-খোংপা তৌরুথিগে। পৈশা-লীকোন থরদুম পীখো। লৈমায় মথক্তবুদি করিগী ফমলি ফম্মুংগী মপোৎ লৈরিবদুদি কৈদোনবনো? তিংথোক্লগা থাজিল্লোদনা, ঐসু থুনা মরাকনি।'

পৈসা-লীক্কোন পুত্তুনা সুখলতা কৈথেন কাবা চংখ্রে। কৈথেন নকই; অপীকপা কৈথেন মচানি। কলিকতাগীদি গজ চহুম থুদীংগী কৈথেন অমমম হেক হেক লৈ। কৈথেন য়োরগা সুখলতানা হরাই চেঙরাই লৈশিল্লে, ঈনশাং নাপী লৈরে, মরোয় মরু মরাংনচিংবসু লৈরে। অনোবা মুখান্দা চঙবা হৌনবা মপোৎ-মচৈ অত্তেসু মহাক্না কাউবা লৈখিদে। পোৎ-চৈ লৈবত্তদা মহাক্না হন্নীংখিদ্রে, পঙলৈদা লৈশিল্লে। পোৎয়াম

অহৢ পূনবা গাড়ী অমা ভাড়া তৌহ্নবা রায়য়গা হল্লক্নবা মখোয়গী থোং মপাদা থুংলরে।

গাড়ী ভাড়া পীখ্রে। পোং-চৈ পূম্মক জহরনা থাংজিল্লে। মন্তিক চাবা য়ুম অমদবু লৈরবদি সুখলতানা কয়াগী মন্তিক চাউনা য়ুথান হৈবী অমা ওইবা ঙমগদগে হায়বহৢ পোৎয়াম অসি উবদগী ইঙক ঙক্না জহরনা খল্লকই। মনুং চঙলক্লবদা সুখলতানা উবা ফংলে, মকক অসিদা জহরনা পূম্মক লোইশিল্লমলে।

ঙসায়মখৈদি কনানসু খম্নরক্রিবা অহৢঙবা য়াকম অহৢনা হজীক্তি অকিবা শকফম লৌহ্নবা মখোয় অনিগী মরক্তা লেপ্লরে।

জহরনা হায়রকই, 'পূম্মক অমত্তা য়াত্রে অহৢবু মথং তাবদি?'

সুখলতানা হায়রকই, 'মথং তাবা হায়বদি?'

'অসি পূম্মক অসিবু কৈদৌনবনো? করিগীদমক্তনো?'

সুখলতানা মীহৎকী মপান্দা ঙাইহাক অসুম য়েংহ্নবা লৈরকই। মাঙন্দা লৈরিবা য়ুম খরহৢগী মরক্তা হোৌবা জাম পান্বী অমগী শরুক খরা উবা ফংলি। নুংথিলগী মতম লোইশিল্লকলে—লেমহৌরিবা নুংশা মঙাল খরা অহৢনা হেক চৎখিবদা নিংথমগীদি য়াচঙবা মতম অহৢম্মক ওইরগদবনি। অদোমদা য়েংনা য়েংনা অপীকপা অঙাং মচাওম মহাক্না হায়রকই; 'তোয়নে, করি তৌনবনো হা? ঐখোয় অনিমক মায়কৈ অমম্মদা চৎনখিগদবা ঙাক্তনি। অসুক কুইবসি ঐদি করিসু হেক খল্লুদে।'

সিংক্লুপ অমত্ত অসিগী মনুংদা মখোয় অনিগী মমিত্তা থৌরাঙ পূম্মক অহৢ করিসু কান্নদবা অরেম্বা ঙাক্ত ওইরকলে। করিসু কান্নদবদা মখোয়না মতম অহৢক চঙনা অরেম্বদা করিগীদমক য়াক্লরিবনো। জহরনা সুখলতাগী মমায় পূঙয়ানদা মুম্না য়েংলগা হায়রকই, 'পুম্না লৈমিন্নবগী কৈফিয়ৎ করিনো নহাক হায়বা ঙমগদরা? করিগীদমক্তা খুরৌ চেম্নপ-দোৌরিবনো?'

মাগী মমায়গী শকফম অহৢ উরগা সুখলতানা হায়রকই, 'নঙগী নপুক্কীং অসিদি ওস্থোক্নসু মিৎশিং নাশিংখ্রেদকো' নুপীমক্তগী কাওবা হেল্লি।'

'মদু ইশানা খঙই।' রাকম অদু কোইথোক্লা জহরনা হায়থরকই; 'কা-হেন্না মপুক্কীং মীশিং-নাশিংবা মীশিং অদুদি মশানা মশাবু কাউথোক-খিদুনা কৈদৌঙৈদসু করিসু অমত্তা তৌবা ঙমদে। লাঙ্‌ঙকরবা নুংশি-নুংওন হায়বদু কল্লিনো, মশাগী ওইজবা য়াওনবা অদুঙ্গা কথোকপা মকথোক হায়বদুনা করম্বনো হায়বসি মথোয় অদুনা খক শেংনা খঙবা ঙমদে। খরগী মথৈদি মথোয় অদু মশাগী কান্নবা য়েংবা মীওই কৌবসু ময়াই। তরাই তরাইনা খক মথোয়গী খুজ্জী অদু কোমথোরকপা লৈতে; মথোয় অদুমক্তি য়ায়মক থোক্তানবীফম থোকপা মীওইনি। মদু ঐ ইশানা খঙ্‌ই।'

'নশাগী মরমদদি অদুদি মহাক থোইনা খঙবা লৈতেদনা?'

'করি অমত্তা হেক লৈতে। অদুম ওইনমক হায়গনি, ঐগী ইশা অসিবু ইশামক্লা থোশাবীবা খরদি মরাংদি। ঐদি অতোপ্পবু খক নিন্দা তৌনীংদে, ইশা ইথন্তবু নিন্দা তৌজনীংই। ইশা ইথন্তা নিন্দা তৌজরগা ইশাগী শেংদোকপা ওই হায়বসি শাস্ত্রদদি য়েক্লমখে হায়ববু ঐগী পুক্কীংদদি ইথুনা লৈ।'

সুখলতানা মা ঙাওগদবগী মমায় লৈথোরকপদা উরকলে, য়ুম্ন নুপী অদু লাক্লুনা থোঙয়াদা অমুক লেপ্পরে। অহরগী মনাক্তগী নুপা কুনখক লৌরগা মহাক্লা হৌগত্লুনা মাগী মখুত্তা পীরগা হায়রকই, 'ভাড়াদি হায়া পীথোকহৌবনা কৈ, অদোমগী খুদোং চানবা।'

নোককেং তৌনা য়ুম্ন নুপী অদুনা হায়রকই, 'ঐদি নুপা লৌবা লাকচবসু নত্তনা, অদোমথোয়গীসু চন্না অসিমদি ঐথোয়গীদা অমুক্তক হাপলগে হায়জবা লাকপনি। অদুদি চাক থোংনবা তৌজরগেদো?'

সুখলতানা অহর তম্না অমুক্তং য়েংলকই। মথংদা হায়রকই, 'অদুগী শরুক নোংমা চাক হেক কোথোকশিন্নু, ঙসিগীদমক্তদি ঐনা অমুম মতৌজবা ঙমগনি। চাকশঙ্‌দা লৈরঙ্‌দি লৈরিনিদনা?'

'হোয়, অনৌবা লৈরঙ্‌নি, নহান নোংমা অদুগং—'

'অদুদি য়াগনি।'

নুপী অদুনা চংলমদাইদা হায়রকই, 'মথোয় লাক্লগা য়ুমদ পীজরকে।'

কাক-কাক নোক্লুনা সুখলতানা হায়রকই, 'কাউবী শাকপিগনু, শোয়দনা পীকিন্নু, নত্রবদি ঐখোয় অহিং তুম্বা য়ারোইদোরি।'

মক্তু বা মীনোক্না মায়থোং মকায়ামহন্দুনা নুপী অমমনুং চঙলে। মাগী মশক ষ্টখিদ্রবদা অহরনা মাবু কৌহুনা হায়রকই, 'অশোমদদি কুবেরগী পুক্কৈ নত্তে হায়বসিমদি নীংশিংলিদনা?'

সুখলতানা ওনশিন্দুনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই, 'অওইবরনে?'

'উম, খরুংগী ঈশিংদি হৈদোকমনবদগী অসুম অসুম লোইশিল্লকলে। য়ুম-ভাড়াবুদি লোরে, অদুগী মথং তাবদি?'

সুখলতানা হায়রকই, 'অদুদগীদি, নহাক নিপানিদনা, উপায় অমা তৌদনা? নঙগী খাউ অদুদা কয়াদি লৈরি?'

'লুপা অনিগা অনা থরেদংগা য়াওরিবসিনা অরোইবনি। চংশি অসুম কোয়থোকলুসি, ঈমুংদতা অসুম লৈশিনবসি ঐ হৈনদে।'

'কৈ চংসি, ভাইহাক্তং কোয়-খোকসি। ঈমুংদদা অসুম লৈশিন্দুনা লৈরবদি নিপাদি মাথা খারাপ ওইশিল্লকপনি।'

অহনবা খোঙউপ অমদি তরু-তহেনবা ফিজেৎ-লৈজেং তৌনদুনা মখোয় মপান থোরকলে। চংলমদাইদা কা অনিমক্কী পুনা লোন-শিল্লমলে।

নুমিদাংবাই মতম অসিদদি কলিকতাগী শিংলী নাউরী পুয়মক ঈথক থকপা হেল্লকই। শহর হায়বসিমক্তবু ঈথক-ঈরাংনি। ঈথক-ঈরাংনা হুজীক্কী মতমগী অশেংবা মশক্লি। ঈথক-ঈরাং য়াওদবশিং অদুনা তুংদা অসুম শোথহোই।

"শহরদদি কনানসু কনাবু হয়া য়েংনদে—মরী-মতা লৈতে, মরূপ-মপিজা লিংদে" কলিকতা শহরদা লৈবা মীওইশিং অদুদি হিংদুনা লৈ হায়বগী মথৈভনি, মী ওইনদি হিংত্রবনি। পোংশক অনিথক্তি মকম অসিদা লৈতে মদুদি লৈপাক অমমুং তোবা-গুম্বা শক্তি। মকম অসিদদি লৈপাকসু শেলনা লৈরগা শীজিন্নগদবনি। লৈপাক্তা শয়-শোরুবা লৈত্রবা মীশিং অদুতনা শহরদা লৈবা মী অশেংবনি অদুগা মখোয় অদুমক্তি মীদি নত্রবনি। লৈপাকপু থাদোক্লবা মীশিং অদুদি নুংশিবসু য়াওত্রবনি।

মখোয় অনিমক লম্বীদা য়ায়ী তোনা তোনা অসুম চংলি। হন্দক মরক নুপী আন্দোলন তোবসিদগী ফংবা কায়বা অমদি, লম্বী-লমখাঙদা নুপীবু উরগা কনানসু হুজীক্তি ময়া-কাহ্না চাকনিবগুম য়েংহ্না লৈনরে। লম্বী লমখাঙদা নুপীবু চথোক-চংশিন তোবা উদ্রবা অহ্ঙবা লৈবাকী পাখংশিং অহ্নদি, চকচাংগী মাঙতাক্রবা ওইবা, লৃ-তোংনা শাবা মীওইবা চকচাংবু ঈখো-লাংবগী লাঙতক্রবহ্ মপৃক্লীংদা অসুম অসুম কমজিল্লকই। মখোয় অহ্গী মমিং-মপৃক্লীং অনিমকপু চয়া হেলহনমনবদগী অসুম অসুম চপশিন খুইজিল্লকই। জহরনা থাজে, নুপীগবু তিম-তোংনজবা কংলবদি অহ্গা মখোয়না পৃক্লীংগী থোনাতগা হাপ্লিরবদি লৈবাক অসিদা অকনবা পাখংলোন অমুকসু হেন্না থোকহনবা য়ারমগদবনি। নুপীগা তিময়জ-নীংবগী য়াখল অদুবু নমশিন ফাজিন্দ্রনা অসুম থম্বদি অহ্ঙবা পৃক্লীং অদুবু অকিবা অমদি অয়াম্বা মতোনা অসুম অসুম লাংগোয় চনশিল্লকই। নুপীগী মনীং তোনা মতোনা জাতিগী মশা অমদি মপৃক্লীং অনিমকী তীজেন-লায়চেন্দবগী মচাং খঙনীংঙাই মশক্লি।

সুখলতানা নোক্তুনা হায়রকই, 'নুপীশিংবু ঈমুংদগী হেন্দোক-হন্দবনা মীখা পোনবা লৈবাকীদি অকিবা কংলবা অভিশাপ অমনি।'

'মহ্গী মহৈদি কয়িনো খঙ্লবরা?'

'খঙই।' সুখলতানা হায়রকই, 'মহ্গী মহৈদি নুপী-হুরানবনি। ঙসি কাওবদা নুপী-হুবনা চংনবী ওইরিবা অহ্ঙম্বা লৈবাক অহ্নবু করম্বা মায় পান্দুনা সতী, সতী-ত হায়দুনা অসুক য়াংনা, থাংগৎনরিবনো, মহ্ ঐ খঙবা ঙমদে।'

জহরনা করিনো অমা হায়গে হেক তোরকপদা, সুখলতানা মখুৎ তিংথোক্তুনা রিক্সা গাড়ী অমা কৌরক্লে। ফুটপাথ (খোঙলম্বী) ময়াদা রিক্সা অহ্ হেক থারনগা মখোয় অনিমক কাখত্তুনা ফম্মিরে। রিক্সা চিংবা অহ্না শরীক খীংনা খীংনা মখোয়বু চিংহ্না চৎপা হৌরক্লে। অরাং পাংমা অসুম চংলি। নুংশা থিরপ তোনা জহরনা হায়রকই, 'খঙনা-চায়বা কনাগুম্বা মী থেংনরবদি?'

'কনাগীবো? নঙগীরা ঐগীরা?'

জহরনা হায়রকই, 'ঐগী খঙনবা মীবু থেংনরবদি পেম্নজনীংঙাইনি, অদুগা নঙগীদি ?'

'ঐগা খঙনবা মী থেংনরবদি ইরেম্না মমায় লৈথোক্তনা মরাইনা অদুম্মক চৎচখিগনি।'

য়াম্না থাপ্না চৎলগা মহাক্না গাড়ী থাম্লে। হায়রকই, 'লাউ, তঙাইফদ্রবা থবক অমা পাঙথোকলমখিসি।'

অনিমক গাড়ীদগী কুমথনরে। ওয়থৎবা লম্বী অমদা কোইনা চৎতুনা চাউরবা, ঈনাকখুনবা য়ুম অমগী মনাক্তা লাক্লগা মখোয়না মিৎকুপ অমত্তং কোয়েং কোয়েং য়েংলকই, অদুদগীদি রিক্সা ওয়ালা অদুবু ঙাই-হল্লমলগা চুমদ্রীং অদুময়ক মনুং য়োনবা য়ানশিনখ্রে।

থোঙশঙবনা মখোয়বু সলাম তৌরগা হন্দোক্তনা লেপখি। সুখলতানা জহরগা শাত্রাঙ অদুম লাকমিন্নতুনা মাঙ্দা লৈরিবা অচোবা বৈঠকখানা অদু তাম্না চঙলকলে। বৈঠকখানা হেক য়োরকপদা মশা শোবিং-শোবিং তৌনরকই। নাক-য়েংতা অচৌ-অশাং ওইনা তৌবা অমদি লাইরিক লাইগু হৈবা মীওই খরা ফমদুনা য়াম্না লাঙতক্লনা য়ুম্বু অদুদা য়েংদুনা লৈনরম্মী, অচৌ-অশাং নুপী অমবু খঙহৌদনা ঈমুং চঙলকপা উনবদগী মী অমা অনিদি চেয়ারদগী হৌগত্তুনা লৈথোক্লক্রে।

য়ুম্বু অদুনা হায়রকই, 'লেঙশিনবীয়ু, করি পাম্বীবা ?'

মখোয় অনিমক্না মাবু নমস্কার তৌরগা চৌকি চিংশিন্দুনা ফম্লরে। হেক ফমথবগা অহানবদা জহরনা হায়রকই ; 'ঐখোয়না লাকচবা অনিরক শুরবনি অদুবু উন্নজবগী খুদোং চাবা ইফং ফংজরক্তি।'

'ও—। তাকপিয়ু করি তাবপিনীবা ?'

নোল্লুক খোল্লেননা জহরনা হায়রকই 'মহিলা-সংসদ' কী মমিং করিগুম্বদা তাবিখিবা লৈরিগদ্রা ? খবর কাগজদদি মিৎয়েং তাবীরম্মু ময়াই।'

ভদ্রলোক অদুনা হায়রকই, 'মহিলা সংসদলা নত্রগা সমিতি হায়বরা ?'

'অয়াম্বনা সমিতিসু অদুম্মক হায়নবী। মহাক অসিনা মফম অদুগী সেক্রেটরীনি।' হায়দুনা মহাক্না সুখলতাবু তাক্লকই। মথংদা অমুক

হন্না হায়রকই, ঈনৌ নৌজরিবা সমিতিনি, মহাক্না নুপী থরতগা লোয়ননা য়াম্না রানা চৌগৎচরকপনি—থোইনা ফবা অবস্থা নত্তে, পুম্নমক মাম্না—'

'মকম অথুদদি করি তৌবীবগে?'

থোদেমথুনা মখোল শেংদোক্লগা বীণা মখোন্দগী হেন্নবী নুংশিরবী খোম্বাঙনা নীংথিবা মীনোক নোক্তুনা সুখলতানা হায়রকই, 'য়েংবীয়ু, নুপী মচাশিংগী এশা ফনবা চৌংনবা লাইব্রেরী থম্নীবা, শেন লোদনা মহৈ তম্নীবা, অগোই-ঈশৈনচিংবসু—'

'ও, কৈ, কৈ—'

অহনা হায়রকই, 'অবস্থা ফবীরিবনি, থরদং মতেং ফাংজনীংদুনা মহাক্না—'

ভদ্রলোক অদু হাইকেং নোক্লকই। সুখলতানা হায়রকই, 'য়য়ামগী আশাতনা থোনা হাপচদুনা লুরবা থোদাং অসিদা থোঙ 'থাংজিনজরুবনি, উৎসাহ্ অরদং পীনবীয়বদি—' হায়দুনা মতোন্দা অসিত্তম্বা মিৎয়েং থাজিনলকলে মথুদি, ভদ্রলোক অদুনা খজীত্ত ফাওবা মথুদা য়াদনা তোকপা ঙমখিদ্রে। হায়রকই, 'শেলগী- মতেং ফংলবয়ক্তদসু সমিতি অসি হিংহনববু ঙমলয়রনে ইমা?'

সুখলতানা হায়রকই, 'হিংহনবদি লৈবাক্কী নুপী মথৈগী মথৃত্তা লৈরে, ঐগীদি চুম্নতগী হপাংগলনা নোমজবগী মথৈতনি।'

'সমিতিগী চাঁদা ককাদি তৌনবরা?'

'হোয়, চাঁদা থর-থরদি তৌনজে, অদুবু মথু শীংথাবা য়াত্রবা অচম্বা মঙঙ্গীনি।'

ভদ্রলোকনা ভুয়ার চিংথোক্তুনা লুপা কুনমঙাথক লোথোক্লগা সুখলতাগী মথুত্তা পীরকলে। হায়রকই, 'ঐগী সু করি লৈতবা অচম্বা মতেংনি, নপুক্নীংদি থুংলোই ইমা। অদুম ওইনমক লাকপীনীংলবদি মতুংদা অমুক্তংগা হনবীরকথো।'

সুখলতানা তৌবীমল উৎপা ওইনা নমস্কার তৌদুনা হোগৎলগা হায়রকই, 'অচম্বসু ওইসনু, ওসি, অদোমদগী ফংজরিবা উৎসাহ মতা অসিদি ঐথোয়দা ওম্বোক্না চাউদ্রে।'

মখোয় অনিমক হৌগত্তুনা চৎনগদোরক্লে। ভদ্রলোক অদুনা জহরবু য়েংলগা নোক্লা নোক্লা হায়রকই, 'ইবুংঙো ঈবেম্মা অনিমক্লা সম্মিতিবু হিংহনবিনবা চোংথোকপিরিবোইরেকো।'

জহরনা নোঙ্লুক মীনোক নোক্লকই, মথংদা মখোয় অনিমক্লা মহাকপু অমুক হন্না ভক্তিগা লোয়নননা নমস্কার তৌরগা লৈরমলিবা মী পুম্নমক অদুগী মিৎয়েং মমাঙদা মপান থোরকলে।

রিকৃসা ডাইরমলি, মখোয় অনিমক কাখত্তুনা মতুদা ক্রক্ ক্রক্ ঈন্ননা কম্লগা হায়রকই—'যাঁহা খুসি সে চলো।' (নঙনা পুনীংবা মফমদা পুয়ো)।

সুখলতানা হায়রকই, 'লুপা চামরোমদি পীথোরকন্না খল্লুবনি।'

জহরনা শাউনা হায়রকই, 'নশক ফজে হায়বসিগী মরমদা নশা নথন্তা ওস্থোক্লা ভমথীনা নাপন তৌখ্রেদকো নঙসে।'

'অদুবু শানবরনে? তাইবঙপানবা অপুম্বু থানম্রিবা নঙনি, নশা-মকপু শেংনা অমুক্তা হায়য়ু য়েংসিনে?' হায়দুনা সুখলতানা অসিঙবা মওঙদা মঙোন্দা মমায় ওনশিল্লকই মতুদি, জহরনা মশাগী মমায়দা মাগী অশাবা শোরগী মনিল অদু ফংখি। মাঙদা লৈবা গ্যাসকী থাউমৈ অমগী মঙান্দা উবা ফংলে, নিংথমপ্রবা মতম অসিদসু সুখলতাগী মমায় মখজাউ অমদি মখোয়ীদা সাওদানাগী মতোঙম হুমাং মরীক মরীক কারি।

মীনিন-মীরাউখোন অমদি গাড়ীনচিংবনা ঈকুন-কুমবা কলিকতাগী লমজাউ শোরোকলোমদা জহরনা অমুক্তং লৈথোক্তুনা য়েংলকই, অমসুং অদোমদা অদুম্মক য়েংনা য়েংনা মহাক্লা হায়রকই, 'শোর অদুক চাউনা হোল্লিবদি করিগীনো?'

সুখলতানা হায়রকই, 'হুজীক ফাওবদা নঙগুম্না হুরান চীম্বীদা পাকা ওইখ্রিদুনা তৌরিবা ওইরমগনি।'

'মসিদি হুরানবা নত্তে, লন তানশিনবনিদনা।'

'ইস, লন তানবগীবু ধর্মগী লম্বী থক লৈতবরা?'

'করিনি হায়দুনা হায়ভবা শারিবনো?'

'লন তানবনা মায়কৈ অমগী রাকমনি অদুগা ধর্মগী লম্বীনা অমুক

অতোপ্পা মায়ৈক অমগানি। কনানা শেল তাল্লগা ভুম্মার শাগৈ, কনানা কেরানী ওই, কনা অমা মহিলা সমিতিগী মমিং শীজিনৈ।'

মাগী অঙকপা বাগী নাতৈ অদু তাবদা সুখলতাদু ফাক ফাক নোকথোরকই। জহরনা হায়রিবা বা-নাতৈ পুম্নমক অদুগী মরমদা মরৈ চথনবা য়াবনি অদুবু মরৈ তেক থিংজিল্লবগা মাগী বাঙাঙ নুংঙাইবদু হেক্তুমক মাঙখি। সুখলতাগী মপুক্কীং অদু মতম অদুদি বসতনা ঈথন থল্লম্মী।

অহিং অথেঙবদা মখোয় য়ুম য়োরকলে। চল্লক্লিঙৈদা মখোয়না টিকেট কক্লুনা থিয়েটার য়েংলকখি। থিয়েটারদগী মখোয় হোটেল অমদা অমুক চঙখি। হোটেলদগীনা অমুক টেক্সি রায়দুনা চল্লকখি।

সুখলতানা হায়রকই, 'চরাবু হেল্লুরবদি মীওইবনা অকংবা অমবু হেক্তুমক চায়।'

জহরনা হায়রকই, 'উম, কান্নবা কান্নদবা খঙদবমথৈ হেক।'

মমনা-মমনা ঈমুং চহুলগা মখোয়না থাউমৈ থানগৎলে। মৈ থাল্লগদি মখোয়না নীংশিংনরকলে, অচা-অথক টাক্লা অমুক য়াম্না লৈরিঙৈদা হোটেলদা চাদুনা লাকলিবদু হৌনদ্রবা মতৌনি। খরদং ঙনখৎনা হল্লক্লগা চাক থোংবন' ফরম্বনি। পোৎশিং অদুদি ঙসিদগীদুম কংশিনবা হৌরকলে। সুখলতানা মশা ঈচোক চোকথনা হেক্তুমক ঙেক ফমথখিবা উবদগী জহরনা ফম-থারকলে।

কা অসিগী কম থাবা লোইরম্লগা মহাক্ত থংনবা কা অদুদা অমুক চঙলে। কা অসিমনা অমদুদগী ফবা হেল্লি--ফবসু ফৈ, ফজবসু হেল্লি। জহরনা সতরঞ্চি অনৌবা অমা তিংথোক্লে, মথক্তা মোম্পাক অতনবা থাজিল্লে অদুগা শৃদোক্লবা ফিদক অমনসু কুপশিল্লে। মোম্পাক ফিদক থাবা লোইরগা ফৈজুপ ওইননবা কম্বল অদু থুপচিন্দুনা থমলে। পোৎ-চৈ অতৈ অদুনা নীংথিনা মচি অমদা লোইশিন্দুনা থমলে।

য়াম্না পামজরবা মওঙগী ফম অদু থারগা নোক্তুনা জহরনা কৌরকই, 'বা চায়গে তারিবরা?'

সুখলতানা হেগতুনা লাক্লগা কা অসিগী থোঙজীন্দা লেপ্লে। হায়রকই, 'মিং ফান্না কৌবদি কৈদৌই? ইমিং তাবিদ্রিবরা?'

'নঙগী নামিং অদুবু ঐদি শৃক্লীং হেক নীংশিংদে হায়।' জহরনা হায়রকই।

থাবদা ঙায়রিবা মাগী কম্মুং অতু য়েংলগা সুখলতানা হায়রকই, 'নীংশিংতুনা লৈকমসু থোক্তে, মরমনি মতু ঐগী শাশিন্নবা ইমিংনি। ঐগী মিংদি সুখলতা নত্তে।'

পুমঙক ঙক্লতুনা জহরনা মাগী মমায়দা তুমিন্না ঙাইহাক য়েংতুনা লৈক্লরগা হায়রকই, 'অদুদি?'

সুখলতানা হায়রকই, 'ওইদবা রা ঙাঙবনা ঐগী শাথীয়বা হৈলবীনি। ঐগী অশেংবা ইমিংদি শ্রীমতী হায়বনি।

'শ্রীমতী? ও—। ফজদবা মিংদাদি নত্তেদনা। নশাগা চুনবা মিং মতানি।' হায়তুনা মহাক্না থোইনা নীংথিজরবী, মথোন কাবী নুপী অতুগী মকোক্তগীনা মথোঙ ফাওবত্থ মমিং থিংনা অমুক য়েংলকই। খল্লকই, মী অমা খঙহৌদনা অনৌবা শকখম অমা লৌরকলে। জহরনা অমুক হায়রকই, 'অদুবু মিং পুমনকী মনুংদা লৈরিবদি নথোয় নুপী অমখক্তদনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মদুদি নঙগী তত্থনি।'

'তত্ত্ব নত্তে মরূপ, মসি অশেংবমক্নি।'

শ্রীমতীনা অমুক হায়রকই, 'নঙগী নমিংদি করিনো অমুক্তা তাগেদনা?'

'জহর।'

'জহর? জহর? হান্না খঙলম্বা থোক্লবদি ঐগী ইমিং হীরা কৌইদুম হায়জরমগদবনি।' হায়দুনা মৈঙাম্বা ওনশিল্লগা শ্রীমতীনা হৌনা নোক্লকই।

জহরনা হায়রকই, 'নঙগী মীনোক অসিদি তাবদা নুং ফাওবা হেক চেকশায়গনি শ্রীমতী।' হায়না হায়না মহাক মশামকসু নোক্তুনা অত্তোপ্পা কা অমদা চঙল্লে।

# ৩

অমূক্তা মখোয় অনির্মক কা অমমমদগী মপান থোক্লরক্লে। মখোয়না হৌদংলকপদদি ফনা য়াম্না থেঙলমলে, অসুকী মতিক থেঙলমলে মতুদি, থংনবদা লৈবা য়ুমলৈমশিংনা নিপা মখৈবু অফিস অমদি ইস্কুলদা থাদোক্ক-খত্না তপ্না ঈংনা ফমত্না য়ারী য়াতাই শানবা হৌরকলে। অসুম তৌমবু তূন্নবা মীওইশিং অদুদি মখোয়না তাইবঙ্ পানবা অসিদা লাকপা মতমদা করিগুম দায়িত্বগী পোংজুম কোকথোং অমত্তসু লোয়নরক্তমাল্লে হায়না খল্লি।

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হাইমা, নঙদি করি মতৃমনো? ঐত্তোন্দগী ফাওবা চেনবকো!'

জজহরনা হায়রকই, 'অহিং নোংশোয়রবা তূংদে, নোংঙাল্লমদাইদদা তূমথখি। ঈমুংদগা হেপুচিল্লে, অদুগী মথক্তা অমোনবা ফম্মুংসু অমূক— 'অহিং নোংশোয়বা ঈশাগী ঈ অসি মরেঙ্ মরেঙ্ হেক চংলত্না কয়া হৈমখিদ্রে।'

'অদুদি লমজাস্ত শোয়োক্তা হিপ্পবদি কৈদোই?'

অমূক্তং নোক্লয়গা জহরনা হায়রকই, 'কাংথোনগী অকনবা উবাক, লেগায়রবা অমদি মনম নমথীরবা বিলাতি কম্বল, নিংথম-থাগী অঙ্গাংমনা ইশা অপূম্বদা চাক্-চৌক্, চরা নামা হেন—অসিগুম্বা ফিবম মতা অদুদদি ঐ লৈত্তানা তূমজবা ঙম্মী। অমোনবা অমদি ফোঙ-ফোঙ শাবা ফম্মুংদা হিপ্পদা রুমদোনা নংগন্দা নূংজ্রেঙ চাইবগে হায়বত্ নূপীশিংনদি মত্তবু খঙ-হনবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে শ্রীমতী।'

'অদূবুদি নত্রবসু—।' হায়ত্না শ্রীমতীনা হাইক্কেং মোক্লগা অমুক হায়রকই, 'মতুদি চৈনবীনা তৌজবনি। নঙবূদি হায়বা নত্তেকো, অদুগা ছুইশিংগী মপূঙ্গদি খিবু তুমহনবা ঙম্বগী য়া লৈত্তবনি। ফত্তবা মপোক্লা য়োমত্না মরমচং শেমলকপা মীশিং অদুদি—'

'জহরনা হায়রকই, 'নঙদি তুমখিবরা?'

'করিগী তুমলোই। অমোনবা ফম্মুংদবু হিপচবা কংলবতি ঐগী ইশাদদি অহৎওম্বা শোবিং-শোবিং লাউনা হৈনদবত্থ থক তৌদে। করারক তুমথে, করারক মিংকপ থোকই—মত্ত্গী মশীং খঙদে। হন্নাউর্জাখিবনা কম্মুং পুল্লপ অদুবু কোন্সুনা চুপকে ফাওবা থনখি। অশেংবা বাদি করিনো হায়ববু, ঐগী ইপূক অসিদি লৈখোমওম্মী, অহানবগী ছাঁচা (উকম) থুগায়রগা অতোপ্পা ছাঁচা অমদা অবুক হেক্কা নীংথিনা হাপ্-চিনবা ওম্মী।'

খোয়রুম খোয়রুম তৌনা জহরনা হায়রকই, 'হোয়, অদুবুদি উরেদা।'

চেকশিন-হৌদবদগী শ্রীমতীনা বাহৈ অসি খঙহৌদনা হায়দোকখিবওম তৌগ্রমান্ত্রে; হন্দক্তি অয়াকপা খোনকমদা হায়রকই, 'উবীরবোইরে? য়াম্না শিংবীরিপোংনিনা?' হায়ত্থনা মহাক্কা মথুং তিংথোক্তুনা গামছা লাখলগা ফি শূবা চশ্রিন্ডৈদা অমুম্না হায়রকই, 'অত্থনি হায়ত্থনসু অসিমদি থক কাউজনু, য়েংঙোয়, নূপীদিনে মচান্দনা অমা ওাঙলগা মপুক্তদি মত্থগী ওন্নতৈনবত্থম থনবনি।'

মানা চংখিবা য়েংনা য়েংনা জহরনা লঙনরকই, 'নঙগী শাজং অমদি শাথেক অত্থ ফাওবদা নীংথিজ্ঞে শ্রীমতী।'

ঈরুজকম কা-মনুংদগী নুপী খোজেন অমগী ভাংথক নাইদ্রবা মীনোক্তমক তারকলি।

ঈরুজথোক্লগা শ্রীমতীনা তরু-তরুবা মপান অঙাঙবা চনবা শাড়ী অমা শেত্তুনা থোরক্লবদা অচীকপা অঈংবা মাগী শকফম অত্থ উরবা জহরনা হায়রকই, 'সিদগীদি চাক থোংলগদ্রা? বিলাতি খামেনগী অমুল তৌকো অত্থদে।'

ঈশূক শূকথনা শ্রীমতী অত্থ অতোপ্পা কা-দা চঙখরে। কাল্লদ্রবা মাগী অসিওম্বা অশূকপা মতৌ অসিদা নুংঙাইখৎলক্লত্থনা জহরসু থংনবা কা অত্থদা চঙলকলে। শ্রীমতীদি মতম অত্থদা মতুং ওম্থোক্তুনা মথুং নামনা ফক্লাংদা শোরগা মীহৎকী মপান্দা য়েংত্থনা লৈরি। জহরনা খোদেমত্থনা হায়রকই, 'ঈঙক হেক ওক্লত্থনা ঐ চেন্নক্লিবনি। বিলাতি

থামেন পল্লুবদগী করিগুম্বা নঙগী মমাঙ-থাগী হৌখ্রবা য়ারম নীংশিংলকপ-ককা লৈরবরা ?'

শ্রীমতীনা মঙোলোমদা অমুক্তং মঙক চাউরৈ লৈথোক্লম্লগা শককম হ৞িন্দুনা অমুক মমায় লৈথোকখি, য়া অমত্তা ঙাঙলকখিদে। পুকলো-পাম্লো শাউখ্রমাম্লে।

জহরনা হায়রকই, 'ফৈ, চাক থোংউ হায়বগীদমক শাউরবদি ঐনা অদুম চাকথুম চঙ্‌লগা··· অমুকথক তীর্থ চৎখিবা মতমদসু লমী পুম্নমক্তা ঐনা চাক থোংলগা চৎমিম্নবা মী মথৈবু হেক হেক পীজ-পীথক তৌরকখি। অদুগী মথক্তা হুজীক্তি সাম্যবাদকী য়ুগনি, মুপীশিংসু নিপাগা থোং মাম্নয়বনি—ঐ হেক্তমক থোংলুরগে।' অসি হায়দুনা মহাক মথম অদুদগী থোকখ্রে।

লৈয়ঙ মৈ থাগৎকে চেক তৌমমক্তদা শ্রীমতী চঙলক্ত্না মতুংদা লেপ্লরে। হায়রকই চাক-ঈনশাং অদু নথক্তগী থোংউ। ঙসি ঐদি করিসু চারোই।

'অদুদি করিগী ? মঙক লৈথোক্ত্না জহরনা হায়রকই, 'নপুরোয়বা লৈন-লৈনমক নহাক একাদশী তৌগদৌরিবরা ?'

শ্রীমতীনা হুজীক্তদা অশেংবা য়ায়ম অদু ময়েক লানা হায়দোরকলে, 'নঙগা ঐগা থক খোয়দা-লিন্দা তিন্নবা মারোইদৌরি।'

'ও, অদু ওইরে ?' রাইশংনা নুংঙাইজবগী অশাংবা শোর অমা হোল্লগা জহরনা অমুক হায়রকই, 'নঙদি পুকচেল খোয়জেন তিন্ননবতা ঙাইরমলিদ্বোইরে ? আইম্না য়াদবা মতিম অদুবু ক-দৌনা ওইফম থোক-লিবা ? আঃ—ঙসিদি ঐ তিংলেদনা।'

থোইনা নাচু'বা তৌদনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐদি হুজীকমক চৎলগনি।'

'কৈনা, ঐদি নঙবু থক পুন্দুনা থমদেনঃ ? নঙদি শোয়কনমক চৎলগদৌরিবনি। নঙদি হুজীকসু চৎকনি, তোরেনসু চৎকনি, নঙনা লৈরিবা অসিমক্তবু ভারোম্নবা মতৌতমক ওইগদবনি। মরম অদুনা ঐনা হায়জরি, চৎলমদাইদা ঐগী ঈথুং অমুক্তং চাদুনা নথরায় নুংঙাইনা চৎখো। কোবী-ফুল কমদৌনা থোংবগে হায়বদু য়েংগেরা ?'

'নওনা ঐবু ঈকাইবা পীবতনা চৎকদৌরিবনি।'

'ও—।' হায়রগুনা অহরনা মাগী মমাল্লদা য়েংদুনা অমুক হায়রকই, 'অদুগী ওইরেকো ? করি বাহৈদা মীনা ঈকাইনবগে হায়বদু ঐ খঙদে। নঙোন্দা য়ায়া পানগ্রবরা ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঈকাইবদু হুজীক ফাওবসু লৈরি।'

অহরনা নোকপা হৌরকই, খরদং নোক্লগা হায়রকই, 'হায়বদি ঈকাইবদু নথন্তগীনি, ঐগীদি নত্তে। ফরেনে, অদুবু, চৎলমদাইদা ঐগী ইথুংনা থোংবদু অয়ুক্তং চারগা চৎখিবদি খক য়াররোইদবরা ? ইথঙ্গী ওইনা অমুক্মক থোংলো হায়বরা ? ঈনশাংলিং অসি থুমথাক কয়াদি খঙলরোইদো !'

'পঙত্রসনু।' হায়রয়গা শ্রীমতীদু অমুক চৎল্রে।

অহরদি মফম অদুদা অদুম ভুমিল্লা ফমদুনা লৈরি। লৈরঙ মৈ হৌগনি, শোয়দনা চাক থোংগনি চাকলেন চা-বা অমদি পোথাবা ফংবা অনিমক্তী ভমদুনা থোক্তুবা অসিগুম্বা খুদোং চাবা অসিবু মহাক্না কৈদৌ-ঙৈদসু থাথোক্লমগদবা লৈতে। শ্রীমতীনা লৈত্রগা হিরম পুন্নমক্তা মাগী হৈনীংদবা পোক্কদবা অদুগুম্বা চিংনবসু লৈবা নত্তে। খোঙফম চোই-থোক্ররক্লবা গ্রহগী মত্তৌগুম্বা মখোয় অনিমক খঙবৌদনা মহৈ মহৈ থেং-জিনরখিবনি, অমনা অমবু থাদোক্ররবদা নুংসিং হুমনিগী মমাঙদা ওইরম্বা মাগী পুন্সি ঈচেল অদু নোংমগী মথংদা নোংমগী ওইনা অংম্বক অমুক হম্না চেন্থররগনি। য়াক্লা শারবা নুংশা মরক্তা কালকতাগী লখী লমতুপ খুদীং শেন্নবা ওইনা অমুক কোয়চৎ-চৎলরগনি, অথাপ্পা মীরৈবাক্তা—ঈশিংগী অথীদা, ওইনীংবতসু ওইসনু, মহাক্না মফম অমদা হেক্তমক অদুম চৎখিবা য়াবগী খুদোং চাবদু অমুক কোয়না অসুম খিররগনি, অহিং ওইরক্লবদনা অমখা মরক্তা কদাইদনে য়ারেকফম মচি অমগীদমক অসুম কোয়না খিগনি জুয়ার শান্নকমদা চঙলগা মীগী মশেল পুদুনা শেল তাম্নবা হোৎনগনি অদুগা হল্লকপা মক্তমদনা চাক্রিবী হনুবী অদুনা পুলিশ তাক্তনা ফাহনবীদনবগীদমক মঙোন্দা বকশিস পীরমগনি—অদুগুম্বা পুন্সি অদুদি মঙঙ অমা ওইনা মহাক্না শকখঙ মায়খঙনগ্রবনি। শ্রীমতীগা থেংনরবা মতুংদা মহাক্না শ্রীমতীগী মফমদগী নুংশিবা হায়বা পোৎলক

অহু ক্ষংগনি, নুংঙাইগনি নত্রগা নুপী অসিগা মহাক্কা পূম্না ময়ুম পান-মিন্নগনি—ভাইবঙ খোঙচং-তম্মিন্নগনি হায়বসি মিৎকূপ অমত্তংগী মতম কাওবা মহাক্না মপূক্কীংদা থক থনখিবা লৈরক্তি। অসিগুম্বা য়ুক্ষম য়াওত্রবা কাপিগী মশক অমদি মথোঙ হুক্রুবা অসিগুম্বা মতোদি মঙোন্দা থক য়াওবা লৈতে। হৌখিবা নুমিৎ খরনিগী ইতিহাস অদুবু অহরনা মপূক্তা থন্দুনা অসুম য়েংলকই—মখোয়গী মীনোক্তা, বাত্তী বাতাই, বাঙাঙ শাঙাঙদা অমদি য়েংনখিবা মরৈদা, লম্বীদা লমতূপ্তা—পূম্নমক্তা হেক হৌবদগী হৌনা অত্তম্মক অসুম অসুম শেংন-থাইনবগী মুরতমক তাদুনা লাক্লিবনি। রাকম অসিমদি থায়দগী হেন্না তংশেংবনি মতুদি, মখোয়গী মরক্তা অমগা অমগা শন্নবা করিগুম্বা থোং অমত্তা লৈতে, অদুগুম্বা থোং অগু লৈতবনা মরম ওইদুনা অফা-অপূনসু করি অমত্তা লৈতে, লৈবা নত্রগা চংখিগা হায়বসি অনিমক্কী মনীংনি, করিগুম্বা মিৎকূপ অমত্তংগী মনুংদা অমনা অমগী মনাক্তগী হেক্তমক মতম কুইনগী ওইনা অত্তম্মক মশক লোৎনখিবা য়াই।

অহর তপ্না তপ্না হৌগংলকলে, মথংদা অসোমদা চঙলকপদা উরে, মশাদা ইম্নক্কি অমা ইনশিল্লগা শ্রীমতা অহু চংননবা থোয়াঙ তোরমলি। ভুংলোমদগী মহাক্না হায়রকই, 'ফরে, নঙদি ঙসি নোং-হেক ঙানবদগী হৌনা চংখিনবা তাঞ্জা-ত অসুম থিরমলিবোইরে? তাঞ্জা অমুক ঙাইক্ক-মবমু ঈরায় লায়না হেকমক চংপা য়ারম্বনিকো শ্রীমতী?'

মঙক লৈথোরকপা তোদনা শ্রীমতীনা শাউনা হায়রকই, নঙগী বাহৈ থূদীংমক্কী ঐ পাউথুম পীবা ঙমদে।'

অহরনা হায়রকই. 'কৈ, খুমত্রবসু কৈদোবগে, অদুবু, কা অমা থম্না লৈশিল্লরিবা পোৎ-চৈশিং অসি নহাক্না চংত্রবদি কনানা কোকথোং নাহৌগনি? পূম্নমক অসিদি নঙগী মক্তনি। নঙতগী পৈশানা—।'

অম্নাকপা খোক্লেননা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐ করিসু পুত্তনা লাকপা নত্তে নীংশিংঙু। অএক হাক্না য়ুম্থাম্নীংবা ময়াই ঐঙোন্দা চেন্দে।'

'ঐসু চেন্দে শ্রীমতী—। চংখিকম থোক্লিবদি ঐনি। নঙ লৈহো, কন-হায়ত্তনসু পূম্নমক অসিদি নঙগীনি। নঙগা লৈমিন্নবদা নিনি-হুমনি অসি ঐ নুংঙাইনা লেনজবা ফংলে, ঐ মহুগী লম্মন তোল্লবনি। অহুগা

মতম খরদংতদি ঐবু ত্তাকপিখো, অদুম তৌরবদি চাক-চখোম মচা অমত্তং চারগা চংচখিবা য়াই, মথং নুমিং কয়ানি মরুমদি অমুক হন্না চাবা ফংলুররোই।'

হন্দক্তি শ্রীমতীদু মঙক লৈথোরকলে। হায়রকই, 'থোংথ-নোথশিন্নদুনা ঐবু য়াহন্নবা করিগী অমুক মোইথেম তৌবীরিবনো? পুম্নমক নভাংকী নভাং মক্তনি।'

জহর নোকথোরকলে। হায়রকই, অদুমক্তনা নঙগা ঐগা তিন্নবা য়াখিবনি। নুপীগী মপুক্রৌংদি মহৌশাদগী অদুম্মক তয়াং তশোয়গনি, নঙগীদি মদু লৈতে। নঙগী নশাদদি মৈথুগী অমম্বদগী মঙানগী শক্তা হেন্না লৈ।'

'ওকচরে, চীরোন-খারোন তৌদুনা কায়দে। ঐ অসি কয়বা মীওইনো হায়বদু ইশানা অদুম্মক শেংনা খঙৈ।'

জহর নোক্না নোক্না হন্নকলে।

য়ুম অমদুগী মো অদু মতম অসিদা সিঁড়ি মনাক য়েরোরক্লগী, জহরনা চংশ্রবদা মহাক মনুং চঙলকলে। হায়কেং নোক্তনা মহাক্না লুনা তিন্নবা মরূপকুম হংলকই; 'ওসায় অমুক লাক্তনা মুনা য়েংলম্নবসি, অদোমদি মতম অদুদা তুম্নমলি। ইমাইপেম্মা, অদুক থেঙলবা ফাওবা তুবকো?'

শ্রীমতীসু নোক্না নোক্না পাউথুম পীরকই, 'অদোম নত্তে, অদোম-খোয় হায়বিগদবনি। অচুম্বমক্তি, অমুক অমুক অসুম্না তুম্মী মদুদি, মিংকপ থোরকপদা নুমিং ভারমদুনা অহিংদুম ওইরম্বা য়াওই। তুমলিদৌদা অমুক তুমখুন হল্লিবা।'

মো অদুনা হায়রকই, 'হৃদীক ফাওবা চাক থোংবীদ্রিবা? অমুক থেঙলবদবো।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, পঙহায় মহায়বিরে, ফ্টোভ থাগত্ত্না হৃদীক্তা চানখিবদা মঙায়রি। চাক-ভি ঐথোয় খরা থেংলপ মথোংই। হৃক্তিকমক অমুক লৈরঙ মৈ হৌগংলুরগনি।' অদুমদি ওইরগা মপুক্রীংদদি মহাক মপুমথীংনা শাউনীংখি।

কোয়রেং য়েংলগা মখোন নেমথনা মো অতুনা লোয়া হায়রকই, ‘ঙসি অহিং অদোমদি তোংঙানবা কাদা হিপ্পিগ্রিবা করিগীনো ?’

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘তুম্ফম-কা অনিমক শীজিন্নবনা কৈ হায়দুনা তৌবনি।’

‘অদুগীবু তোপ্পা হিপ্পবকো ? তুম্ববু য়াবনে ?’

‘হেন্নদুম তুম্মী। ঈমুংদা নিপা থম্বা হায়বা অসিমুক য়াবৈরেচেনবা লৈতে। নুমিৎ খুদোংগীবুদি নত্তে, মরক মরক্তদি হেক হেক তোঙায়া তুয়ৈ।

অবেঙ-অবেঙ ঙাঙদুনা মো অতু অদুম্মক লেপ্তুনা লৈরে। হায়রকই, ‘অদোমগীদি ওঙ্মোক্না য়াই শংবীখ্রে, অঙাং নুবা চেনবা হায়বসিদি ওঙ্মোক্না থুরো চেনখ্রে।’

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘ঐদি অঙাংগী মমা ওইবককা পামজদে। পোক্তবনা হেয়া কৈ’ হায়দুনা মহাক হাইফেং নোক্লকই।

মো অতুনা হায়রকই, ‘অদোমগী নিপাদি ঙসি থবক চত্তবোইরে ?’

‘মাগীদি মরক মরক্তা চৎলগা লোইরে।’

ঈমুংলোমদা য়েংশিল্লগা মো অতুনা অমুক হায়রকই, ‘ওঙ্মোক্নসু চাইরেদকো। অদোমদি ইথত্তনিদো, মী অমত্তনবুদি কয়াবু ঙমগবনো।’

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘লোইশিন খর্মাজনবগী থবক অসি ঐনা তৌরবদি চওই হেক ওইদে। ঐ লৈবদি হৈ, য়ুমগোইবদি হৈনদে। চাং-পুবগী থবকসি ঐঙোন্দদি খোঙদা য়োহ্লিং থাংবত্তম থোকই।’

মো অতু লোকমি-নোকমি তৌরকই, ‘কয়গী নুপী হায়বগুনো অদোম অসিবো ?’

‘অশেংবত হায়জবনি।’ শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘মীরমজেন অসিদা ঐগী ইথোদি মতম লেনবা হায়বা অমিনা লোইজরে। নোংমা অমা হৌরগা অতোপ্পা নোংমা অমা অমুক লাকপা মতম অদুদা ঐনা কয়াংগা মতিক পেনজবগে হায়বতু খঙবিবরা ?’

মো অতু মপুক্লীংদা পুমঙক হেক ঙকই। অসিগুম্বা মথোঙ খঙবা নুপীগী পুক্লীংমত্তা অসিদি মহাক অমুক্তম্ থেংনজরক্তি। মখানগী মিৎয়েংদদি মথোয় অসিগী অরাংপা করিসু উবা ফংদে, তশেংনমক মখোয়গী

মরক্তা শান্তি লৈরমলোই হায়বসু নীংদে, ঙরাংদগী থেংনরক্লিবা অনিমকী পরিচয় খরা অসিদগীসু মখোয় অনি অসিবু য়াম্না থংনগনবা মীতা ঙাক্ত ওইনা খল্লুবা য়াবা রাকমসু থোক্তে। মো অহ্না অসুম মাগী মমায় য়েংলগা লেপ্তূনা লৈরে।

নোক্তূনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐখোয় অসিবু চান-চিয়না লৈমিন্নদে হায়না অদোমনা খনবিবরা? ঐগী ঈরা তাবদগী মহ্নমকসু খনবিরম্লগনি নীংই।'

মঙক নোয়্লগা মো অহ্না হায়রকই, 'কিজবদগী চংজরমম্বনি।'

'ইশামক্তা চেকমক হায়জগে।' হায়দ্না শ্রীমতীনা ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, 'ঐখোয় অনিগী য়ানজবা মতৌ অসিগুম্বদি বাংলা লৈবাক্তা কনাগুম্বা কনাগুম্বী নিপা-নূপীগী মরাইবক্তদা থোকচবা ফংই। অদুগীসু মথক্তা লুহোঙভ্রিঙৈগী আঃ—মমাঙদগী হৌনা ঐখোয় অনিদি মহৈ মহৈ অদুম খঙনজরক্লবনি—য়াম্না পীক্লিঙৈ অদুদগী অদুম্মক—'

'অওইবরনে? 'সিদি য়াম্না কৈ-না।' মো অদুগী মমিং অনিমক লাওথোরকলে।'

শ্রীমতীনা হায়থরকই, 'খুল অমত্তদা ঐখোয়গী য়ূম লৈনরম্মী, খুনয়াদনা চম্পা তুরেনগী তোর্বান, মতুগী অরাং থংবা মায়কৈদনা থাঙতূপ-বোরোইগী কূংলবা উমং—অদুগুম্বা তোর্বান অমদি উমং ময়া অতুদা ঐখোয় অনিমক চাউনরকখিবনি। লাইরিক তম্ফম তিন্নরকই, মফম অমত্তদা পূন্না শাগ্নশিন্নরকই, ঈরোইমিন্নরকই।' মমঙ-মহা মতৌগুম শ্রীমতীনা মেঙলবা খোন্থাঙনা হায়রকই, 'ওলাঙ থাগী নূংথিন পোবোপত্তা শূক্লবা উমং অদুগী চাক্ত-ঈংলবা উরুমদা ঐখোয় অনিমক ত্তপ্লা ত্তপ্লা চঙশিল্লম্মী। মসিনা ঐখোয়গী য়ায়া পামজবা ময়াই অমনি। মহৌশাগী ফজবা নীংথিরা মতৌতনা ঐখোয়বু শুম্মাংলি হায়জবা নত্তে। উমং-রামংদা তুরেন তোর্বান্দা অমদি লৌবুক-লমহাঙ লমীদা অসুম অসুম কোয়চং চংচবত্তনা ঐখোয় অনিমকী ঈনাং ইশিন ওইজরম্মী। অসুম ত্তোনা মতম য়াম্না কুইরবা ফাওবদা ঐখোয় উমং-রাংমংতদা কোয়চং চত্তূনতা লৈরকই, মহৈ মহৈ লেংগোয়দ্না চেক্ষোক চেনশিন শান্নজবনা ঐখোয়গী খমথেংনা নুংঙাইজবনি। অসুম তৌদ্রনতা মতম লেমখি।

হাঃ রিবা মতম অসিদগী হৌদ্রনা মহৌশা লাইরেম্বীগী মতম্বাক্তা ঐখোয় অনিমক অসুম তৌনা অমনা অমবু নুংশিনবা-মরূ হুন্নকখিবনি।'

মো অহ্রনা হায়রকই, 'অহ্নদগী হৌনা অদুম্বক কায়নরক্তি বকো ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'শেংন-খাইনবা হায়বসি অয়াম্বগী পুন্সীদা থোক্কনবা রাকমনি, অদুবু ঐখোয়গীদি মতু থোকখিদ্রি, ইনীং-ইখাতম্বা-পুক্নীংতনা ঐখোয়গী ঙাক্লোনি। ঐখোয়গীদি শেংন-খাইননবা উপায় অমত্তা লৈনদে।'

মো অহ্নরা হায়রকই, 'অঙকপনি। অঙকপনি অদোমগী ৱারী অসিদি।'

শ্রীমতীনা নোক্লা নোক্লা মপান থোরক্লবদা মো অদুসু অমুক পন্থবা তৌরমদ্রে, তপ্না তপ্না মথক্তা কাখৎদ্রে।

লৈরঙ মৈ তৌগত্তুনা জহরনা চাক থোংগৎলম্মী, শ্রীমতীনা উরে, থোরাঙ অমত্তসু ৱাংলমদে। তুংলোমদগী হায়রকই, 'ফরে ওকলে, লেঙখৎপিখরো-সে।'

হুকুম ফংবদগী জহর অহ্ন ফুক তেক হোৌগৎলি। শ্রীমতীনা লৈরঙ ময়াদা চঙহ্ননা ফম্লগা অমুক হায়রকই, হুরানবা ভাকুগী পাংগল অহ্নদি ঐঙোন্দা লৈব্রদে, মরূ-মরাংককা তকপা ঙমজরোই, চাকপুদি চেন্দোক্লা থোংজবা ঙম্মী।'

নোল্লুকপা খোঙ্থাঙদা জহরনা হায়রক্লই, 'ফরে, মরূ-মরাংদি ঐ হেকমক তক্লক্কে। অদুবু—নঙদি ঈচামক চাররোই হায়রিবরা হা ?'

'তৃমিন লৈয়ু, মখা তারকনু।' হায়রগা শ্রীমতীনা মশাগী থবক তৌবা হৌয়কই।

মিৎকুপ খরদি তৃমিন্না হৌদ্রে, থংনবা মিৎকুপ অমদদি জহর অহ্ন নোকথোরকলে। হায়রকই, 'মিৎ কোরী কানা তৌবা শাসন থাঙবা ঐখোয়গীদি হৈনবীনি। মহ্নদি ঐখোয়গী ইশাদা চঙদ্রে।'

'শাম্নুগঙ্গাগী মউনবুদে।' শ্রীমতীনা শাউনা অমুক হায়রকই, 'নোংমৈ ঙলী নত্তনা খক চঙবা হৌদ্রে। চৈ-চাম্রবদি নঙগীদি নুংঙাইকম থঙদে।'

'ওম্থোক্লসু চুম্না হায়রেদা শ্রীমতী।'

'অমুকসু ?' হায়রুনা মমিং ওাংশঙ হেক ওাঙনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙগী মোইথেম অদু অমুক তৌরক্লিবা হা? চৎপিক্লো চৎলু, মরু-মরাং-কক। ওকপি লাকপিরগনু। নঙনা খোকপা পোৎ অদু ইপূক অসিদা তাহল্লমীংদে।'

'হাইমা বামন মচা ঐবো।'

'ওইরবসু অদুমওারবে, বামন মচানি হায়রগবু হেকমক বামন ওইবরা। ইমাওদগীত চখোকপিক্লো সে?'

'হিংজরো হায়বওখনি 'হুদি।' হায়রুনা হৌগৎলগা জহর অদু থুনমক কা-মনুংদা চওশিনখ্রে। মৈখুনা মমিং অনিমক ওাওশিল্লরবনি, ফিনা লোইরুনা মদু কোকহল্লবদুম হোৎনরক্লে।

খু-খু-কায়া কায়া শ্রীমতীনা চাক খোংলকলে। হায়া লাওলমলিবা পোৎ-শিং অদু লৌখোক লৌশিন তৌরুনা হন্থহল্লে। ফনমক হোৎনরুনসু অমুক তাইাশন্নহনবা ওম্নরোইদবা অসিওয়া মাগী পূক্লীংগী মফম অমদদি খেগাক চিংথান্নরক্লে। অওইবমকসু মহুমক্লি, অমুন্না মহাক্লা লৈবসিগী কায়বনু করিনো? মহাক্লা মপুরোয়বরু থাবোক্লমলিবসি মসিগীদমক্তরা? লমহাও-তুহাওদা কুম্নগা অনৌবা যুম্বান অমা অমুক শেম্নীংবগী মও-মওননবা মহাক লাকখিবদি নত্তে। মী অসিগা লোয়ননা অসুম তৌনা অমুম অহিং নুংথিন লেন্দুনা লৈবগী করি মরম লৈফম থোকই? মাগী লমীদি শেরান্ননীংওাইসু লৈবা নত্তে, কৈদৌওৈদসু মচাক্লা শেরান্নখিবসু খক লৈখিদ্রি, মী অসিগী মখাও কোন্দুনা মহাক্লা তপ্না তপ্না অসুম চৎলিবসিদি মফম কদাইদনো?

মখা ঈরুজথোক্লগা লাক্তুনা চাক-শঙ থোঙজীন্দা জহর অদু লেপ্লরে। শ্রীমতীগী অখাউবদু মতম অদুদদি হাইফেৎ নেমথরমলে। হায়রকই, 'করিসু খনগনুকো, নঙবু ওাওবি-শকপি ময়া তৌখরে। ঐগীদমক লঙনা ময়া তৌবাদ্রে, নঙগী তৌবীমল ঐ খক কাউরোই।'

জহরনা হায়রকই, 'কংলবা রাফম অসি ঐনসু নত্তোন্দা হায়কম থোকপনি।'

'অকংবা রাফম অসিওনা ভাইবঙ কৈথেল অসিদা চৎনৈ হায়বসি খক কাউগনু।'

'চৎনসন্নু।' জহরনা হায়রকই, ''অদুবু চৎখিনবগীদমক্তা নঙদি পোত্থী শাগ্নহুনা অসুম লৈরম্লবোরে হায়বসি ঐদি ইকাউ কাউঙমন্রে শ্রীমতী। অদুম নোক্লা নোক্লা চৎখিবসু ময়াবনি, ঐনা খিংলগদবা করিসু লৈবা নত্তে।''

'নোক্ত-নোক্তবুদি চৎখিগনিদা।'

'নত্তে, অসিগী তুংদদি নঙগী মীনোক অদু কয়া পক্লরোই।'

ঈনশাং থাংথরগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদু ওইরবসু পোত্থীকক্তা হায়বদুদি ঐ শাগ্নঙদে। পোত্থীত্তা তৌহুনা অসুম লৈবা মীশিং অদুদি ওস্থোক্লা শোনগ্রবা জাংনি। মফম অসিদা চান-চিন্নরা অসুম লৈনবগী-দমক ঐনা লাকখিবা নত্তে হায়বসিমদি নঙনা জ্ঞান তাফম থোকই।'

জহর নোক্লকই, নোক্ল নোক্লা হায়রকই, 'বাহৈ অদুনা অমুক ঐবু ঈকাইহনগে হোৎনরুদ্রবসু ময়াইদা! ঐসু নঙ অসিনা করম্বা মতমদা চৎখিগদগে হায়বা অদুতা অসুম ঙাইহুনা লৈরম্লিবনি অদুগা চৎপা মতমদসু নঙ কদোমদা চৎকদৌরিবনো, কেদৌবনো নত্রগা চৎগ্রগা অমুক হল্লকদবরা নত্তবরা হায়বমচিংবসি কাউদুনা ককা অমুক ফাওবসু হংলকপা তৌরোই।'

শ্রীমতী করিসু খুম্লক্তে, তুমিন্না অদুম্মক চাক থোংলি। অদুমদি ওইরগা মিংকুপ থরগী মতুংদদি মহাক হংদনা লৈবা ঙম্লক্তে। হায়রকই, 'কদাইদা চৎকদৌরিবনো হায়বদুসু হংলক্লরোইদবা?'

'হংলোই। অদুগুম্বদু ঐগী শাজৎ নত্তে শ্রীমতী! করিদা কয়াগী মতিক ঐগী হক লৈফম থোকপা, মদু ঐ মুম্না ভাব তাই।'

'ঐনা হল্লকখিদ্রবদা মুম আসগী মীশিংদদি নঙনা করি হায়গ-দৌরিবা?'

অমুক-হম্রা নোক্লুনা জহরনা হায়রকই, 'নঙনা চৎগ্রবদ কাওবা মফম অসিদা ঐনা মুম লিংহুনা অসুম লৈহৌগনি খল্লিবরা? ঐনবু লোৎগ্রবদি ইম্বুস্তমকসু থিফম থঙজদে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুদি পোৎ-চৈমক্তা অমুক ময়াম্না লৈবা-খোৎপা তৌরুরিবসিদি—'

'নত্তোন্দা হাম্নসু হায়গ্রবদুনি, পুম্নমকসিদি ঐগী নত্তে, নঙগীনি।'

'ঐদি পুদুনা চৎকদবসু নত্তনা।'

'ঐনসু পুগদবা লৈতে হায়রবসি নঙসু খঙকম থোকই।' জহরনা হায়রকই।

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুনি হায়দুনসু মখোয়শিং অসিবু ঐনা পাম্মু য়া-ত্তা পাম্মগনি হায়বদি খঙ-লাকচনু। চৎলমদাই য়েৌরগা তুংদা য়েংবদুদি ঐগী শাজৎতা য়েক্লমদে।'

জহরনা নোক্লুনা হায়রকই, 'নঙগা ঐগা শাজৎ থোইনা খেল্লদে, অদুমদি ওইরগা ঐদি চৎপা মতমদা মাঙদসু খক য়েংদে। ঐগীদি হোৌরবা লোইখ্রবা মায়পেনা অমম্বনি, ওইরক্লদবা তুংগী মায়কৈদসু লৈচিন্না মৈথুঙম্না লৈ।'

চাক লোইরে, পুখম মচিদা ঈনশাং হাপচিল্লগা শ্রীমতীনা চাক ঈনথোরক্লে। জহরনা চঙদুনা মদু ফমথদ্রিঙৈদা হায়রকই 'নঙগী চাক-তি হায়না খাইদোকহৌরবরা?'

'উম।' হায়দুনা শ্রীমতীনা মাগী মমায়দা য়েংলগা ঙংদুনা হায়রকই, 'নঙনা চা-বগী লূখাক মফমদা ঐনা ফমদুনা চাগনি খঙবা শারিবরা?'

'য়াম-দুম শোনগদবা য়ানি! অদুগুম্বা আইন কায়বা য়া অদুদি ঐ খক খনবা লৈতে।' হায়দুনা জহর অদু ফমথরগা চাথৎপা হৌস্রে।

মরম ইরৈ ভেক লৈতনা থোশাদবা মতৌ মালহন্না শ্রীমতীনা হাপ্পা-খোৎপা ভৌরকই। করিগুম্বা কোক হেক লুনা তৌবা মতৌ ফোং-দোকখিবসু খঙদে হায়না শন্দুনা মপোমক ওইনা অশাউবা মতৌ মালহন্নবা চোৎনরি। মদুম ভৌদবা য়াদবগী করিগুম্ব মরম থোইনা লৈখিবা নত্তে। পুখমদা থুম চাপলকই, অদুবু মদু অসুপকী মতিক য়ামগ্রে, মদুবু লোইনা চারবা মী অদুদি লেপ্পসক মশিরে। গেলাসতা ঈশিং হৈরকপা মতমদনা মমায় শ্বায় পাথোক্লুনা ঈশিং অদুনা জহরগী ফক্ষম অদু ফাওবা হেক তাউথোকই। চাক-মায়দা অসুপকী মতিক য়াম্না ঘি হৈজিল্লকখি, মদুবু লোইনা পুক্না তাগ্রবদি কলেরা তৌবা ওইথোকলোইদবা নত্রে। তেং-কোৎতগী ঘি লোইরক্লবদা জহরনা হায়রকই, 'শরা হেন্না হাপ্পদি কৈদৌই, ঐদি ঘি য়াম্না হৈনৈ।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদু ওইরগা দুকান্দগী লৈজরুদনা?'

জহরনা হায়রকই, 'চাক-ঈনশাং হাপ্পিবা মীলিং অদুনা চৎপা হৌনৈ, শাল্লদা ইরিপোৎনি।'

'উম, ঐগী গুরুদেব লেঙলকপনিনা!' হায়রম্লগা শ্রীমতীগ্‌ শাউরঙ-কৈরঙননা চাবা হৌরক্লে। য়াম্না নুংঙাইনা চাক চারিঙৈ মরক্তদা জহরনা শ্রীমতীগী পৃখম য়েংদুনা হায়রকই, 'নঙদি ঈনশাং খরা-খিৎ কা হেন্না চাবোইরে শ্রীমতী?'

শ্রীমতীনা মাগী চাকলুক্তী ঈনশাং অয়াম্বদু উরগা থজীক্তসু ঈকাই-খিদে। অহোয়্বনদুম হায়রকই, 'অতোপ্পগী চাকলুক্তা অদুম্না খক মকু শায়কনু।'

জহরনা হায়রকই, 'মনা মশীং হেন্না চারগা শকপুদি কজবা হেন-মাল্লেদা।'

শ্রীমতীনা হায়রকই। 'গুইদবা ঙাক্তা হেক পরেং লেংলদুনা। চারি-থকলিঙৈদা মীবু শাউগৎহন্নবা হোৎনবা অদুগুম্বা অতোনবা মী অদুদি মশক কাওবা য়েংদৈদে।'

'অদুবুদি চুম্মীদা!' জহরনা হায়রকই, 'ঐনা নোংমা কনাগুম্বা অমগী মগলোম্বা অতিং য়ারেক্তে হায়দুনা চঙলুই। মপূক তপ্পী মগবীনি, মগ অমোম হায়বসিমক্তবু মহৌশানা অদুম মপূক তপচরিবনি, অদুবু মনাক নকশিল্লরগদি মচি কোম্বদুনা রাইগে হেক্তা ভোরকই, য়েংথোকখিবদা উরকই শগুপত্তুম শায়রম্মী।' হায়দুনা মহাক নোক্লকলে।

শ্রীমতীসু নোক্তবা ঙমখিদ্রে। হায়রকই, 'মাগী মাগী মতিক-মতিক-চাবা মকম অদু মানা মানা অদুম্বক মথিজরুবা হৌনবনি।'

করি হায়গে ভোক্রুবদগী করি ওইদ্রে 'সিদে। মঙোম্দা হায়কেৎ শাল্লদুনা জহরনা হায়রকই, 'ঐবু তুহৎলম্লগা নঙনা নোক্তুনা চৎচখিববু ঙম্লবদি মহুদা ঐগীদি আপত্তি করিসু লৈতেদা।'

ঈনশাংগী মথৈ হাম্না চাথোকপ্লগা জহরনা চাক-ঙাক্তা চাদুনা অসুম কমলি। রাফৈ অমা তাদুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'করি চাকচা-য়ুথক্তি হায়বগে অদুদে? চাক চারিবা হায়বদুরা নম্লগা শগুপ শায়রিবরা?'

জহরনা হায়রকই, 'থোশাবীম্রবা চাক-তি শগুপ শায়বগা অজ্ঞানি। হায়গী মপোক্তা, মপুম্সী-চুম্না অরাবা নংবগী প্রতিবাদ তৌজয়কপা

ভমদবা মীওইশিং অথুনা মতুংগী মপোক্তা মথ ওইনা পোকলে, মখোয় অথুনা শগ্গপতমক শায়রে।'

শ্রীমতীনা মশাগী পুৎমদগী পীশ্রাই-খাবে অমনা ইনশাং কোংলগা মাগী পুৎমদা হাপলকই। হায়রকই, 'মসিনা চাক অথু ভমশিনগদবনি। হোরেনদি কদাইদা থোক্লগদোরিবনো খঙবা পোং নত্রে, চায়বসু মখোঙ চাবা চীঙাক থক ওইরোই, লেমহন্দুনা চাক মাঙহনবা তৌগনু।'

অহরনা মাগী মমায় য়েংলগা হায়রকই, 'মসি নঙগী অশেংবা শক্তমলা? চাইফেং নুংশিনা নানবিরকপসিবো?'

শ্রীমতীসু মাগী মমায় য়েংলকই। হায়রকই 'থরদং নানবীবসিভদা নরু-লুক্লিবোইরে। মসিদি করিসু লৈতবা ঈচম চম্বা হোন-লোনচং মচেং অমথক্তুংনি।'

'হোন-লোনচং অসি হেক্তমক্তি করিগীনো?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হুজীক বিদায় লোনরমদাইনি, অথুননি—'

'ফজবা লোনচং অসিদি অথুগী ওইরেকো?'

অহর মখুৎ শেংদোক্লবা হোঁগৎত্রে। শ্রীমতীসু হোঁগৎলে ভক্তানা নুমিৎ লৈরিঙৈদা মহাক চৎখিগদবনি। কদাইদা চৎলগা করি তৌরগনি, মথুগী মরমদা মহাক করিসু মাচুংদে। মপানবু থোকপ্রবদি ভসিমক কদাইদনো থবক অমা হেক্তমক খিরুগনি। নুপীগীদমক্তদি ভসি ভরাং অসি কলিকতাগী লম্বী লমখাঙ থুদীংমক্তা থবকী থবক ভাক্তা তাথুনা লৈ— মসিনি মানা খল্লিবা। শেল তানবদগী হেন্না লায়বা থবক অমা তাইবঙ-পানবদা লৈত্রে। লম্বী খুদিংদা নুপা-পৈশামক্তা অসুম চাইথোক্লনা লৈরিবনি, থুনগত্তুনা লোননবা লৌশিং অথুতা খঙলগা লোইরে। মী কোটি কোটিনা তৌবভম শ্রীমতীসু ঈরায় লায়না লৌশিং অথু হেক্তমক খঙজিনগনি। অহরনা অসিগুম্বা শেল অসিবু তানশিক্লবা ভমত্রিবা অথুগী খন্নবদা বাবিখিবনা মাগী মপুক অথু ইথন হেক থনখি।

ইম্রক্তি ইনশিল্লগা মথোঙদা খুদোন থোঙউপ উপশিন্নুনা মহাক লেম শায়রে। অহরদি মাগী মমাঙদা হান্না থোঙউপ তোংশিল্লদা শোয়রোক থোক্তুনা লৈরবনি। মহাক্না মপান থোরক্লগা হংলকই, 'নঙদি কদোমদা চৎকনি?'

জহরনা হায়রকই, 'অসোমদা অসুম চৎখিগে খল্লি। নঙগীদি?'

'ঐদি অমা অশোমদা চৎকনি।'

'ও।' হায়দুনা মানা চৎকনি হায়রিবা লম্বেল অদুদা অমুক্তং য়েং-লল্লগা মতক লৈশিল্লক্তুনা জহরনা হায়রকই, 'ফরে, 'ঙদি—নমস্কার।'

'নমস্কার।' হায়দুনা শ্রীমতীদু তপ্না তপ্না অদুম চৎপা হৌরকলে। খরদং চৎলগা তুংইল্লা য়েংলকপদা উরে, জহর অদু মাবু য়েংদুনা অদুম লেপ্তুনা লৈরম্লি। মখুৎ থাংগৎলগা মহাক্না অমুক হল্লা নমস্কার তৌরকই, অদুবু জহরনদি করিসু ওক্নকপা তৌখিদরে। শ্রীমতীনা খোঞ্জেল শাউখৎনা হায়রকই, 'ঙসিদি কলকত্তা শহর থুংনবা কোয়গনি। খবক অমদি ঐ শোয়দনা থিগনি।'

জহরনা করিনো অমা অমুক্তং খল্লগা থুনমক মাগী মনাক্তা চঙ-শিল্লকলে। মনাক য়োরক্লবদা ফ্রুীং-থাউদগী মখুৎ শত্তোক্লগা হায়রকই, 'লুপা-শংবা অসীদি নঙগীনি, নঙ পুখো।'

'নত্তে, নত্তে, করিনো 'ঙদে, নঙগীদি করিনা চৎনরুগনি?' তফিং তফিংনা শ্রীমতীনা মখুৎ হঙ্গিনখি।

'ঐগীদি অদুম য়াগনি, ঐদি জুয়ার শান্নবা হৈ। অদুগুম্বা হল্লবা খবক অদু নঙদি তৌরুবা ঙমলোই। লুপা অসিদি নশাদা শাগোল্লখো।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুদি নঙোন্দসু খরদি অদুম লৈসনু?'

'লৈতসনু।' হায়দুনা শ্রীমতীগী মখুৎ নাখবক পায়দুনা চিং-থোক্লগা জহরনা লুপাশিং অদু মখুত্তা থীদুনা পীরে হায়রকই, 'শেল য়াংপনা মরম ওইদুনা ঈকাই-ঈকি মৈরিনা নঙগী নশাদা য়ায়রবা লৈতনবা।'

মখোল নীক্ল-নীক্লা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'লোইনমক পীথোরকলে, নঙগীদি করিসু লৈহৌদ্রেদো।'

'হোয়. করিসুবুদি লৈদ্রে।' হায়দুনা মাগী মায়থোং য়েংনা য়েংনা জহরনা অমকপা মখলগী মীনোক অমত্তং নোক্লল্লগা মখা করিসু তারম্বা তৌদনা মতুং ওম্হোক্লুনা থুনা য়াঙনা চৎপা হৌরকলে।

লম্বী মথক্তা শ্রীমতীদু অমুক খংলেপ লেপলকই! জহরবু অমুক্তং কোগে তৌরুই অদুবু মখোজেঙদা মাগী মখোঞ্জেল অমত্তা লৈরমদবগুম

তৌখ্রে। কোকথক্কনা নুংশানা য়াক্লা শারি। থোইনা লাপতনা মপোং থম্না হাপ্লা মণ-গাড়ী খল্লা চাকামথোল থোক্লা তপ্না তপ্না চংলি। মরক মরক্তা বসন্ত চঙলমদাইগী মথোঙ খঙম্রবা নুংশিংনা লৈনা লৈনা উফুন-রাইফুন হুমহনা শীংলি। চংকদনা লম্বীদি য়াম্না শাংলি, লমথুং-ফমবুদি ওইনীংবা মফমসু ওইসনু. লম্বীদি মপান নাইদে অমদি চাংদম্ন-নীংঙাই লৈতে; মরক অসিদা মশা চোকথবনা হাল্লবদি মাগী চংপদ্রু ওইথোক্কদবা লৈত্রে। মথোঙ থাংহনা শ্রীমতীদু তপ্না তপ্না অমুক চংপা হৌরকলে। রাক্সম অসিমবু দ মহাক মশানা ফনমক য়াদহনসু চংনরোরোই মহুদি, মহাক্না জহরবু নীংথি-নুংঙাইনা লোয়নবীখিদ্রে। মানবু তৌবীগে নীংলবদি মপুসা মাঙজরবা পাখং অসিগী মকাদা খরতসু হেন্না থোংথ-নোথরম্ব। য়াবনি।

নুংশানা চাকথেক্লবা, মী লল্লবা লম্বী অহদা চংনা চংনা মহাক্না খল্লকই, মহাক্না জহরদা পীরমলিবা মশাগা পরিচয় অহদি মাগী তশেংবা পরিচয়মক্তি নত্রে। উপকার তৌবীবা মীদা তৌবীমল উংপা মহাক হৈ অহগা লৈবাকমচা তাবা থেংনরগসু মপুক্লীংদা থাগত্তনা লৈজবা খক ঙমদে। সংসার অসিনা মহাকপু ঙসি ফাওবা অসিদা ঈতিং-তিংনা নুংশিজবা অমদি লুনা তৌজবা মীওইবগী মতৌ অদুবু থোঙনেংনবা তথীরবসু মপুক মনুং-মনুংদদি মহাক্না খুদোংথীরবা মতমগী মরূপ অসিগী মফমদা নোল্লক্লা অমুক্তং খুরুমজদনা তোকপা ঙমখিদে।

য়ুম অমগী শাইজীন মখাদা লেপ্তুনা জহরনা উফুন-রাইফুন অমদি নুংশা মরক অহদা শ্রীমতীগী নাঃথজরবী শাবান অদুবু হেক উরিবমখে অহুম য়েংহনা লৈরি। মানা খল্লকই, মহাক্ত তংজনীংবা থম্মোইগী অপাম্বা অমনা মাগী মিংয়েং অহগী মনুং ফাওহনা অসুম অসুম শ্রীমতীগী মতুং ইমহনা চংলি। শ্রীমতীনা অরংবা থাউমৈ মঙান অমগুম লাকখি, অহঙম্বা মঙাম অহগী মপান্না জহরনা থম্মোই-লকানুংগী মায়কৈ মরিমক উজবা ফংখি, হুজীক শ্রীমতী চংখ্রবা মতুং অসিদদি মাগী লকানুং অহ তপ্না তপ্না অমুক অসুম মমশিনখিবা হৌরকলে। অমম্বা মরক্তা লৈনা লৈনা মতম কুইনা মহাক্না পুন্সীগী অঙকপা-শকলোন কম্না কম্নাবু উরকলে, অমম্বতদা অসুম কোয়চং চত্নুনা মহাক্না মাগী লম্বী ফংলুরে, অমম্বা

মরক্তদা লৈত্নুনা মহাক মশানা মশাবু মুম্না মশক খণ্ডজবা শুমলকলে। শৃক্লা মম্নবী অহিং-লাইরেম্বীগী চীক্লবা তম্পাক থক্তা কমত্নুনা মহাক্না মশাগী থনুং-লাইগী পিরাং লোয়নরবা নুংশা-শোরমপী অদুসু তাজরকলে। পুন্সী অসিদা মঙান মরীক অমত্তসু উজবা ফংদ্রিবা মীওইশিং অদুত্তনা মাগী মরূপনি অমদি মপিজানি। অমম্বনা মাগী মাতাকমনি, অমম্বত্তনা মাগী পোত্থাজকমনি।

শোরোক অচৌবগী ফুটপাথ মতুংইন্না মহাক অমুক চংপা হৌরকলে। শ্রীমতীনা মাবু থাদোক্লম্বগা মকম কদাইদা চংগ্রিবনো হায়বত্নু খল্লুবগী মঙোন্দা কান্নবা লৈতে। নূপী অসিগী মফমদা মাগী করিগুম্বা অপাম্বা অমা লৈথিবগী ৱা'দি নত্তে। অপাম্বদগী চৈনাখোল ফংই, চৈনাখোনদগী তেংথারকই। শ্রীমতীগীদমক্তা তেংথাগদবা—অদুগুম্বা থাক অত্নদগীদি মহাক্না মখাদা কুমথরকখিবা য়াম্না কুইরবনি। নুপীগীদমক্তা তেংথাবা হায়বা অদুগুম্বা শেংগ্রবা ঈফুং অদু মাগীদি কংশিনগ্রবনি। অদুম ওইনমক ৱাফম অসিমদি থক য়াদবা য়াররোই মত্নুদি, শ্রীমতীগা তোংনজবদগী মশাগী মনুংশা স্বর ফাওবদা নুংশিবা মনম চেঞ্জখ্রিবনি, অদুগুম্বা মাগী মনুংশা-স্বর অদু হুজীক্তি নোংম-নোংমগী অসুম অসুম অমুক মহুরক্লগনি। শ্রীমতীগা পুন্না লৈমিন্নজরুবদগী তথক-তথকপা মথরায় কয়া চবুন চবুন ওইনা মশা পুম্নমক্তা ফাওজরকখিবানি অদুবু মত্নু লম্বীগী উফুন মরক্তা অমদি য়াক্লবা নুংশাগী মৈশাদা অতংপা লৈতনা অসুম অসুম অমুক শিথখিবা চৌরক্লগনি। শ্রীমতীগী মফমদা মাগী অপাম্বা অমদি লুপশিল্লুবা করিসু লৈতে মরমদি, মঙান অমদি মৈশানা মীওইবগী মথরায় হিংহন-বীরিবা অংগুম্বা নুমিৎ অদুগী মফমদা থক অপাম্বা লৈরুবা হৌনদে; মশাগী মিনুংশি চাউবা মতৌনা মীর-লেন অসিবু মথাদা কোনশিন্দুনা থম্মীরবা অংগুম্বা তুবেন অদুগী মফমদা অপাম্বা লৈরুবা থক চৌনদে, কৌ চেঙ অমদি মতৈ মরোংনা মীওইবগী অরাম থৌরাংবা কোকহন-বীরিবী অংগুম্বা ফৌওইবী লাইরেম্বী অদুগী মফমদা কনানসু অপাম্বা লৈরুকম থোক্তে। শ্রীমতীগী মকাদা করিগুম্বা অপাম্বগী ৱা অমত্তসু জহন্নুনা খঙরুবা ফাওবা শুমদে। চংনা চংনা মহাক্না মথকলোমদা অমুক্তং য়েংথংলকই। খল্লকই, পৃথিবীদা বসন্ত ঋতু চঙশিনবা হৌরকপদমক

ঙায়রি। নিংথমথাগী তুক্কক তুক্কাই চনবা মতৌ অদু আভিয়াদা লৈবা অয়ুক উত্রে; আতিয়া মকোয় পূমশং শংথরে। শহরগী মীশিংদি বসন্তগী মতমগা মখোয়গা থক মশক থংনদে। লমজাউ শোরোক্না হৌরিবা উপালশিং অগ্নমা মথরায়দং হিংজনবা য়ায়া য়ানা হোৎনজয়না লৈ, মথরায় হায়চংনরবা মখোয়গী মপুল্লী অদুগী মথক্কা খতুগী থোঙচং থক ভয়ক্তে। পোং হায়না য়োনবা কাঙ্‌বুনা লম্বী লমথাঙদা লৈ য়োনদুনা শহরগী মীশিংবু বসন্ত ঋতুনা খোংদারকপগী শাউদম পীরবগী মথৈজনি। লাইরিক হৈবা অমদি য়োনা হৈতবা অসিগুম্বা মথল অমগী নিপা মূপী কাঙ্‌বু অমা লৈ, মখোয় অদুদি কেনা মৌ-না বসন্তবু শাগোয়দুনা কোয়না অয়ুম চংলি। আতিয়া অসিনা মখোয়গী কাররবা অরেম্বা কল্পনা তৌকয়নি, খা-রোয়মদগী হুয়কপা নুংশিংকী শউম থেংনরগনা মখোয় অদুনা ফর-ফর ওল্লুনা শাঙ্‌ই, লৈগী মনম নম্বা মতমদনা মখোয়না মা-মাগী চান্নবা-নুংশিবা মীগা শেংন-খাইনবা অমদি তিয়জবগী তোঙান তোঙানবা মহাউ অদু ফংনৈ। অশেংবা পুল্লী অসিদা অঙকপা অমদি ওইথোক্লরোইদবা রাখল ভাক্তা থন্দুনা মদুবু থুংহনবদি ওমজদবা অদুগুম্বা কাঙবু অদুদি মহোশাদগী হোনা রাখন্তদা নুংঙাইজবা মীওই মক্তনি। অরাংবা রাখল পুয়মক খোঙ্‌থাং খুদীংগী হেক হেক কীয়দুনভা মাঙ্‌লবা অদুগুম্বা মীশিং অদুগীদি নুংশিন্দা মঙবা মকু মঙনা মখোয়গী লোয়নবনি। কৈদৌঙৈদসু মীওইবগী লোনচং-শাজং খঙ্‌লক্তুবা মীওইশিং অদুতনা মীগী মরমচং-মতৌবু বিচার তৌদুনা অমদি নৈনদুনা খঙনবা হোৎনৈ। মীরমলেন অসিদা খায়দগী হেনবা মীরেম অমনি হায়না শীংথানরবা অদুগুম্বা মীশিং অদুতনা অসিগুম্বা বসন্তগী মতম অসি য়োৎরকপদা মমিংতগী তারকপা পিরাংতনা মায়কৈ 'পুম্বা তাউথোকহল্লি। নুংশি-নুংওনগী মরমদসু অদুমঙায়—ঙসি ঙরাং অসিদি অমুম তৌনা অকে-অমৌতনা থল্লবা মময়ঙ-মহাতলা নুংঙাইনরি। নুংশিবা হায়বা অসিদি নুংঙাইনবগী-দমক্তনি, রাননবগীদি নত্তে, রাকম অসি যুগ অসিগী মীনদি কাউথোরক্লে। চান্নবা-নুংশিববু পুল্লীগী ওইনা শেংন-খাইনগ্রবমক্তদসু অরাবা পোক্তবা থোইনদুম মতমচুপ্পা নুংঙাইবদা লুপ্তুনা লৈজবা—অদুগুম্বা মীওই অদুতনা প্রেমগী অধিকারী অশেংবনি। মরম অগ্ননা শেংন-খাইনবতনা নুংশি

চাংয়েংনি—হৌপ্রবা নুংঙাইবা রাখলনা নুংশি নুংওনগী মওঙ মতৌ খঙনৈ। তারা তিংবা যন্ত্রবু খোংলগা নীংথিবা সুরগী ঝঙ্কার থোরকপগুম নুংশিবা মীগী হৌপ্রবা নুংঙাইবা রাখলনা থেংলবদা থম্মোইবু মখোন থোকহল্লবা অদুগুম্বা মী অদুদি নুংশি-নুংওনগা ওইবা নুংঙাইরবা লোক অমা শেম্বা ঙম্মবনি হায়বসি খঙনগদবনি। নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিনা অমুক্কী মতিক তাঙন! লৈবা মরমনা মীরমলেন অসিদা নুংশি-নুংওনগী মরমদা অমুক য়ামা ফাগি জুগাই-তোনবা অমদি নোক্ক-হায়নবনচিংবা চৎনরম্মিবনি। অসিগুম্বা নুংশিবা অসিগীদমক শ্রীরাধানা চহি চামা-চুপ্পা মিংকী পি শিন্থখি, অসিগুম্বা পিরাং অসিগী মনুংদা লৈখি অশাউবা, ওইনচাউবা, তিন্নজনীংবা, শুম্নাংপা-পঙ্থবা, নীংথিবা-শকপু থোরাংজবা, পুক্নীংদা চিংন পরৈ হুকপা; শ্রীকৃষ্ণসু প্রেমদা লুপচরুবদগী হেন্না চাউবা পুন্সী ফংজখি, মাগী মরমচং মতৌ অদুবু নুংশিবনা খ্বায়দগী তেন্না লংখৎহনখি। মহাক্কা খ্বায়দগা হেন্না রাজনীতি হৈবা ওইখি, লৈবাক শেমখি, গতিকচাউবা অমা ওইখি, নুংঙাইবা মখল পূম্নমক শুনা ফংখি অদুমদি ওইরগা পূম্নমকসু থাদোকপা ঙম্বা অদুগুম্বা তাগী অমসু ওইখি, মহাক্কি—অথোইবা লাম্মীনি, শান্তি পাম্বা মীওইনি, মরমচৎনা ফিদম্নকম মশক্কি,—অসি পূম্নমক্কী মরুদা শ্রীরাধাগী নুংশি-নুংওন-থোইনশিন য়াওখিবতনা পূম্নমক অসি ওইখ্রিবনি। নিপাগী নুংশি-নুংওন-মতৌনা নূপীবু কপহল্লী, নূপীগী নুংশি-নুংওন্না নিপাবু চাওখৎপা শাক্তা থাংগৎলি। পুন্সীদা চাওখৎপা ফংদ্রিবা নিপা অদুদি মাগী পুন্সীদা নূপীগী নুংশি থোইনশিন য়াওদবননি। নূপীনা মাগী অপাম্বতবু পেন্নবা তৌই, থম্মোইবুদি পেলহন্নবা তৌদে। নিপাগী পুন্সীদা নূপীনা থবক হুদাংমক্তা নিপাগী শক্তি হাপ্লি, মথো-শঙই, মরম অদুদগী নূপীবু 'শক্তি' কৌনবনি। নুংঙাই য়াইক-অপুম্বা ফংনবগী মরুদা নূপীগী থোইনশিন চঙ্ই। নূপীনা মথৌনা হাপ্পুনা লানগী যাত্রা তৌবা মীশিংমা লানক্নমদা মথরায় থাদোকনৈ নম্রপা মমায় পাক্ক হল্লকই। নূপীগী মথৌনা য়াওদ্রবা অদুগুম্বা জাতি-অহৌদা পোকপা নিপাশিং অদুদি মথোয়গী আশা অমদি অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক য়াম্না লাপ্না তুংওইনহোই। নূপীগী থবক-থনা অমদি য়াঙাঙ্-শাঙাঙ্তনা জাতি অমগী মশাকবা অমদি কনখা থৌবগী মশক তাকই।

অসিগুম্বা নাতে চাত্রবা তত্বগী য়ারম ঙাক্তা শনবদা নুমিদাং য়াইরমনা য়াচঙ্বা মতম ওইশিল্লক্লে। শোরোক অচৌবদা উনা উনা থাউমৈ মথৎ মথৎ থানগৎপা হৌরকলে। মানা নীংশিংলকই, মতম অসিমক্তদা মহাক্না শ্রীমতীবু পুন্থনা লম্বী-লমতুপ খুদীং কোয়না চৎখি। ঈচেল খক্লবা তুরেনগী অনোবা ঈথক্লম শ্রীমতী লাকখিবনি। ঙরাংদি মাগী মপূক্লীংদা অরাৎপা মশক শঙ্লমদে, লন চেল্লম্মী, হৈনীংবা ইথিননা মশা অপূম্বা য়োমলম্মী। শ্রীমতীগা ভিন্নজবা ৰংলুবগী খুদোং চাবা অমদি, মহাক অহনবা ফুরিৎ ফি-য়োন অমদি অরংবা খোঙউপ ফংজরে। কলিকতা শহরদদি খোঙউপ অসি খক কুইনা চত্তে, অকায় অতোই, চুগুম-লাংগুম লংথোকপা মক্কমদা চৎপা মতমদদি খোঙউপ অত্থ মখুৎনা পায়ত্থনত্থম চৎকে হায়না জহরনা খল্লকই। মসিগী খোঙউপ অসিনা মখোঙদা হেক পক্লিংখৈদি মাগী মপূক্লীংদা শ্রীমতীবু কাউদবগী নুংঙাইবা অত্থ ফংজগ-দৌরিবনি। নোংমা মতম য়াম্না কুইগ্রবদা মীগীদা চাক চাবা চংলুবদা মাগী খোঙউপ অহনবত্থ কনানো মী অমনা তোংত্থনা চৎখি। খোঙউপ অসুম তোংবদা খোঙ পোকথোকগ্রবদি তাইবং পুম্নমক অসিবু করিসু লৈতবা ওইনা খল্লক্লনা মথন্তা হেক শিজনীংবা হায়বত্থ কাওবা ওইরকই। সংসার অসিদা থায়দগী হেন্না লুবা থবক্তি মথন্তা শিজবা হায়বসিনা মরোইরে। অরাবতা অসুম থাঙ্ত্থনা লৈবা ওয়ক্রবদগী হিংত্থনা লৈনীংদ্রবা মী অত্থসু মথন্তা শিজগে তোরকপা মতমদদি মথন্তগী মশা অদুবু নুংশিরকপনা হেল্লকই। মতম অমদা জহরসু মথন্তা শিজনবা থা অমা চুপ্না কোয়না অসুম তাঙা থিত্থনা লৈখি।

অসুম চৎনা চৎনা লম্বী-থেকচিনক্কম অমদা হাইজিনখিগে হেক তোবমক্তদা তুংলোমদগী কনানো অমনা কৌরকপা তাত্থনা মহাক লেপলে। প্রপ-প্রপ চঙশিল্লরুগা নিপা অমনা মাগী মখুৎ নামা পায়ত্থনা নীক্লগা মখোল ঈশি শিনা হায়রকই, 'সাধু' নঙদি কদাইদা চৎলিবনো?'

মী অদো মশক থীবগী মতিক অকিবা কংনা য়াং চাউই। মাবু নীক্লবা অত্থদা জহর অত্থ মমিং মনা শিংনা লেপলিদি হায়ববু মখুৎ অত্থদি চীং চীং লাউরি। হাইফেৎ নোক্লগা শক্কক হজিন্না হায়রকই, 'হাইমা দুলালচাঁদ। অশোমদদি নঙ—?'

'ঐরো ? ঐনা লৈতবা মায়কৈবু য়াওব্রা ? রা হায়গে তাও, ঙসিদি মকোন চঙলুগন্নু সাধু—'

'ঙদি করিগীনো, ঙসিবু ইশান শাগৎলোইদ্রনে ? অমুক কুইরবদবো—'

'হে-রা, থাবল করিবসিদি, ঙসিবু জুয়ার শান্নবা হায়রে ?' হায়রগুনা দুলালচাঁদনা মহাকপু ঈন্না-ঈন্না লাপতক পুরক্লগা হায়রকই, 'কুইনা উরক্লদ্রবনি, চৎলু, ঙসিদি ভাইহাক্তং ইন্দোনমচা খোয়গীদা কোয়রকসি।'

'ইন্দোনমচা খোয়গী অহুদবো ?— হুম—ফত্তে ফত্তে—'

'হে-রা ?' হায়রগুনা দুলালচাঁদনা মহাকপু খংচিং খংচিং চিংগুনা পুরকলে।

দুলালচাঁদগা উন্নগুনা চৎমিন্নবগী অর্থ করি ওইকম থোকপগে হায়বগু জহরনা মতম কুইনগী তু'দা ঙসিম্নু পু' আন চুপ্পা অসুম খন্দুনতা লাকলি। অহুম ওইনমক মঙোন্দদি মহু অনৌবা অ'া নত্রে। তৌনীংবা থবক তৌবদা হাপেংবা লৈতবা মীওইশিংগা তিন্নবসি মাগীদি হৈনজবীনি। ঈনাক কৈরাক খুনবা মরূপ কয়াগী মনাক্তা লেপ্তুনা মহাক্লা নমথাক-লাং কয়া থেংনরক্লে, অরানবা কয়া, পাপ কয়া অমদি চুমদবা থবক কয়া মহাক উরকলে। মহাক য়াম্না উরকলে। মরম লৈতনা লাক্লবিবা থেংনরকলে, মরাল লৈতবগী চৈরাক উরকলে, মরম লৈতনা ঈকাইবা পীবা উরকলে, মরম চাদনা ওৎপি নৈবীবা উরকলে—তোইঙমসুং মহাক্লা নোংমত্তম্ম কনাবু থামলুবা-খিংলুবদি খক লৈখিদে। থামলু খিংলুবা, পাউভাক পীক্লবা অমদি অপনবা পীনবা হেৎনক্লবা—অসি পুম্নমক মাগী শাজংকীদি ওন্ন-তৈনবা থবক্লি। দুলালচাঁদবুসু মহাক্লা থিংলুবা ঙমদ্রে। হৈনো-হৈনৌংদনা মহাক্লা মাগী মনাক্তা অহুম্মক লৈরে।

ভাওনা ভাওনা দুলালচাঁদ অহু জ্ঞান মাঙলক্লে, জ্ঞান তাদনা হৌগত্তুনা লেপ্পগা অমুক ফমথখরে অহুগা ফম্নবদগী অমুক খঙ্হৌদনা জহরগী মখোঙ্ অনিমক কোনাশিন্দুনা রা-রা কপ্লগা হায়রকই, 'ঙসিদি নরাইবক্তা সিন্দুর খরা তৈবা তারেদো।'

জহরনা য়ারক্লবদা জ্ঞান মাঙনা মাঙনা দুলালচাঁদনা হায়জ-চৎচ কয়া অমা তৌরকলে ; মথংদা থেম্বা-নৌবা অমদি খুরুম খাজঙবনচিংবনসু কায়রক্লবদা মহৈদদি মঙক্তা কোনশিল্লগা মথং মথং অহুমক হন্নহুম

চুপথোকখয়ে। হায়রকই, অসিদগীদি মীনা নঙ্ব্রু অফবা মীনি হায়না চিংনগ্রগনিদো বাবাজী। নঙবু অসুম ভোৗরম্বা নত্তেকো? সত্যনা সাক্ষী— ঐনা নঙবু মূম্না নশক খঙই হায়বা—নঙ্বু পন্দুনা রাশক্লিবসিনি—

হৌগত্তুনা লেপ্পগা জহরনা হায়রকই, 'ঐ ঙসিদি চৎলে দুলাল।'

'য়াদে, য়াদে, অদু ওইরবদি ঐ হিংগদবা লৈত্রে—অরুবা ইরেন্দা ঈরাক্রবনি, নঙ ঐবু থাদোক্কনু সাধু।'

মমৈদদি জহরনা মহক্পু কোনশিন কোনশিন্না চিংদুনা মপান্দা পুরকলে। হায়রকই, 'নয়ুমদা থিমবীরমগে সে, করি হায়বগে?'

'য়ুমদা? ঐগীবু য়ুম-লিংত্রনে? ঈনাউনিপা অত্তোনবদুগা ঙসি মৈনরক্লে- শালাশিং অদুগী ময়ুমদবু ঐনা অমুক চঙলুখিবা? হায়বিরম্লবনি, ঐসু চপ-চানা লম্মন শিংগনি—সিকি অমত্তং পুগে হায়রুববু—অতৈ করিসু হেন্না হায়রুবা নত্তেদনা ভাই—'

জহরনা হায়রকই; 'নয়ুমদা খংনরক্লবা? ফুদুনা তাক্ষোরক্লবা জাংলা?'

'ফুদুনা? এ-এ-এ। য়েংজো সে!' হায়দুনা দুলালচাঁদনা মশাদা নীংলিবা ফুরিং-তচোনবীও ফং লাউনা শেগায়রগা মাগী মথবাক ফনবদু উত্তুনা হায়রকই; ঐবু ফুবা? কনাদি পোক্লি? অদুগৈ হোগলকুঁড়গী বায়োষ্কারীতলাদা মায়কৈ অময়োমদা চৈতুপ তরুক নাকল অমদনা ইথত্তা— মৈদুনা লরায়মচাশিং অদুবু তুহনখ্রিবনি। ঐবু ফুবা এ-এ-এ!'

হাইরং-তুরং-তৌদুনা তুগদোরবদগী জহরনা মাবু কোনশিনবীরগা অমুম চৎপা হোরকলে। হায়রকই, 'অমম্বা অহিং অসিদবু কদাইদা চৎকদোরিবা?'

দুলালনা হায়রকই, 'নঙ নুপী থিরবরা?'

'করিগীনো হায়মু?'

'নঙগীদা চৎসিদনা? মনীং-কা-দা জায়গা মচেৎ অমত্তং পীমু— সত্যনা সাক্ষী, অদুম তাদুনা শিবমথৈ তুমদুনা লৈজগে কৈদোই?'

'ঐগীদি য়ুম লৈতে দুলাল।'

'য়ুম লৈতেয়ে, ওক্কোনদি লৈদনা?

'মদুসু লৈতে।'

কোনশিন কোনশিন্না তুলালনা হায়রকই, 'অহৃদি চৎলু, ঐবু থানাদা থিনজিল্লম্মু।'

থানাগী মিং হেক ভাবদা জহর অহু কিবনা শ্বায় লাউই। নৈবাক অসিগী থানা নত্রগা পুলিশকী মিং হেক ভাবগা কি-তুকচ য়াম্মহৃনা মশাহু হেক্তমক লৈফম খঙলক্তে। থানা নত্রগা পুলিশকবু থেংনরুরবদি চাওখৎপা ঈয়ুংগী মচা-মশু ফনমক ওইহৃনসু মশাগী ইজ্জত হেক্তমক মাঙই হায়বসি মহাক্না য়েৌনা থাজে। মানা হায়রকই, 'চৎসি অহৃদি, য়েংসি কদাইদনো মফম অমদা......'

অদুবু মতম কুইনা খঙন-চায়রক্রবা মরমচত্তি ফত্রবা গী অসিবু কদাইদা পুদুনা চৎলগা ঈংথহল্লুনা তুমহল্লুগদগে হায়বসিদি ফনা খল্লুনসু মহাক্না লাইখায় ভাবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা মথোঙ-চাত্রবা মরূপ কয়া কয়াগী লারুথীরবা মওঙগী অতিথি-সেবা ফংজনা মহাক্না মতম কয়া অমা থাঙলক্রবনি। মফম কদাইদসু মাগী লৈফম লৈজদবসিনা ওইরমাল্লে, চঙজফম থিবা মরূপ মপিজাশিংনা মতম চাত্রবদা মাগী মনাকতদা হেক হেক লাক্লে। তাইবঙপানবা অসিদা মসিমক অঙকপা নিয়ম অমনি। তাইবঙ শেম্বা বিধাতানা লায়রবা মীশিংদা থম্মোইদি পীনবীরকই অহৃগা মরূপ মথুমদি পীবিরমদে। চরা চেনবমক্তনা কংশিন্দুনা শিরবা মীশিং অহৃগী ময়ুমতদা চাবা ফংত্রবা অতিথিগী লাক্ফম ওই। মথক ঈহো-হোরবা ধর্মশালা অহৃতগী মনুংদা লমশাং-চৎপদ-রারবা তীর্থ-যাত্রীগী মেলা ফম্মী।

জহরনা তুলালবু কোনশিন্দুনা তুমিন্না চৎলি। তুলালনা মমিৎ উইশিন্না চৎলি। মহী চেস্থোক্রবা মনুংশি অমদি চান্নবা মরূপ অমা ওইবগী হকচিনথা মতৌনা মথুৎ নামনা জহরগী মঙক কোন্দুনা ঙাইহাক লৈতনা হেক হেক চোইরোন লোনখৎলকলি। মহাক্না রাক্ষম অসিতবু প্রমাণ তৌনাংলি মহৃদি, মাগী মথবাক অহু ইঙ্কি নিফুদগীসু হেন্না ফল্লিবনি, মা-নবু তৌগে নীংলবদি হজীকমক জহরবু ফাওবা লম্বী মথক্তা মেৎখায়হৃনা হাত্তোকপা ঙম্বী।

মমৈদা, চাউরাক্না অহিং পুং তরামাথোইরোম ভারকপা মতম অহৃরাইদা জহরনা মহাকপু পুদুনা কাঁসারিপাড়াগী য়ুম মনাক য়ৌরকলে।

শ্রীমতীনা হায়না থা অমগী ভাড়া পূম্বা পীখোক্লম্লবনি, মরম অদুনা হুজীকসু মফম অসিদা মহাক্না মতম কুইথনা অসুম লৈবা য়াবগী হক লৈরি। ওরাংদি মতম অসিরাইদা শোরোক ময়াদা লৈরিবা কা অনি অসি শ্রীমতীগী নুংশিরবা খোস্থাংতনা ইথন থন্না নিন্দুনতা লৈরম্লিবনি, ওসিদি মোংফমগী মতৌওম পূম্নমক মচি লেঙদনা তাদুনা লৈরে।

লম্বীরোম থংবা থোঙনাউশিং অদু শিংলি। জহরনা উন-রাইমুক চীক্লবা মনুংগী অমম্বদুদা মৃ-না অমুক্তং য়েংলগা লোম্না লোন্না হায়রকই; 'লাউ-খোংবদি তৌরক্নুকো, মনুংদা ভদ্রলোক ওাক্তা লৈরিবনি, ঈমুং চঙলগা হিপত্নুনা ঈরেন্না তুমগদবনি, খঙলেদনা?'

মরোন ঈকাই কাইনা দুলালনা হায়রকই; 'নঙগী নশা শোক্তুনা হায়রিবসিনি—'

মশা শোকে তৌরম্বদগী মফম অদুমক্তদা মহাক্না জহরবু ফৈবম্নমা অমুক্তং পমথংলগা অমুক থারে।

মনুংদা পুশিন্দুনা চঙলগা জহরনা মাগী কা অদুগী পুনা হাংদোক্তুনা ঈমুং চঙহল্লে। ঈমুংদি ঈমম মমলি। কোয়থি থিদুনা মৈখেং পুথোক্লগা মহাক্না থাউমৈ হান্না চুথংলে। মতম অদু কাওবদা দুলালদি কক্লাং ময়া অমদা মঙক লেকথদুনা কম্নমলি। জহরনা মাগী ফম্মুং অদু হাথু চাথু তিংথোক্লগা মাগী মথুং নামা পায়দুনা চিংশিল্লকলে। দুলালনা হায়বা হৌরকই, 'সত্যনা সাক্ষী; নঙবু ঐনা থাগৎচৈ। অদু হায়দুনসু সাধু; ঐ ঈংলবনিককাদি থঞ্জনু। অফবা মীগী মফমদদি ঐ য়াম্না ফৈ, ফত্তবা মীগী মফমদনা—'

'আঃ বা ওাঙশনু, তুমিন লৈয়োমি।'

'তুমিন লৈরিবসিদি, খঙলেদনা সাধু, ঐনবু তুমিন লৈত্রবদি নখোয়বু অমুক্তং ফু-কাম্বদা শাইথোকহনগদবনি। নখোয়না তৌখিবা অরানবদি কয়ানো? ঈকাইবা কয়া পীগ্রে, ঐখোয়তনা মিং উইশিন্দুনা—অদু হায়রে হায়দুনা ফুগনুকো বাবা, চৈফু-চারবদি অশিবা মীসু হিংগৎলকপনি, খঙলেদনা, অদুগী শক্তি মতম চুপ্লদা অদুম ঈকাইবা পীদুনতা লৈয়ু—ঈকাইবদি ঐখোয়দা নাচুংদে—।'

মানা বা ভাঙবগী মখোল অদুদা কিরদুনা জহরনা খোঙ লোন-শিন্নবগা হায়রকই; 'কনাগুম্বা মী অমত্তংনা হেক খঙখিবদা করি খোকনি হায়বদু নঙদি করিসু খন্দবরা দুলাল ?'

দুলালচাঁদনা লোংনা হৌগত্তুনা ফমলে। মথংদা অমুক হিপথরগা হায়রকই; 'নঙবু গেরুয়া শঙবা ফি শেৎলবরনে সাধু, অসুম্বা মীরেম ওইরম্বা নত্তেকো নঙবো। করিগী কাউথোকলি বাবা, অদুগী বারুইপুরগী খুংগঙ লম্বীদা নঙনা তৌখিবা লীলাদো—হা-হা-হা—' হায়দুনা মহাক্না অমুকী মতীক হৌনা নোকথোরক্লে মদুদি জহরনা মাগী মচীন্দা মখুৎনা মেন্দুনা লেপহনবা তাখি।

মিনিট অমত্তং ঈংনা লৈরুরগা দুলালনা অমুক হায়রকই; 'তাঙ্গা অসিদা নঙদি য়াম্না খুদোং চারবোইরে। য়ু-ঙাওবা মীনা নালাদা তারবদা লম্বী চৎপা মীনা কন্নাগী মতীক সাধু শাশিন্নবগে হায়বদু উরবরা ?'

হন্দক্তি জহর অদু নোক্লকলে তৌইগুম্বসুং নোক্তুনসু মহাক্না শাউনা শাউনা হায়রকই; 'উরেনে উরেনে, নঙদা হুজীক মখা তারক্লগনুসে।'

মতম অসিমক্তদা কনানো অমনা থিংলিবা খোঙ অদুদা মপান্দগী মখুৎনা থীল্লকই। মিৎনা কৃষ্ণদা মশোয় অনিমক মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন য়েংনরকই। থাউমৈ অদুনা অসুপকা মতীক মৈরি পীকপ্রে মদুদি কনানম্ন কনাগী মমায় শেংনা উনবা ফংপ্রে। খজীক্তংতবু শানখৎলম্নবদি উরমগদবনি, কিখিবমা জহরগী শকফম অদু নুং-গুম্না তাইফেৎ তাইরি অমসুং মথরায় হামচৎনরি।

খোঙ্ থীনবগী মখোল অদু অমুক তারকলে। লোম্না লোম্না দুলালচাঁদনা হংলকই; 'খোঙ্ হাংদোকউ হায়রিবা জাংলা ?'

কিনা কিনা জহরনা হায়রকই; 'নঙবু লাউবা খোংবা তোগনু, ভদ্রলোককী মযুমনি হায়রেদনা, হুজীক্তি য়ুম্নুনা খঙ্থ্রেদো।'

হন্দক্তি কন্না কন্না খোঙ্দা থুগ্নম্না শুবগী মখোল থোক্লকলে। জহরনা হৌগৎকে তৌরবদা দুলালনা মাগী মখুৎ কন্না ফারগা হায়রকই; 'ঐ হাংলুগে, ভাইখো।'

'এ-এ, মাঙ্লেদনা, ফিবম অদুদবু নঙনা—ঈকাইবা নংহ্নুনা তোকনি।'

নোক্তুনা দুলালনা মাগী মথবাক অদু ক্লপ্তোক্তুনা অমুক্তং উংলম্নগা

হৌগংখরে। জহরগী মখা অপুম্বা থক থক নিক্লকলে। চুমত্রীং চংখিত্না হূলালনা থোঙ্ হাংদোকলুরে।

তোইঙম্বসুং থোঙ হাংলগা শেংফাত্তবা মৈঙাল্দা য়ানা থেংনরুরিবা পোংশক অদু উবদা ঙকখিবনা মহাক উচূক য়ুংবঙম চপ লেপম্লে। মাগী মমাঙদা য়োনা ফজবী নূপী অমখক লেপ্তুনা লৈরমলে। য়েংনা য়েংনা মাগী মমিংকী নেশা য়াঙশিল্লক্লে।

জহরসু মমায় হাইগংলকলে, অদুবু থাজবদি ঙমদ্রে। থুনা ফুক হৌগত্তুনা থাউমৈ অদু পুরগা থোঙ তম্বা চঙশিল্লকলে অদুগা মৈ অদু হাইফেংথাংগত্তুনা নূপী অদুবু তশেং তশেংনা উরবদা হুজীক্তদা চিংনবা কোকলে। উমূ, মঙসু নত্তে, মায়াসু মত্তে, মিংনা পঙউ উবসু নত্তে।

মহাক্না শাংলবা নুংশা মপী অমখক হোল্লকলে। দুলালদা য়েংশিল্লগা মহাক্না হাইফেত্তুং নোক্লবা হোংনরকই অদুবু ঙমখিদ্রে। মঙোল্লোমদগী মমায় লৈথোরক্লগা ঈক-আক তোনা তোনা মহাক্না হায়রকই, 'চন্দ্রবোইরে নঙ শ্রীমতী?'

'কররিদি থল্লি?' হায়দুনা শ্রীমতীনা ঈমূংদা চুমত্রীং চঙশিল্লক্লগা হায়রকই; 'চংশ্রবদি ফরমগনি; নত্রা? হল্লক্তুনা কা অমা অসিদা হিপলম্বনি, নথোয়গী রঙ্গরস মহাম তাদুনা চুপচরম্লিবনি।' হায়দুনা মহাক্না অরুংবা মৈরীক মঙানগুম হাইফেং নোক্লকই।

জহরগী মখোজেঙ্ ফুনগংলকলে। শ্রীমতীবু কা অসিদগী চথোকখিনবা অমুক্তং কন্না খংলাউ লাউগে হোংনরুই অদুবু মাগী মখোজেন থোক্লকউ হায়বা য়াখিদরে। শকথীবা, য়ু ঙাওবা, মী অসিগী তুক্কচরবা মিংয়েং অসিদগী শ্রীমতীবু মিংকুপ অসিমক্তদা চথোকহনখিবা ঙমদ্রবদগী ঈকাইখিবনা মাগী মকোক নোম্থরকখি।

হেক ঙম্বমথৈ অশাউবা ফারগা দুলালগী মনাক্তা চঙদুনা অয়াকপা খোম্থাঙ্দা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদোমদি কনানো?'

'ঐবো?' হায়দুনা দুলালনা মতিন য়োংলগা অমুক হায়রকই; 'ঐদি কনাসু নত্তে ঠৌরাণী।'

' 'দুদি অসিদদি করিগীনো?'

'করিগীসু নত্তে—সাধু অসিগা থেংনবদা;—কুইনা তিময়রকপা মরূপনি—'

'ওইদবা রানি, মাদি কনাগীসু মরূপ নত্তে।'

'হোয় নত্তে—ঠৌরাগৌনা হায়বিরবনিনা—'

শ্রীমতীনা মথৃং তিংথোক্লগা লম্বীরোমদা থিন্দুনা হায়রকই ; 'হুজীক-মক থোকখো—ভাইরবনি, অমুক লেপ্তূনা লৈবা য়াদে।'

অসিগুম্বা য়াথং মতৌ অসি দুলালনা মাগী পুক্নীদা ঙসিভদা ইহান চান্না ভাবানি। ফল্লম্বা মথা অদু খংগীক পীকশিনখরে। মিংকুপ অমত্তংগী মতম ফাওবা মহাক চোম্থনা লেপ্লা ঙমখিদ্রে। থোঙজীন রাংমা লাম্থোক্লগা হায়রকই ; 'সাধু, হো তারিবরা বাবাজী ?''

বাবাজীগী ওইনা শ্রীমতীনা মনাক্তা চঙ্শিন্দুনা লেপ্লরে। হায়রকই ; 'হায়নীংবমখে ঐঙোন্দা হায়গদবনি।'

ভোইগুম্বসুং দুলালচাঁদনা মহ্ করিসু ভাবা তৌখিদে। কা মনুংদা য়েংশিল্লগা নীংবা কায়বা খোনফমনা হায়রকই, 'অদুদি নুপী থিরবা। য়ুমদা কৈ অমোম অমা য়োকলি হায়বদি হান্না ঐঙোন্দা—'

শ্রীমতীনা অমুক্তং কন্না ধমকা তৌদুনা হায়রকই, 'তুমিন লৈয়ু—চংঙ্গো চংলু, থোকঙ্গো সেনে।'

লম্বীদা কুমথদুনা চরিঙৈদা দুলালচাঁদনা গতি-লৈতবগী নাপন অমা তৌরম্মী—'কৈ য়েংসি, ঙসি ঈকাইবা পাঁবসিগী লম্মদ্দি ঐ নোংমা—' মমিত্তা মপি তানীং তানীং তৌনা মহাক চংখরে।

শ্রীমতীনা হোজঙ্-থোঙ্ লোনশিল্লমগা লাক্তুনা ঈয়ুংদা অমুক চঙলকলে। জহরদি মতম অদুদা ফক্লাংদা ওনশিল্লগা উচুক য়ুংবগুম চপ লেপ্তূনা লৈরি। মিনিট অনিদং তুমিন্না লৈরুরগা শ্রীমতীনা মথক্তা নোক্তূনা হায়রকই, 'নিপা অসিগী মগুণ অমদি লৈ, নুপীবু ঈকাইখুম্নগনি হায়বা খঙই।'

মিংকুপ খরদং লময়ায়দা লাঙতক্ননা হংগৎহন্দা চংলম্লগা অঙকপা মগুদা মখোল খংওন ওম্থোক্তুনা খোঙ্গেল নুম্না হায়রকই, 'করি মতৌনো 'সিদে ?'

মমায় লৈথোরক্তূনা জহরনা মাবু য়েংলকই। শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙগী শক্তমদি অসিরা ? নঙগী মরূপতি মখোয় অসিরা ?'

খঙহৌদনা জহরগী মশা পুন্নমক প্রোক-প্রোক চান্নকই। কন্দুনা

লেপ্লগা হায়রকই, 'মানি, মখোয় অসিনা ঐগী মরূপনি। মখোয়গী মরূপনি হায়রবদা ঐগী ঈকাইনীংঙাই করিসু লৈতে।'

'অদুদি খঙলে, নঙসু অসিনি?'

জহরনা অমুক মঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই, 'নঙদি ঐবু ধর্মশাস্ত্রদা হায়বা, যুধিষ্ঠির অদু ওইনা খল্লম্মিবোইরে?'

শ্রীমতীনা অয়াকপা খোনফম্না হায়রকই, 'ঐনা খল্লম্মী, নহাক ভদ্রলোক অমনি।'

'মখা তারক্কনু, অহিং অমুক থেঙলবদা লোনচৎ বানক্তারককা তাকপিরগনু।' হন্দক্তি জহর অদু পোকখায়রকলে 'লৈবাকমচা তারিবদি মথন্তনি। নঙবু করিনেনে? নঙবু করম্বা জাতকীনো?'

মপান্দা কনাগুম্বনা তাখিবসু থঙদে হায়দুনা শ্রীমতীনা চৎখিদুনা কা অদুগী থোঙজাউ অদু খিংজিল্লরগা অমুকসু হেন্না মনাক নকশিল্লক্লুনা হায়রকই, 'অদুদগীদি? মীবু ঈকাইবা পীবা রাহৈ অমত্তা অসিগী মমাঙদাদ নঙগী নচীন্দগী তাখিবা লৈত্রি—অদুদগীদি?'

জহরনা হায়রকই, 'হায়য়ু য়েংসি, নঙগী পরিচয়বু করিনো? চৎকনি হায়দুনা চৎথ্রগা, করিগীদি অমুক হল্লকলি। করি মতলব লৈদ্রনো? ঐবুদি লরায়মচাসু মওইজরগে, লমচৎ নাইদবা অতোনবনিসু হায়জরো—নঙাদ অক্ষবা ওইবা য়াদবরা?'

অদুক য়াম্না চৈবা থাংবা তোরিবা পূম্নমক্লবু ঈরায় লায়না শ্রীমতীনা নোকফেৎ তৌদুনা করিসু নাচুংবীখিদ্রবদা মিৎকূপ অমগী মনুংদা জহর অদু ফুৎ লাউনা মূথখ্রে। শ্রীমতীনা অমুক হায়রকই, 'ঐগীদি নমগন্দা য়াংকোক অদুগা নাকোঙ্দনা লশিং! ফরে, ঐ অসিবু নঙনা য়াম্না কা হেন্না শাগুনীংই, চুমদবয়া?'

জহর অদু মহী চেন্থোরক্লনা ঈচোৎ চোৎশিল্লকলে। অসিদং খুম্নকই, 'অচুম্বমক্লি।'

'বাঃ নুংশিদা। কয়াদা তিংজথ্রবা পূকচেন মতানো! কম্লাদা নীংথিজখ্রবা। চীম্না হায়খিবদু হেক্তমকসু ময়াথোকই। নঙবু কনানা যুধিষ্ঠির নত্তে হায়রিবনো? ঈচম চম্বা ইমিৎ অসিনা ফাওবা ঊজবা ফংজৈ, লাইওবা নঙগী নত্তো অসিদা অশোয়বা মচেৎ অমত্তসু য়াওবা

লৈতে। নঙদি নপুকচেন তঙনি, লমচৎ ফজবনি,—নরাইবক্তনা মতীক নগুণ, নমিত্তনা অরংবা মঙান—' শ্রীমতীনা নোক্না নোক্না হায়রকই, 'নঙগী মীয়োক মীচান, নুংশি চৈবা মতৌ, নঙগী রাংলবা থম্মোই ; চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা কামদেবগুম্বা নশক, থোংমা-মেঙলবা নঙগী শাজং-শাগুঙ—'

তপথফম থঙ্দক্রুহ্না জহরনা হায়রকই, 'য়ুম অসিদগী চৎস্রো হায়রিবরা, মহ্ পাম্বরা ?'

থুনা চৎখিহ্না থোঙ্দা থত্তুনা লেপ্লগা শ্রীমতীনা হায়রকই, উৎ-রাইগুম্বী, করি লৈজদবা নুপীজানি ঐদি, ইশাগী উনশাদং খজীক্তং লংজবত্তনি, অদুগা নঙ্দি ? নঙ্দি নপুকচেন চাউবনি, মীনা ফিদম্-নীংঙাইনি, অপাম্বা লৈতবা ত্যাগী অখোইবনি, অচুম্বতা ঙাঙবনি। হে মাই, থুদা থাহ্না লৈরেসে, নাখোক্তুনা চেপ্লিরো, অহিং নোংশোয়বা মিংশেঙ্ খাঙ্হ্না ঐনা নখোঙ্ সেবা ফংজগে। ঐদি অচম্বী নুপীনি—হে চমলেন-চম্বা নত্তবও, নঙগী নত্তীক নগুণদি মপান নাইদবনি—' হায়না হায়না মশাগী দম পোইখিবদগী শ্রীমতীদু নোক্তুনা অহুম তুমিন লৈখ্রে।

জহরনা হায়রকই, 'নঙগা ঙসিগী অথীবা লোনচৎ-ব্যবহার মতা অসিবু ঐনা থক কাউগদবা লৈত্রবনি।'

'অথীবা লোনচৎ-ব্যবহার ?' হায়রগা শ্রীমতীনা ঙাইহাক্তং অমুক লেপ্লগা থোঙ্ ময়াদগী চথোরক্তুনা অকিবঃ লৈতনা হায়রকই, 'মনুং-মপান নাইদবমখৈ ইতিং হিংনঃ অসুম্না থাগৎপিবাসবু কৈদৌঙৈদা নঙনা তাজবঃ ফংগ্রবগে ? মসিবু নঙনা অথীবা লোনচৎ ব্যবহারনি হায়রিবকো ? নঙদি নিপা অসিগা লোয়ননা ঙসায়মখৈ ফজবা লোনচৎ ব্যবহারদা ভস্থোক্না নথৌ চিল্লমলিবোইরে ?'

জহর অহ্ মথা তানা অমুক রা ঙাঙনীংখিদ্রবনি অদুবু হায়রকই, 'নঙবু ঐনা থাগৎপিনবা নেকখিবরা ? অশেংবা লোন্দানা নচীম্না থাগত্তুনা ঐবু নঙনা ঈকাইবা পীরি। কৈদৌঙৈদম্ ঐনা ওইরক্রিবঙাক্তা নঙনা হায়জিল্লি। ঐনদু নঙ্বু অহুগুম্বঙাক্তা হায়ররক্রবদি ?'

'করি ?' হায়হ্না শ্রীমতীনা মাদু য়েংলকই।

জহরনা হায়রকই ; 'ঐনা অসি হায়রবদি, —ইবেম্মা, নহাক্তি নুপী পৃময়ক্তী মকোক থোংবীনি, মৈরিঙম্মা নঙান নশা চাউবীনি, উর্ব্বশীগুম শকহেনবীনি, সাবিত্রীগুম সতী ওইবীনি, সীতাগুম তশেং তশেংবীনি, মায়গৈ 'পুন্না জয় তৌবীনি, নঙদি অক-নুংঙাই পীনহৈবীনি—অসি পৃময়ক নঙোন্দা নুংঙাইনা থোকয়া ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অঙকপা ক্বংনা পেনগনি।'

'অদুদি হায়গে, নঙদি নশাগী মিংচৎ কয়িম্থু লৈতবী অমনি।'

নোক্না শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মিংচৎপু পামরবা মীশিং অদুদি শিরবনি।

অশাউবা খোম্থোক অমা তাচল্লয়গা অমরোমদা মমায় লৈথোক্লনা জহর অদু হন্দক্তি তুমিন লৈম্রে। মমায় 'ওনশিল্লক্লয়বদি উরমগদবনি ; মী অমগী মায়থোংদি হায়কম খঙদবা নুংঙাইজবা অমনা ম্লোনা মকা-য়ামলি। ফাগি তাহন্দুনা মানা হায়রকই, 'হৌম্রে, ফরে, পুং খরা অসিদা নাটক অমগী অভিনয় তৌবা লোইম্রে।'

চীংলেম্বা খোম্থোক কায়হন্দনা জহরনা হায়রকই, 'নঙগী অভিনয়দু য়াম্মা নুংঙাইখি। নায়িকা অমা শাদুনা অভিনয় তৌবদা মিস্ মলিনাবালা-মকপুমু নহাক্লা মায়খীহল্লি। নঙগী হকচাং শাথেক্লা কয়াগী মতৌক ফজগ্রবা, থাঙাও শাঙাওনা আ—কয়াগী মতৌক মরীক চুমগ্রবা, ভাবক পুময়ক রা-ঙাওবা থোক্লখিদে, মত্রনা শুক্লাংলবা—'

শ্রীমতীনা নোক্নলা হায়রকই, 'ফ্রি-পাশনা থিয়েটার য়েংবা লাকপা মীওইনিনা নঙবুদি মতু শোয়দনসক্তী হায়রগদবা লৈরবনি ; অদুগীমু মথক্তা অভিনয় তৌরিবী অদু নঙগীদি খঙনবা মীওই অমনি। য়েংঙোয়, চয়োলগী চেক্লোঙদা মসিগী থাগৎ-রাহৈশিং অসি ছাপা-ককা তৌরু-গনুকো—মীয়ামগী মমিত্তা উং চাইবসি ঙসি ঙরাং অসিদি য়াম্মা হেন্না লুরবনিকো।'

'ঈকাইবমু খঙদে।' হায়দুনা জহরনা হৌগত্লনা থোঙ হাংলগা অদুম মপান থোকখরে।

মপান থোকপ্লবমু মহাক মফম কদাইদমু চংখিবদি নত্তে। অমম্বা মরক অদুদা মিংকুপ খরদং তুমিন্না লেপ্লয়গা ঈশিং কল লৈরিবা অদোমদা

চুমথ্রিং অদুম চঙখ্রে অদুগা মমায়দা মকোক্তা ঈশিং খর খরদং হাপ্লগা অমুক হঞ্জিল্লকলে।

ঈযুং চঙলক্লুনা চেক লেপ্লবগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঈকাইবা শরুক অসি ঐগীদি ওন্থোক্না য়াম্মখিদ্রে, নঙনা হায়রিবা অদুমক অশেংবনি, অদুবু হুক্তীক লৈরিবা খরদং অসিমকসু অমুক লৈখিরোইদৌরি। অরুবা মতাং অসিমদি কমদৌনা কোকহনসিগে হা?'

জহরনা হায়রকই; 'করিবো?'

শ্রীমতীনা হায়রকই; 'ঐখোয়গী লৈনরিবা মওঙ অসি য়ুমগী মীনসু রাক্ষম অমা ওইনা খঙলে, মপানগী মীওইনসু শঙদ্রে। খঙদ্রিবদি ঐখোয় অনিতা মঙায়রবনি। অসিগুম্বা তাং-পাং আসনবু কয়া কুইনা চংনগদৌরিবনো?'

হন্দক্তি জহরনা নত্ত ওইদবা রা অমত্তা হায়রকখিদ্রে। হায়রকই, 'মতম লেপ্লবগী রাক্ষমতমক অদুম খন্দুনা লৈরিবদি করিগীদমকনো হা? হেক কায়নখিবা মিংকুপ্তা গোলমাল অমত্তসু লৈরোইদবসিবো। চংগ্রব-মতুংদা নঙনা অমুক হল্লকলিবনা করিগাদমক্তনো?'

শ্রীমতীনা হায়রকই; রাক্ষম অসিবু নহাক্না তানীংলকপসি হন্দক্তী অসিগদি অহল্লক ওয়ে। নঙদি করি খল্লি? করিগীদমক হল্লক্লিবনো?'

'করিগীদমক্তনো?' জহরনা অমুক্তং মতিন য়োংলগা হায়রকই, 'ফিবম মতা অসিদদি; পুম্নমক্না খন্নরক্ষম থোকপদু ঐ ইশানসু খনবা ওইদনা!'

'নঙগা ঐগা মরূপ ওইনবসি তশেং তশেং-হন্নবগীদমক হল্লকপনি অসুম্না খন্নরম্লগদ্রা?'

'মখোয়গী রাখল অদু অমুকসু খরত্থম হেন্না খুমাঙ চাওশিনবা য়ারি।'

'হায়বদি, নঙগী মরূপ অদুনা হায়রম্বদো? ফৈ, অদু ওইরবদি; ফিবম অসিদদি করি তৌগে খল্লি?'

'নঙ লৈহৌরো, ঐ চংলগে।'

'চংগ্রপবু মসি কোকদরা? নঙনা ঐবু থাদোক্লুনা চংগ্রিবরা হায়ব-সিগী মরমদা মীঙোন থুদীংগী অসুম কৈক্কিয়ং পীবত্তা হোংনবদা ইমাদুম উদ্দুনা তোক্কনি। মখোয়নবু মতম অদুদা রাক্ষম অসি খঙবিরগদ্রা?

ঐগুদী নুপী অমবুদি কনানসু থাদোক্লম্বা: গুম্বা হৌনদে, অহোয়নদুম পুম্নমকপুদি—' হায়রগা শ্রীমতীদু নোকলকলে।

ঈকাইবা মচেৎ অমত্তসু য়াওরবা অসিগুম্বা মাগী নাপন অসি উবদা জহরগী মশা পুম্নমক প্রোক প্রোক চাকথরে। হায়রকই, 'অশেংবা য়াকম অদুত্তমক মখোয়না খঙখিগনি।'

'মদুগী অর্থদি, নঙনা ঐবু করিসু লৈতনা থাদোক্লম্বা গুম্বী অসিরা?'

'লেপ্পমক গুম্বী।'

'গুম্মে?' শ্রীমতীগী মখোঙ্গ অদু খ'নৌ নৌথরকলে—'অদুবু পাক তরাই তরাইনদি নত্তে। ঐনা লুগোঙত্রিঙৈদা র'পুরদা পাখংমচা অমগা মরূপ শাম্নরম্মী, মাগা নুংশিনরুবসু লৈতে, থাদোক্লনসু লাকখি, অদুবু মদু তরাই তরাইনদি নংখিদে। মরম ঈচা চাদনা মতুং য়াম্না কুইরবা ফাওবদা পুক্নীং অসি মাগী মনাক্তদা হেক হেক চেনশিনখি। অসুম্না থোকল্লি। মী অমগা মী অমগা কদাইদা কোৎন-লোনরিবনো হায়বদুবু কনানা শেংনা খঙনবা য়াওবগে? কাউদ্রি, অঙাং ওইরিঙৈদনি, লৈকাইগী নীংঙোন লৈশাবী অমখক্তি নোংমা নোক্লা নোক্লা নিপা ময়ুমদা চংখি; অদুগা ঐনা কল্লত্তদা ইপুম থিংখি। লৈশাবী অদুদি ঐগা খঙন-চাম্নবসু নত্তে, অসিগুম্বসিদি, ঐদি অসুম্না থোকল্লি হায়না খল্লি। রেলগাড়ীনা যাত্রী ময়াম পুথনা চংত্রবদা ঐগী পুক্নুং অসিদি হাহাকার লাউহৌই। তরাই তরাইনদি শক কনানসু থাদোকপা য়াদে; খঙলেদনা?'

জহর মায়কৈ অমদা মথায় লৈথোকখি। মীহুৎ য়াংমদা, অহিং নোংয়ায়গী ঈচীক-ইহুন তম্নবা অমম্বা চবুন চবুন পৈশিল্লি। শোয়োক অচৌবদা অমম্বা মফম কদাইয়াইদনা লম্বীগী হুই অমখকনা ওাইহাক লৈতনা হেক হেক খোংলকলি। নাক-য়েংকী মীনিন-মীখোন পুম্নমক তাখিদবা য়াম্না কুইখরে। মানা তপ্না হায়রকই, 'নঙনা অমুক হল্লক-লিবদুবু করি তৌরবগে?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'করিগীদমক হল্লক্লিবনো? মদু খঙদে। অহিং য়ারেকপা য়াবা য়ুম অদুদা মায়া অমা অসুম পকপা হৌনমাল্লে। নুমিৎ চুপ্পা লম্বীতদা অসুম কোয়না চত্নুনা লৈখি; করিগুম্বা অয়েপ্পা লমথুংফম অমত্তা লৈখিদে। ওইরয়োইদবা য়াথল অমত্তবু হম্না হম্না খল্লি, অশেংবী

নূপী অমগুম হিংগনি। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা উবা ফংখি, অখিংবা লৈত্রবা মুক্তি, অপনবা লৈত্রবা অহাঙবা—মহাক্তগী খক অয়োইবা লৈজে। মাঙদা তুংদা লৈথোকখিবা খূদীংদা পনথুং নাইদ্রবা, মায়কৈ মফম খঙদ্রবা অদুগুম্বা লম্বীতমক উরকই। মহাক্তগী লম্বী অদুদি মশানা নুংশি হৈতবা অদুপ চঙজফমসু লৈতে। হায়মু য়েংসি, মতম অদুদা নূপী ওইবী অমগী মপৃক্তা করি খল্লম্বা হৌনৈ?'

'ঐনদি কমদোনা খঙগদৌরিবা?'

'চুম্মী, ঐমকসু খঙদে। খনবগী মখৈতনি, মসি করিগীনো? মসিগী কান্নবা করি লৈ? ইনীং-ইখা তমলে, ইরল-ইথুমসু মতানশিল্লে, লোইবা নাইদনা খুত্তা শেল লাকলে, চাগা চাদীং অনিমক্কী লম্বী লীশীং লীশীং ফাংলকলে, মপান নাইদ্রে। মথং ভাবদনা লৈবাক জয় তৌশিল্লে, সমাজ সংস্কারসু মতৌরে, কান্ন-কান্নবা মহৈ মশিন পূম্মকসু মীপুম খূদীং চত্তুনা কোয়না য়েল্লুরে—অদুবু মহাক্তগী কান্নবদি করিনো? মীওইবনা পাম্মফম থোকপসিবু পুক্নী চাওখৎহনবা অসিত্তনা লোইরবরা?'

জহরনা হায়রকই, 'হন্দক্তি নঙ রাফম অমদা ফৈরেংনখরে। অহিংগী মতম অসিদা হায়রিবা রাফমশিং অদু খল্লগা নঙগীদি এদুনা নুংঙাইজবা ওইনা তৌরমাল্লে।'

'হোয়, মহু ওইবা মাই। করিগীদমক হল্লকপনো হায়বসি থোঙজীন য়োরক্লবা ফাওবদা ইথত্তা অসুম খল্লকই; করিগীদমক্তা হল্লকলিবনো? অসিমসু মখঙলিবনি মহুদি, নঙদি কৈদৌঙৈদসু হল্লক্লরোইদবনি। অদুবু করিগীদমক হল্লকপ্লিবনো, অহাঙবা নঙগী কা অসিবু য়েংনবগীদমকলা? নঙ লৈত্রে হায়বা রাখল অসিতনা অমুক ঐবু চিংহনা পুরকলিবরা? অতোপ্পা কনাগুম্বনদি খল্লম্বসুময়াই, ঐ অসি নঙগী নুংশি লাংদা থুরবীনি, রাফম অসি ভাবত্তদা নঙসু নপৃক্তীংদা নশানদি খঙদনা পেঞ্জরমগনিদা; অহুম ওইনমক থাজো, ঐগী ইত্তোদি মসিনি। ইপুরোয়ববু থাদোক্লুনা লাকলে, মাগী রাবু হেক নীংশিংলুরবদি তৃক্কচবগা ঈকাইজবগনা ইশা অপৃম্বা অসি থংপেক থংপেক থংনা হেক হেক নীক্লকই, কৈদৌঙৈদসু মাগী মনাক্তা অমুক হন্না চৎননবা ফত্রবা রাখল অদু ঐত্তোন্দা পোক্লজবা ওইসনু; অহুমগুদা খল্লকই; মাগী মীহুৎ মনাক্তা লেপ্লগা অমুক্তং মাবু

মুন্না য়েংথোকলুবদি কমদৌই ! ঐগী নুংগী-মিংয়েংনা মাগী মকাদা কয়ারক হন্না চেনশিনখি, মদুবুদি ঐনা করিসু খিংলুবা গুমদে। নখোয়নদি মসিবু করিনি হায়রগদৌরি ? নুংশিবরা ? শুক্সংপা পঙথবরা ? নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা অমরা ?'

'অতৈ করি অমত্তা নত্তে ; মহু নূপী রাখলনি।'

'নূপী রাখল নত্তে—মীওইবগী পূক্লীংনি। মীবুদি মখোয়গী পূক্লীং অহুনা গুম্মী। হৌগ্রবা অরাবা, লোইগ্রবা নুংঙাইবা পূক্লীংগী মককদদি মখোয় অনি অসিমক চপ মান্ননা অহুম্মক অথুম্বা মগুনি।'

হন্দক্তি জহরনা শোরমপী অমা হোল্লগা হায়রকই, 'হুজীক্তদা নঙ্ অশেংবা রাফম তারক্লি—মফম কদাইদসু নঙগী চঙজফম লৈতবদগীনি।'

থোইনা পূক্লীং চঙলুবা তৌদনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হোয়, অদু ওইবা তাই।'

ঙাইহাক কুইনা অনিমক তুমিন তুমিন লৈনরকলে। লোইখিবদা ঙায়রিবা রাফম অদুগী মরমদা কনানসু অমুক মথা তানা রা ঙাঙন-নীংখিদ্রে। নৈনবা রাফম পুম্নমক্কী পোলোই তাবদি অসুম্না অদুম্মক ওইগল্লি। মচীনগী থবক্তা লোইশিনখিবা মতাং অহুমক্তনা মী অদুগীদি অশেংবা অহৌবনি।

মতম কুইরক্লবদা জহরনা কৌরকই, 'শ্রীমতী!'

শ্রীমতী নোক্লকলে, নোক্লা নোক্লা অদুম্মক হায়রকই, 'ঐগী মিংলেন অদু শোঙ্গবদা নঙোন্দা য়াম্না থুমনা থোকচৈ, নত্রা ?'

'ওইরম্বসু ময়াই।' জহরনা থংহায় হায়রকই, 'মীগী মযুমদা চংলগা ফক্লাং থূদীংমক্তা ঐনা হেক হেক নঙগী নমিং অসুম ইশিল্লুরিবসি থুমনা থোকপদুনা ওইরম্বা তারেবো। ঐগী অরাংপদু ইমিং অসিবু উহনবী-নবগীদমক নঙনা লাকপিখিবসু ওইরম্বা য়ারি শ্রীমতী।'

শ্রীমতীনা অরাবা মীনোক নোক্তুনা হায়রকই, 'অহনবু হায়খ্রিবহুনি, তরাই তরাইনদি থক কনাবুসু থাদোকপা য়াদে।'

ঙাইহাক অমুক লেপ্লগা জহরনা হায়রকই, 'করে, শ্রীমতী!'

শ্রীমতীনা মমায় হাইগংলকই। জহরনা হায়রকই, 'ঐগী মরূপ অদুবু নঙনা অহুম তৌনা তাম্থোকখ্রিবদি হায়মু করিগীদমক্তনো ?'

'মতুগীদমক নথরায় নুংঙাইত্রবরা ?'

'অদুক লায়না নঙনা মাবু ঈকাইবা পীবা ঙমগ্রিবদু অসুম খল্লম-লিবনি। নঙোন্দদি মহাক করিস্নু লাল্লম্বা লৈতেদনা ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ভদ্রলোক অমগী ময়ুমদা ঙাওশিন্নবা থবক তৌবদুবু নঙদি অফবনি হায়নীংলিবরা ?'

জতরনা হায়রকই, থোঙ লোল্লিদনা, মফম অসিদা অহিং অসিদং লেনজরগা চৎচখিবা য়াবনি। মরূপকী মকাদা থুপচবা ঙংবগী নুংঙাই-জবনা থরা তুক চোইরোন-পায়োন লোনজরম্বতনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মতুগীদমক্তনি তাম্হোকখ্রিবদু। মীতা মীতা লৈরি—নীংখিনা পোত্থাতুনা লৈবদা মখোয়দি খাঙজবা ঙমদে। মথুৎমক্তা মশাগী রাজনবা অসুম শীনজে। অয়াবদু ঙংলবদনা মখোয়না কপই; মথক্তা শিরাপ তৌজে, সংসার অসিবু অরাবা-মচু তৈশিল্লগা ফর-ফর-ওয়া খাঙই—মথক্তনা তাইবঙ মপুনা কয়া হীরা কোন্দুনা অসুম নোকলি। মখোয় অতুপ্তবগী মকাদদি ঐগী করিগুম্বা দয়া-মায়া অমত্তা লৈতে। য়ু-ঙাওরগা ঈমুং চঙদুনা অথোৎপা মম্মুংদা য়াতানীংবা মখোয় অদুবুদি ঈকাইবা পীদুনা তাম্হোকখিবা হৌনৈ।'

'অদুনা তাকপদি, মাগীদমক নঙদি করিসু রাদে নত্রা ?'

'খজীক্ত ফাওবা রাদে। ঈকাইবা পীদুনা অসুম্না তাম্হোকপিবসিনা নোংমদি মখোয়গী মমিৎ পাঙজরকপদুম য়ারিবনি।'

'অদুবু মানা কনাগীসু ঈকাইখুম্নবা মাঙহল্লম্বদি নত্রিদনা ?'

'মানা ঈকাইখুম্নদ্রিবদি মশা মথন্তবুনি। নেশা চারগা শেংনা ঙাওবা ঙমদদুনা মপূক্লীংদা পোত্থানীংবা শঙলিবা মী অদুগীদি মশাগী ঈকাইখুম্নবা হায়বা করিগুম্বা পোৎ অমা ফাওবা মশাদা য়াঙত্রবনি। থাজেমক শেংনা ঙাওরবা মী মহাক অদুদি সন্ন্যাসী অমনি। মাগীদি অনীংবা লৈতে; অপাম্বা য়াওদে।'

'অদুবু ঐদি কাউবা ঙম্লোই শ্রীমতী। ঙসি অহিং নোংশোয়রবসিমদি মহাক লমীতদা কোয়চং অসুম চত্তুনা লেল্লম্লগনি। মশানা মশাবু ঈকাইখুম্নজনবা অঠুঙবা জ্ঞান অদু মাগীদি লৈজরমদবা য়াই অদুগা মাগী থুপচফম লৈজদবা অসিমদি অশেংবনি। মচাক-মরল তাকুম্রবা

মী অদুবু অলক্সীগী মচা হায়না চৈবযুদি য়াই অদুবু চরাম্বক হেলহন্দুনা থম্বদি য়াফম থোকপরা? মাগী মথক্তা মীনা তোবা হৌনবা রায়েন-বিচার চায়বহ্ন মসিনা থোকলিবরা?'

শ্রীমতীনা শাউনা হায়রকই, 'নেশা চাহুনা অসুম কোয়না চৎপা মীশিং অদুবু মরম ঈচা চাদবমখৈ নখোয়না অসুক লুনা তৌরিবসিবু করিগীনো? হুজীক-কালগী ফেশনদি মসিরা?'

'নেশা চাবা মীশিংনা মখোয়গী মপুন্সী মাঙবগী মরমদা'—

'মথা তাগনু, অচৌ অচৌবা রা ঙাক্তনা নেশাগী মরমদা মীবু থঙহন্নবা থক পাউজেল্লকনু। নেশা চাহুনা মাঙলবা মপুন্সীগী হামচৎনরবা মশক অদুবু কুপশিনগে হোৎনরিবা মখোয় অহুদি মীরেম হায়বহ্ন মখোয় অহুনা মওইরে। পুন্সী হায়বসিদি কনাগীসু কৈদৌঙৈদসু অরেম্বদা থক মাঙখিবা য়াদে। মাঙহল্লিবা কাঙবু থরদি—অহম ওইরহুনা লেঙবা-ওৎপা ঙমজদ্রবশিং অদুত্তনি।'

জহর অহু তুমিন লৈখ্রে। রাফম অসি মাগী মপুক্লীংগা উতাই চানহনবা ঙমদ্রমাল্লে। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা হায়রকই, 'করে, নঙনা ঐবু অমোং-অকায়শিং অসিগী মরক্তা উথিবা মতমদদি নঙগী নপুক্তা কন্নি থনখি?'

রাঙাঙ অহু থঙবা ঙমদ্রহুনা শ্রীমতীনা মাগী মমায়দা অসুম তুমিন য়েংহুনা লৈরকলে। অসুম্মা মখোয় অনি মিৎ-চানবা অসি কয়া কয়ারকসু থোকখ্রবনি। শ্রীমতাগী মমিৎকী মঙাল অও অমূপকী মতীক চম্মী অমসুং য়ার্কই মহুদি, মিৎয়েং অহুগী মমাঙদা মায় থমহুনা রা ঙাঙবা থক ঙমদে। অসুম্মা ঙমদবদগী জহরনা কয়ারক হন্না মরু লূকখ্রবনি। অদুবু মতাং অসিদদি মাগী হংগোইবা মতৌ অহু লৈখিদ্রে। হায়রকই, 'হায়বদি, নঙনা নহানমথৈ শঙলক্লিবা ঐ অহুদি ঐ নৎলমদনসু য়ারি অহুগা ঐ অসিগী নাকল অমখঙি ঙসি নঙগী নমিত্তা তশেং তশেংনা হাংদোকখ্রে।'

শ্রীমতানা মথৃৎনা ফমুং অ? কন্থোক কন্থোক্লা হায়রকই, 'কমদৌনা?'

জহরনা হায়রকই, 'নঙগী রাহং অহু তাবদা, ঐনা নীংই, ঐগী রাহৈ অদুবু নঙনা থঙবা ঙমলে। য়েংঙুসে, য়াম্মা চেকশিন্না নঙগী

নপুক্লীংদা দলান অমথক শাগংলগা করিসু লৈতবা খুহারাবা অমা ফাওবদা খাঙবা ঙমদদুনা মদুনা উফুন শানা হেক লোইনা নীংখায়খিবা থোক্লবদি—দলান অংগী মখাদা নহাক্লা কৈডোই চোচে্াবীগী লৈপুংতমক লৈরম্বা থেংনগনি।'

মানা হায়রিবদুগী মতুংইন্না মপুক্লীংদা অসুম কল্পনা তৌরুবদগী শ্রীমতী অদু নোকথোরকলে।

জহরনা হায়রকই, 'ঙসিদি নঙনা ঐবু ফাজবা ঙমলে হায়না হুজীক নপুক্লীংদা খজবা শারিবরা শ্রীমতী?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐনা করি খল্লিবগে হায়বদু খঙলগা নঙগী করি কাম্নবা লৈদুনা? মীওইবনা পুক্লীংগী ভত্বগী মরমদা মহৈ মহৈ আন্দোলন তৌনমনবতনা ঙসি মীওইবগী শান্তি মাঙনরিবনি।'

'অদুম ওইনমক, ঈচম চম্বা রা অসিগক ফাওবসু নঙনা খল্লখ্বা য়াই মদুদি, ঐ অসি অত্তোনবনি, লমচৎ ফত্তবনি, থুনাম্বনি'—

'মদুমক খল্লম্বা থোক্লবদি নঙনা কৈদোগদোরিবা?'

'করিম্নুবুদি তৌগদবা লৈতে। খনগদবা হায়বমক্তবু য়াম্না লাম্লনা নঙনা ঐগী ঈশক ইচু শেংনা খঙবা ঙমগ্রে হায়বা অসিতনি।'

ফম্মুং মথক্তা হায়থদুনা লোংখাক লোংনা হিপ্লগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হুজীক-কালগী পাখংমচাশিং অসিগী ফত্রবা অভ্যাসত্তি নুপীদা পাখংপা মত্তো উংপা অসিনি। নশানা নশাবু থাজদবা মত্তো উহন্দুনা নঙনা ঐবু থাজদ্রনগনি অসিরা?'

'থাজমীংঙাই ওইবা পোং অমত্তসু ঐঙোন্দা লৈতে শ্রীমতী।'

'মদুগী বিচার অদুদি ঐগীনি, নঙগী নত্তে। ঐনা খায়দগী হেন্না নোক্লীংলিবদি, মীওইবনা মশাগী মচীনমক্লা মশাগী মরমচৎ মত্তো উৎননবা হোংনবা শাবা অদুনি।'

অহিং য়াম্না থেঙজিনখ্রে। শ্রীমতীনা মপুক্লীং লৈতানা য়াত্তাদুনা হিপথখিবদু উবদা জহরনা হায়রকই, 'হোগংলু, কম্মুং অদুদা নঙ হিপলুগনু।'

'কৈদোই? করি দোষ লৈ?'

'করিনো অমা নীংশিংলুরগা হায়রকই, 'হিপতবদা কৈ। নঙগী কা-দদুম চঙদুনা হিপলুচো-বা?'

শ্রীমতীনা নোক্তনা হায়রকই, 'করম্বনা ঐগী কা-নো, করম্বনা নঙগীনো, ইকাউবু কাউথোকপ্রে।'

জহরনা হায়রকই, 'করিসু অমম্তা চাত্রবয়া ?'

চাবগী রাবু পম্লকপা থোক্লবদি শ্রীমতীগী হেক্তমক শাউই। হায়রকই, 'নঙগী নয়ূম অসিনদি অধুম-অহাউমক্তনা হেক পীক থম্বা লৈবনিনা ঐনা চাক লামলে হায়রগবু নঙনা হকীকমক পুরক্লনা ঐবু পীজরবা শুমগদরা ?'

'অহু—শকহেনবী নুপীনা হায়বনিনা—শক কজবী নুপীমা হায়জবগী মী করা কয়ানা তোঙমদবা থবক কয়া—'

শ্রীমতীনা লক্ষ্ফ অমদা অমূক হায়রকই, 'নঙগী ননাক্তা লৈবগী খুদোং চাবা অমদি, ঐ অসি করিসু নুংশা থীনিংঙাই লৈতে।'

'হায়বদি ?'

'হায়বদি, খুদোং থীগনি হায়বগী অকিবহু থোইনা লৈতে।'

মখোয় হেক থিংলদুনা জহরনা হায়রকই, 'কনাগুম্বা নিপা অমদসু হেক্তমক চৈনা কাওগদবা অহুগুম্বা মফমতদা নঙনা হেক হেক ফুজিলকই। কিফম লৈতে হায়বদি করম খঙলিবা ?'

মমিৎ উইশিন্দুনা নোক্লগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মহু ঐখোয়দি হেক্তমক শায়না খঙবা ওম্মী, হেক্তমক থেংনৈ। নঙ নিপানি ; অদুবু লমচৎ নাইদবা নিপাদি নত্তে।'

'নখোয়দি নিপাগী ময়মচৎপু হেক্তমক খঙবা ওয়কো ?'

'লমচৎসু নত্তে, মাগী নিপা ওইবগী মতৌ পুম্নমক্ অদুবুসুনি। মিৎনা হাইকেত্তুং য়েংবদা নিপাবু হেক্তমক খঙবা হায়বসিদি নুপীশিংগী মনাংনি।'

জহর বা মখা ভারক্তে। শ্রীমতীনা নাকল অমরোমদা ওস্থোক্তনা বা ঙাঙলম্মী, অসোম থংবা নাকন্দনা মাগী মকোকী অচৌবা শম্বুন অহু মোম মথক্তা নীংথায়দুনা ভারি। মাগী মশমগী মুংশিয়বা মনম অদুবু খঙহৌদনা লৈগী লৈনম ওইরমায়ে হায়না নীংই। মশক কজবী নুপীগী শমক্তোই ময়ামগী মুংশিরবা মনম অদুনা মতৌ করয়া অহিংগী অমম্বদা মায়াগী লাং অমা শগোয়কপগে হায়বহু অসুম খহুক্লবগী

খুঙচৌদনা জহরনা নীংশিংলকই ; মতম য়াম্না কুইরবগী মমাঙদা ধর্মশালা অমদা নোংমদি মহাকস্ মাড়োয়ারী তীর্থ-যাত্রী কাঙবু অমগা তিম্মনা লৈমিন্নখি। কাঙবু অদুদা মথোন কারকপী নুপী অনিথকস্ য়াওখি। ধর্মশালা অদু কা অমথক্তনি। কা-দি অচৌবনি। হিপ্পা হিপ্পা জহরনা অহিং অথেঙবদা নুপী অনি অদুগী মশমগী মনম ফংবদা শঙঙমত্রবা কৃপণ্রবা রস মথল অমা মহাক্না করম ভৌনা থেংনখিবগে হায়বদুমদি কৃইনা অসুম কাউঙমলরোইদবনি। কাউঙমলোইদবগী মরমদি, মীওইবা পৃন্নমক অসুম্না ভৌনবা ঙাক্ত ওইবননি। থোইদোকপা মনম, মখোল, শোক্র-শন্নবা অমদি ইঙ্গিত—মখোয় অসিগী করিগুম্বা অমনা মীওইবা পৃক্লীংবু ঙাওহন্দুনা মী অদুবু থিবা ফাওবা হেক খঙহনখিদে—মসি করিদগীনো হায়বদু ঙসি ফাওবদস্ ফোংদোক্তবা পাখোঙ ওইনা অদুম্মক লৈরি। মসি লোইবা-নাইদনা অসুম চথরক্লিবা মীওইবা পৃক্লীংগী অথুপ্পা মশক অমনি।

শ্রীমতীগী মশমদগী থোরকপা মেঙনা থুম্নবা মনম অদুগী খোঙ্কুল লীহনা জহরগী কল্পনানা অহিংগী অমম্বা চবুনগী লাং মখৈ ফাওদৎ-খিহনা কদাইদনো মক্ষম খঙদবমখৈ চেনখিবা হোরক্লে। তুমথপ্রবা ফাওবদা মাগী কল্পনাগী খোঙচৎ অদুদি অদুম্মক লেপ্পা লৈখিদে।

শেংফাত্তবা রা-লান ঙাঙনবগী মখোল অমা তাবদগী মখোয় অনিমক মিংকপ থোক্লরকলে। জহরনা হায়্না ভৌগৎহনা ফ-লে। মমিং নোইনা নোইনা হায়রকই, 'লাঙশিবসি করিগীনো ?'

শ্রীমতীনা শাউনীংহনা নাকল অমদা য়াওল্লগা মমিৎ উইশিন উইশিন্না হায়রকই, 'ঐথোখগী ইরমচৎ-ইভৌগী মরমদা ঙাঙনরিবা ওইরি-নিদনা।' হায়রম্লগা মহাক অমুক তুমথনবা হোৎনখরে, ভৌগৎলক্লে।

জহরনা শাইহাক মনা থাংগত্তুনা মপান্দা ঙাঙনরিবা রা অদু তারগা হায়রকই, 'হোগৎলোদনা সে।' হায়রম্লগা ফ্রুক হোগত্তুনা লেপশ্লে। মপানদদি মতম অদু নুমিৎ চায়রকলে।

মফি মরোন শেমজিন্দুনা মকোক্কী শম-য়াম অদু পুনশিল্লগা শ্রীমতীদু হ্মক্তি হোগত্তুনা ফমলে। হায়রকই, 'ঙাইখো, চা লোনখিগে, হাম্না থকখো, নঁত্রবদি ঙাঙনরিবশিং অসি তারগা নঙগী মেজাজ অদু

লাগৎলক্রনি। য়ুম ভাড়াসু তোন্দবনিনা হুজীক্তি ফুররবা ফাওবদসু রা ভাঙলয়োইদবা ফিবম অহুমক্তি নম্রবনি।'

নোক্লুনা জহরনা হায়রকই, 'মদুদি চুম্মী। অদুবু ওসিদি ঐগী মেজাজ অসি শাগৎলক্রে—ঐ কাউথোকগ্রে।'

ষ্টোভ থাগত্তুনা হায়া চা লোল্লে। মতম চানা চা থক্লগা জহরনা থোঙ হাংদোরকলে। য়ুম অদুগী মচানিপা অহল অদু হোজঙ মনাক্তা লেপ্তুনা নিপা অমগা রা ভাঙনরম্মী। জহরবু উবদা হায়রকই, 'নমস্কার।'

জহরসু হায়রকই, 'নমস্কার।'

মানা হায়রকই, 'রাত্রী-রাত্তাই তুক শানজনীংববু অদোমবুদি ইউ উজবা হেক ফংদবসিদা। থবক ঈনথাং য়ায়া চিনবীরিবরা?'

'হোয়, হুজীক অসি ঐখোয়গীদি পোয়নু থা হায়বদু ওইরি-বনিনা। কৌ অমদি লীমোন য়োনবা হৌগ্রে; লুপা-শংবা থোমগৎপগী মতম—'

মী অদুনা হায়রকই, 'ওরাং অহিং থেঙলবা ফাওবদা অদোমগী অসিদা য়ায়া লাঙনখিবদুবু করিগী ওইরবনো?'

'ওরাংবো? ওঃ—নীংশিংলকলে, ঐখোয়গী প্রজা অমথক লাক্লুনা—শেল থুমগী মরমনিনা থরা তুক—'

মতম অসিদা অহল অমথক মপান থোরক্লগা হায়রকই, 'অদুবু প্রজা অদুনদি মাগী জমীদারবু করি অমত্তবু উশোংপিরমদেনে। নঙ্গগা মাগা ভাঙন শানখিবা লোন্দাশিং অদুদি ইবুংঙো, অদুগুম্বা রাঙাঙদি লীক্কলী অমত্তগী লোন্দা নত্তে। করি মতৌনো হায়য়ু য়েংসি?'

জহরনা শকফম হাইফেৎ হজিন্দুনা হায়রকই, 'তাকপিরিবদুবু করিনো?'

'ঐনা হায়বদি অসিনি—' হায়রগা ভদ্রলোক অদুনা হাইফেৎ নোক্লুনা হায়রকই, 'মসিদি য়ুম্বাল্লিবা য়ুমলকনি, নুপী-অঙাংমক্তা লৈরি-বনি, মকম অসিদা ভাওবদি কয়া খুদোং চাদে। নশামক্তা অমুক্তা হায়য়ু য়েংসি—'

'অদোমগী য়ুম অসিদবু ওরাং অঙাওবা লাকখি হায়না থন-বিষরনে?'

'খনবা নত্তে ইবুংঙো, ভশেং ভশেংবনি। মরুম অদুনা অসিগুম্বা থোদোক অসি অমুক হয়রা থোক্লক্তনবা ঙসিমক নখোয়না থোরাঙ অমা তৌবা তাই : ইবুংঙো ?'

'হায়রবদি ?'

মচানিপা অহল অদুনা হায়রকই, 'হায়রবদি কা অনি অসি খালি ওইরবদি অতোপ্পা মীদা ঐখোয়না শান্দোক্তনা লৈহনবা য়াই।'

শ্রীমতীহ মনুংদা অসুম লৈবা ঙমলক্তে, মকোক্কী মায়খুম-কি অদু চিংখত্তনা মপান থোরক্লগা হায়রকই, 'লাইরিক-লাইগু খোইনা হৈত্তবরা করিনো. অদু ওইরবদি খঙবিরমগদবনি ; আইনগী য়িংয়েংদদি চাওখত্রবা দাবি অদুনা খজীক্ত ফাওবা হাইজিল্লুবা য়ারোই ! হায়বিনীংবা লৈরবসু করিনো ঐগী ইফমদা হায়বিয়ু।'

হাইফেং শাউগংনা মপা অদুনা হায়রকই, 'নিপা মশেন ঙাঙনবনি, নঙদি ঈমুংদা চঙক্লো ইমা।'

হেয়া শাউনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐদি অদোমগী ইমাসু নত্তে ; ঐবু নঙ-মা হায়নবা হক অদুসু অদোমদা পীজখিবা লৈত্রি, খরা খয়া খত্থনা রা ঙাঙবিয়ু।' হায়দুনা ঙাইহাক লেপ্লগা অমুক হায়রকই, 'অদোম-খোয়গা ঐগা করিসু রা ঙাঙননীংবা লৈরমলোইদবনি। অদুবু য়ু-ঙাওবা লাক্লম্মী হায়জিন্দুনা কয়া য়ায়া ঐগী ইজ্জত মাঙহনগ্রবগে হায়বত্ত খঙবিবা য়াবা অদুগুম্বা শিক্ষা অদু কাওবা অদোমখোয়গীদি লৈতে। আ—মথাগী স্কুলদা চঙদুনা অমুক মিং চয়বিরুখো।'

মচানিপা অদুনা হায়রকই, 'চীন খরা ফাজিনবীয়ু। নুপীনি হায়হনা ঙসি—'

শ্রীমতী নোক্লক্লে, হায়রকই 'অমুকসু শোয়রে। নুপী হায়বসিগী ফজবী রাহৈদি মহিলা ( ইমাগী জাত ) হায়বনি, মসি চীনফা পুশিনবীয়ু।'

মচানিপা অদুনা করিনো অমা অমুক হায়গে তৌরকপদা মপানা মনমগন্দা খুনীংনা থিন্দুনা লম্বীদা কুমথহনম্লে। মচা অদু ঙু ঙ ঙু ঙ ঙংনা অদুম হংগৎহন্দা চত্তুনা লৈম্লে।

শ্রীমতীমা জহরদা ওনশিন্দুনা য়েংলগা হায়রকই, 'য়ুম অসিগী মপুদা হায়খো, মখোয়না নীংবা মতুংইমা হৌগত্তনা হেক চৎলিবা

হায়রব্ৰ ঐখোয় ইশানা য়াদে, মরমদি, থা অমগী ভাড়া পূরণ হায়া পীরগা য়ুম অসিদা ঐখোয় চঙলকপনি।'

'ভাড়া পীগ্রে হায়বগী প্রমাণ করিসু লৈতে।'

'লৈতেয়ে? ও, চুপ্পী, ফজথোক্তুনা ঐখোয়না রসিদ অমু লৌখিদে অমুম ফনা ওইহ্নুনসু মসিমদি ঐখোয়না খঙহল্লিবসিনি—ঐখোয় হৌগতুনা চংখিবা ওমলোই।'

য়ুম্বুনা হায়রকই, 'নুমিৎ হুমনিগী ভাড়া ককহৌরগা অয়েবমু হল্লকুবা ফাওবদা?'

জহরদি অপঙবঙম লেপ্তুনা মখোয়বু অমুম য়েংহনুনা লৈরম্মী। শ্রীমতীনা মাগী মমায়গী ফিবম অমু উবদা নোক্লীংবা ফাওহনুনা হায়রকই, 'অমু ফাওবা য়াদে। ঐখোয় ইশাগী খুদোং চাবা য়েংহনুনা হৌগংখিগদবনি, কনাগী মরানদি মমু খক ওইরোই। দরকার লৈরে থমখিরবদি পুলিশ তাকপিরুবা য়াগনি।'

মচানির্পাহনুনা ওংহনুনা মপানদগী হায়রকই, 'পুলিশ নত্তে, পাংগল শীজিন্নহনুনা ঐখোয় ইশানা নমহনুনা হেক্ত তাম্বোক্লনি।'

জহর অমু মমায় লৈথোরক্লম্মী, শ্রীমতীনা মহাকপু ছিংহনুনা মনুংদা ঈনশিনগ্লগা নোক্তুনা হায়রকই, 'য়াম্না ফৈনা—মমুদসু বেয়া লৈতে, অমুমদি ওইরগা ঐখোয় অনিনা নামা ওইহনুনা লেপল্লবদি অদোমগী কয়া খুদোং চারোই, অদোমগী শাবানশিং অমুদি ঐ ইথঙনমকসু পাবা ওমগনি।' হায়রগা নীংখিবা শাথেক্লা লাক্তুনা মহাক ঈমুং চঙলকলে।

জহর অমু মনুংদা ওাহৌ ওাহৌ চংলম্মী, শ্রীমতীনা মহাকপু অমুক চম্না য়েংলকই। নুপী থুদীংমক্লা জহরবুদি উবদা হেক্তমক পেন্নজগদবা ওাক্তনি। হায়রিবসি উংনা কুপশিল্লবা মাগী মশক অমু উক্লবতনা ওইগবথা নত্তে, মাগী কল্লবা মপাম্বোম, কল্লবা থবাক, নীংখিজরবা লূ-তোং—মশাগী করিওম্না মকমদসু শোইনাইবা মচেং অমা ফাওম্না মঙোন্দা য়াওবা লৈতে। মানা হায়রকই, 'গুড-গ্রাঙ হেক তৌনরুহল্লা তোকনিকো। নওবুদি ঐ কিজেকো ইবুংঙো।'

জহরনা হায়রকই, 'কিফম লৈতে, অহম মরিরক হম্না চৈক্ল চারবা ফাওবদা ঐ তুমিল্লা অমুমক লৈগনি।'

:দি ?'

'মথং তাবদি হায়বা ঙমদে। অদুদগীদি লোক্লুংদগী কৈজাউ চোংথোরকপসু য়াই। নূপীবু ঈকাইবা পীবা ঐ য়াম্না থেংনরক্লে, অদুবু নঙনা ঈকাইবা নংবা অদুবুদি ঐ থাঙবা ঙমলোই শ্রীমতী!'

নুম্বিং অদুমা চাক-ঈশিং থোংনদ্রে। ঈরুজথোক্লরগা মথোয় অনিমক য়ূম শো লোন্দুনা মতম অমদা মপান থোক্লখ্রে।

---

# ৪

লম্বীদা থোরক্লগা মথোঙ মরম ঈথঙ হেক থঙদবমথৈ মথোয়না পূং অনি চূপ্পা পঙচং চংলক্লে। কলিকতা শহরগী পাকচাউরবা লম্বেনশিং অদুদা মতম অদুদদি অঙকপা ফংনা নিনখোংবা অমদি লাঙনবা হোৎরক্লে। মথোঙ থঙদ্রবা মীয়াম, মশীং লাকঙমদ্রবা শগোল গাড়ী, ষণ গাড়ী, হয়াগাড়ী, ট্রাম, বস—মচি অমদা লাউনা খোংনবা, মফম অমদনা চরাঙনবা মতৌ, ক্রক ক্রক ঈন্নবা মীয়াম, য়ৈন-ঙনবা, বক্তৃতা তৌনবা, কৃষ্মৈ অমদি সোভাযাত্রা—অসিনচিংবা আসনা পুল্লপ তোংশিন য়ান-শিন্নখিদুনা হায়ফম থঙদ্রবা অঙকপা মথলগী নু'ঙাইবা রস অমা ফাওহল্লি। ময়াম অসিগী মরক্তা ঙসায়মথৈ জহরনা শ্রী' তৌবু কোয়পু পুদুনা চংলুরে। ট্রামদা কাথংলে, বস্ তোংলে, কূনথদুনা মথোঙনা অমুক চংলে, চংনা চংনা টেক্সি অমুক তোংলে অদুগা টেক্সিদগীদি হোটেল অমগী মমাঙদা অমুক কূমথরে।

চাক-ঈনশাংগী হোটেলনি। ফজবী নূপী লোয়নরকপা উবদগী হোটেল-ওয়ালা অদুনা মথোয়বু তোঙানবা কা অমদা মফম শেমদুনা পীরে। মফম অদুদা চঙদুনা মথোয় অনিমক্না ফিদা অমমমদা ফম্নরবদা পূখমদা চাক অমসুং লোয়নবা হোৎনবা মদুগী মথেন-মকোয় অসিন-চিংবসু মথং মথং থুংলরে।

মপূক থম্না, য়াম্না পেন্না চাবা থকপা লোইনরগা মখোয় অনিমক্তা হৌগৎনরকপদা উরে, চান্নিবা মতা অদুগা য়েংনকুরবদি শেল য়াম্নবু তারমদে। ওইনীংবসু ওইরসনু ফরে, হিসাব শেংদোক্লম্লগা মপান থোক্করক্লবদা জহরনা হায়রকই, “সিদগীদি মখা কম্নি অমুক তাখিসি হায়বগে ?”

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘চাক্কী নেশা অমা লৈ, ’সিদগীদি তুম্নীং-লক্লগনি।’

জহরনা হায়রকই, ‘অদুদি চৎসি চৎলু, গঙ্গাদা চৎলগা ষ্টিমার তোংলুসি। মদুগী মথাখৎবা থাক্তা চঙলগা তুমলুবা য়াগনি।’

‘কাখৎলক্লরোইদবা ?’

‘পূং অহুমলোমদি লাম্থোক লানশিন তৌদুনা লৈগনি, মতুংদা কাখৎলমদাইতদা টিকেট পীরম্লগা লোইরে।’

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘অদুগী শরুকপুদি ট্রেণ তোংলগা কদাইদনো অসুম কোয়রুসি। অচেনবা ট্রেণদা তুম্বা ঐ য়াম্না হৈনৈ।’ হায়রগা মহাক্তা গাড়ী অমখক কোগে তৌরকপদা জহরনা থামদুনা হায়রকই, ‘চৎলু, খোঙনদুম অসুম চৎলসি।’

খোঙনা অসুম চৎনা চৎনা মখোয় হাওড়া-লম্বী তারকলে। লম্বী থেকচিন্দুনা মখোয়না থরা থাপলপ চৎলক্লবদা কনানো অমনা তুংগোমদগী কৌরকপা তাবদগী অনিমক খংলেপ হেক লেপই। চেনলাক লাকপা পাখং অমনা শ্রীমতীগা মখূৎ তাপ পায়দুনা হায়রকই, ‘ইচে, নঙদি অসোমদা ?’

শ্রীমতীনা চরাউ মীনোক নোক্লুনা হায়রকই, ‘হায়মা বিমল, না-খেক্তেদনা ?’

বিমলনা হায়রকই, ‘মাংগোন্দা অসুম লেপলিঙৈদা নখোয়না চৎপা উরকপনি, য়েংউ অসে—নখোয়গী ননাউ-নূপাসু হুজীক ফাওবা আদা লেপ্লিবসে। চৎসি, য়ুমদা চঙলসি।’

শ্রীমতীনা হায়রকই, ‘ওজাগা নঙগদি খঙনদ্রি বিমল, প্রফেসারনি. ঐনা তম্লকপা কলেজ অদুগীনি। অদুগা ওজা! মহাক অসিনা ঐগা পোকমিম্নবা ইনাউনূপী লোবা ইনাউনিপানি।’

হৌনবী মতুংইন্না অহৌরগা নমস্কার তৌনরগা বিমলনা মাগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, 'লেঙশিনবীসি ওজাবু।'

বিমলখোয়দি অবস্থা য়াম্না ফৈ. মখোয়গী দলান অচৌবদুগী মচি খুদোংদা নুংঙাই-য়াইফবগী খুদম-ঙাক্তা মরাং কায়না উবা ফংই। পূজারী বামন অমদি মীনাই মীশন মখেনা মথাদা রারী শানদুনা ফম্লী, মগোয়বু উবদা ঈকাই-খুম্না ফ্রক-ফ্রক হৌগৎলরকই। থংননা লৈবা বৈঠক-খানাদা অঙাংমচা মশূ থরনা ইলেক্ট্রিক পাংখা মথাদা ফমদুনা তাস-চৌবর শান্নরি। কাখৎফম সিঁড়ি ময়াদনা শ্রীমতীগী মনাউ রমানা নোক্লা নোক্লা লেপলমলি। মহাক্না মখুৎ পায়দুনা মথক্তা মচেবু পুখৎখ্রে। বিমলনা হায়রকই, 'ওজাসু, মথক্তা লেঙখৎপিরকউ।'

মথক য়ৌরগা কা অমদা পুশিন্দুনা বিমলনা হায়রকই, 'ইজি চেয়ার অসিদা লেঙশিনবীয়ু, পোত্থাবীয়ু। মসিনা ঐগী লাইব্রেরীনি, করিগুম্বা লাইরিক পাবীনীংলবসু—ওজাবু ঙাইহাক্তংদি, ঐ থুনা লাকচগনি।'

ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না রমাবু পুদুনা কা অদুদা অমুক চঙলক্লে। নমস্কার তৌরগা রমানা হায়রকই, 'ইচেবুদি ওজাদা তমলে, ঐগী লাইবক্তদি মদু থোক্লে।'

অহৌরনা হায়রকই, 'করি কলেজদা তম্বীরম্বা?'

বিমলদা ওনশিন্দুনা য়েংলম্লগা রমানা হায়রকই, 'কলেজদসু নত্তে, মেট্রিক ফাওবদং—মদুমকসু পাশ তৌরক্তে; চৈরক অসিদা—' হায়রগা মহাক ঈকাইদুনা মথা অদুম তাখিদরে।

অহৌরনা হায়রকই, 'চৈরক অদুদা নোংমদি মোইবুং খোংগৎলকলে নত্তবরা?'

নোক্লা নোক্লা চৎখিরমদাইদা রমানা হায়রম্মী, 'ঐ ওজাগী চা শেমজরুখিগে।'

বিমলনা ফমথদুনা মহাক্না রারী-রাজাই তৌনহৌরি।

তুম্ফম কাদা চঙদুনা রমানা থোঙ খঙ্কীতং ঙাশিল্লকই। মতম অদুদা শ্রীমতীদি মাগী মচানিপা পিশক পীকলিবদু মতম্বাক্তা পমলপা ফমলি। রমানা হায়রকই, 'নিপারা নুপীরা নচা অমত্তসু পোক্তনা

মচি অমদা ঈংনা অদুম লেনজবা য়াবস্থ থোক্রেদো। অং—অদুদগীদি কমদৌরবা?'

'অদুদগীবু করি 'ওইগদগে?' শ্রীমতীনা মখা হায়খরকই, 'খংলরে, চৈনরে। নিপানা মথোঙ চারক্রবদি ঐ খক খাঙবা ঙমদে রমা।'

রমানা হায়রকই, 'অদুদি রমণীবাবুগদি পূমনোই লোইনরবা?'

'লোইনদ্রবদি কমদৌনি, লৌ-শীং চংঙ্গে, লুপাস্থ শংবাস্থ লোইনা পাইঙ্গে, ইরীক-ইকোন পূম্নমক তুমলে, করি অমুক হায়গনি, ঈমুংগী লোং-চৈ ফাওবা—মদুমকস্থ মখাঙলো, মু থকচিল্লগা রপানগী নুপী পুশিল্লকুনা ঙাওশিন্নরবা, মদু ফাওবস্থ মখাঙলসি অদুবু নোংমদি তাবা ফংলকলে, নাক-ম্লেৎ অনিমক্তা লৈরিবা ঈমুংশিংগী মৌ অমদি মীনাই-নুবীশিং ফাওববু লৈফম-চাফম খঙহল্লকরে, মখোয়না ভোটিদা ঈশিং শোকপা ফাওবা চংঙমদ্রে, য়ুমথক্তা কাঙবা ফংদ্রে—নুমিৎ অদুদদি ঐ খম থেংনা তুক্কচঙ্গে, নুমিৎ অদুদি ঐ খাঙবা ঙমদ্রে রমা, মীনাইনুবী অদুগা তান্নদুনা অহিং মমৈদা থোরক্লে। ইস, তাইবঙপানবা পূম্নমক অসি মতম অদুদা ঐগী ইমিৎ অসিদদি পূম্নম মমশিনখি।'

'বাবাগী মনাক্তা হেক্তমক চল্লিবদি করিগীনো? মাগী মরল মথুম পূম্নমক নঙতগী শরুকনি। মহাক্তা নঙবুদি—'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হোয়, বাবাগী অদুদা চংফম্বদি থোকপনি খঙই, অদুবু করি হায়নদি চঙলুগদগেদো? উন্নরগা মঙোন্দা হায়রুগদবদু করিনো? ইপাগী মকমদা ইপুরোইবগী মরমচং-মতৌ পন্দুনা ঙাঙলুগদবগী শরুকপুদি হু চাদুনা শিবনা হেন্না ফৈ।' জায়না হায়না মাগী মখোঙ্গেন অদু লূমথরকল্দে।

রমানা হায়রকই, 'মতম পূম্নমক্তা নশানগা তপথবা হৈজদ্রে, অদুগী মথক্তা অসিমগস্থ থোকচিল্লে। অদুগা মফম অদুদগী থোরক্লপা নঙনা ঐগী ঈনাক্তা হেক্তমক লাকখিদ্রিবনা করিগীনো?'

'করিগী লাকখিদবনো হায়বদু, ইবেম্মা, ঐগী পুক্নীং খঙদনদি তাক্তুনা নঙোন্দা খঙহনবা ঙম্নরোই। মীনা, খায়দগী চাউবা মশাগী তাংজফম অদুবু খাদোক্লম্নবদি মী অদু ওঙ্ঘোক্লু তোম্বা অমা ওইরকই।'

রমানা হায়রকই, 'পাউ হেক তাবতদা ঐ অসি নুংদুমগা পাংথক

ওইখি। কদাইদগী পাউ লৌগনি. কনাদা হংলুগনি—ঈমুংদা ফমদুনা ইথস্তা ফর ফর ওন্না খাঙজবা তাখি। ইচে, হৌখিবা নুমিৎ কয়ানিমক্রম অসিদি নহাক কদাইদা লৈরুই?'

'অহানবদা মীনাইনুবীগী ময়ুমদা লৈরুই। খঙলকলে, মাগী মতলবসু ফংলমদ্রে. মদু অকিবগী মশক ফংলবা খুদোংথীবা মখল অমনি রমা; অসিগুম্বা মতমদা ওজা ইবুংঙো অসিগা থেংনখিবনি, মহাক ঐগী খুদোংথীবা মতমগী মরূপনি. অরাবা মতমগীসু তাংজফমনি।'

'হুজীকি বাবাগী মনাক্তা চৎলগনিদনা?'

'অদুবুদি চৎকনি অদুগা লৈবদি লৈরোই।'

'লৈরোই হায়রবা? অদুদি—'

শ্রীমতীনা হাইফেৎ নোক্তুনা হায়রকই, 'কদাইদসু অমত্তা লৈরোই রমা, ইশাগী ইখোঙদা ইথস্তা লেপচদুনা লৈগনি। ঐগী ফিবম অসিদা তারবা. মপামদসু লায়রবী অদুগুম্বী নুপী অদুনা করম তৌনা মথস্তা লেপচবগে হায়বদু ঐনা উৎকনি।'

'অদুবু, বাবামদি নহাকপুদ খন্দুনা লৈজৈদো ইচে। ইমা লৈজবসু নত্রে।'

'ঐ মদু খঙই রমা। অদুগা নঙদি কমদোনা পাল্লিবগে হা? নচানিপাগী মামংদি করি থোনবীরে?'

'হুজীক ফাওবা মশিং থোক্রি। পঞ্চানন হায়বরা, ভজহরিরা করিনো অমা কোক হেক থোনবীরগা লৌইরে।

অনিমক নোকমিন্নরে। রমানা হায়রকই, 'অদুবু, ঐনা অসুম উববু ইচে করিগুম্বা ফিবম অমওনসু নঙবু'দ কৈদৌঙৈদসু লাকহৎপা ওয়ক্তে। নচা-নশূ চেল্লমুবদি ঈরায় লায়না হেক্তমক লাকহংলমগদবনি।'

'হোয় চুম্মী, অদু ওইরবদি লাকহংলমগনি।' হায়দুনা মতম্বাক্তা তুমলিবা অঙাং অদুগী মমায়দা নোম্থররুগা শ্রীমতীনা মপুংফানা অমুক্তং পেম্না চুপচরকলে। মথংদা মমায় হাইগৎলগা অমুক হায়রকই, 'নচা অসিদুম ঐঙোন্দা পীরগেরদো?'

রমানা হায়রকই, 'ঐদি ওস্থোক্না পানীংগ্নবা জাৎনি। ঐগী অঙাং অসিবুসু নহাক্তুম্না মথোঙ হুক্তবা, ঈন শেগায়বা, লোং অতৎপা অদুগুম্বা

মীওই অমা ওইহনজনীংলিবনি। অঙাওবা অঙাংবু ঐদি য়াম্না নুংশিজে।'
হায়রগা মহাক্না হৌগত্তুনা চাগী ঈশিং থাংগংলুরে।

চা শেম্বা লোইরবদা মহাক্না কৌরকই, 'কাহ্নাই?'

কাহ্নাই খোদেমদুনা থোঙজীন ময়াদা লেপ্পরে।

রমানা হায়রকই, 'লাইব্রিক-শঙদা মীখোম থরা তাবগুম তৌই, চা-কপ কয়া চঙগদগে নঙ অমুক্তা য়েংথোরকউ।'

কাহ্নাইনা চত্তুনা য়েংলুরগা হায়রে, 'বাক্সা থানা কপ তরুকফি মদৌ ইবেম্মা।'

চাগা লোয়ননা চান-থরুবসু শেম শাদুনা মহাক্না কাহ্নাইদা লাম্থোক্-হনখ্রে। মথুংমক্না চা কপ অমগা অচা অথক হাপ্না শেমপাক অমগা পায়দুনা হৌগংলগা হায়রকই, 'চংসি ইচে, কা অমা অসিদা।'

মচীন্ননাও অনিমক্না লাইব্রিক শঙ য়ৌরক্লবদা উবা ফংলে, মকম অদুদা চপ-চাবী সভা অমা ফমলমলে। রমানা চঙশিন্দুনা ঙিজি চেয়ারগী পাম্বোম মথক্তা চাগা অচাপোংকা থম্লগা হায়রকই, 'ওজাগী ছাত্রী অসিগা লৈমিন্নরুবদগী চা পীবা ওাইহাক পম্মুত্রে ওজা।'

মখোয় পূম্নমক্না ওসি নৌনা লাক্পী, শাবান নীংথিবী, শকহেনবী অদুবু তয়া য়েংশিন্নরকই। অসুম তৌনা শকখঙ মায়খঙনদবগী লৈবা হৌনবা অপন-অহুই পূম্নমকপু লাম্থোক্নুনা ইরায় লায়না বা-লান ওাঙ-থোকপা ওমলিবী মহাক অদুগী মরমদা খঙনীংবনা মখোয় অপুম্বগী মপুক্তা থিংওমত্রবা লাওতক্লবা অমনঃ অকা-অকুম শান্নরকলে। অংগা মহাকপু ঈকাইবা খঙদবী নুপী অমনি হায়না অখন্নবা করিগুম্বা বিশেষণ অমা হাপচিন্দুনা পাক হেক লৈতেংশিল্লনবা উপায়সু লৈতে। কোয়রাওনবী মাগী মমিং অসিদগী ময়া থোরবা কুম্মৈ পুবা মতৌ মক্তা কাপথোরকপ-ওমনা মশোয়না নীংনরি।

বিমলনা হায়রকই, 'মহাক অসিগা নখোয়গদি খঙনত্রি; ঐখোয়গী অতিথিনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঐ ইশামক্না ইশাগী পরিচয় পীজগে। উম, মদুগী মমাঙদা বিমলগী অশোয়বদু হায়া চুমথোকহৌথিগে। ঐ মখোয়গী অতিথিদি নত্তে, চুয়া অরাকপা মীওইনি। ইশাগী পরিচয়দি ঐবু মুয়া

য়েংবতনবু শরগী মথেদি ভাবনা অদুম লৌশিনবীবা য়াগনি, সমাজগা মরী লৈনবা লেমহৌরিবা পরিচয় খরা অদুনা—ঐ অসিনা য়ুম অসিগী মবেন্না অমদি য়ুমলৈমা ওইরিবী অসিগী হেক মচেনি, অদুগা অসিদা ক্ষ্বিরিবা অসিনা—ঐ অসি মাগী ছাত্রীনি।'

মিষ্টর রায়না হায়রকই, 'অসিগী মমাঙদদি অমুক্তসু অদোমগী দর্শন ফংজখিদ্রি?'

'মহু ফনা লুনা লৈ, দর্শন তৌবিবগী য়াফমনিদো। ওজাদি তুমিন্না অদুম লৈথোকপিরবা? চা অঙৈংবা হৈনখিবরা?'

জহরনা হায়রকই, 'হোয়, রা অসুম ঙাওনরকপসিদা শাগৎলকপনিনা চাদি ঈংহনবনদুম ফরবনিমা।' হায়রগা মহাক্না কপ অদু থাংগৎলকলে।

তাংথক নাইদনা নোক্লগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙ করিসু থনগ-নুকো বিমল, ঐখোয়গী ওজাগী মতৌদি অসিনি, হারমোনিয়মগা চপ হেক মায়না য়ীভকী মথক্তা থৃংনা নম্নু্ড্রিমথৈদি ওজাগী রাঙাঙ অমত্তা থোক্লক্তে।'

শোইনৌ উকীল অমলেন্দুনা হায়রকই, 'কৈনা 'দুদে, অদোমনা নীংথিনা খোংবিয়ু, ঐখোয়না ওজাগী ঈশৈ তাজগে?'

'কমদোবগে ওজা, খোংউ হায়বরা, ওজাগী মরৈমরাং অদু অশোয়ব-ক্কাদি য়াওদেদনকো?'

মাগী রাহৈ রাতাশিং অসি তাবদগী নোক্না নোক্না রমাদি অদুম মপান থোকপ্রে। জহরনা হায়রকই, 'মরৈমরাংবুদি তেক্ক্রবসু কোহ্লিংদি ওয়া কারে, নঙগীমকসু খোংবগী প্রেকটিস্ রাংলে।'

বিমলনা হায়রকই, 'কাগি তোক্কনা মথোয়বু তশেংনা ঈশৈ অমত্তংবু তাহনবদি কমদোই ইচে?'

'মদুদি তোয়মল্লদুনা করিসু কায়ঞ্রবনি। সংসার অসিদা লাক্লগা ঈশৈ শক্কনা শেলহনবসি নপ্রবসু নুপীশিংগীদি তোঙানবা মথৌ য়ায়া লৈরি বিমল।'

খঙহৌদনা অকনবা থকইন অমা চাবদগী পূয়মক্না ইথক থক্না শ্রীমতীগী মমায়দা য়েংনরকই। মমায়দি হাইগৎপা তৌদনা নোক্কনা জহরনা মচীন ময়াদা চা কপ থাংগৎলকই।

'অদুবু মসিমক্তি ওন্থোক্লা চুম্বাজাংবনি বিমলবাবু।' অমলেন্দুনা হায়রকই।

হন্দক্তি জহর না ওাঙলকলে, হায়রকই, 'অদুম ওইনমক পুন্দোগী চাউর-চাউরবা অচুম্বশিং অদু ফোংদোকপদি চুমকাংতমাল্লেদা।'

বিমলনা হায়রকই, 'অচুম্বমক্তি ওজাবু, ওইদবা ওাক্তনা মুক্ষম ওইদুনা সংসার অসিবু পুক্লীং হুহল্লিবনি, অচুম্বনদি নত্তে।'

'হন্দক্তি নওগা ঐগা মত মায়রগনি। জগৎ তাইবঙপানবা অসি ঐগী মিং অসিদদি য়াম্মা নুংশিনা থোকই, মদুগী মরমদি, মফম অসিদদি মীহাৎপগা ধর্ম্মচেনবশিংগা মমল চপমায়ে। অমবুনা তুক্কচনৈ, হংগোইনৈ অদুগা অমবুনা নোক্লবি, করেমনবি।'

মিঃ লাহিড়ীনা হায়রকই, 'তাকপিরিবসিবু কবোক মুড়িগা সিতা-মিশ্রিগা অনিগী মমল অমত্তনি হায়বিনীংবা ওইরবরা? ধর্ম্ম তানবা কাওবুবু নোক্লনীংঙাই অমদি করেম্নবিনীংঙাই ওইরবসু লাইরমলেনদদি—'

শ্রীমতীদু থিক থিক নোকথোরকলে অমসুং মথাতানা মিনিট অমি ফাওথদসু মাগী মীনোক অদু অদুম্মক লেপখিদে। নোকপদু লোইরগা মানা হায়রকই, 'লাইরমলেনদদি মখোয় অদু নরক-তুম তারুবসু য়ানা লৈ।'

'নরক তাবা হায়বা, তাকপিরিবদুবু করিনো?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'পৃথিবী অসিদা সমাজনা থাদোকপিরবা, তোকম খঙজদ্রবা মী কাওবু অমা লৈ, কাওবু অদুগী মী থরনা লৈবাকমচা তাবগী মিং পানশিন্দুনা মীওইবগী অফা-অপুন-মক্তা শেমগৎলি, অদুগা লেমহৌরিবা মীশিং অদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক তৌই হায়বদি মীওইববু মখোঙ-মথুৎ তেকহনবা শরো শীল্লি। মীওইবা সমাজগী কায়বা তৌবগা মায়বা অপঙ-থোনা অমা সংসার অসিদা লৈত্তে, অদুম তৌরুরিবা মীশিং অদুবুদি ক্রুশতা লেংহনা

জহর নত্তনা মাগী রাঙাঙশিং অদুবু খরত ওইরবসু য়ামীংবা উৎপা মায় অমত্তসু মখোয় অদুগী মরক্তা কনাগৌসু য়াওনবা উদবত্তম তৌই। উপ্রবমকসু মদুগী কায়বা-কায়দবদি থোইদোকপা লৈবা নত্তে। করিসু নাচুংবা লৈতনা মহাক্লা হায়রকই, 'ওজানা অমুক্ত তাকপিদু, মীবু হু

পীজত্নুনা হাংপা মখোয় অদুবুদি খঙনবা ঙম্মী, অত্রগা নর্মগী পাউতাক তাহন্দুনা মীগী পূক্নীং শঙথহল্লিবা, মীরেম ওইহল্লিবা অদুগুম্বা মখোয় অহনা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা মীওইবগী য়েক্লবা নত্তবরা ?' অসি হায়রম্লগা পাউখুম অমুক ঙাইরম্বা তোদনা মতুং ওস্থোক্লুনা শ্রীমতীদু মপান অত্রম থোকখ্রে।

নোক্লীংবা ফাত্নুনা জহরনা লাইরিক অমা লৌরগা ফাক্তোকলি। ঙসিদি মহাক্না মপূকশেংনা অমুক্তং শ্রীমতীবু থাগত্তনা নৈবা ঙমখিদ্রে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা, ঈখঙ খঙহৌদবমখৈ শ্রীমতীনা মীয়াম অসিগী মমাঙদা ফাওরকখিবা অদুগুম্না ; মাঙখিবা মতমদসু নীংথিজরবা লীলাগী রস অমা ফাওহল্লম্লগা চংশিল্লি। মহাক্না অসুক য়াম্না ঙাঙবগা শকপগা তৌরম্লবসু মত্নদা মাগী করিগুম্বা মৈশা অমদি মনিল য়াওখিবা নৈতে—মাদি য়াশিং অত্নু ঙাঙত্নুনা তুক শাম্লরম্বত্তনি। কনানা মদুবু থাজৈ, কনা অমনা থাজদে—মত্নগীসু মানা করিসু থোশাক্লবা নৈতে ; মচীন্দা লাকপা লাকপা অত্নগী মখৈত্তা হায়রম্লগা চংথিবনি। মহাক মশানসু ঙাঙলিবা য়াকম অত্নু দায়ি থক লৌদে, সংসায়দা মানা করি অমত্তদা থাজরুবা নৈতে। চাউর-চাউরবা তত্ত্বগী মরমতমক ঙাঙত্নুনা মীবু কোয়না তাহল্লিবা অত্নগুম্বা মীওইশিং অত্নমক্লা মশাগী পুন্সীদদি করি অংত্তবুসু থক থাজবা নৈতে।

থেঙজিল্লকলে, মক্লপ-মপাংশিং পুম্নমক বিদায় লৌনত্নুনা মথং মথং চংনখ্রে, মখাদা মখোয় অয়াম্বগী মোটর থাত্নুনা লৈ। বিমলনা মখোয়বু থিন্দোক্লবা মখাদা কুমপ্তিঙৈগী চৈরক্তা শ্রীমতীদু লাইরিক-শঙদা অমুক চঙলকই। চঙলক্লগা নকশিল্লক্লুনা ইক্তি চেয়ারগী পাম্বোম অমগী মথক্তা ফম্লগা জতরগী মখূৎ নামখক পায়ররে। হায়রকই, 'ওস্থোকপনি, কমদৌসিগে' মখোয়না ঐবু হুজীক থাদোকলোইদৌরি।'

জহরনা হায়রকই, 'ভগবানগী চরণদা প্রার্থনা তৌজরিবনি, থাদোক-হনবীরক্লবত্তা ওইরসনু।'

'করিগীনো ? নঙদি ঐবু অসুম থাঙবা ঙমলমত্রবোইরে ?'

নোক্লাংবা ফাদূনা জহরনা হায়রকই, 'লাইনদি ঐগী পূক্নীং তবীরম-গনি, মোইবুং-হোরায়ঙম ঐদি অকা অকুম চাবা জাংনি।

মোইবুং হোরায়—মোইবুং থূজি লাবদা লেম্নবা থা মচেৎ শাবা হোরায়।

শ্রীমতীনা অঙাংদ অঙাংঙম মাগী মথুং অহু লৈথংলগা হায়রকই, 'য়েংঙোর, ঐদি অসিদা লৈহোদবা য়াদ্রে—'

জহরনা হায়রকই, 'হেক লৈহোৎফদা ঐনা থনগনি, নঙগী নরমচং অহু চিংননীংঙাই মশক্নি।'

শ্রীমতীনা নোক্ত্না হায়রকই, 'অহুদি নঙ হুক্তীক করি তৌরুগনি ?'

'চাগনি, থক্কনি, ভমক্ক থীংগনি।'

'ফাগি নত্তেসে, শেংনা হায়মু।'

জহরনা মাগী মমায় য়েংলগা হায়রকই, 'কয়া ঙকলিবনো, করি তৌগদৌম্লিবনো হায়বগী মথং মনাঙ পরেং অদুনবু কৈদোদৌরিবা ? থাদোক্কউসে, হৌগংখরো- মী লাক্ত্না তৌক্কনি।'

'লাকচসনু, হায়রো সে।'

জহর তুমিন লৈখি।

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নুমিৎ কয়ানিমক্রমদি ঐ মফম অসিদা অমুম লৈখিগনি। অদুদগীদি ঐখোই বাবাগী মনাক্তা চংকনি। মফম অহুদা নহাক ঐবু উম্‌বা লাক্কনিদনা ?'

'করিগী ?' জহরনা মমায় চাইগংলকই।

হাইফেং খুম্ফম খঙদনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'চুম্না তুক হায়ব-নিদনা, করিগী শাউরি ? লাকপিত্রবসু ঐগী রাকংচনীংঙাই করিসু লৈত্তে।'

মপান্দা খোঙথাং মখোন তাবদগী মহাক হৌগত্ত্না লৈথোকখ্রে। বিমলনা মনুং চঙলক্লগা হায়রৈ, 'ইচে, মখোয় পুম্নমক্না নহাকপু থাগংনবনা লোইখ্রে হায়।'

শ্রীমতীনা হায়রকই. 'ঐগী মতা-মতপু থাগংলিবরা নত্রগা অতো:প্পা করিগুম্বা অমগীরমে বিমল ?'

বিমলনা ফাক ফাক নোক্লগা হায়রকই, 'লাইরিক হৈবা মীনা থাগংপনিনা মদুমদি শেংনা খঙত্রেবো।' হায়ত্তুনা মহাক অমুক মপান থোকখ্রে।

শ্রীমতীনা অমুক চঙশিনত্ত্না মনাক্তা লেপ্পরে। মথংদা, মথুং নামথক তিংথোক্লগা ঙসিনা অহানবা ওইনা মহাক্না জহরগী মকোক্তা

মশাক খল্লোক খংচিন শায়না হায়রকই, 'করেম কথাইনরকনুকো, শেংনা খুমুক্কদরা ?'

জহরনা হায়রকই, 'ছাত্রীশিংবু করেম-কথাইনবা হোনবরা ?'

'হোয়নে, ছাত্রী অদু ওইজরগেনে। নঙগী অরোইবা পনথুংফম্বু করিনো অমুক্তা হায়যোবা ?'

'অরোইবা পনথুংফম ? করিগীনো'ধদে, মীওইবগী অরোইবা পন-থুংফমদি শিবনিদনা ?'

'মহাক্দি চামরকনি, মহাক্গী মমাঙ্ ফাওবগীবু হায়বা ?'

জহরনা হায়রকই, মসিদি নুপী ওইবা নঙগী নপুকচেন অদুগী পরিচয়নি, যুম্বান-লোনগী রাখলনি। তুংগী রাবু কনানা খঙবগে। নঙদি শঙবা ওয়রা, নঙগী নরাইবক্তা নঙবু কদায় তাল্লা পুগদোরি ?'

শ্রীমতীনা নোক্নুনা হায়রকই, 'ফরে তোকলো, অদুদি হায়যু, নহাক যুম্বানবগী খবক তোগদ্রা তোয়োইদরা ?'

'নঙগী নকোক চীকখংলকপগী মরম ?'

'চুমা খঙনাংবনিদনা। নুপী পুকচেনদি নঙনা খঙলিবদুনিদনা ?'

জহরনা হায়রকই, 'সংসারবু ঐনা য়াম্না হকচিন্না নুংশিজে শ্রীমতী। যুম্বানবা অমা ওইবা চায়বদুসু য়াম্না পামজে।'

'করিগীদি ওইদ্রিবা ?'

জহর লাইরিক য়েংদুনা অদুম তুমিন লৈ। শ্রীমতীনা মাগী মকোক ঈল্লগা হায়রকই, 'খুমদ্রিবসিবো সে— ?'

হাইফেৎনা কংনোক নোক্লগা মমায় হাইগৎ নক্নুনা জহরনা হায়রকই, 'করিবু খুম্মু হায়রিবনো ?'

'অসুম হেক হায়যু—য়েংঙোয়, মরম অসিনা ঐ যুম লিংখ্রিবনি। মরম অদো হায়যু, করিনো ? অপাম-নুংশি রাইথুংখিদবরা ?'

'হরে রাম রাম !' হায়দুনা জহরনা নোক্লনবা হোৎনরকই।

'অদুদি শেল লৈতবনরা ?'

'শেল লৈত্রগনু মীনা যুম্বানবা য়াদবরনে ?'

'অদুদি ? 'ধুদি ? 'দুদি করিনো, হায়দবা য়াদে সে।'

হৈনরক্ত্রদুনা জহরনা হায়রকই, 'অত্তোপ্পগী নুপী মচাকনু অমুক ময়াম্বা লাঙতক্করিবা করিগীনো শ্রীমতী?'

হন্দক্তি শ্রীমতীদু তুমিন্না হন্দোকখ্রে। জহরনা হায়রকই, 'ঙসিগী নঙগী য়াঙাঙ শাঙাঙ অমদি ইপা পাখংপা নত্তো-মওঙ অসিদি য়েত্নুমনা তৌবঙুম অমত্তা ওইশিন্নবা মরী থম্বগী হৈনত্রবা চৈনাখোন অমা ক্বাওইল্লি। মসি নঙগী হান্নগী হৈনবীমক্তি মত্তেদনা?'

মসিমদি জহরগী মরম্নাই ওইবা অশেংবা শকফমনি। শ্রীমতীনা নোক্না নোক্না হায়রকই, 'নঙগী নপুক্তদি করিনি হায়নবা থল্লি?'

'মসিদি অশেংবা প্রেম হায়বদু নত্তে, মসীগী মনুংদা চানবীবা অমদি নুংশিহৈতবা অনিমক তোংশিন্নদুনা য়াওরি।'

'অদুগা হুজীক ঐনা নঙগী নশা শোকপগা পায়বগা তৌম্নিবসিদি মসিগীদি করি ওইবা তারে?'

'করিসুগীসু নত্তে, ইচম চম্বা পরকীয়া-রসকী ঈঙ্গিত মচা অমত্তংতনি। অসি পুম্নমক অসিবু করিগীদমক্তনো হা?'

'নঙবু ঙসি থাদোকপা তাবা অদুগী ওইরক্ষম থোকইদনা। নঙনা চংকদোরিবা লম্বী অদু ঐনা শংশঙ উবা ফংই—মফম অদুদা কদাইদসু উরুম-লাংদে।' অসি হায়রগা মিংকুপ থরদি শ্রীমতীনা তুমিন্না মপান্দা অদুম য়েংদুনা লৈরুরগা অমুক হায়রকই, 'লাক্লে, ক্মলমথো' হায়দুনা স্বরমপী মতেক অমা ইক লাউনা থিংদুনা থম্নগা মপান থোকখ্রে।

তৌইওয়সুং হল্লকপা মতমদদি মহাক মথক্তা নত্রে, মাগী মত্তুংদা ক্ষমা য়াওরকলি। চঙলক্লগা হায়রকই, 'ওজাদি লেঙগদোরবকো?'

মকোক নোম্না খুরুমজগা রমানা হায়রকই, 'ওজাদগী হেনবা ইচেগী মরূপ কনাসু লৈত্তে। কয়াগী মতিক খুদোং চাখিত্রবা মতমদা ওজানা মাবু—, কৈদৌঙৈদা অমুক লেঙবিরকদবা ওজা, মদুদং তাকপিম্নু।'

'মরক্তা নোংমা হেক লাক্লগা লোইরেদনা।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হুজীক মতম থরদি য়ুম অদুদা অদুম্বক লৈবীখো; অমদা কোক হেক হোংদোকপিখিগনু। খঙবিরেদনা?'

হায়বা ইনবা অঙাংওম জহরনা মকোক হাইরকই। শ্রীমতীনা

লৈমায়দা থুকউ-থুদক কুহয়রগা মঙক্তা ফীজি য়েংশিন্দুনা খুয়া উফুন লোয়রকলে।

'মাবুসু কৌখিগে।' হায়হুনা রমানা মপান হেক থোকখিবগা মহাক্তা থুনমক হোঁগজুনা মাঙ-তুং অমুক্তং য়েংলগা জহরগী মখোঙ খুয়াগী উফুন তৈরবা মথুং অদু জহরগী মকোক্তা অমুক নানশিনবীয়রে। হায়রকই, 'খুয়া উফুন লোয়বত্তদা হেক শিগদৌরে।'

জহরনা শাউনা হায়রকই, 'হয়েং ক্লাসতা চঙলগা নঙবু বেঞ্চ মথক্তা লেপহনবদি শোয়দ্রবনি। মদুবু তৌদ্রবদি ঐগী ইমিং—'

নোক্লুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুগা ঐনা মদুগী মথক্তা লেপ্লগা হুজীক-কালগী ওজাশিং অসিগী ময়মচৎ লৈখা তাবগী ময়মদা লেকচর হেক পীগনি।'

অনিমক্তা হৌনা নোকমিন্নহুনা হৌগৎনরকপা মতাং অদুমক্তদা বিমলসু চঙলকলে।

বিদায় লোয়রগা জহরনা লক্ষ্মীদা কুমথরকপা মতম অদুদদি সন্ধ্যা মতম ওইশিল্লকলে। লক্ষ্মীদা মী অংম্বক কুংলমলি, সন্ধ্যা মতম ওইশিল্লক-পদগী অমুক্তদুম হেনগৎলক্লি। শোয়রোক অচৌবদুগী থেকচিনফম হেক য়োৌরকপদ। অহানবমক্তদা মহাক্তা খল্লকই. কদোমদা চৎসিগে। চৎনীংবা মায়গৈ অমদা চৎখিবদা মাগীদি অপনবা করিসু লৈবা নত্রে। আঃ—, হুজীক্তি মহাক হিংজরেদো। শ্রীমতীগীদমক্তা মপুক্তাংদা বাই ঈচিন চিনবগুম তৌরম্বদু বিমলচন্দ্রনা ঙসি মশক নাইবা মুক্তিগুম চোংথোক-পিরক্তুনা মাধু কনবীররে। বিমলগী মফমদা মহাক পুন্সীগী লমন তোল্লবনি। করিসু থোক্লবা লৈতবী নুপীগা লোয়নননা অসুম চৎমিন্নবা হায়বসিগা মায়না ৱারৈচেনবা অমা সংসার অসিদা লৈতে নুপী অদুনা মশক মতৌ ফজবী অমা ওইরবদি অমুক্তা হেন্না খুদোং চাদে। ফরে, হুজীক্তি শ্রীমতীসু হিংজহৌরে। মথুংনা লাম্বা ফংনা লৈবা অদুক চাউবা তাংজকম অমবু থাদোক্লগা ফংফম করিসু লৈত্রবী অমগুম মাগা লোয়নননা শ্রীমতীনা নুমিৎ কয়ানিমরুম অসি লক্ষ্মী খুদীং অসুম কোয়দুনজঃ লেনখিবা অদু হৌনম্রবা মতৌনি। করিগীদমক্তা মহাক্তা অসুম তৌনা কোয়চৎ চৎম্রিবনো? মখত্তগী মপান মখত্তনা তাংজহুনা হিংনবা হায়বসিদি পুম্নমক্তাসু

তৌকয় থোকপনি, অদুবু অদুনি হায়দুনসু মদুগীদমক্তবু ময়ম ইচা হেক চাদবমখৈ অমুক লাওতক্লবদি করি মতৌনো? অচৌবা অমা ওইবা য়াবা অরাংবা মশাগী রাখল অমা শ্রীমতীগী মশাদা চেল্লিদি হায়ববু মাগী মশাদা অসিমা রাংলি হায়বা করিসু অমা লৈবদি নত্তে।

চংগ্রসনু শ্রীমতী! মাতনা ওৎপা নৈবদা নুমিৎ কয়ানিমক্লম অসিদি জহরগী নুমিৎ খুদীংগী মপুন্সীদা চংচবা অদুগুম্বা মশাগী নিয়ম অদু কায়গ্রবনি। নুমিৎ খুদীংগী অসুম্বা মথোঙ খঙজদবা মতৌশিংগী মনুং-থুপ্না মনীংতৌনা থোইদোক্না পেনজবগী নুংঙাইজবা অমা লৈজরম্বদু শ্রীমতীনা পুম্নাঙ মাঙহনবীরম্নগা মহাক মশাগী খোঙজেলদি অসি ফাওবা অসিতদা খমহোরে। মপুরোয়ববু থাদোক্লমলগা চাউরবা ফিদমগী রাখল অমা কোকথোং নাদুনা সমাজগী য়েক্লবী অমা ওইনা অফোংবা লম্বীদা চোংথোক্লম্নগা পোকমিন্নবী মনাউ নুপীগী ইচম চম্বা করি লৈত্রবা তাংকম অমত্তং ফংবদগীদি মাগী খোঙজেল অদু ঙসিদি থংলেপ লেপখরে। লৈবাক অসিগী নুপীশিংনা শেল থুমতবু অসুপকী মতিক পায়নগ্রে মদুদি, পোলোই তাবদা খক মদু ঙাকপা ঙম্মদে। ফিদম্নফম ওইবা পুকচেন চাউরবা সমাজ, নীংথিবা নিয়মনা পুল্লবা মশা ফরবা পুন্সী, মরাংকায়না পানবা য়ুম্বান, তাথীনীংঙাই লৈত্রবা নুংশিবা—অসিনচিংবনা শ্রীমতীগী মমঙ ওইরম্বা য়াই। অসিগুম্বা মঙজ্রোঙ-হাজ্রোঙগী রাকম অসিবু কোয়না লাউদুনা চৎপা ঙমগদবা মীশক্তি শ্রীমতী মথন্তনি। শ্রীমতীগী মশাদা নোং-ঙংবগী মখোলদি লৈ অদুগা চুথবদি য়াওদে।

মাঙগ্রসনুদা শ্রীমতীককা। চাগী চকান অমা লম্বীদা থেংনবদগী জহর মদুদা চঙলকলে। অসুম মতম কুইনা ফমদুনা মথং মথং চা কপ অহুমথক লোইনা থক্তোক্লে। মমল পীথোক্লমলগা মহাক্না লম্বীদা অমুক কুম্নকপা মত্তমদা নিপা অমনা লৈ মচু মখল মখল য়োল্লন্সী। মহাক্না জাত্তি-পরেং অমা লৈদুনা মখুত্তা মদু য়েংশিল্লগা অমুক চৎপা হৌরকলে।

অমুম চৎপনা খরদং লাপথোরক্লবদা মহাক্না উবা ফংলকই, বাজায়-বেংঙম খোংদুনা ঈনাক-খুনবা মচা অমা, মুহোঙবগী বরযাত্রা ওইনা দোলাই তোংদুনা চৎলমগি। য়াম্না চাউবা শোভা যাত্রা অমনি। বিলাত্তি বেণ্ড, মাদ্রাজী ফ্লুট, পগোল তোংবা, চেনা শাবা শামু অমদি হিংচাবী,

লৈপাক্লা শাবা লাইফদীবি জগোই, শেগায়রবা তাজমহল—পূম্নমক অসিনা লম্বী অপূম্ব; ঈফুন হেক ফুন্না হরাউ-মথোই কারবা বরষাত্রী কাণ্ডবু অদু চংনরি। জহরনা সানাই ( উনা শাবা বাঁশী নত্রগা তৌদ্রি ) খোংদুনা চংলিবা নিপা অদুগা চংমিন্নরক্লে। নিপা অদু হিন্দু মান্দে, ওন্থোক্লা থীরবা মওংদা লূখম অদু ক্ষুরনা ফান্দোকলি। মমিং অনিমক নেশানা ঙাওলি, বাঁশী খোংবদা মুনখিদুনা মচীনবান থাম্নাৎ অনিমক্তা কোংগোন খোক্লিবদু কাওবা করিস্নু খোশাদ্রি। অদুম ওইনমক মানা খোংলিবা বাঁশী মখোল অদু তাবদদি জহর অদু মাবু থাদোক্লমদুনা চংপা ঈওম্নক ঙমখিদ্রে।

মখোয়না কয়া শাংনা চংখ্রবা, করম্বা লম্বীদা হাইজিনখিবা,—লম্বীদা চংপা মণগাড়ী শগোলগাড়ীশিং, মী-শোং, মীনিল অমদি মঙাল পূম্নমক অসি জহরগী মিংয়েং মমাঙদগী মিত্রংগুম্না উখিদরে। বাঁশী মখোন তানা তানা য়াম্না থাপ্না চংলক্লবদা মতাং অমদদি মহাক ঈওক ঙকখ্রে। উরকলে, নিপা অদুনা বাঁশী খোংবা লেপ্লগা ফুরিংখাউ মনুংদগী পাঁইট-বোতল ( পোৱা অমা মথায় ) অমথক পুথোরক্লুনা মখুম চাংলগা মচীন মনাক্তা পায়খৎলকলে। করিনো অমা গর-গর খরদং থক্লগা বোতল অদু ফুরিংখাউদা অমুক হাপচিনখরে। নমথীখিবনা মতম অদুদদি মাগী মনাক্তা অমুক লৈথরুবা ঙমদ্রে। জহর অদু চংখোরক্লম্বী অদুবু বাঁশী অদু খোংবা হেক হৌরকপদগীদি হনজিল্লকখুনা অমুক লেপ্পরে। মাগী মনাকোঙ অনিমক নীংথিবা সুরতনা অমুক ঈথনথনখরে, মতম অওদা অহানবা ওইনা মানা থল্লকই—কলাকার ( শিল্পী ) হায়বসিমক্তবু অসুম্না য়াম্না তৌগল্লি। মীওইবা সমাজবু থায়দগী হেম্না নুংঙাইবা ফংহল্লিবা অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগী, মশা মশাগী মরম্নাই মপুক্সীদদি মখোয় অদু কা-হেন্না মথোঙ চাদবা মী ঙাক্তা ওইরম্বসু য়াই, মখোয়না হিংলিবা মহিং অদুগী থৌদো-থোওঙশিং অদুদি চম্না পানজব মীওই-শিংমদি মদুবু পায়রুকম থোকপা মওঙ থক ওইদে।

বাঁশী খোংবা লেপপ্রবদা উবা ফংলে, মায়কৈ মরিমক্তগী মুপীশিংনা

মোইবুং খোংবা অমদি * উলু লাউনবা মখোল তারকলি। বর মশক য়েংনবগীদমক মায়কৈ মরিমক্তা চেন্থোক চেনশিন অমদি লাউমা-খোংনবা তৌমরি। ঈকাইরদুনা জহরনা লৈথোক্লগা মপান থোকখিনবা হোৎনরকলে। কোয়না অসুম য়েংবদা উরে, বাগান মনুংগী অচোবা য়ুম অমদা মহাক চঙদুনা লৈরমলে।

'অদুক য়াম্না ঈন্থোক-ঈনশিন তৌদুনা কদোমদা চৎপিগদৌরিবনো ?'

'হো অদোমদদি করিগীনো, লম্বীদি লৈতমা ?'

'চানবীদুনা অশোমদা চৎপিগো, সোমদদি মনুং তাবা লম্বীনি।'

মায়কৈ মরিমক্তগী ফৃজিল্লকপা য়াক্লবা থাউমৈ মঙাল্দা জহরগী মমিৎ অদু ঈথক থকখরে। হায়জ-চৎচা তৌদুনা মীরক্তা মহাক্না ঙমমথৈ মপান থোকখিনবা অমুক হোৎনরকলে, অদুবু চেকপলনা কোয়শিনবা চাউরবা বাগান অমসুং মনুংগী য়ুমশিং অদুতমক মাগী মমিত্তা উরকলে, মীয়াম মরক অদুদা মহাক্না অমুক মপানগী লম্বী উবা ফংখিদ্রে।

'লৈ পরেং ফংবীরবরা ? লেঙশিনবিরকউ, লৈ-হুকচগে।' হায়দুনা নিপা অমনা মাগী মঙক্তা মল্লিকা পরেং অমথক হুকচিনবীরম্মে। অসিঙ্গা খুদোংথীবসি জহরনা মপুন্সীদা থক থেংনরকপা লৈথিদ্রি, য়াম্না বানা মীরক অদুদা মা-মাদুনা লাকপনা মহাক্না হুজীক্তদা চেন্থোকখিনবা লম্বী অদু থেংনজরকলে। তফিং তফিং থোকচরকপদা মচি অমদা থঙহৌদনা মায়কৈ অনিমক্তগী কাপশিন্নরকপা ঈশিং মরীক মরীক্না মাগী মমায়দা মমিত্তা, ফুরিৎ ফৈজোমদা অমদি মশা পৃম্নমক্তা তাশিল্লরে। মসিনা অমুক করি কাইদানো ? উরকলে, গুলাপ মনমনা মশা'পুম্বা শীনখরে। হন্দক্তি মহাক্না শিরবসু অদু মঙায়রে হায়না হোৎনদুনা গেট মনাক য়োজরকলে।

'হাইমা, জহর। ইবুংঙো শক ফজবা, অসুক কুইবদি কদাইদা লৈরুই ? হায় সোরীন, য়েংঙু, নঙগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ অদু

---

*উলু লাউবা—মমায় হোবা ওয়গী খুদুমদা চীনবান মথক মথাগা শয়রগা, য়েংকী খুবাক্তী খুৎপী মরুনা খুদুম অদুগী মতোন( খুৎনাউমী ) দা তাদুনা থরগা ফন্সোকলিবা, খুৎচা অতৈনা কুয়াক মশা থল্লগুম তোবদা থোকপা চীয়া উ লাউবা মথল অমা। মসি মঙ্গলগী থবক্তা শীজিন্নৈ।

অসিদা লৈরে মহায়, হুজীক্তি ঐখোয়গী দল অসিদা কনাসু য়াংপা লৈত্রে।'

পাথং অমনা মায়ু থাংবোই ঈনবোই তৌহ্না অমুক মীরক্তা পুশিল্লকলে। সৌরীন থোরক্লুনা মহাকপু ফাররে। মাগী মনা প্যায়হনা হায়রকই, 'গাধা, নুমিৎ হুমনি চুপ্পা নঙবুতা থিনরকলিবনি, কদায়দা লৈরুই? ঙসি রাধারাণীগী লুহোঙবনি। নঙবুতা বার্তোন তৌখিনবা হায়হনা—'

রাধারাণী হায়বসি সৌরীনগী মচন নুপীনি।

জহরনা হায়রকই, 'রাধারাণীগী লুহোঙববু ঐনা খঙদবরা? পুম্মক খঙলিবনি। মাগী লুহোঙবদবু নঙনা বার্তোন তৌরকপা অসুম ঙাইহনা লৈথোকদ্রা? য়েংঙ, ইশামক্তা লম্বাদগী লৈপরেং লৈজরকলিবনি, খুত্তা য়েংলিবসিনি। অহুদগীদি কমদোবা? থাজরিবদি অতৈ অমদা নত্তেদনা?

'অং মানি মানি, ডিপুটি ম্যাজিষ্ট্রেট অহুমক্তি। নঙদি করম খঙলিবা?'

'কর্রিগী খঙলোই। পুম্মক খঙলিবনি। মাগুম্বগী ডিপুটিহুদি থমথো, পঞ্চম জর্জগী মচানিংপা অহলমকসু রাধারাণীবুদি পামগদবনি।'

পুম্মক রা রা নোকমিন্নরকলে।

সৌরীননা হায়রকই, 'নুংঙাইরেদা, নঙবু উজরবদি ঈদুংগী মী পুম্মক ঙম্মা হরাউনরগনি। নোংমা রাধারাণীনা নঙবুদি উদ্রে হায়হনা কম্না রাজপ্রবা। চৎসি, মাগা হায়া উন্নরুখিসি।'

জহরনা খামহনা হায়রকই, 'ফৈ, ঙাইহাক্তং লৈরগা উন্নরুসি। শোয়দনা উন্নগনি।'

মনুং থংবা য়ুমদা ষ্টেজ শেম্লম্মী। অপীকপী নুপীমচাশিংগী জগোই-ঈশৈ, লাঠি হাইনবা অমদি মিত্ত্রংগী কুশ্মৈ তৌগনি। অমরেশনা হায়-রকই, জহরবু ফংলবনিনা হুজীক্তি রারুফম কত্তিসু লৈত্রে, মিত্ত্রংদদি মাঙম্বা য়াওদে, ভাই, নঙগী তাসকী কুশ্মৈ অদো—'

সৌমীননা হায়রকই, 'বাস, কেল্লা মার দিয়া, নিপা অমত্তুদগীদি জহরনা হেন্না ফজনা তৌগনি। নঙগী ভেন্‌ট্রিলোকুইজম অদো—ইস্‌ মহুদি অঙকপনি! চৎলো মনুং চঙলসি, নুপীমচাশিংগী ঈশৈ লোই-রকদোরে।'

মরূপ মপিজা মী তরূক-তরেৎখক্লা মহাকপু মনুংলোমগী য়ুম তান্না ঈন্দুনা পূরকলে।

লুহোঙবগী পুংকম খরা রাংলমলি। মনুং-য়ুমগী অপাকপা শূমাঙদা থা-খন খন্দুনা মী তিনফম ওইনরি। মায়কৈ অমদনা ষ্টেজ শাগ্নি। মদুগী মথক্তা অরংবা মৈগোন মমাঙদা সনা-লুপা-হৎলবা মফি মরোমননা লৈতেংহুনা নুপীমচা খরনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শক্লমী। ঈশৈ মতাংদি—মতম কুইনা শেংনা-খাইনরুরবা ভুংদা অনৌবা বসন্তদা চান্নবগা অমুক উন্নবগীনি। সায়কৈ মরিমক্তা অচৌ-অশাং ভাবোকশিং অমদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মশীং লাকঙমদ্রবা মিৎয়ামনা ইঙক ইঙক ঙক্লা য়েংনরি। লুহোঙবা অমগীদমক্তা অসুম তৌনা নিপা-নুপী লিশীং লিশীং তিনবা অসিদি জহয়না মফম অমত্তদসু হান্না অমুক্তা উরকপা লৈখিদ্রি। মহাক জ্ঞান তাশিল্লক্তরে।

ঈশৈ হেক লোইখিবগা খুবাক লিশীং লিশীং খুদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লরকপা মতৌ অগুদি না পঙলগদোবোই নীংই। মথংদা অমুক জোকরগী ( ফাগি তৌবা মী ) জগোই—নোকপতনা সমুদ্র ঈরাউখোনগুম পূমনিল নিল্লকলে। ফর ফর ওন্দুনা পূক্লী তৎপমখৈ নোক্লরম্বদগী অমুক তুমিন তুমিন লৈনগ্রে।

হন্দক্তি জহরগী পালিনি। পূন্নমক চঙহুনা মাবু ঈনবগা খোৎপগা তৌদুনা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎহনগ্রে। মতম কুইনা থাদোকগ্রবগী হৌনবা শহানবদদি মহাক রা-ঙাঙবদা ঈক্-আক্ খরা তৌরম্মী, য়ামগ্রবা মায়াম মরক অসিদা মাগী মখোঙ-মখুৎ পূন্নমক অদু ঈশিং শিংবা ঙমলমদে। মশীং লাকঙমদ্রবা ঙকচানরবা মিৎয়াম্না পা কুপ্পদবমখৈ মাবুক্তা য়েংহুনা লৈনরি।

করি তৌগনি, করি ঙাঙগনি—পূন্নমক অমত্তনু মখোঙ খঙজিল্লক্তরে। থীন্নবা য়াবা মতাংসু নক্রে, অসিদগীদি মীনা থীনা নোক্লরক্লগনি। ফম্পাক মথক্তা ঙাহো-ঙাহো অমুক অনিরক্তং চৎলগা উন-য়াইমুক চীক্লরিবা কুম্মৈ য়েংবা মীয়াম অদুগী মমাঙদা হেক ঙম্মখৈ কম্না অমুক্তং খংলাউ লাউরগা নোকথোরকলে। হায়রকই, ময়াম পূন্নমক্লা উনবিরমগনি, ঙসি ঐ কোই কোকলক্তে। কোক্তমাল্লেদা ? য়েংবীয়ু, ঐগী কোই অসি মুন্না য়েংবীয়ু।'

মী অমা অনিনা লাউরকই, 'হোয় উরে কোক্তে।'

'কনানা হায়রিবা?' হায়ড়ুনা মহাক্কা রুমাল অমা লৌথোক্লগা মমায় কুপশিনখ্রে। মমায় হাংদোরকপা মতমদদি উরে, য়াম্না তশেং তশেংনা মাগী মকোই কোকলমলে। পুম্নমক্কা খুবাক খুনরক্লে। মসিদি ওকখ্রবা মাড়ুকর অমনি।

'চন্দক্তি ময়াম পুম্নমক তাবীয়ু, ঐ নুপী অমগা রা ডাঙনজগে। মাবুদি ময়াম্না উবীবা ফংলোই; অড়ুমদি ওইরগা ঐগী ইনাক্তদি অড়ুম্নক লৈরিবনি।' হায়রম্লগা খোদেমখোক্লনা মখোল শেংহল্লগা জহরনা হোরকলে। অহানবদা মানা কৌরকই, 'শ্রীমতী?'

নোংথিবী নুপী খোঞ্জেলনা খুম্নকই, 'করি হায়বগে?'

'ভাইখো, নহাক কদাইদা চৎলিবনো?'

'বিমলথোন্নগী ময়ুমদা।'

'মফম অড়ুদদি কনা লৈড়ুনা?'

'ঐগী ইনাউনুপী লৈ।'

'তাও, কৈদোউঙ হল্লকনি?'

'অমুক হল্লক্লরোই, চৎলবনি।'

'অমুক্তা তাখো, ঐদি করম লৈহৌগনি?'

'মড়ু ঐ খঙদে, চৎলে।'

'ভাইখো, তাও, ঐদি নঙবু নুংশিজৈ।'

'ওইদবা রানি, নঙনা ঐবু করিম্নু নুংশিদে। চৎলে।'

জহরনা হায়রকই, 'নঙগা কাম্নবা ঐ থাঙবা ঙমলোই শ্রীমতী।'

অরাপ্পদগী নুপী খোঞ্জেলনা খুম্নকই, 'নচৌতনা হায়জিন্নবনি।'

'নঙবু শান্দুনা য়াশকলিবনি শ্রীমতী, ঐ লৈফম খঙলোই।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ওইদবা রানি, মীসু অড়ুম মরৈনৈ, নঙসীসু—,

'তাখো লাউনে শ্রীমতী!'

নুপী খোঞ্জেল অড়ুনা নকশিলক্লনা হায়রৈ, 'করিনো হায়হু?'

চৎখিগনু কৈদো'পে ঐবু চাক্তিবা ওইহল্লমড়ুনা চৎখিগনুবা?'

নুপী খোঞ্জেল অড়ুনা থিক থিক নোক্লকই। জহরনা হায়রকই, 'থাজদবা তৌগনু, নঙনা চৎগ্রবদি ঐগীদি পুম্নাঙ মাঙহৌরগনি।'

'নঙগীবু করি লৈজদ্রুনা মাঙগদোরিবগো ? ভিখারী ওইরম্বনি, হন্দক্লা কাঙ্গালী ওইহৌবত্তনি।'

'ঐগী করিসু লৈতে, নঙগী নুংশিবা অদুত্তবু ফংজরবদি ঐ হৈরন্দ্র লৈবা ঙমগনি শ্রীমতী। অচোবা অমা ওইগনি, মী হায়বা অদুমক ওইজগনি, শ্রীমতী।'

নুপী খোঞ্জেল অদুনা হায়রকই, 'ঐসু নঙবুদি নুংশিরিবনি, অদুবু নঙনা মতুগী মমলদি পীবা ঙমলোই।'

'ঙাইখো, অমুক্তা তাখো শ্রীমতী, চংখিগনু।'

'ঙমদে, ঐ চংলে।'

'তাখো, অমুক্তা ওনশিন্নকখো ?'

লাপ্পা থুম্নকই, 'ঙমদ্রে।'

হৌনা লাউনা জহরনা কৌরকই, 'শ্রীমতী ?'

য়াম্না থাপতোকপ্রবা মফমদগী পাউখুম লাকই, 'হো, ঐগী য়াথল থাদোকলো—'

ঙক্রুবা শুম্নাংলবা অমদি উনয়াইমরুম চাক্রুবা ভাবোক পূম্নমক অদুনা মন্না ঈকা কানা উনরকলে, ষ্টেজ মথক্কী অরংবা মৈঙান মরক্তা নীংবা কায়রবা পাথং অদুগী মমিং অনিমক্তা মপি তরং তরং চেল্লি। মায়কৈ মরিমক্তগী থোক্লকপা মশাং লাকঙবদ্রবা অমদি লোইবা নাইব্রবা খুবাক মখোলত্তনা কুম্মৈ তৌফম পূম্নমক অদুবু থক থক নীকহল্লকলে। অসিগুম্না ভূতকী নুংশি-নুংওন-রাঙাঙশিং অসিদি মখোয়গী পুন্সীদা অমুক্তসু তানখিবা লৈত্রি। অঙকপা বাদ্রকরনি ; ওইথোকখিদ্রিবা যাতুগী মহৈনি।

মথংদা তাসক্কী মিত্রং মগল মখল অমুক তৌরকলে, হয়াউনরবা মীয়ায়া লাউবগা খোংবগা নিন্নরকলে। মথংদনা লুপাগী কুম্মৈ। মতু শাম্নবা লোইরম্বদা জহরনা অমরেশতগী খুদাং ঘড়ি মচা অমথক লৌরে। ফুপ্পা য়েংনরিবা মীয়ামগী মিংগ্নেং মমাঙদা ঘড়ি অদুবু মহাক্কা মচেং মচেং থুগায়রকপা মতম অদুদা, অহল ওইরপ তৌবী নুপী অমনা অনকপা মাংগোল মচি অমদগী ঙাইঙমদনা লাউরকই, 'অসি পূম্নমক উরবা ঙাক্তনি, অনৌবা করিবু য়াওরিবনো ?' হায়দুনা মহাক চংখিগে তৌরকলে।

'অমুক্তা লেপ্লিখো, অনৌবা খরা উবীদনদি চংপিখিগনু।' হায়দুনা জহরনা ষ্টেজ মথক্তগী কুমথরক্তুনা নুপী অত্থগী মনাক তান্না লাক্লে। অম্লেংবা মী পুম্নমক্তা মাগী মওঙ মতৌশিং অদুবু য়াম্না লাঙতক্লনা য়েংনরি।

জহরনা হায়রকই, 'ঐখোয়গী ঘড়ি অত্থদি করিগী পুবীখিগদৌরিবনো, করম্বা মীতানোনে অদোমবো?'

'ঘড়িবো? ঘড়িবু ঐনা খঙবরা?' নুপী অত্থ হঙ্গিল্লকলে।

'শোয়দনা খঙবিরমগনি, অদোমদা ঘড়িত্থ য়াওরি। মীগী মপোৎপু করিসু হায়দনা হেক্তুমক পুবীরিবদি করিগীনো? ফ'রৈদককা য়েপশিন-বীবরা অমুক্তদি য়েংবীয়্ন।'

জ্ঞান মাঙপ্রত্থনা নুপীত্থনা মখাঙদা শেৎপা ফি অত্থ মখূৎনা কোয়মা মারকন্দে। করিসু থেংনবা লৈতে। মহাক্তা য়াম্না শাউনা হায়রকই, 'য়াম্না মীরৈহৎ তোবা মীনি নঙ? ভদ্রলোককী মচা মশূ অমবু—'

জহরনা হায়রকই, 'ফীরৈদা খাঙচেত্তদি য়াওত্রবা, অত্থদি শোয়দনা ফীজিদা পুল্লমগনি।'

ফীজি কন্থোকলুবদা লূন-লুম লাউবা অমা থেংনরে, মাগী ফীজিদা অমরেশকী ঘড়ি অত্থ পুল্লমলে। ঘড়ি অত্থ হেক লৌথোরকপদা ঈকাই-খিবনা নুপী অত্থ মমায় তাইফেৎ তাইখ্রে। মতম অত্থদা অকোয়বদদি নোকপগা, খূবাক খুবগা, লাউ খোংবগা থাগৎনবগা অমদি হরাউনবগনা পূমনিন নিনথৎনরকলে। মকোক নোম্থত্থনা নুপী অত্থ মফম অত্থদগী অত্থম্মক মীয়াম মরক্তা চঙশিনখ্রে।

মিত্ৰং লোইরবদা পূম্নমক্তা ঈকাইখুম্নবগা থাগৎনবগনা জহরগী মশা অপূম্বত্থ তাউথোকহল্লক্লে। অকনবা শাবাননা মাগী ওইবা মশক ফজরবা শাথং অসিগী হায়ফম তম্ফম খঙদবা তোবা ঙম্বা মত্তিক উবদা গুম্নাংনরবী নুপীমখৈনসু হম্না হম্না মাবুতা থাগৎনবা হৌরকলে। কদোমদগীনো ফং শাইশিল্লরগা মহাক অসিনা ঙসি তিল্লরিবা নিপা নুপী চাম-চামগী থম্মোইন্দু মনীং তোনা খুল্লোকপি শান্নরমলে। অঙকপা মত্তিক মঙণ চায়বত্থনি।

লুহোঙবগী পুংফম খোইনা কুইশিল্লক্তরে। মতম অত্থদা শুমাঙ মাকন

অমদা খমবা মাগুব অমগী মখাদা নিপা ময়ুমগী অহানবা কাণ্ডবু অমবু য়াম্না নীংথিনা পীজ-পীথক তৌরি। অয়াম্বনা অদোমদা চঙশিন্দুনা অরাং-অপা য়েংশিন্নরি। মতম অসিমক্তদা সৌরীনগী মতুং ইন্দুনা রাধা-রাণীনা মনীং থংবা য়ুমগী মাংগোনগী শুমাঙলোমদা ফাংলিবা থোঙলক মচা অত্তুদগী কুমথরকলে। হায়রকই, 'নঙগী মরূপতি কদায়নো তাদা ?'

'নঙ অসিদা লেপলম্মু. ঐ কৌরক্কে।' হায়দুনা সৌরীন অদু মপান থোকখ্রে।

মৈঙান মরুমদা, য়াম্না লাঙতকনা, য়াম্না চেকশিন খমজিন্না রাধারাণী অদু অদুম্মক লেপলি। কোয়থি থিরুরবা তুংদা ঙাইহাক লৈরগা হল্লক্তুনা সৌরীননা হায়রকই, 'স্টুপিড্ অদুবু উবা ফংদ্রে, কদাইদা চংগ্রবনো খঙদ্রে।'

'উন্দ্রবা ?' হায়দুনা রাধারাণীনা মঙক হাইদোক্তুনা কোয়না মপানদা অমুক্তং য়েংলকই, মথংদা খঙ্গানরক্তুনা হায়রকই, 'লৈরবদি থাম্বগী মাঙদা লৈগদবনি, নত্রবদি মাদি কদাইদসু লৈতে তাদা।'

'য়েংখিসি, দীনেশতু মাবু থিবা চংখ্রি। চাবা থকপা অমত্তসু তৌখিদ্রিবা মানা।'

মচিন-মৌপ্না অনিমক্না অসুম্না ঙাইহুনা লৈরিঙৈদা দীনেশ হল্লকলে, মানা হায়রকই, 'মক্ষম কদাইদসু মাগা থেংনদ্রেবো ভাই। মনুংদা মপান্দা, লমজাউ শোরোক্লা অমত্তদসু থেংনবা লৈতে। অঙকপা মচা অমনি।'

'মাদি মতম পূম্নমক্কা ঙক্তুনা ঙাক্লা লৈবনি। রাধারাণী, নহাক ঙাইহাক্তুংগা অদুম লেপলমগো, ঐ মাবু অমুক্তদি—'

তৌইগুম্বসুং রাধারাণীদি অমুক লেপলমদ্রে। অমম্বদা মমায় লৈ-থোক্তুনা চংলমদাইদা তায়রম্মী, 'নঙনা মাবু খঙদ্রিবরা তাদা, মক্ষম অসিদা অহিং নোংশোম্নবা লেপ্তুনসু নখোয়না মাবুদি খক পুরকপা ঙম্নরোই।'

অশোমদা মীয়াম পূম্নমক্কা লুহোঙবগী থৌরাঙদা মহৈ মহৈ মায়কৈ পূম্নমক্কা ঈরাঙ লাঙনরিঙৈ চৈরক অসিদা জহরদি লম্বী মাহুনা চংপা হোংনরি। অথঙবা লম্বী নত্তে, অদুম ওইনমকসু মানা খল্লকই, মসি লোইবা নাইদে। রাধারাণীখোয়না ময়ুম অহনবা শাহুনা মায়কৈ অশোমদা

হোংলকলে হায়বসি মহাক্তি খঙলমদে। মঙকী লৈ পরেং অদু হুজীক্তদা লোথোক্লগা মথূত্তা পায়শিল্লে। চংনা চংনা নীংশিংলকই, মহাক চাক লাম্লমলে। হুজীক্তমক ফংলকপদা ঙাম্খিবা ঈকাইখুম্নবা অমদি থাগংনবা ময়াম অহুনা মাগী মপূক লাম্ববুদি ফহনখিবা ঙমদে। মী হায়রসিদি থাগংপা নল্রগা থাদবতমক তৌনরম্লগা তোক্লখিবা ঙাক্তনি—মখোয় অহুনা অসি ফাগুবা খঙনবীদে মহুদি, মখোয়বু নুংঙাইহল্লম্বা মরাইবক থীবা অ৭দি মখোয়গী মথরায় পেলহন্নবা হোংনল্লিবা লায়রজবা অহুগুম্বা মী অহুনা কমদোনবু হি"লিগদগে? মীরমলেন অসিদা মহাক্লা অভংপা লৈত্তনা থেংনখিবা আসগুম্বা দৃশ্য কয়া কয়া লৈ মহুদি, ফাগি তৌহুনা মী পূম্নমকপু নোকহল্লিবা অ৭গুম্বা মী অদুগী মরম্নাই মপুন্সীদি য়াম্না তোন্না লৈরম্মা, পৃথিবীদা মাগী দমকনি হায়হুনা কম্পি-লাউবীনবা মী কনা ফাওবা লৈজদে। মাবুতা ফংবদা পূম্নমক্কীদি হরাউনফম ওইরিবা মী মশামক অ২দি রারবা মপুন্সী থাঙবতদা মমিংকী পি কংলমদবসু য়ানা লৈ। তাইবঙ খূংশেম অসিগী মনু"দা অসিগুম্বা নাতৈ হোবা মতৌ অমদি নুংহন্ননা ময়াগ্রে।

মায়কৈ অশোমদদি তল-থা য়োনবা দুকান অমত্তসু লৈতে, অমা অনিদং লৈরম্বা অহুসু অহিংনা থেঙলবা অসিদদি ঙম্লা থোঙ থিংনগ্রে। ঙসি অহিংদি চাবা থকপা তৌননবগী উপায় অমত্তা লৈত্রে। চাউরবা য়ণ অমথক শোরোক মথক্তা কূন্দুনা অমুম শঙপ শায়রম্মী, জহরনা মাগী মনাক্তা চংলম্বদগী লেপ্তুনা লৈপরেং অনিমক অদু মহুগী মচিদা য়েংশিনবীরম্লগা অমুক চংলকলে।

অসুম তৌনা লম্বী অয়াম্বা লাম্হোক্তুনা চংলগা অথেঙবা অহিংদা মহাক্লা কাঁসারী-পাড়াগী য়ুম অদুগী থোঙ মপাদা থুংলরে। মহাক্লা মথকলোমদা য়েংখংখিবদা অমম্বা মরক অদুদসু শেংনা খঙবা ঙমলে, অমংবা নোংনা আতিয়া-মকোয় শীনবা থুংখ্রে, মতম চাদনা ঙসি অসি অমুক্তংদি নোং তারগদৌরি। চাববুদি ফংদ্রে, অহুম ওইনমক্ক ঈংশিল্লক্লবা মতমদদি মহাক পূক্লীং লৈতানা নুংঙাইনা তুমজবদি ফংলগনি। শ্রীমতীনা ওংপদা মহাক ঙরাং অহিংদি নীংথিনা তুমজ্জবা ফংখিদে।

অদুবু তাইবঙ শেম্বা মপুগী ইচ্ছাদি অতোপ্পা অমনি। থোঙজীন

কাখৎলকপদা মানা নীংশিংলকলে, য়ুমগী শো অদুদি শ্রীমতীগী মনাক্তা লৈখ্রে। থোঙ হাংদোকুবা করিগুম্বা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। মাগী মচীন মনুংদগী কনানো অমনা নোকথোরকলে। মীনোক অসিমক্তি কনাগী মীনোক্তসু মান্নদে। মমৈথঙদা, উপায় লৈত্রদুনা লম্বীদা কুমথরগা মায়কৈ অমরোমদা অমুক চৎপা হোরকলে। হন্দক্তি মাগী মখোঙ অনি অদু চোকথরক্লে।

নোংথক্কী থোরাঙ লোইশিল্লক্লগী, হন্দক্তি গুরুঙ গুরুঙ হায়না নোং খোংলকলে। মাগী খুদোং থীরবা অমদি য়ায়বা মতমদা লোয়নবা মীগা তাংজফমগা অনি অসিতদি জংহরদা হেক্তমক মরাৎলরে। মহাক্তবু অরাবা তারবদি মফম অদুদা মহাক মথন্তা হেক্তমক নায়তোম তাই। অমরোমদসু ঙসি অহিং অসিদি নোং চুনবা মরম অমত্তসু লৈরম্বা নত্তে—কালেনগী মৈশাসু লৈতে ; নোং-নুংশিৎ মতমসু নত্তে। থাংগৈমক শেংলা মাগী মকোক মথক্তা নোং তোপ তোপ তাবা হোরক্লবা মতম অদুদদি মানা খল্লকই, আতিয়াগী অসিঙম্বা বিশ্বাসঘাতককী মতৌ অসি মহাক মথন্তগীদমক তৌরিবনি। মহাক্কা রাশক্তুনা হায়বা ঙম্মী—মায়কৈ মায়কৈদা ঙসিদি থাবল ফবা অহিংনি, খা-রোমদগী হুম্নকপা হায়কম খঙদনা নুংঙাইরবা নুংশিৎকা য়াওন্নদুনা রারবা-চোকথরবা তাইবঙপানবগী নিপা মুপী মথৈনা অহিংগী নুংঙাইবা ঈরাংদা লুপ্পরি। লুহোঙবগী অহানবা অতিংদা অথোৎপা লৈগী লৈকাতনা ফম্মুং শেমদুনা, আতিয়াদা থোকপা থরাম্মীচাক—লৈশানী মথৈনা পুল্লপ তিন্নহনা মখোয়বু ঈকাই-খুম্নবা ওক্তুনা, শেৎন-খাইনবা অমদি লৈপুন ওইবগী নুংশিরবা অমদি থুম্নবা রসতগী লৈবাক অমা ওইহন্দুনা লুখুমদা থাউমৈ থান্নরগা নুংঙাইরবী অহিং লাইরেম্বীগী মতম্বাক্তা পুম্নমক চাক্লা য়াতানরি। মফম অমদা উবা ফংগনি,—রাৎত-পাদবা লনথুম চেনবগী নুংঙাইবা, মপান নাইদ্রবা লাইবক ফবগী ঈরাং, মরাংকায়রবা মিংচৎ অমদি খাগৎনবা মন্নাম—পীথোকপনা অমসুং থোজান অমদি মিনুংশি উৎপনা কনাগুম্বগী মকাদদি ঙসিগী অহিং অসিবু মতম কুইনা নীংশিংননীংঙাইগী মশক ওইহল্লি। মফম অমদনা অমুক উবা ফংগনি, কোংগোন কারবা অঙাওবা, চু চেল্লবা নুংঙাইবা, ঈকাইবা খঙদ্রবা রসকী ইঙ্গিত, পীশুমগী জগোইনা

পীবা অরোনবা পাউদম, হৈশিংলবা ফিজেৎ-লৈতেংগী ককণ্ডাওনরবা খুৎচিং, অথিংবা লৈত্রবা অমদি মশিং তাঙলবা হুরাউ-লুতোন কাবগী থকচানরবা ঈরাং মথল মরাম।

অহুগা মায়কৈ অমরোমদদি ? মফম অদুদদি চীক্লবা তুরেন তোর্বানগী শুক্লবা অমম্বা মরক্তা নায়তোম তারবা চেক্লা অমনা লোইবা নাইদনা খোংলি—অসিগুম্বা বসন্তগী মতম অসি মাগীদমক্তদি ওইদ্রবরা ? ওৎপি নৈবীবক্তমক থাণ্ডহুনা লৈজবা, অমুক্ত ফাওবা শাউজদবা, মখোয়গী মপুন্সীদা ওইজরকপা য়াবা পুম্নমকসু খোঙনেৎনদীপ্রবা, চামরক হোৎনজহুনসু মীরমজেনগী অসিগুম্বা তমথীরবা মরক অসিদা থক মকোক হাইগৎপা ওমজদ্রবা মখোয় অহুগীদমক্তদি বসন্ত অসি শরুক থুংবীরমদবরা ? থাবল ফরবা ওসিগী বসন্ত অহিং অসিদা মখোয় অহুদি কদায়, মমিৎ তাঙবা, মখোঙ তেকপা, মশা শোনবা, ময়ুমদা মৈ হোদ্রবা, চানবা চেঙ লৈতবা, মরোল থোক্তবনা মশাবু ফোংদোকচবা ওমদবা, মপাংগলতনা নোমজবা, রেলগী কুলি, জাহাজগী খালাসী, সমুদ্র মপানদা ঙা-ফাবতনা মথরায় হিংনজবা কাঙবু, পুঙই-ম্নাইফবশিংগী মখোঙ লেক্রবদি ঈকাইবা নংজবা—অহুগুম্বা মখোয় অহুদি কদায়। থাঙগমদ্রবা চৈনাখোন মরক্তা রানা মতম জেনবা মী, মকোক্তা ঈকাইবা কোকথোংনা নল্লবা কাঙবু, ঈমুং মনুংগা মৈশা লাংলবশিং, হিংননবা হোৎনবদা ওক-শাজৎ চৎপ্রবী নুপীশিং, পুন্সী মঙলান পুম্নমক ঈচাই চাইথোকপ্রবশিং, আশাগী মঙাল পুম্নমক অথাপ্পা ঈনুংবঙদা লুপপ্রবা মীওইশিং, লায়নানা মশা কাম্বুরবশিং অমদি মথরায় লাঙরীকয়ুক্তা চাউনা হিংজরবা মীওইশিং—মখোয় অহুনা কদায় ? নমথাক অমদি লোনম লাংতদা থুরবশিং, লু-তোংগা হকচাংতবু মিতাবা মপোক্তা পোক্লকপশিং ; তুক্কচনফম, হংগোইনফম ওইবাশিং, মীনা উশাৎপিদবা অমদি থোশাবীদবতনা মখোয়গী চেঙজেন ওইনজরবশিং, হিংহুনা অমুম লৈজবা অসিমক্তবু মখোয়গীদি কল্লবা দগিগুম খোক্লবা অহুগুম্বা মীওইশিং অহুদি ওসিগী অহিং অসিদা কৈদনো ? চুথরিবা নোং, ফংলিবা খুদোংথীবা, আতিয়াগী অসিগুম্বা অথাক অরাউ, অসিগুম্বা প্রলয়গী মমম পুম্নমক অসিদি মখোয় অহুগীদমক্তনি।

ঈশিং চোৎনা চোৎনা লাক্লনা জহরনা চা-বাগান অমগী গেট

মনাক্তা লেপ্লরে ; উরকলে, য়োংলীনা য়েংশিন্দুনা বায়থু-পো লোল্লি। নীং-মাঙ অবুক্তং য়েংলম্লগা রেলিঙ কাখত্তুনা মহাক মবুংদা চোংশিনখ্রে। লাপথক চংলগা শেত অমগী মখাদা লৈবা বেঞ্চ অমগী মথক্তা শাংল্লোঙ শাংনা হিপজুরে। ফুরিং-ফিরোন পুম্নমক ঈশিংনা চোক্তুনা মতম অদুমক্ত ভইঙ ভইঙলি।

হিপ্লদি হিপলে অদুবু ঙসি অহিং অসিমা মহাক তুমদি য়াররোই। য়াদসনু অয়াম্বা অহিংসু অমুম্না মিংশেঙ খাঙত্নলক্তা কয়া লেনপ্রবনি মত্নদা মাগী অরাবা করিসু লৈখিদে। অমম্বা আতিয়ারোমদা য়েংশংলগা মহাক্না খল্লকই, তুম্নরোই হায়বসিবু মাগী অশাউবা মতৌরা? কনাগী মথক্তা ওইনত্নমা শাস্তিরিবনো? অরংবা মমিং অনিমক্তা মপানদা মুম্না য়েংলগা জহরনা মথক্তা মপুক্তা শোক্সরকই, মহাক কনাবুসু শাউজদে। লায়রকবী লৈপাক্ক লৈমনি অমদি মঙোনমক্তগীসু হেন্না নংঙবা মীওইবনি—ফিভম অসিদবু মহাক্না কনাদা ওনশিন্দুমা শাউরুক্ষম লৈবগে? মীওইবনা মঙোন্দা করিবু পীবা ঙম্বগে? মখোয়গী মতিক মথোনাবু কয়া য়াম্বনো? মহাক্না পামজদে—পুক্নীং লৈভানা পোথাজবা; নুংঙাইনীংবা আশাসু মাগীদি লৈজদে, অদু ওইরবদি অরাবা খুদোংখীবত্তবু ফংননবগীদমক মহাকনা ঙসি করিগীদমক কেথোক মোথোকপগী থবক তৌরুপদগে?

তৌইঙমসুং জহরগী মপুক্নীংগা অতৈগীগদি খক মান্নদে। ঙাইহাক্তগী মমাঙদা নাতৈ হোবা রাফম ঙাক্তা মাগী মকোক্না পুল্লপ পৈত্নুনা লৈখ্রিবনি অদুবু মত্নদগী মশাবু নাম্বোকহল্লরুগা ময়ুম-মকৈ লিংঙ্ঘা—পুম্বক থাদোক্লবা মপুক্নীং অমখক্তি অমুক কদাইদনো থিফম খঙদনা খায় হেক মাঙখ্রি।

খল্লকই, বিধিনা শ্রীমতীবুদি অরাবা ফংগদবা মওঙদা থক শেম্লকপা নত্তে। ময়ুম থাদোক্তুনা মাবু লম্বী মথক্তা লেপহল্লরিবা অত্নগুম্বা মপুক্নীং মতা অদুদি মশাগা মতিক চানবা ওইদে। নুংগী লালহো অমদি হকচিল্লবা অশাউবনা মাবু মায়কৈ খুদীংদা অত্নম চেলহনবতা থংগনি, মহৈ য়ালহন-গদবদি খক লৈতে। হৌখিবা যুগ-যুগ কয়াদা নিপানা ময়ুম থাদোক্লুনা চংনখ্রিবা অত্নগুম্বা ফিদম অমদি অত্নগুম্বা মমঙ অদুবু নুপীশিংনা মখোয়গী পাম্বৈ ওইনা লৌনরুবদি লৈথোম-লৈনাং তোংলবী পুথিবী অসিদগী

থোরকপা উফুল অমদি নুংশাগী মৈশানা মহাক অদূবু য়াহনবীবা অমদি নৈহৎপিবত্তা থংদ্রনা তোক্কদবত্তনি। অতৈ অমদি ওইরগদবা মরৈত্রে। শ্রীমতীগী মশাদা লালহৌ-লিংজেন লৈ, মথোনাসু মন্নাওই অদূবু লানথেংনবদি য়াওদে। উৎসাহ লৈ অদুগা শক্তিদি লৈতে।

অদূবু শ্রীমতীহ লৈখিসনু। মাগী মকাদদি শ্রীমতী লোইপ্রবনি। মাগা শ্রীমতীগা হন্না হন্না থেংনবা য়াবা অদুগুম্বা মরী অমত্তা মহাক্কা কৈদোংদদসু শেমখিবা লৈত্রি। ঙসি লমহাঙদা ফমলগা নহান নোংমগী শ্রীমতী অদুগীদমক অপাম-নুংশি য়াইথুংদবগী মীকপ-মীরাক্ত করিদু থোকপিরক্ত্রিবসিমক বিধাত্তাগী মপান নাইদ্রবা থোজান্দগীনি হায়বা ত্তাই। শীংথানবা য়াদ্রবা নুমিৎ থরদংগী ওইনা শ্রীমতীনা মাগী পুন্সী-লীলা কম্পাকথক্তা চঙলক্ত্ননা শান্নরম্নগা মমি শামিগুম অমূক মাঙখরে। মাগী মকাদদি শ্রীমতী অসি ঙাইতাক্কগীনি, মিংকূপ অমত্তা ঙানবী মৈয়ানবীনি। অদুমদি ওইরগা অসিগুম্বা নুমিৎ অমদি লৈখি মতুদি, নুমিৎ অদুদদি মহাক্কা শ্রীমতীগীদমক কপচবা য়ারম্মী অমসুং কপফমসু থোক্লম্মী। নুমিৎ অদুদদি মাগী মমিত্তা উরম্মী, পুন্সীগী ঙমখৈ লৈত্রবা আশা, লোইবা নাইদনা হিংনীংবগী অপাম্বা, মক্রুবা লংলবা য়াখল, ময়েংত্তাবা লৈত্রবা নুংশিনুংওন অমদি চাওথৎপগী লংলবা ঈহৌ। অদুগুম্বা মাগী নুমিৎশিং অদুদি হৌথরে।

অরোইবা অহিংগী য়ুথক অদুসু উইরুম উইরুম তৌবা মমিং অনিমক্কী মথক্তা তপ্না তপ্না অদুম্মক চৎথরে, উনা উনা অয়ূক অঙনবগী নুংশিং শিংপা হৌরকলে, বাগানদা হৌবা উপানশিং অদুদা তোঙান-তোঙানবা মথোনগী উচেকশিংনা থোংনরকলে, রেলিঙ নাকন্দা লম্বেন য়াই শিংপগী গুমজিং মথোন তারকলে।

জহয়গী তুমত্রবা মমিং অদুদা অরাবা চোকথবা থক লৈরমদে, নোংপোক মায়কৈদগী হন্দোয়কপা মঙাম ময়ক অদুদা মহাক্কা অমুক্কং মায়কৈ মরি লৈতনা য়েংলকই। লমতম অসিদি মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী স্মৃতিনা পূময়োম য়োম্বা মফমনি। চেকপন্না কোয়শিনবা মথোয়গী স্কুল অদুনা মসিনি; অদুগা থংনবদনা মাগী শারকম লৌবুক লমহাঙনি, লমহাঙগী মশাদা অদুমক দেবেনথমুখোয়গী শিব মন্দির লৈ, শিব মন্দির

লৈ, শিব মন্দির অদুদগী থরা চৎলগা উরিবা অসিনা বারোয়ারীতলা অমনবীনি—পূম্নমক লৈরি, মহাক্তদি লৈত্রে। মথোয় অসি তম্না য়েং-শিল্লনবগী অধিকার অদু ফাওবা মহাক্লা মাগুহন্নখরে। মনামবশিং অদুনা কনামা কদাইদা চৎনগ্রবা মদু খঙবা ঙমজ্রে, হিংলিবনা কন্না অদুগা শিথিরম্নগদবনা কন্না। মহাক মথন্তগী মপুন্সী অসিদা যুগ অমগী মতম হৌথিবতসু নত্তে, মাদি মপোক অমা অমুক হোৎলক্লবনি। থান্নগী কনাগুম্বা মী অমগা লম্বী লমথাঙ মচি অমদা তুক উন্নবা থোক্লবদি হুজীক অসিদা কনাবুসু খঙবা ঙম্নরোই। তমথীন্নবা মহাকাল কৌবা লাইনা অমুক্তং ফু-কাম্বদা ঙসিদি মহাক মথাক অমত্তা লৈহৌদবমখৈ মাঙগ্রবনি। মহাক্তি নিন্নতিগী শান্ননবা পোৎশক অমনি।

ঙাওু,নবা নুমিৎ মঙাননা আত্তিম্না মকোয় পূম্নমক শীনগ্রবদা থাগানগী হাংদোকলিবা গেটলোমদা তপ্না তপ্না মহাক থোরকলে।

নুমিৎ নিনিগী তুংদা জহরবু অমুক মশক উরকলে। মহাকপু উন্নবদি থনগনি—মাগী মশা পূম্নমক্তা নুমিৎ নিনিগী মপুং ফারবা ইতিহাস অদু অচৌ অচৌবা দাগ ওইনা য়েক্তু,না লৈরি। মচাক মরল পূম্নমক লোইথিদুনা মহাক পূমতাক তাক্লবা মীওই অমগুমখরে। অকনবা নোং-নুংশিং মায়োক্লরুরবা জাহাজগুম মথোঙ খঙদ্রে, শিংকূপ শারে, পূবকাম্ন কায়থ্রে। শাহিং চাবা লমলক-শা অমগী থায়াক্তগী মায়োক্লনা চেন্নকপদা ঙায়রিবা মীওইদু মঙায়রে।

কাঁসারীপাড়াগী য়ুম অদুগী থোঙজীন্দা কাখৎথিবদা উন্নলীংত্রবা য়ুমগী মচানিপা অহল অদুগী মমিত্তা কোক হেক তাক্লরে। থাঙজ ওইবনা নিপা অদু ঙসিদি য়ুমদা ঙন্না হন্নকপা ওইরমান্নে। মাবু উবদা হান্নরকই, 'লেঙশিনবীরকউ, নুমিৎ নিনিদি ইউ উজক্লদ্রেনা? কদাইদা লৈবীরুবগে?' হান্নদুনা মহাক্লা জহরবু মথোঙদগী মকোক কাওবা অমুক্তং য়েংলকই।

মাগী বাথল বাংমদা লৈন্নবা অমদি অমুম ভোগসি হান্নবা থল্লমদ্রবা জহরনা মাবু তরাম তরাম তৌরম্না উবদা পূমঙক ঙকথি। হান্নরকই, 'অসৌবা প্রজা থরা খুন্দাহনগে হান্নদুনা তালুকতা তুক য়োৎজক্লই।

মহীনা ওষ্মোক্লা অবাবা নংলকখরে। করে, ঐখোয়গী থংনবা অদুবু হায়না মিটমাট ওইনগ্রবরা ?'

নিপাম্নুনা নোক্ন্না হায়রকই, 'হোয়, ঐখোয়গী নালিশ থোইনা লৈজরে, থংনববু অসুম তুং-কোইহল্লন্নুনা করিবু কায়গদগে, নত্তবরা ? অদোমগী মুপী লাক্নুনা পুম্নমক মিটমাট তৌবীরমলে। তশেংবমক মহাক অকবা মীওই অমনি।'

হাইকেং ঈব্-আক্ তৌনা জহরনা হায়রকই, 'হোয় চুম্মী, মামুসি মরীমতা অমগী মমমদা থনম্নগা তঙাইফদহনা ঐনা—করম্বা মতমদা লাক্লম্বা ওইরবনো ?'

'ওরাং অম্বুকনি। অদোমদা পীজো হায়ন্নুনা য়ুমগী শো-গা চিঠি অমথকা—ঙাইবীখো, ঐ লোথোকচরুখিগে।'

'অতৈদি করি হায়রম্বা লৈবনো ?'

'থোইদোকপা লৈতে। হরাগাড়ী তোংনুনা লাক্লম্বনি, য়াম্মা হাপ্পু হাথুবা মতৌ তৌখি।'

শো লৌনুনা খোঙ হাংদোক্লগা ঈমুং চঙনুনা জহরনা চিঠি পারকলে, থাউদা হানবা চিঠিনি—

'মুংশিবা, নহাকদি উম্নে, থবক চিল্লমগনি অদুননি। শো অসি ঐঙোন্দা অনুম্বক য়াওরম্নে, রাম্নোগনু। কা-হেন্না খুদোং থীরবা পাউ অমা ফংবদগী ঙসিমক ঐ বিমলখোয়গী মমমদগী চৎলে। চিঠি হেক ফংবগা নহাক মথাগী ঠিকানা অসিদা লাক্কদবনি, তঙাইফদ্রবনি।—শ্রীমতী।

তঙাইকম্রে, ঙাইহাক্তং ফাওবা পোঙ্খারম্বা তৌদনা য়ুম শো অমুক লোনশিন্নগা ঠিকানা অদু পুনুনা জহর মপান থোরকলে। নোংমা নুমিৎ অমা মপুম্নকানা হৌখিবগী হৌদ্বিবা মথুঙা পৈশা ককা লৈজরম্বা খোক্লবদি য়ামম্নবদা চা কপ অমত্তসু থকচরকপা য়াবনি। হুজীকপুদি, অমুক ক্ষিংনা চৎজুবগী কান্নবা করিবু লৈরমগদগে ? শ্রীমতীগী অম্নাবা খুদোং-থীবদু হুজীক্তি লেনখিরম্নগনি মরমদি, অরা-অনং হায়বসিদি কৈদৌঙৈদসু সহায়-উপায়তবু অসুম ঙাইদনুনা থক লৈবা হৌনদে। লাইবক থীবা হায়বসিনা লান শীংনন্নুনা লাকই, খুদোং থীবনা লুট-পাৎ তৌনবা চঙলকই।

ডাকু ডাকাত অমগুম চেকশিনহৌদবা মিংকুপ অমদা মহাক্না মীওইববু লোয়না হাত্তোক্লম্লগা হেক্তমক চেনখি। শ্রীমতীগী মনাক্তদি ইচংমক চংলুপ্রবসু অমাগুবা থোইনা লৈরমগদবা নত্রে।

তৌইগুম্বসু চংলরোই খন্না খন্না অসুম মথং মথং থিরক্তুনা সারকুলার রোডতা লৈবা, অকোয়বদা হৈকোন লৈকোয়া লৈতেংবা অচৌবা য়ুম অমগী মনাক্তা মহাক লেপ্লরে। মহাক্না ঠিকানা অদু অয়ুক চান্নদুনা য়েংলে, য়ুম অদু লান্নরমদে। য়ায়া চেকশিন্না মহাক্না গেট লানশিন্দুনা মনুং চঙলগা থোঙশঙবা মী অদুদা পাউ থাগ্রে। লেপ্পা লেপ্পা মহাক্না থোইনা থৌশাদবা মওংদা মায়কৈ মরিমক অসুম য়েংলকই। হোজঙ-থোঙ লৈবা য়ুমদা মহাক কয়া চঙনীংদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঈনাক খুনবা মীশিংবু মহাক্না কি-তৃকচা তৌনা অসুম লোয়নরকপনা হুজীক্তদি মখোয় অদুদগী লাপথোক্লি লৈনীংলে। অদুম গুইনমক মহাক্না চৈরক অসিদা চাউরবা দলাল অসিগী মতিক মগুণ অদু অমুক্তং য়েংথোক্লকই। উম্, চাউদ-চাউবা মীতানি। ঙসি ফাওবদা ঈনাক খুনবশিংগী মতিক মগুণ কয়া কয়া মহাক উরক্লে, তৌইগুম্বসুং মকম অসি য়োরকপদদি অহানবমক্তদা মহাক্না অতাঙবা পোং অমবু উবা ফংলকই—মখোয় অসিগীদি তক্ত তরুবা অমদি নীংথিনা লোইশিন খমজিনবা মতৌ অমা লৈ। অসুম্না মায়কৈ মরিমক য়েংলুরগা জহরনা মথক্তগী মপূক্লীংদা থাগগুবা গুমখিদে।

য়ুখল হাইগত্তুনা শ্রীমতী থোরকলে অমসুং হেক থোক্লকপগা অদুম হেক্তমক হংলকই, 'ঙরাংদি কৈদোরবা ?'

শাংলবা য়ুগ অমা হৌগ্রবা তুংদা মতম কুইনা নীংজরক্লবী দেবীবু ডাঙনা দর্শন ফংজবগুম্বী। লাঙতক্লবনা থুম্নাংলদুনা জহরনা হায়রকই, 'হেক য়োরকপগা হুজীক নঙগী চিঠি ফংবদা-মঙায়রি। অরা-অনাদুদি লেনখ্রেদমা ?'

'উম, মনুং চঙখিসি।'

শ্রীমতী অসি ঈনো নোবা মী অমগুম তৌরমলে। চীংলেম্বী অমদি য়া খজীক্তমক ঙাঙই।

কদোমদগীনো, অকিবগী মশক ফংলবা অফা অপুন অমা লাক্তুনা

জহরগী মখোঙ অনিমক অদুম্ব ফাজিল্লবগুম তৌরি। মামা হায়রকই, 'চঙগদ্রনে, মনুংদা কনাসু লৈতবরা?'

'খিৎ অরায় অথুম তৌহনা লৈরনুসে।' হায়গদুনা মহাক্কা মাঙ থারকলে।

চুতলাগী অচৌবা কা অমদা চঙলক্লবদা জহরনা মথন্তা চঙদুনা পন্দি থাবা চেয়ার অমদা ফমথজরে। হায়রকই, 'নঙগীবু করি খুদোংথীবা থোকত্রবগেনে হা?'

রাহোদোক অমস্তা য়াওবা তৌদনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঙরাং ঐখোয়গী বাবা লৈখিদ্রে।'

'লৈখিদ্রবা? ঙরাং? নখোয়গী বাবাবু লৈরম্লিবোইরেকো?'

শ্রীমতীনা মাগী মমায়দা মমায় থম্লগা হায়রকই, 'ঙরাং মতম অসিদগী হাইফেং ঙনখৎনা। ইমাদি অঙাং ওইরিঙৈদা চৎখিবনা খঙহৌদ্রে, ঙরাংতদা খঙই। ইমাসু ঙরাং বাবাগা পূম্না লৈমিন্নখিদে।' হায়রগা শ্রীমতীদু তুমিন্না অদুম্মক ফমদুনা লৈখ্রে।

তরক-তশোনমনবা মাগী মখোঙেল অদু তাবদা মিৎনা কুপ্পা মনুংদা জহরগী মমিত্তা য়ুম অদুগী মশক খংওন ওল্লকখি। য়ুম অদুতসু নত্তে, খল্লকই, মীরমলেন অসিদা নূপী অসিগা মাগানা মথন্তা নায়তোম তাবী, সহায় উপায় লৈজদবী, মরাইবক থাবী কনাগুম্বা নূপী অমত্তসু য়াওদে। মহাক্না হায়রকই, 'ইপা ইমাদি অসুম থক কুইনা লৈতে শ্রীমতী। সংসার অসিদা নুমিৎ থৃদাং—'

শ্রীমতীনা মরক থত্তদুনা হায়রকই, 'ঙরাংদগী তারক্লিবা থেমজিনবীবা অমদি নুংশিবীবগী রাহৈ পূম্নমক অসিনা মহাকাব্য অমা লেংবা ওক্লগনি। নঙনসু অমুক থেমজিনবীবা তৌরক্লগনু।'

হাইফেং মথরায় নুংঙাইতনা তুকথদুনা হাইহাক তুমিন্না ফমলম্বদগী মশা তিংথত্তদুনা জহরনা থংহায় হায়রকই, 'ফরে, য়ুম অসিবু মী অমত্তা লৈতবরনে?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'লৈতে, বাবা মথন্তমক লৈরম্মী। পূজী চুপ্পসু মথন্তনি। ইমা লৈখিদ্রবা মতুংদগীদি মহাক মীগা কম্না তিন্না-তোংনবা হৈনখিদে। ঐখোয় ইচীন ইনাও অনিতনা মাগী মমিৎ অনিনি; মচানিপা

পোক্তে। ঐখোয় চাউরকপে, য়ূম পাম্নরে অদূবু মঙ্গাক নিপা অহনবা মীওইনা ছিংনবা হোৎনদবা মতৌ উবদগী মাগী থম্মোই অদু শেগাক কায়খি; ঐবু ক্ষাওবা মহাক্না য়েংনীংখিদে, ঐনসু কা-হেন্না পূক্নৌ-পান্নৌ শাউরম্মী। চহি অহুম হৌরবদা ঐগী ব্নান্নৌ চাউরম্বা ইতৌ অদু ঙরাংতদা মাঙখি।'

জহরনা হায়রকই, 'নঙনদি ঐঙোন্দা নখোয়গী বাবাগী কক্নিঙবা পরিচয় অমত্তসু পীখিবা নৈতে। ঙসি ঐনা ঙকলিবদি—'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ইপাগী পরিচয়দি তাকপনা হেন্দোক্না মতিক চামনবা ওইবদগী ঐনা নঙোন্দা থূপচানখিবনি। অদুগীসু মথক্তা ঐনা খনখি, ইশাগী পরিচয়না পূম্নমক্তগী হেনবা পরিচয়নি। মসিগী ব্না তাসি থমখিসি, ঐনা ঐগী নিপাবু থাদোক্তুনা লাকখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা পাউ অদু ইপাগী নাকোঙ য়ৌরকখি। ঙসি ঐনা নুংঙাইজবদি অসিনি— ঐবু থিরুনবগীদমক মহাক্না মী অমত্তসু শীজিন্নখিদে। মহাক্না খঙখি— ঐগী থুদোং থীনীংঙাই করিসু নৈতে, নোংমা নক্রগা নোংমদি ঐগী জাহাজ অদু শোয়দনা তোর্ব্বান য়ৌরকদবা মরৈ।'

'যাত্রা ওইগদবা মতম কয়া ব্নাংলিঙৈদা নঙগা উন্নখিবনো?'

'উন্নরবসু ব্না-লানদি ঙাঙনখিদ্রে। থোপতা পেরেলাইসিস্ (পঙথবা) তৌখিবনি, নুমিৎ নিনি জ্ঞান তাখিদে, মতুংদসু অদুমক তাব্নকপিদরে। তোইঙম্বসুং যাত্রা ওইথ্রবা ইপাগী মনাক্তা ফমলিঙৈদা পাউ অমা তাবা ফংলকপদগীদি ঐ অসি নুংগা পাংখক ওইখরে।' হায়দুনা মহাক্না কা অদুগী মাংগোনগী মপান্দা লৈরিবা নুমিৎ তান্নমদাইগী ঙাঙ্নবা আতিয়া তম্না ঈয়ানা চোল্লবী থম্বাল-লৈকা মানবী মিৎয়া অনি অদূবু অয়ুক্তং থাদোক্লম্লগা মথংদা অমুক হায়রকই, 'য়াম্না পোৎগ্রবা ময়েক শেংগ্রবা পাউ অদু ইমাকোঙ অসিদা তায়কলে মদুদি, মাগী অচংচত্ত হায়দুনা লৈরিবা সম্পত্তি পূম্নমক ঐগী মিংদা মহাক্না উইল তৌশিনবীরমলে।'

জহরনা হায়রকই, 'মদূবুদি মহাক্না তৌবীফম থোকপা ব্নাফমমক্তি। য়মানা তংথায় অমা ফংগনিদনা?'

'ইতৌমক তৌবীরফম থোক্তবা ব্নাফমনি, য়মাবুসু মহাক্না লীক্তোন-খূজিং অমা ক্ষাওবা পীখিরমদে, মরমদি মাগী মপুরোয়বগীদি অব্নাংপা

করিসু নৈতে, মপান নাইদে ; নদীয়া জিলাদা অহুক চাউবা জমিদারীদি য়াওবা কনাগীসু য়াওদে, অদুবু মহু ভাক্নসু নত্রি—বাবানা মহুম কুইনদগী তৌজরকপা আশাদি, সম্পত্তি পুম্নমক অসি মহাক্না মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা থবক্তা শীজিন্নগনি—ইস্কুল শিংগনি, হাসপাতাল শাগনি, লৈত-লায়য়শিংগী সেবা তৌননবা খুদোংচাবা থমগনি, নুপীশিংনা শেল ফাঙবা য়াবা অহুঙবা মহৈ তম্বীগনি—'

'মাগী ইচ্ছা অসিবু থবক্তা পাঙথোকপিরমন্ত্রিবদি করিগী ?'

'পাঙথোক্নমদবগী মরম অহু ঐঙোন্দদি ঙক্না থোক্নরে। ঐগী ইমিংদা পুম্নমক পানশিনবীবগা লোয়না লোয়ননা চিঠি অমা ইদুনা ঐঙোন্দা পীবিরম্মী, মহু, ঙসি অয়ুক য়মানা চৎগ্রবা তুংদা মাগী উপু বাক্সিদগী ফংলুবনি, চিঠি মরোল অদু তারবদি সমাজ পুম্নমক খংপেক খংনগনি।'

জহরনা মমায় হাইগত্তুনা মঙোন্দা য়েংলকই। মানা হায়রকই, 'নঙোন্তদা হায়বনি, মাগী মচানুপীনা মরমচৎ নাইত্রবা মপুরোয়রবু থাদোক্তুনা চংগ্রে চায়বসিদা মহাক ঙমখে লৈতনা হরাউখি, অসিগুম্বা হরাউজবা অসিতগী থোইনশিন্দগী ঐগী মিংদা মাগী লৈজবা 'পুন্না ইতুনা পীথোক্নম্বনি। মানা হায়রম্মী, মানা ঐবু ইহৈ তমহল্লকথিবহু খক অরেম্বা ওইদে। ঐগী ইপাদি হোৎনবা কনবা, চাওখৎপা পাম্বা মীওইনি। মাগী য়াথল কয়ামরুম লৈ, তারগা নথোয়না নোকনি। মানা তাকপিরম্মী, থাঙ্গেশেংনা মহৈ হৈরবী নুপীশিংদি বাঙালী নিপাদা খক ময়ুম পাম্নদবা ওইসনু মহৈ হৈরবা নিপাশিংনা বাঙালী নুপীবু ময়ুমদা খক পুশিন্নদবা ওইসনু। মহাক ধর্ম্ম মশক খঙদবা মী নত্তে, অহুমদি ওইরগা ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্নবা মী অমদি ওইরম্মী। মানা খ্বায়দগী হেন্না থৌরাং-জরম্বদি—মশাগী মচাক মরল পুম্নমক্না নোংমদি মীওইবা সমাজগী সেবাদা শীজিন্নবা অসিতনি।'

জহরনা হায়রকই, 'অদুবু অহুমক্তি থোক্তেদনা ?'

অরাবা মীনোক মচা অমা নোক্নগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'শিরমদাইদা মহাক মদুগীদমক্তি থোইনা য়াখিদ্রে। ভার পুম্নমক ঐগী ইথক্তা থোংগৎ-শিরমলে। চিঠিদা হায়রি, ঐনা চৎনীংবা লম্বী চৎপদা মাগী আশীর্ব্বাদ পুম্নমক অথাকপা লৈত্তনা অদুমক ফংগনি। তৌগদবা থবকী লমদা

লমদা মচি অমত্তদসু মহাক্না পাউতাক পীরম্বদি লৈতে। লাইরমশেনগী লম্বীদা লেপ্তুনা মহাক্না ঐগী বিচারবুদ্ধি পুম্নমকপু চিংনবা লৈতনা নোক্না নোক্না অঙম্বক য়াবীগনি।' হায়না হায়না মাগী মমিৎ অনিমক মপি তরং তরং চেল্লকই। থুনা হৌগত্তুনা মহাক্না মুইচ নম্নগা পাংখা থাদোকল্লুরে।

জহরনা হায়রকই, 'অঙগা অতোপ অতোপ্পা নঙগী মরী মতাশিংগী য়াদি অমত্তসু হায়ড্রি?'

ভাইহাক্তং করিনে। অমা খল্লগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'কনাসু লৈতে, লৈরবদি খরতসু আশা তৌবা য়ারমগদবনি। অদুনবু, মসিগী ভার অসি করম্না পুশিগে হায়না খল্লিবনি। মখোয় অসিগী মরক্তা ভসিদি ঐ অসি বন্দী ওইরবনি।'

'ফরে, অঙগা নঙগী নপুরোয়বা অদুনা নীংতম্লক্তদুনা নঙোন্দা করিগুম্বা ভাকপিয়ূককা হায়জরবা থোক্লবদি—সংসার অসিদা অসিগুম্বদি তত্তনসু মথোক্লিবনিদো—'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙগী বাঙাঙ অসিদি ঐবু চাংয়েংগে তৌরি-মাল্লে, মদুদি তৌরক্কনু। নঙোন্দগীদি মী অদুবু ঐনা হেন্না খঙলিবনি। ঐনা নঙোন্দা তশেং তশেংনা হায়দোকপা ভমদবদি য়াই; অদুবু ঐ ইশা অসিমক্তি য়াম্না শেংজরিবনি।' হায়দুনা অমুক হৌগত্তুনা লেপ্লগা মহাক্না হায়রকই, 'চাবখকপগীদি কমদোরবা, নুমিৎ হুমনি চুপ্পসি চত্তুনতা লেল্লক্লিবরা? নশক অসিদি কৈদোরে?'

জহরনা করিসু খুম্বা তৌদনা তুমিন্না অঙম্বক ফমলি। মানা খল্লকই, মানদি ফনমক তশেং তশেংজদুনসু, নুপী আসিবু মহাক্না মশক মুন্না খঙবতদি ওন্থোক্না লুনা মথোকখ্রে। মহাক অদুক হাক্না চঙশিল্লুবা ভমদ্রে।

মনুংদা চঙলুরগা মিনিট অহুমগী তুংদা শ্রীমতীদু অমুক থোরকলে। কা অচৌবদু মরক অসিদা খরা খরা মমশিল্লকলে, অহানবমক্তদা মহাক্না অনানবা চেমনিগী ভুম হূকপা অচৌবা থাউমৈ অদু থানগৎলে, য়ুমথক্তা য়ৈখৎলুরবা মদুগী মক্তবা অরংবা মৈঙাল অদুনা য়াম্না মেঙবা মশেক ওইনা মথাদা অমুক হাইথরকলি। মিৎকুপ অমত্তং অসিগী ওইনা লৈরম্বা

অচীকপা অদূবু খঙহোদনা থুগায়ত্না মহাক্কী মচীন্দগী খোঙ্খোক অমা থোকহনখগা লোয়ননা মচীনবান ফৈরেং-তুরেং চিংত্না জহরগী রাহৈ অত্নগী মতৌ তম্নগা করেম্নত্না চায়রকই, 'মীংঙম্নক্কহনা ইপুরোয়বনা চেল্লক্কনা ঙাকপিনবা হায়জরগনি।' শাউগংলক্লনা মহাক্না অমুক হায়রকই, 'মাগী মরমচৎ অত্নদা বিন্দু অমা ফাওবা লোখৎনীংঙাই লৈতে হায়বসি নঙনা খঙবরা? ফত্তবা থবক তৌবতনা মপোক্কী হৈনবীনি। মপূক মনুং অত্নুনা নুংশিং-নুংশা ফংদ্রবা অমম্বা কুহা মনুংগী হূ চেল্লবা ভীল কাঙ্-মক্কগী মহুম শাফমনি। মানা তৌখিদ্রিবা অসিগুম্বা পাপ অমা ফাওবা লৈতে, মানা খনখিদ্রিবা ফত্তবা রাখল অমত্তা য়াওদে, মলাক্তবু নক্লুরবদি মাগী মরমচৎ পূম্নমক অত্নদগী খোরকপা ইশাগী মাঙ-তাক্লবা ওইবা নমথীঙ্খবা মনম অমা হেক্তুমক ফাওরকই। লুনা ভিল্লবা মীগী মাঙ-তাক্লবা তৌবনা মাগী মনাংনি, অতোপ্পগী ফত্তনবা কোয়না শন্দোকপনা মাগী মখোনি, নুপাবু ইজ্জৎ মাঙহনবনা মাগী ধর্ম্মনি। অত্নগা অমরোম্নদনা মহাক লাক্ল-ফানবা ঙমদবা মীওই অত্নসু নত্তে, পুন্সীগী মতাং অমত্তদসু অকনবা অমদি অচেৎপা মতৌ খক য়াওদে, মহাক্তি, য়াম্না তোনখ্রবা অয়ম্বা নিপা অমনি। মানি—অয়ম্বা, মথরায় গুদবা, তুরুচনবগী মশক ওইবা মীওইনি। খ্বায়দগী হেন্না ঐনা ঙক-খিবদি মপূক পিক থম্না য়ু থকচিল্লবা ফাওবদা ঙাওখিদবা অত্নুনি। মাগী থনুং পূপ্পা লৈরম্বা মরমচৎ মতৌ অত্ন নেশা হেক চাবগা হেক্তুমক মপান্দা ফূদোরকই; মতম অত্নদা ঐনা থল্লি—মরৈ হা হা তম্বা মহূ কল্লবা লিনমক্তা মাগী মশা অপূম্বত্নদগী অসুম অসুম থোরকই, থোরবা অমদি লংলবা লোনম মিৎয়েংনা মমিৎতা। মায়োক্লত্না মীবু হাৎপা ঙম্বগী মথোনাসু লৈতে অত্নম্নদি ওইরগা অরোনবা মীহাৎ কয়াদদি মশীং খঙদবমখৈ মানা মতেং পাংখি।'

জহরনা হায়রকই, 'অদূবু, নঙনা লুহোঙম্লিবদি মহাক অত্ন-মক্কনিকো?'

শ্রীমতীনা হংগোইবা লৈতনা হায়রকই, 'লুহোঙবতবু নক্সি লুহোঙ-দ্রিঙৈদগীসু গাবু নুংশিরকলিবনি। নখোয়গী নরোম্নদি মদূবু প্রেম হায়নবদাই।'

'নুংশিরন্মে ? অদুগনু—'

'উম, নুংশিরম্মী। ইপানদি মাবু পাম্বা নত্তে, মাগা লুমা তিন্ন-খংলকপা উবদা শাউখি, চিন থোক্লদি হায়রপা ইঙ্গিত-পোইরৈনা খিংনববা হোৎনখি ; অদুমক্তদা ঐনা মাবু নুংশিখি। মহাক করিসু থোইনা মশক ফজবসু নত্তে, অদুবু কদাইদনো খঙদে মাগী শুক্ষংপা মতৌ অমদি লৈ, ম্নোংচাবীগুম্বা চিংবা ঙম্মী। কোয়রাওনবা মমিং অনি অদুনা ঐবু য়েংলগা মহাক্না নোক্লকপত্ত উবদা ঐনা সংসার পুম্নমক হেক্তা কাউখি। মাগী মমিত্তা, মরাহৈদা অমদি ঈঙ্গিত-পোইরৈদা অঙকপা শুক্ষংলাং অমা ম্নাওই। অমুক্তংতবু মাগা ৱারী-ৱাতাই শামিন্নপ্রবা মী অদুনা মাগী মনাক্তা অমুক ম্নৌরক্তবতদি মম্না'ওখিদ্রে। অসিগুম্বা মাঙ তাক্লবগী মশক ওইরবা খুৎচিং অসিদা ইমিং তাঙখিদুনা ঐনা অমুম খজীক খজীক থোঙ্ থাংজিনখি।'

'করিসু জ্ঞান তাখিদবরা ?'

'ঐগী ইপাদি জ্ঞান তাখি অদুগা ঐগী শুক্ষংপা ইতৌ অদুসু অদুম্মক জ্ঞান তাখি। অদুম ফনা ওইদুনসু মাগী ৱাঙাঙ্ শাঙাঙ্শিং অদুদা অসিগুম্বা ঙাইহাক্কী ওইবা থম্মোইগী অশেংবা ম্নারা অমা ম্নাওরম্মী মদুদি, করিগুম্বদসু মদুদগী ঐনা থক নাম্বোকপা ঙমখিদে। মঙোন্দগী নাম্বোকপা লুনা থোকই। ম্নাম্নমক লুই।'

জহর তুমিন্না অদুম্মক লৈরি। শ্রীমতীনা অমুক হায়রকই, 'নোংমদি মহাক্না খংহান্ন হায়রকই, মানা ঐবু লুহোঙদুনা লোগনি। বর অমা ওইবদা মাগী করি অরাংপা লৈ ? মরল মথুম মরাংকায়না লৈ, শীংথানরবা মীওইনি, মহৈ মশিন হৈ, মশা মউসু মফৈ, শকলোমদা ম্নেংলুরবসু পায়দুনা শান্ন'ীংবা শক্তানি। ইপানা য়ানীংদবা উবদগী পুম্নমক ঐনা শীন্ননবা মানা হায়জরকই। মদুমক তৌরে, লুহোঙলে। কোক্তা সিন্দুর চাইদুনা নিপা মযুমদা য়ুম পাম্নবা চংলে। অদুবু চয়োল অমা ফাওবা ফাদ্রি। মানা খল্লকলে, ঐ অসি মখুৎ চল্লবনি, মতম অদুদা মহাক মনীং তৌবা হোৌরকলে। ঐ মিংকপ থোকলে, হন্না ম্নেংলকই, কদাইদনো 'সিদে ? কনাগী মখুৎ চল্লরে ? মসিদি পোক-তৈদগী অদুম্মক ওক্লক্লবা অমনি। য়ু-ঙাওবতসু নত্তে, মথোঙ হুক্তবা,

লৌনম তৌবত্তসু নত্তে, মাগী অপাম্বা, হৈনবা অমদি হিংবগী মওঙ্‌ পূম্নমক তূক্কচবা হংগোইবগী মশক ঙাক্লনি। অঙকপনি, নুমিৎ অহুদা ঐনা খঙখি, ময়ূমদবু লৈরুদ্রিমখৈদি থক নিপাবু শেংনা মশক খঙবা ঙমদে। নুমিৎ অহুদগী হৌহুনা শাংলবা চহি অহুম চুপ্পসি মহাক্না ঐগী ইকমদগী তূক্কচবতমক ফংলকখি।'

জহরনা হায়রকই. 'অদূবু মরক অসিদা ব্রা অমদি লৈরি শ্রীমতী।'

'মহু খঙই।' শাউগৎলপ তৌনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মহু মপানগী মীওইনদি পাক হেক থাজবাগদবা নত্তে, অসি হায়নীংবা নত্রদো ? মহু ঐ ইশানা খঙই। তৌক্লসি ফরে, মহুগী ব্রারা অহুমদি নঙনা তাদ্রবসু ম্নাগনি। লাকও, কা অসিদা চৎলসি।' হায়হুনা মহাক হৌগৎখ্রে। মতম অহু মপানদদি অহিং ওইশিল্লকলে।

মাংগোল অমদি কা অনি অহুমথক লাম্থোক্লগা অতোপ্পা কা অমদা অমুক চঙলকলে। মসিনা চাফম-থকফম-কা ওইরমাল্লে। ওয়েল-ক্লথনা কূপশিনবা অচৌবা বেঞ্চ অমা ময়ায়দা থারি। মথাদা লৈমায় মথক্তা ফিদা অনিথক থারি। ফিদা অমগী মমাঙদনা নুংঙৌ-পূখম অমদা মথল মথলগী উতৈ অমদি অথুম অহাউনচিংবা হাপলি। মফম অহুদা জহরবু চাননবা ফমহল্লগা থোঙলোমদা অমুক য়েংহুনা শ্রীমতীনা কৌরকই, 'লখিয়া।'

হেক কৌনগা মথোন কারকপী নূপীমচা অমথক লাক্তুনা তপ্পা তপ্পা চঙলকই। নূপীমচা অহু মশক ফজে, ফিজেত্তি হিন্দুস্থানীগুম্মী, মখূত্তা সনাখূজি অনিথক শি, অপীকপা মরাইবক থুংনা লৈয়োং চাউনা নমলি ( উল্কি = **tattoo** )। মরু লূক্না মনাক্তা লেপ্পরবদা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অসি পূম্নমক অসি ঐদি চাবা য়াদে, য়ূম্মাংলি—সরবৎ থরদং পীরগা লোইরে ; অহুগা মাগী চা কপ অমগা।'

লখিয়ানা মঙক নোল্লম্নগা হান্না লাকখিবগুম অমুক থোকখ্রে।

'করিনো তৌরিবদো, নঙক অহু অমূক্তসু হাইগৎপা শংদ্রবরা নঙবো, করি উমশায়নরহুনা নরুলূক্না চৎলিবনো হা ? নপূক্নীং অহু কদোমদা ফৈখ্রিবনো হায়মি ?'

জহরনা হায়রকই, 'নঙগী দোষত্তি মহুনি শ্রীমতী, মথোঙ খঙদবা

রা অমা হেক্তা হংজিল্লকপা, ঐ ফাওবা শিগদৌই। অসুক চাউবা অরাবা অমা হৌগ্রবা অসি ফাওবদসু নঙদি করিসুবু হোংদ্রিনে।'

'অওইবরনে? নঙগী মিনুংশিদি থাগী ওইনা অহৌবা নাইবনি। নুপীদি মপান থোঙদ থক ওন্দবনি, মনুংদতনি—অসি ফাওববু থক থঙজিন্দবরা? নুমিৎ মরিনি মঙানি চুপ্পা কপ্পা-লাউবা তৌরুরগা কোম্নদি তোক্লকপা কাঙবুশিং অহুগী মরক্তা ঐগী ইমিং য়াওদে। মিংকুপকী মতম অদূতবু নখোয়না চাউনা উই, মরম অহুনা অশিবগী অশেংবা মশক অদূবুদি নখোয়না থক থঙবা ঙমদে। ইপা কৈথিদবা ঙরা তান অদূবু ঐগী ইমিং অসিদদি অহুঙম্বা মশি অহু নুমিৎ খুদীংগীনি, মিংকুপ খুদীংগীনি, হিংলিবা অহুকী মথৈদি অশিবহুনা ঐগী ইনাক্তুদা অসুম শাগোম্নহুনা লৈগদবনি, মহুগী অরাংপহু নখোয়দি থঙলোই। ঐনা কপ্পদা, অরা-নুংঙাই মতাংদা, অমুক করিবু হায়গনি, ঐনা নোক্লবা-করেম্নবা অমদি ফাগি-ফারাং তৌবা ফাওবদা অশিবহুদি অহুম্মক তোংনহুনা য়াও-রিবনি। রাফম অসি তোকসি, নঙনা মহু থঙবা ঙমগদবা লেত্রে।' হায়হুনা মিংকুপ মরুমদং ভুমিন লৈরুরগা হেক থংনবা মিংকুপ অহুদা মমায়গী ফিবম খংহোং হোংহন্দুনা নোক্লা নোক্লা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ভুমিন চঙলক্তুনা লেপ্লগা হুকুম হেক ফংবদা অমুক ভনচং চংলগী শক-চু চঙখোনবী নুপীমচা অসিগী মরমদদি নঙবু করিমু থঙনাংবা লৈতবরা? নঙগী নপূক্লীং অহাদ নিপা-পূক্লীংনিদো।'

অহরনা হায়রকই, 'লৈরম্বা থোক্লবসু মহু চুমদবনি। নিপাগী পূক্লীং পন্দুনা নশাগী জাতপু হিংহনগে তৌরকনু, নখোয়গী লাঙতকপা নহুনহুম য়াম্মা হেল্লিবনি। ফজবী নুপী উরগা ওইদবা মঙ কম্না ঐখোয়না মঙই, অহুগা নখোয়দি, নখোয়নবু মশক ফজবা নিপা উরবদি মহাক অহু নুপী থিরবরা থিদ্রিবরা হায়বসি থঙদোক্লবা হান্না হেক্তমক হোংনৈ। ঐখোয়-গীদি পীথোরক্লবা ইতৌনি অহুগা নখোয়গীহুনা ননাংনি।

অহল ওইরবা চাকর অমনা অচা অথক হাপ্পা পুথম অমা পুহুনা চঙলকই। মাগী হেক মতুংদা নুপীমচা অহুসু অমুক লাকলি। অশাবা চা-কপ অম মাগী মথুক্তা পয়রি। হন্দক্তি মকোকী মায়থুম-ফি অহু

শরা হেন্না চিংথরকলি। অদুম ওইনমক জহরনদি মমায় হাইগত্তুনা য়েংলকপা তৌখিদে।

চা অমদি অচা অথকশিং অদু থনম্লগা মখোয় অনিমক্কা মপান থোক্লক্লবদা হাইফেৎ নোক্তুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মাগী মমিংদি লখিয়া কৌই।

জহরনা হায়রকই, 'অদুবুদি তারেদা।'

'নুপী মচা অসি নোনা লুপ্তা ওইরবীনি।'

'মদুসু উবদগী অদুম খঙলে।'

'হায়া তপচবী নুপীমচা অমনি।'

'অদুম হায়না খল্লি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'বাবানা লক্ষ্ণৌদা লৈরিঙৈদা, মাগী মমাদু ইমাগী মনাক্তা চাকরি তৌগুনা লৈখি, মপাদি লৈরমদে। মমা শিখিবা মতম অদুদসু মাদি পিশক পীকলি। বাবানা মাবু মী ওইননবা হোৎনবিরকলে। মতম চানা লুহোঙনিরে, অদুবু মরাইবক্নদি থীবনা মতম শরতগী মনুংদা মকোকী সিন্দুর খুৎহল্লগা লখিয়া হল্লকলে। মতম অদুদগী চৌনা মফম অসিদা অমুম্মক লৈরকলিবনি। ঐনা তাবা লৈখি বাবানা মাবু অমুক ময়ুম পালহন্নবা হোৎনবিরম্মী। অঙকপা নুপীমচা অমনি। হিন্দুস্থানী জাৎ ওইনা পোকচবতনি, লোনচৎ-ব্যবহার অমদি বাঙাঙ-শাঙাঙদদি বাঙালী পুমণ্ডই ওইরবনি। মানা বাঙালী নুপীগুম্না মফি শেৎপা হৌরক্লবদা খেন্নবা খরদুদি অদুম লৈজসনু হায়দুনা মদু ঐনা থিংখি। অহিংদা মহাক ঐগী ইনাক্তা হিপই।' হায়দুনা মাসু চানবা ফমথখরে। চাবগী থবক লোইরবদা জহরনা চা-কপ অদু মনাক্তা থাং-জিল্লগা হায়রকই, 'মঙোন্দগীদি ঐনা হেন্না লাইবক থী, মরমদি, নুপীগী ইতিহাসতমক অমুম তানা—তানা ইশাগী পুঙ্গী অসি হোজিনখরে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'উম্, নঙনা হৈবদি তাবতনি, ইতিহাস অদুবু লেংশিন্নবা নপাংগনদি য়াওদে।'

'অং, য়াওজদে, মদু নোংমত্তসু ঐনা তৌজনীংলুবসু লৈত্তে।'

'লৈত্তে-য়ে? নহান নোংমা দুলালচাঁদনা তৌরম্বা ইঙ্গিত অদু ঐদি

হুজীকসু কাউদ্রিবনি থঙজো। লেপ্লমক, অদোমদবু দি নঙবু থক বিচার তৌরুবা য়াদে, নঙগীদি অদু নত্তবা অতোপ্পা পরিচয় অমসু ময়েল্লি।'

য়াচঙবা মতমদি হৌখিবা কুইরবনি অদুবু অহিং অদু কয়া য়াম্না থেঙজিনগ্রবা হায়বগুদি খঙনবা ঙমখিদে। পুং মাপন লোমদি শোয়দনা মত্তারম্লগনি। য়ুম অসিগী অকোয়বদা লৈবা ঙমখৈ অদু অম্বক্কী মতিক পাক-চাউপ্রে মদুদি, লম্বীগী লাঙবা-খোংপত্থ করি অমত্তসু তাবা ফংদে। মীনাই নিপা-মীনাইনুবী, বামন, থোঙলঙবা অমদি মপানগী অতোপ অতোপ্পা মীওইশিং—মখোয় অদুনা কদায়রাই মচিদা লৈগ্রিবনো হায়বদু মক্ষম অসিদগীদি করিসু খঙননবা উপায় লৈতে। চাউরবা দলান অদুনা মথক্তা নায়তোম লেপলি, পুমচীক চীকই অমসুং মথরায় পান্দবগুম্মী। মী রাংপনা মরম ওইদুনা মদুগী মায়কৈ পুম্নমক অদু পুমহাঙ হাঙবগুম তৌরি।

চেক-মোক লাউখিগ্রবা মপানগী অচীকপা অদোমদা অমুক্তং য়েং-থোক্লম্লগা জহরনা হায়রকই, 'মদুগী পরিচয় অদুদি ঐগী ঈকাইনীঙাইনি শ্রীমতী, মদুদি ঐগী অতোনবা মতৌনি।'

'মদু ওইজসনু, মক্ষম অদুদদি করিগুম্বা তৌশিন্নবা তাং অমত্তা লৈতে। চংসি, কা অসিদগী থোক্লসি।'

'চংসি, অহিং য়াম্না থেঙজিনগ্রে।' অশাংবা স্বর অমা হোন্দুনা জহর হৌগংলকলে।

মাংগোন লাম্থোক্তুনা লাক্লগা তুমফম কাগী থোঙজীন্দা লেপ্তুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মনুং চঙলকউ।'

জহরনা ভফিং ভফিং হায়রকই, 'হুঙ, ঙসিদি নপ্রে, 'সিদগী ক্ষম-থদুনা বারী অমুক হৌগংগ্রবদি নোং ঙাল্লগনি। ঙসিদি ঐ চংলগে শ্রীমতী।'

ইঙক ঙক্লা শ্রীমতীনা হায়রকই; 'অসুক থেঙলবদবু কদাইদা?'

'করিনোনে, য়ুমদনিদনা? কাঁসারী পাড়াদা?'

চা-কপ অদুদা অমুক্তং চুপ্লগা নোক্তুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'কয়া কুইনা অসুম য়ুম অদুগী নাপন তৌগদোরিবা!'

'লৈরিঙৈমথৈ।'

'ওয়েখোক্লম্মু অত্তাং মানশ্রেদকো নঙ অসে। হেক থম থেংনা কক্-ছাওনহুনা মপুক্সী লেনবা মীওইমকীসু মশাগী মতৌ অমনি মরৈজে, নঙগীদি মহ্ ফাওবা হেক লৈতেদকো।'

'লৈ-বুদি লৈতে, অদুবু চত্তবদি য়াদে।'

'চত্তবা য়াদে হায়রুনা কদানা নঙবু মকোক শায়বা শকউ হায়রবগে?'

শাউদুনা জহরনা হায়রকই, 'অদুদি মকম অসিদা অসুম্বক মরা তাশিল্লো হায়রিবরা?'

'অদু হায়দবদে?' হায়রুনা শ্রীমতী অদু নোকলকলে। মাগী নীংথিজরবা য়া পরেং অদু ফাওবা মাংগোনগী অরংবা মৈঙান অদুনা ইরং ইরং লংহনশ্রে।

'মীগী মমাঙদা ঈকাইবা হায়বা অমসু লৈরি শ্রীমতী?'

শ্রীমতীনা অমুক চম্না নোক্ত্না হায়রকই, মীগী মমাঙদা ঈকাইবা হায়বদুনা নখাঙদবু কোল্লররিগনি। সনা ইবুংঙো, অহিং অমুক থেঙলবদা খিৎ তৌখৎপিরক্লগনুসে, শাঙবা ঙমজজ্রে, চৎঙ্মুনেসে য়েংশিনে, মথোনা কয়া লৈরহুনা?

'অদুদি তৌনীংবা তৌরোসে, মীবু অসুক লারুবদি। হায়রুনা জহরনা মাগী মতুং ইন্দুনা কা-মনুংদা চঙলকলে।

কাংথোন মখক্তা লৈরিবা তরু তরুবা ফম্মুং অদু উত্ত্না শ্রীমতীনা হায়রকই, 'কাথৎলু, হিপউ। ঐনা য়ারবা মতমদা নঙনা কয়া য়ায়া তৌবীশ্রবা, সেবা থরতদি ঐবু ফংহনবীবা য়াইদনা? হায়য়ু, খোঙ নোইরম্মু হায়বরা?'

শাউগৎলদুনা জহরনা হায়রকই, 'তুরুচৈদা শ্রীমতী।'

শ্রীমতীনা মচীন খুমহুনা নোক্লগা হায়রকই, 'কিরুগনুদা, লখিয়াগা ঐগা থংনবা কা অসিদা লৈগনি। অশংবা থাউমৈ অদু থাক্লগা হিপউ, বোর্ড সুইচনা অদুনি, দরকার লৈরবদি হেক কৌরকউ।'

'লৈরোই, ঐগীদি দরকার করিসু লৈতে।'

'লৈবু লৈবীত্রবদি কৈদা। ঙাইখো, কাঙথল অদু থারমখিগে।' হায়রুনা মহাক্না কাঙথল থারগা মোম্পাক মথাদা য়ায়া চেকশিন্না মচি অদু য়েপশিল্লকলে।

জহরনা হায়রকই, 'য়ুম্ব অদুনা অঙাওবা হায়দুনা চৈথিবদু করিসু লানখিবা নত্তে। অঙাওবা থৌদো নত্তনা মসিবু করি হায়বদুনো? য়ুম-কৈ পুম্নমক্না অসুম তাদুনা লৈহৌরবা, পোং-চৈনা পাড়ো মপোৎ অমা, ঐনা অসিদা লৈথোকপা, করিগুম্বা রায়থুদু ককায়দুনা পুম্নমক্ তুরামথোকপ্রবদি?'

'ইস, মাঙলেদনা অদুদি কমদোনি?' শ্রীমতীদু বুংশা থীবনা হেক পাখৎলি।

মাগী খোঞ্জেল মতা অদু তাবদগী জহরনা অমুক্কা হায়রকই, 'নত্তে কাগিগী রা নত্তেনে শ্রীমতী, নোংমদি মদু পুম্নমক অদুগী কান্নবা লৈরম-জিবনি। কাউগনু, য়ুম অদুনা নোংমদি ঐখোয়বু থুপচকম পীখ্রিবনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হৌখ্রবা মতমবু হন্না য়েংবদুদি ঐগী স্বভাব নত্তে। নহান্না য়ুম অদুনা আশ্রয় পীখি, ঙসিনা য়ুম অসিনা পীরি। ঐঙোন্দদি মখোয় অসিগী মমল চপ মান্নবা থোকই। নুংঙাই-য়াইফ-রিঙৈপসু নত্তগা লায়র-চুদৎনরবা মতমদসু ঐগী পুক্নীংদি ফিবম অমত্তদা অদুম্মক লেঙদনা লৈ। ঙসি ঐগী আশ্রয় অসিনা করিগুম্বা লৈথিদবা থোক্লবদি খরবুদি খুদোং চারোই হায়ববু রাবদি তৌরোই। অদুবু মসিদি ঐতগী ইরম্নাই ওইবা রাফমনি। অদুগা—নঙ অসিদি ওস্থোক্লা মায়া পকপ্পবা মাতানি, মাঙদা চঙশিনবা ফনদি হৈ হায়ববু নতুংলোমনা য়াম্নরকপদুসু নঙদি কস্থোক্লম্বা খক ঙমদে। কনানা ঐখোয়বু চৈথি থাংখিবা লৈবগে হায়বগী মরমদা থোইনা নাচুংলুকম থোক্তবা অদুগুম্বা ঐখোয়গী করি লৈরম্বা করিনা লৈরমদবা হায়বসিগী মরমদসু খক কোক ঙাওহল্লোইদবনি। থদোক্লমলবা অঃদি মাবু অদুম্মক চৎহনখো।'

জহরনা হায়রকই, 'নঙগীদি য়ায়া লৈবনিনা থাদোকপা ঙম্নমগনি অদুগা ঐদি, মফম অঃদা ঐগী নুমিৎ কুনমরি-মঙানিগী লৈফম লৈরি হায়বসি হুজীকমকসু খল্লি। চারবসু চান্দ্রবসু অহিংদা চঙদুনা তুমজ-রুবতদি ফংগনি।'

মথা মায়ৈগী মীচুৎ-থোঙ অনিখক হাংদোক্লগা শ্রীমতীদু অমুক চপ লেপ্পুনা লৈরকই। পানখৎলকপা থানা মপক উখিদবা কুইখিদ্রি। য়ায়া লাপ্পা শোরোক অচৌবগী মৈঙান অমা অনি উবা ফংজি। মথাগী

বাগান মথক লান্দ্রনা শিংলকপা নুংশিংনা মাগী মমায় মমিত্তা থেংলম্লগা ঈমুংদা ফাওজিনখিবদ্র উরগা মানা খল্লকই বসন্ত চঙলক্লবদা মখোয়গী লম্পাক অদু লৈতনা থন্না শাংলি। মথল মখা অয়াম্বা মচুগী লৈ-মথৈ পুল্লপ তিনশিন্নদুনা থোক্লকপা নুংশিপ্পবা লৈনম মথল অমা মর হোজিনবা হৃদীংদা চঙখিদ্রনা মওঙ অমা ওইনা মাবু নুংবঙনহল্লরি। মতম শাংনা মিংকম হোংদনা মপানদা অমুম য়েংদুনা লৈরম্লগা মথুংমক্লা থোঙ অদু তপ্পা তপ্পা অমুক খিংজিল্লম্লগা মহাক মপান থোকখরে।

অমম্বা 'অহিং অসিদা থাউমৈ ভাম্না থানগত্তুনা মুংঙাই-ম্নাইকরবা অমদি অকে-অমৌত্তনা খল্লবা কা অসিগী মনুংদা ঙসি মথম্তা কমদুনা জহরনা মপৃক্তা অমুক খল্লকই, 'পৃথিবী অসিদি তশেংনমক অঙকপগী মশকনি। ঙরাংগী মথং নহাম্না লৈখোম লৈনাং থোক্লবা লৌবুক মচি অমদা হিপতুনা হংগং হন্দা নাকল অনিদা ঙস্থোক ওনশিন তৌদ্নত্তা অহিং লেনখি, ঙরাং নুমিৎ-চুপ্পা অদুমনা অঙাং ছোকরা খরগী মনাক্তা হকচাং ফবা অমদি পুক্লীং-হকচাং লাকশিনবগী মরমদা ম্না ঙাঙখি, অদুগা অহিংদনা গঙ্গা মপান্দা লৈবা কা-য়োনবা হনুবী অদুবু ইমা ইমা হায়না মিংত্তা পি শিন্থবমথৈ ভক্তিনা মাঙওইনদুনা মখোঙ নোইজরগা প্রসাদি ফংদুনা লেনখি। অদুগা ঙসিদি? শংগোম মপানগুম থোংলবা অমদি ঙৌরবা ফম্মুং, অহাউ অহাউবা চৌঙাক ময়াম, নীংঙাইদবা পোথাবা, কোনুংগুম্বা দলান, অদুগা পোলোইদনা খোইদোক্লা মশক মতৌ চঙখোনবী নুপী অমনা মাবু ওইনরমদুনা কাংঙত্তম্লা মঙক চাউথেক থেক্লমদুনা চংখি—অঙকপনি। পৃথিবী অসিদি হৃজীকমকসু ম্নাম্না নোক-নাংবগী মশকনি অমদি ঙক্লীংঙাইনি। বাঃ—ফজৈ, ফজৈ, তমদুনা থোঙবা মতৌনি।

---

## ৫

মিংকপ থোক্লকপদা মহাক্না উরে, অয়ুক্কী নুংশা মস্তালনা মাগী কা অহু ঈথন থল্লমলে। অহানবমক্তদা মহাক্না নীংশিংলকলে অহিং নোংশোম্নবা তূম্বা য়াদনা লৈরম্বদগী পূং অনিতগী মমাঙদা মহাক তূমথখিবনি, তূমদবনা মতম অহু ফাওবদা মকোক ঈক্কম লূমলি। মতম অহুদসু থাউমৈ অশংবহু অহুম্বক থাল্লমলি, কাঙখন মনুংদগী মপান থোরক্লগা মহাক্না থাউমৈ অহু হান্না মূখৎলে। কা অহুগী নাকল অমরোমদা লৈখা অচোবা শকয়েং-মিংশেন অমগী মনুংদা হেক য়েংশিল্লুবমক্তদা মহাক ঈকাইজবনা লোইখ্রে। হৌখ্রবা নুমিৎ হুমনি অমি চূপ্পা অতৈগা মাম্নস্রবা অঙাওবা মানবা মফিজেৎ অসিবু মহাক্না খক য়েংশিল্লুবা লৈত্রি। নহানগী অহন অহনবা ফুরিৎ-ফিরোনশিং অহু চূম্নগী মোৎপতবু নত্রি, মফম কদাইদা ফমদোনা মখোয় অদূবু শেগায়হনখ্রিবনো হায়বহু খ্রাওবা মহাক্না ফনা হোৎনহুনসু নীংশিংবা থোকখিদে। কা অহুগী মায়কৈ মরিমক্তা লৈরিবা মমল য়ায়-য়ায়বা পোৎ-চৈশিং অহুগা মাগী অসিগুম্বা মফিজেৎ মতা অসিগদি অসূপকী মতিক উতাই চানখিদ্রে মহুদি, মহাক্না মীহুৎলোমদা চোংথোকখ্রগা মথাগী লম্পাক তাহ্নুনা চেকপন কারগা চেনখিনবগী পান্থেহুম কোয়না থিবা হৌরকলে। কা-অপুম্বহুনা মাবুতা য়েংহুনা নোক্লখঙম থোকখ্রে।

অহানবমক্তদা মহাক্না শ্রীমতীবু হেক্তমক শাউনীংলকই। অসূক লাকঙম ফাঙমদবী নুপীদি মহাক্না মফম কদাইদসু উরক্ত্রি। মমা মপানা অঙাং ওইরিঙৈদা লুনা চাম্নদা তৌহুনা মহৈমশিনতমক তমহল্লকখিবা, য়ারক য়াক্তেবদি য়াওরকখিদবদগী ওইরম্বা তাই। ওয়াং অহিংগী অমম্বা মরক অহুদা চৎচখিরম্লগদি ঙসি মহাক অসুম তৌনা ঈকাইবসি নংলমলোইদবনি। জহরনা চেয়ার অমদা শাউনা ফমথরক্লে। মহাক্না হৌগৎলকপা মতম অসূক থেঙখ্রবা অসি ফাওবদা থংনবা কা-গী মহারাণী অহুদি হুজীক ফাওবা অসুম চেপ্লি-মাক্লে, মীনাই নুপী-নিপাশিংনা মখোঙ নোইহুনা সেবা চঙব্রদি য়াকায়রোইদোরিবা ওইরমাক্লে।

ভশেংবমক্লি, ঈনাক-কৈয়াক খুনবা মীওইশিং অসিবুদি মহাক্না লোংমত্তা ফাওবা পেল্লবা ঙমদে। মখোয়না, নিয়ম লৈতবা, অরেপ্পা লাইদবা অমদি তৌনীংবতা তৌবা মীওই ওইনা ময়ুম লিংনবা অত্থুতয়্ম নত্তে, মখোয়গী মরমচত্তা জুগোং চাবা অমত্তবু য়াওবা লৈতে, মপুক্সীদদু ঙকুনীংঙাই ওইবা থোঙ্ঙ থক থোক্কে, লায়রবত্তবু ঙমহন্না চাবনা মখোয়গী মশিননি, মীগী মী ওইবা মতৌবু নমহৎপত্না মখোয়গী ধর্ম্মনি—মখোয়গা মাপ্পনা তমথীবা থবায়পানবা অমা সংসার অসিদা লৈত্তে। মখোয়দি চত্তবা লেঙদবা জীবনি, অথুমদি ওইরগা মখোয়না লেঙলকপা চংলকপা মতম অথুদদি অমুক্কা হেন্না তমথীবগী মশকনি। মখোয়গী অপাম-মিহৌ অদুতগী মচাক হুনবদা থবক শুবা শিনমীশিংনা অরৈবা মীনাই ওইরকই; মখোয়না কানি পীজহনা মীওইববু মথরায় পালহন্দে, য়ু পীথক্তুনা মচাকে মরল তাকহল্লি, কল থমজিন্দুনা মীওইববু মখোঙ মথুং তেকহল্লি। মখোয় অসিনা মকম অমদা ভাড়া শানবা য়ুমগী মপুনি, মচি অমদনা মনাইগী মপুনি, মকম অমদনা বড়বাবুনি, অদুগা অমদনা হুজুরনি। মশাগী মপুক থলহনবগীদমক মখোয়না সমাজগী শাসন-ভার লৌশিল্লি, মীয়াম—প্রজাগী ঈ চুপ্পবগীদমক লৈবাক ঙাকপগী থবক পুই। শেম্ফুনা মখোয়গী মশাগী নাপননি, মগুণ লন্দোকচবা হোংনবনা থবক্লি। কয়াদা লাইবক ফগ্রবা, লৈবাক অসিদদি ঈনাক খুনবগী মশীং অদুক য়াম্না লৈতে অদুনা হুজীক ফাওবদা লৈজবা য়ারিবনি।

চেয়ারদগী হৌগৎলগা মহাক্না থোঙজাউ অদু হাংদোকলে, তৌই-গুম্মসুং মপান থোক্লকপদি ঙমদ্রে, নুংঙৌ দলাল অদুনা মাবু লঙমহনা নোকপগুম তৌরি। মমাঙদা কৌরিবা সিংশেল অচৌবদুবু মহাক্না শিংকুপ শানা থুগায়নীংঙ্গে। শাউথিবনা মশা প্রোক প্রোক চাকশিল্লকলে।

খোঙথাং মখোল তাদুনা ফুংহম্না য়েংলকপদা মানা উরর্কলে মথুদি, ঈমুং চঙলক্তুনা লখিয়ানা কা অথুমকী অতোপ্পা থোঙজাউ অমা হাংদোক্লরি। মসিগী থোঙ অসিবুদি মহাক্না ঙসায়মথৈ য়েংলুদে, হুজীক্তি উরে, মথু বাথরুম অমনি। সাপোন অমগা গামছা অমগা থনম্লগা মপান থোরকপা মতমদা লখিয়ানা অমেঙনা থোনফম্ন হংলকই 'হুজীক চা পুজয়ক্লগদরা ?'

'পুরকলো।' হায়রগা মহাক বাথরুমদা অদুম্মক চঙখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা মপান থোরক্লবদা মহাক্না উরে, টিপয় ( মথোঙ অহুম পানবা ফাল ) অমগা মথক্তা চা-গা লোয়ননা অয়ুক্কী চীঙাক ময়াম অমা নীংথিনা শেম শাদুনা থমলি। মাবু উবদগী লখিয়ানা চেয়ার অমগক থাংজিল্লক্ত্না মনাক্তা থাররে। অশেংবমক, ঈনাক খুনবা মীগী ময়ুমদা অতিথি ওইবা হায়বসি ওহোক্না য়াম্না খুদোংচাবা ফংখ্রে। জহরনা মথরায় নুংঙাইনা চঙলক্ত্না ফমজরে। আই, মথোয় অসি চাবসু হৈনেহাই।

থোঙজীন রাংমদা লেপ্তুনা লখিয়া অদু ঙাইরমলি, মানা হায়রকই, 'দাদাবাবু, হুজীকমক ঈরুজবিরগদবরা ?'

জহর অদু মমায় লৈথোরকপা শংখিদ্রে, হাইফেৎ রানা হোৎনহনা হায়রকই, 'আ—ঙাইহাক্তুং রাংলি।'

'ফি-রোন পুম্নমক বাথরুমদা থমজরম্লবনি।'

'হংলুবদা হংগোইরপ তৌরবসু জহরনা খংহায় হায়দোরকই, মাদি হুজীক ফাওবা তুমলিবরা ?'

লখিয়ানা হায়রকই ; 'হায়বিরিবদু ইচে ইবেম্মবুরা ? ইচে'বেম্মদি লৈতে, অয়ুক ঙন্তানা পাড়ী তোংহনা চখোকখ্রে।'

'করম্বা মতমদা হল্লকদবা ?'

'মদু ঐঙোন্দদি তাকপিরমদে।'

অমুক হাইফেৎ শাউনীংলক্ত্না জহরনা হায়রকই, 'ঈরুজথোক্লগা ঐসু হুজীকমক চৎখিবা তারি।'

মকোক হাইদুনা লখিয়ানা ফিংনা হায়রকই, 'মদুদি কৈদগী ; ইচে' বেম্মনা দাদা-বাবুবু চৎহনখিগনু হায়রম্মী।'

জহরনা হাইফেৎ করেম্নবা মীনোক নোক্লকই। হায়রকই ; 'অওই-বরনে ? বাঃ লখিয়া নঙদি বাংলা ফজনা থোকইপোৎলিনা ? 'সিদদি তলব কয়া ফংই ?'

লখিয়ানা হায়রকই, 'করিসু ফংজদে।'

'করিসু ফংদবা ? হাইমা, অদুদি নঙদি কমদৌনা হিংলিবা ? ওঃ—

খঙলে, খঙলে, মপুক মপাউ ফবা মীতা অমা ফংলবদুনা মখোয়না নঙগী ঈ চুপলিবা নত্রা?'

'ঐগী দরকারদি করিসু অমত্তা লৈতে দাদাবাবু?'

'দরকারবু লৈতবা? অদুদি ঙসি নঙগী চাকরি অসি করিঙঙা হেক তোকলো অদু ওইরবদি নঙদি করিনা লেপকদৌরি?'

লৌথুপ-লোকোই লৈতনা লখিয়ানা খুমকই, 'ঐদি অসিদা চাকরি তৌবা নত্তে, ঐদি য়ুম অসিগী নীংঙোলনি।'

নুপীমচা অদুগা রারী শানবদা জহর অদু য়াম্না নুংঙাইবা ফংখি, হায়রকই, 'অদুম্না খন্দোকপদুবুদি য়াম্না ফৈদা। মসিদা নঙগী থবক্তি করিনো লখিয়া?'

'অসিনি হায়বা থোইনা পৈতে, ঐগী হায়ববু চংপগা কোয়বগনা লোইরে।'

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা জহরনা হায়য়কই, 'ফরে, অদুদি লখিয়া, নচে ইবেম্মনা য়াদ্রগা ঐনা হেক্রুমক চংপা তোকনি হায়বসি নঙদি করম খঙই?'

'লখিয়ানা নোক্নুনা হায়রকই, 'অঙাং ওইরিঙৈদগী অসুম উদুনতা লাকলবনি, ঙসি ফাওবদা কনানসু ইচে'বেম্মগী য়াথং হিত্তোকপা ঙম্মক্ত্রি। মাদি কৈদৌঙৈদসু অরানবা থবক তৌখিদ্রি, মরম অদুনা মানা হায়বদা পুম্মমক্কা অসুক য়ানরিবনি। অসুক চাউবা মীগী মচানুপী ওইরিবা মহাক্কা অতোপ্পগীদমক্তা মতম পুম্মমক্তা অরাবা থাঙদুনতা লৈ। মসিগীদমক্তা ঈকাইবা কয়া, অথীবা মিংচৎ কয়া—মাবু খঙদবমখৈনা—' লৈরোং নম্বী মাগী নীংথিরবী মায়থোং অদু য়েংনা য়েংনা অসুম লংখৎপা হেল্লকলে। হায়রকই, 'মখোয় অদুমক্কা লান্না লৌদুনা মাবু ঈকাইখুম্নবা মাঙহনবি অদুগা কোয়নসু অসুম নিন্দা তৌবী।'

জহরনা হায়রকই, 'উম, নশক শেংনা খঙলে। মাগী মথা পোম্না লৈবনিনা নঙমুদি অদুম্না অদুম্মক হায়গদবতনি লখিয়া?' হায়দুনা অরোইবা ওইনা অমুক্তং চা চুপ্পগা কপ অদু থমলে।

তৌইঙমসুং, নোক্লুক মীনোক অমা নোক্নমগা লখিয়ানা হায়রকই,

'ঐবু লাকথুবীবসু য়ারোই, নমথাক তৌবীবসু ঙমলোই। অদুদগী হেন্না হকপা রা অমা হায়বিরক্রবসু ঐনা শক ঈকাইগদবা লৈতে দাদাবাবু।'

জহরনা মঙক লৈখোক্লনা মাবু য়েংলকই। থকইন চাবদগী লখিয়াগী মমায় অদু ঙাঙশিল্লম্নবসু তরু তরুবী মীনোক্কী মতৌ অমদি মতম অদু ফাওবদা মাগী মমায়দগী মৃৎলমদ্রি। মাগী মচান্দগী করিগুম্বা রাহৈ অমত্তসু থোরকখিদরে।

'ঐ মীনাই নত্তে; ঐদি ইচে'বেম্মগী মনাউনুপীনি।' হায়রম্লগা লখিয়া অদু অমুক লেপ্লমদ্রে, নোক্লা নোক্লা চৈথেং পৃম্নমক অদুবু অমুক হল্লম্লবগুম তৌদুনা চংখ্রে।

জহর অদু লৈপ্'ংগুম্না অদুম্মক ভূমিন্না খিন্দুনা লৈহৌরে। মহাক্লা চংলগে নীংলম্বা ময়াই অদু কোকখিবদা নত্তনা চুম্নগী লেঙজ-ওৎচবা ফাওবা ঙমখিদ্রে।

মীহুৎ-থোঙগী নুংশা মঙান অদু চথোকখ্রে, মপানগী নুংশিং শাগৎ-লকলে, মহী চেল্লবা নুমিৎকী মঙানমরক্তা তাম্না লৈখ্রবা বসন্ত মতমগী নোংমদোন আতিয়া অদুনা কৃপ্ল লৈত্রবা মাগী মিংয়েং মমাঙদা ঈরং ঈরং লংবা হৌয়রকলে। তল্লবা, খোঙচৎ থীল্লবা নুমিৎনি। শাংলবা অয়ুক-নুংথিন চূপ্পসি মহাক্লা করি তৌদুনা লেনগনি? উপাম্নীদগী অকংবা উনা কেনখিদুনা অনৌবা য়েম্নীং হুল্লকলি, মচীন্দা নাপী চেন্দুনা উচেক অম্না অনিনা মায়কৈ খুদীং কোয়পাই পাইনরি। মীহুৎখোঙ মথাদা লৈরিবা পাক্লবা অশংবা লম্পাক মথক্তা হৌরিবা হৈপান লৈপানশিং অদুদা অশাংপা মপালতনা পূময়োম য়োম্লরি—অদুম ওইনমক তৌনীংঙাই থবক লৈতপদগী মাদি করিসু হৈনীংবা পোকখিদে। মতম কুইরবগী তুংদা ঙসিদি মথোঙ মরম খঙদবা চৈনাখোল অমনা মাগী থনুংদা চীক্ চীক্ তৌরকলি। খল্লকই, নুমিৎ খুদীংগী মতাক্লা অমুম মতম লেন্ননবতা হোৎনদুনা লৈখিবা অদুগী মরুম-থুপ্তুনা ঈথৌ লাংলবা মীশক অমনা ময়া হা হা কাদুনা লৈরিবসিবু মহাক্লা করম কাউথোক্লমলিবনো? মহাক অদুদি মশাগী ফংজফম থোকপা অদু মশক খঙনা থক ফংজদ্রিবনি।

ক্ষমদুনতা কুইনা অমুম লৈরম্নদগী তীংলী য়াঙলীদুনা হোগৎলকলে। শ্রীমতীদি হুজীকসু হল্লক্ত্রি। মরক অসিদা মহাক ঈরুজথোকহৌরগে

কায়দুনা থোঙজীন ব্লাংমা হেক লাম্থোরকপদা মাংগোনগী মতাই অমদা ঈরুজফম লৈবা উবদগী মচু তম্মা চঙশিল্লকলে। মরক্তা অচৌ-অচৌবা ফা খরা ফাওদুনা চংলি, অরোইবা কা অদুগী মনাক ম্লৌরক্লবদা মহাক থংলেপ লেপললকই। খোদেমদুনা হায়রকই; 'লখিয়া, 'সিদি নঙগী ঈমুংলা? বাঃ য়াম্না ফজনা লৈতেংলিপোংনিনা, কা অসিদা লৈবরা? লাইব্রিকশিং অদুদি কনানা পাবগীনো? নঙগীরা?'

লখিয়ানা মঙক নোম্থদুনা হায়রকই, 'মসিদি ঐনা তম্মগ্রবা মক্তনি, ইস্কুলগী লাইব্রিকনি।'

'ইস্কুলগীনে? নঙবু হুজীক কলেজ তম্লিবরনে?

'হোয়, হাকুমদগী মিং-চনবনি।'

'ফৈ, য়াম্না ফৈ, তাবদা ঐ য়াম্না পেল্লে।' হায়দুনা বাথরুমদা অদুম চঙগ্রগা থোঙ থিংজিনখরে।

পুং অমা ফানীংচিং ঈরুজরগা মহাক্তা হেক থোরকপমক্তদা শ্রীমতীনা মাগী মমাঙদা লেপ্লগা নোক্তুনা হায়রকই, 'বাঃ 'সিদি নিংথৌগী রাজ-বেশতু মঙায়রেদনা! লখিয়ানা চৎহল্লব্রিরোইদো, কমদোই?'

জহরনা হায়রকই, 'নঙনা থিংলম্বনি হায়রনা?'

'ঐনবো? ঐনদি কারগী থিংগদৌব্রিবা? ঐদি কনা অমত্তবুসু থক থিংবা লৈতে।'

'ফ-জৈ, লখিয়ানা নঙোন্দা থৈজিল্লি, নঙনা অমুক লখিয়াদা। মরক্তনা গতি লৈত্রবা লায়রবা ব্রাহ্মণ মচা অসিনা—'

ঈমুংদগী মপান থোরক্লগা লখিয়াদু নোকমি নোকমি ভৌনা লৈররে।

জহরনা হায়রকই, 'লখিয়া, নঙদি ঐনা খল্লম্বা অদুক পঙবা অমদি ফবা নৎলমদেদনা? ভল-হরাইগা চাক-ঈনশাংগা থেন্নব্রিবদি মসিনিদো। ফরে, মচু ভোক্লসি, য়েংঙু শ্রীমতী, অয়ূক অতুদদি করিবুসু তৌনী'ঙাই লৈতেদো, ফমদেংদুনা অসুম লৈরগা নঙগী মরমদা ওন্নতৈনবা রা ঙাক্তা হায়জিন্দুনা লখিয়াবু শাউগৎহনখি, নিন্দা কয়া ভৌখি, ঈনাকখুনবনি হায়নসু চৈবা থাংবা ভৌখি, অদুবু লখিয়া অসি নঙগী নথুম্মক চাবা মীওইনি হায়। নঙসি মন্ত্র-তন্ত্রককাসু হৈরম্বা তাই-য়ে। মমৈদা মমৈদনা মাবু চৈদুনা য়েংলে, মীনাইনুবী হায়রে, থবক ভোক্লগনি হায়রে, মখোয়না

নঙবু নমথাক ভৌবীরবনি কয়া হায়রিজিল্লে অদুবু করিসু অমত্তা কান্নখিদে—নোকশিল্লম্নগবু চংখ।'

শ্রীমতীগী নমগন ময়াদা মমায় লোৎশিন্দুনা লখিয়া অহ্ নোক্লম্মী, শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙগী দাদাবান্ডু অসি নঙোন্দদি কমদোই ?'

লখিয়ানা হায়রকই, অমুক্তংগা য়ারী শানরবদি হায়রবা ঙমগনি।'

অহরগা শ্রীমতীগা অনিমক হোৌনা নোকথোক্লরক্লে। শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মতম অহুক য়াম্না ফংপ্রবমক্তদা খঙলমদ্রিবকো ?'

'কমদোনা খঙগনি, মায়কৈ অমদি হুজাক ফাওবা উবা ফংদ্রি। নঙগী য়া হোৌদোক্লহুনা ঙাঙনব নল্লবদি ঐনা কনাবুসু খঙবা ঙমদে ইচে'বেম্মা।'

মাগী য়াহৈ অসি তশেংনমক নোক্লীংঙাই ওইবা য়াকমনি অদুবু য়াহৈ পরেং অমথক্তগী মনুংদা হিন্দুস্থানী নুপীমচা অসিনা মাগী মচে ইবেম্মা অসিবু কয়াগী মতিক থাজবগে হায়বগী মরমদা খঙহোৌদনা হেক্তমক ফোংদোকখ্রিবা মতৌ অংদি হাংয়কম খঙদবা মওঙনি। লখিয়া অসি মীবু ঙক্নংপা যাদ্ধ হৈ।

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'চৌম্ণীনীসিম্মা, চংখ্রো চংলু।' হায়দুনা মায়কৈ অমত্তদসু মোংলম্মা তৌদনা, থুনমক মশাগী কা মনুংদা চঙখ্রে। লখিয়াসু নোক্না নোক্না অতোপ্পা কা অমদা চঙশিনখ্রে।

অহরসু মনুং চংলক্তুনা লেপ্লবে। মসিনা শ্রীমতীগী হিপকম কানি। পোৎ-চৈ ঙাক্তা অহুক তাক্না পৈশিন্দে, য়াম্না তরু তরুই। নাকন অমদা নুংগী মূর্ত্তি মরিথক লৈ, মখোয় অহুগী মরায়দা ব্রোঞ্জগী বুদ্ধমূর্ত্তি অমা লৈ। মীচুং ময়াদা থম্না মেহগনিগী ( মমল য়াম্নবা উ মখল অমা ) ষ্টেণ্ড মথক্তা লৈবা অচৌবা লাকলীগী পাত্র অমগী মনুংদা মচু মখল মখলগী ঙা কয়ামরুম ঈশিংদা তাউদুনা শাম্নরি। থংন-থংননা পরেং থামিন্নবা আলমিরা খরগী মনুংদনা লাইরিক ঙাক্তা হাপলি।

কোয়না অমুক্ত ফ়ে'ন্নগা মহাক্তা হায়রকই; 'কদাইদা চংলুরিবনো ?' গদি খাবা আরাম চৌকি অমগী মথক্তা শ্রীমতীদ্ধ মশা হীকথহুনা ঙাথরম্মী। হায়রকই, 'থবক খরা লোইশিল্লুরিবনি, সরকার মশাই অসি মথক্তনা

ঙমজে। হায়গে তাও, ক্ষম্মু, কাঁসারিপাড়াগী য়ুগ অদু উঠারয়ম্লবনি, থম্নহুনবু করি কান্নগদগে?'

'পোৎশিং অদুদি?'

'থোইদোক্পা করিসু লৈতে, মীঙোন্দা য়েন্থোকখিমবা হায়রমলে।'

জহন্না থঙ্গানরপ তোনা হায়রকই; অদুবু মসি মীনা য়েংবদদি ক্লজগ্নরোইদকো শ্রীমতী।'

'করম্বো?

মঙনা ঐগী লম পূম্নমক থিংজিল্লগা লম অমত্তং থাগে থল্লি। ঐনা থল্লি, নঙনা ঐবু য়ুম অসিদগী চথোকহন্নীংদে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'কয়িগীদমক্তা অসিদগী চৎকনি? নখোঙ হেক থাংদোকখিবদা মরুভূমিদা হেক্তমক তারুগদবা নঙনবো?'

জহন্না হায়রকই, 'পৃথিবী অসিদা মী পূম্নমক্কী কোম্লনবা উগী উক্লম অমদি পৃথ্বীগী ঈশিং থক লৈতে হায়রুনা মদুগীদমক্তা ৱারুবনদি করি তোংজবা লৈ? অদুবু ঐদি থঙই, পৃথিবী অসি মরুভূমি নত্তে, মরুভূমি হায়বদু করিগুম্বা লৈরম্বা খোক্লবদি, মদু ঐগী পুক্নিংতদা লৈগদবমঙায়।'

ঙাইহাক তূমিন লৈরুরগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুদি—নঙ অসিদা লৈনীংদবকো?'

'লৈনীংদে শ্রীমতী, নুংঙাই য়াইফ-মরক অসিদা নঙগা লৈমিন্নরগা ঐ অসি পূম্নমক হেক্তা কাউখিগনি হায়না নঙনা ঐবু শেরান্নরা খনবদি তোগনু। ঐনা তাঙ্গা অসিতবু ঙাইরম্লিবনি হায়বগী মগুঙ তাখিবা থোক্লবদি অদুগুম্বা ঈকাইবা অদুদগা নঙনা ঐবু হিংহল্লু শ্রীমতী। জগৎ অসিদা থ্বায়দগী হেন্না চাউবা পাঁপতি ইশানা ইশাবু ইথত্তা মীনমজবা হায়বসিনি। নূপীগা সনাগবু ফংলবদি অন্নাবা কোক্লীংঙাই ওইবা অদুগুম্বা মথলগী অন্নাবা অদুমক্তি ঐঙোন্দা লৈতে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'সনা হায়বদুবুদি সনানি মথঙলগে অদুগা নূপী হায়বদুখদি ঐ অসিদু হায়বিবরা?'

'চুম্মী' নঙবুনি, মসি হায়বদা ঐগী অপনবা করিসু লৈতে। ঐবু

তৌফম থঙহল্লোইদৌরিবা অমদি শুম্লাংকদৌরিবা নঙগী নশাদা লৈরিবা রসকী মশক অদুবুদি ঐ পামদে।'

'পুম্নমক অসি নঙদি অমত্তা পামদবা ?'

'পাম্মী, শাথৌনা পাম্মী, অদুবু মখোয় অসিদি মীওইববু মীরেম ওই-হল্লবগী খুৎলাইমজনি। ঐগী থম্মোই অসিদি করিসু লৈজদবা চাক্লিবনি, চল্লা হেল্লিবনি ; অদুম ওইনমক মচীঙাক ফংলে হায়দুনা মাবু হেক্তমক চেনশিল-হনখিযদুদি থক তৌদে, খুদক্তা হেক্তমক চুকলী য়ৈখৎলি। মমৈদা মখোয়না ঐগী অশেংবা ইশক ইত্তৌ অদু ফাখিগনি হায়বগী নুংশা থীবনা য়াম্না চেকশিন্না অমদি কিনা কিনা নকশিন্নরুবদি তৌদনা ঐনা মীগা তিন্নে। অদুগুবা ঐগী শত্তম অদুদি কা কেন্না ওইজবা থিবা অল্লাম খোয়াংবনা লাকহৎলবা, খমথেংনা তোল্লব। অমদি ঈয়া-লায়রজবা অমনি। পঙথবা হায়বদু ঐগী শাজৎতা থক য়াওদে শ্রীমতী।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ময়ম অদুতনা নঙনা অসুক শাথীনা য়াবনি। ইশা অসিবু তাউথোকহনগ্রগে হায়রবদি থম্মোই মকায়ামগদবনি, মদু নঙগীদি লৈত্তে। নঙগীদি নুমিৎ হেক চুপ্পা নপুক্লীং অদু নীংজিং মাঙ-জিংনবা শাক্তা। শোমদবু চৎসিরা, অশোমদবু চৎকদয়া, নুংবু নুংশিসিরা, নুংবু নুংশিরোইসিন্না ; থাদোকসিরা নত্রগা পায়শিন্দুনা থমসিন্না, লোইনা মাঙহল্লসিরা নত্রগা পুময়োৎপু য়োৎশিল্লসিরা, অসিগুম্বা পল্লেপফম নাইদবা মত্তৌ অসিত্তনা নঙগী খুদোং থানবা ময়ম ওইহল্লিবনি। নঙদি হিংগে হায়নসু খন্দে, অদুগা শিবগী য়া পল্লবসু কিবনা হেক নীকই ; ঈশ্বরবুসু থাজদে অদুগা নয়াইবক চোয়থরক্লবদনা নোংমদোন থক্তা হেকমক য়েংখৎলি ; ভূত-পুদি থাজত্রগা অমম্বদনা নশাগ শ্বায় শ্বায় হেক পাখৎলি ; নুংশি-নুংওনগীদমকসু কোয়চেল চেনজৈ অদুগা অদুগুম্বা নুংশি-নুংওন অদুগী মথক্তা থাজবসু থক থমদে—সংসার অসিদা নঙোন্দগী হেন্না নংবা, লায়রবা অতৈ কনা অমত্তসু লৈত্তে। নঙদি নাতৈহোবা, মখোঙ হুক্তবা, য়ান চাদবা মীওইনি। নঙদি চুয়গী লাগাম য়াওদবসু নত্তে, বুক্ষম লিংদবত্তসু ওইদে—পুমত্তোপ তোপ্পা মীওইনি। নঙদি অকনবসু অথোবসু অমত্তা নত্তে, লালহৌ পায়া মীপকসু নত্তে, নঙদি ফৈরেং-

তুরেং-চিংলবা বিধাভাগী মচীন্দগী খোরকপা তিংগম্-লাইকম্ হায়রবা শক্তাহনি।'

জহর অহ্ মকোক হাইথহনা কয়গা অসুম তারম্মী, মঙক হাই-গৎলগা হায়রকই, 'ওক্কে, তেম্না চৈয়ক্লগম্।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'চৈবা নত্তে, নঙবু সমালোচনা তৌবীবনি।'

'উম্, সমালোচনামক্তি, হুজীক কানগী খমথেংবী সমালোচনানি মসিদি, খঙ্গদবা হিরমদি থাদোক্লগা অপান্নবা হেক্তমক চৈবগী মওঙদা তারে।'

মতম অসিগক্তদা খোঙজীন রাংমদা লেপ্লগা লখিয়ানা হায়রকই, 'ইচে'বেম্মা, চাক শীনহল্লসিরা?'

'হোয় হোয়, লাকলে ইবেম্মা। চৎসি হৌগৎলো, নুমিৎ থেঙখ্রে। চাবা খকপা লোইথোক্রখো, নঙগা তাঙনগদবা য়াম্না লৈরি।' হায়রহনা শ্রীমতীহ্ নুংশা মপী অমা হোন্দুমা হৌগৎলকলে। জহরসু হৌগৎখ্রে।

× × × ×

শ্রাদ্ধ-শান্তি পূম্মক য়াম্না চাউনা পাঙথোকখ্রে। নুমিৎ খমনি চুপ্পা বিলাসপুরীহ্ মীনিনতনা পূমনাঙ লাঙলম্মী। শ্রাদ্ধ লোইরবদা মখং মথং বিদায় লৌহনা চৎনখ্রবদদি মায়কৈ মরিমক অমুক উন-রাইমুক চীক্লকলে।

থবক ঈনখাং তৌরিউই নুমিৎ কয়ানিমরুম অহ্দি জহর অহ্ অনকপা অহ্রাইদা অহ্মক ডাহো ডাহো চত্তনা লৈখি, মরক্তা খক চঙলক্লে, মরক চঙহনা লেপ্লুবা মাগী চৈনবা নত্তে। মহাক অহ্মক পূমচৎ চৎখ্রগে তৌরুবনি অদুবু শ্রীমতীনা মাবু থাদোকউ হায়বা য়াখিদে। মহাক্তা জহরবু লখিয়াগী মাষ্টর হাপখ্রে; লখিয়াসু চপ-চাবী ছাত্রীনি। শ্রীমতীনা মহাকপু থাগী তশব পীনিংলমদে অদুবু জহরনা খঙহনখি, তলব লৌদনদি মহাক লাইরিক তম্বারোই। মীগী অরামন পৈশা পীরোই হায়বসিদি শ্রীমতীগী লল্লোনবা মহাক্তনশিংতনা লায়না হায়বা ঙম্বনি। ফরেনে, পৈশা লৌথোক্লগা তাং তৌবা ঙমখিদনবদি থবক অহ্ নশামক্তা য়েং-শিল্লো। অহ্গা মতম খরা অসিগীদমক্তি ঐবু ছুটি পীদবা য়াদবনি।

শ্রীমতীনা মহাকপু ছুটি পীখি। ছুটি লোইরবদা অমুক-হল্লক্তনা

অহংনা লখিয়াবু লাইরিক ভদ্বীয়কপে। অমুক হায়বা ইনবী, লমচং খঙবী, নীংথিনা মহৈ তমশিল্লবী, মরোশিং চঙখোনবী হাত্রী অমবু ফংঙবসি ওজা অমগী মকমদদি ওন্থোক্লা লাইবক ফবনি। অমুক পুং অমা, মুমিদাং পুং অমা মসিনা তম্বীবগী মতমনি। মুম অসিদা শ্রীমতীনা অহংগীদমক তোপতোপ্লা কা অমা, তোঙানবা বাথরুম অমা অমসুং তোংঙানবা মাংগোন অমা পুমতোপ তোপ্লা ফ্ল্যাট অমা ওইনা পীরে। মাগী খরচ পুম্নমক থাগী তলবতগী ককশিল্লি, করিবু হায়রগনি, মুম ভাড়া ফাওবা। মহাক্লা হায়—শ্রীমতীগী করিগুম্বা থোজাল অমত্তসু মহাক্লা খক লেপ্পা লৌবা তৌরোই।

লেম্বা খক থোজাল লৌরোই অদুগা অসিমসু খঙহল্লে, নোটিশ পীরবসু মহাক্লা চাকরি অসি থাদোক্কনা হেক্তমক চংখিবসু য়াগদবনি। চাকরি কয়া কয়া মাগী মপুঙ্গীদা তৌরক্লবনি অদুগা তোক্লমদাইদসু নোটিশ পীরম্বা তৌদনা হেক্তমক থাদোক্রম্বা ঙাক্তনি। শেনগী কান্নবনা মাবু পুন্দুনা অমুম থম্বা কৈদোক্লৈদসু খক ঙমখিদ্রি।

মুখ অসিদা অহংগী মকমদি য়াম্না য়াংখ্রে। মাষ্টারসাব হায়বনা মাগী পরিচয়নি। হোজঙ থোঙদা চঙলকপা অমদি থোকখিবা থৃদোংদা নোংমৈ পায়বা গুর্খা সিফাই অমনা মিলিটারীগী কায়দাদা ঈকাইখুম্নবা উৎপা থোঙশঙবগা সলাম, নিপা নুপী মীনাইশিংগী মখুৎ লোম্নবা মতৌ, সরকার মশায়না মথক্লায় য়াওনা উৎপা ঈকাইখুম্নবা—পুম্নমক অসিনা মহাকপু অরাংবা তাঙবমথক্লা থাংগৎখ্রে। অমুক অমসুং নুমিদাং রাইরমদা ফিরিঙ্গী ড্রাইভর অমনা মাবু মোটরদা পুদুনা হেক হেক হাওয়া চাহল্লি, শ্রীমতীনা শ্যাম্না লুনা তৌজবা গাড়ীনি। উদুনা তাদুনা অমদি মপুম ফানা নুংঙাইরবা ঈরাং মথক্লা মশাবু তাউহন্দুনা অহম্না য়াম্না ঙকত্রবা কুইম্বে মথল অমা থেংনররে।

মহাক্লা নোংমা হায়খি, 'শেল থুমগী মরমদনি ঐগা বা তাম্নগে থনগনু শ্রীমতী, মহু ঐ খঙদে। মুম অসিবুদি নঙনা নুপীগী লায়েংশঙ হায়বরা করিনো অমা ওন্থোকদৌরি হায়বা তাম্না?'

শ্রীমতীনা নোক্লুনা হায়রকই, 'হোয়, অদুম হায়না মীনা তানবঙম তৌই।'

'কৈ কৈ, নুপীগী মখূত্তা সম্পত্তি তারকপগী হৌনবা মনীং থরা তৌবদি হৌনশানি। অদুমকপু করম্বা মওঙগী লায়েংশঙ মতানো অমুক্তদি তাশিদনা ?'

'লায়েংশঙতসু নত্তে, অশোমথংবা য়ূম অসিনা নুপীমচাশিংগী ইস্কুল ওইগনি, মথাথংবা য়ূম অসিদনা মখোয়গী বোর্ডিং অমদি আশ্রম ওইনগনি।'

'অদুগা মন্দিররোম থংবা মায়কৈ অসিনা খালি ওইনা অমুম লৈরিবদি করিগীনো ?'

'খালি ওইগদবা নত্তে, মহুদনা ফিশাশঙ শাগনি, লংসু নাইগনি, নুপীশিংগী শেল থোকপা য়াবা থবক চখগনি।'

'উম, অসুক চাউবা সম্পত্তি অসিবু অদুম্বা নরক তাহনবা তারবা ?' নোক্নুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মদুমক ঐসু খল্লিবনি। অসি নত্তনদি মরাম অসিবু করিদি তৌনগনি।—চংশ্রসনুদা।'

'দান তৌবমুক য়াবৈরেচেনবা অমা সংসার অসিদা লৈত্রবনি।' জহরনা হায়রকই, 'মহুদগী হেন্না য়াবৈরেচেল্লিবনা অমুক মীয়ামগী কান্নবা লেয়া দান তৌবা। অদুগা অসুক কুইরবা তুংদা নঙগী অসিগুম্বা পরিচয় অমা ফংবসিদি ঐগী থরায় নুংঙাইত্তে শ্রীমতী, ঐনা খল্লি, নঙ অসি করিসু লৈত্রবা শাংথানরুবা য়াদ্রবা মীগীদমক পোকপিবা হায়বা অদু নত্তনা অতৈ করিসু অমদি ওইদ্রে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'করিদি তৌগনি, মসিনা ঐগীদি দঙ্গিনি, নঙনা হায়রিববু নুংঙাই-য়াইফ মরক্তদা ঐবু অমুম লূপশিন্দুনা লৈমু অসিরা ?'

জহরনা থুনা ওক্লকই, 'আধ্যাত্মিক-কী য়াদি হৌদোরক্নু, মদু ঐ খঙবা ঙমদে। ঐনা হায়রিবদি, নঙগী করিঙুম্বা লখী অমত্তা লৈত্রবরা হায়বসিনি ?'

'লখী পুম্নমক ঐগীদি হাংহুনত্তা লৈ। অদুমদি ওইরগা সম্পত্তি অসিগীদি নত্তে। নুংঙাই-য়াইকবা হায়বসিগী মতৌ অমাম্বদি সমুদ্রদগী কারকপা ঈশিংগী য়ূম্বীগুম্বনি। পুক্নী ইরেল-থক্তা অমুম চেঙ্থ, অমুম চেন্না চেন্না মফম অমদা শিংকূপ-শানা হেক কায়রুই।'

'খংলে, অদুবু মাগী খোঙচত্তি নঙগী নখূত্তা লৈরিবনিদো ?'

'মহুদি নখোয়গী শেরায়বা য়াখননি। নুংঙাই-য়াইকবী তাংজকমদি

মাবু লোইহ্রিবা মপু অদুনি। মাগী মথৃক্তদি লাগায় য়াওদে নুংঙাই-য়াইক মশানা মশাগী পোলোই অদুম্মক শেমজে, মাদি কৈদৌঙেদসু লেঙদনা খক লৈতে, মচেৎ মচেৎ কায়দুনা নোংমদি শোয়দনমক মায়কৈ মরিমক্তা হেক্তমক চাইথোকলৈ। মসিনা মাগী শাজৎনি।'

হন্দকসু নঙনা হায়রিবদু অমুক আধ্যাত্মিক-কী ময়ম শোক্লা চৎলে। ইথেম্না সনাগুম্বী, কৃপা তৌবীয়ু, চুম্না রসকী য়া ঙাঙনরকপদা তত্ত্বগী য়াকমদি থাংজিনবীরকনু।'

নোক্কনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'রসসু তত্ত্ব মথল অমনি, অদুগা সুবিধা-বাদ হায়বসিসু রসতত্ত্ব অমনি।'

মাগী শাইরক লৌশিং অদু উবদা নোক্কনা মঙোন্দা য়েংলগা জহরনা হায়রকই, 'তোয় মদূসু মথঙলগে, অদুম ওইনমক য়াকম অমদি লেমদুনা অদুম্মক লৈহৌরি, নশাগী ফিবমবু কমদোহৌগদোরিবনো ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদুক শেংবদুবো, চহি মঙাতগী অঙাংমরুসু থঙগনি। দম পীদুনা মেসিন অদুনা অসুম চালায়রিঙৈদা ঐনা লেপ্তুনা অসুম য়েংগনি।'

'অদূবুদি য়েংগদবা লৈ, অদূবু নঙগী মীরমলেন—লাইরমলেনদি ?'

শ্রীমতীনা অমুক্তা নোক্কনা হায়রকই, 'তাইবঙ পানবা অসিনা য়ায়্বা পামজরিব। অদুগুম্বা লাইরমলেনগী ঊথোদাং অদুদি লোইখ্রে ! হুজীক য়াংলিবদি মীরমলেনগী য়াকমনি, মদুমদি করিসু লৈবা পোৎ নত্তে !'

জহরনা হায়রকই, 'করিমু লৈবা পোৎপুদি নত্রে, অদুম ওইনমক থোশাদবা য়াবা পোৎত্তি ওইদে, পূক অসিদা চাক শূজিন্দবা য়াদে, মাব্রু ফিনা কুপশিন্দুনা থম্বীদবসু য়াদে—মদুগীদি কমদোবা ?'

শ্রীমতীনা নোক্কনা মখুৎ লোমরগা মামৈং উইরুম-উইরুম তৌনা মথক্তা য়েংখত্তনা হায়রমই—'মনাই ভক্তবুদি ভগবাননা অদুম্মক য়োকপি।'

'নত্তে, ওসি ওয়াং অসিদি মদুগী ওয়াতৈনবা ওইরবনি, ভক্তনদুম ভগবানবু পোকপিরবনি। উরেদনা, পৃথিবী 'পূম্বনা যোয়কোট্ তৌন-রিবসে, মাগী থুংশেম অসিগী বায়োক্তা য়াননীংদদুনা পিকেটিং তৌনরিব-

সিদি ? মথন্তনা পুংশূপ শূপ্না পালমহূ হজীক্তি লোইশিল্লক্লবনি, চাওখংলবা সমাজসদি মাগী লৈফম লৈত্রবনি।'

শ্রীমতীনা শাউনা হায়রকই ; 'মখোয়গীদমক্তা অসুক য়াম্না তৌবীগ-দৌরিবা অগ্নওম্বা মখোয় অহূনদি থূম্না অমগী চাং ফাওবা চাবা-শেংপা পীখিল্লগদবা লৈতে অসিরা নওনা হায়নীংলিবা ?'

'নত্তে, মরমদি, মখোয় অহূদি অচম্বা মীওইমক্তনি, মখোয় অহূগী মরক্তা অশেংবা মী থিরুমদি য়ানা থোকনি। মওনা তৌবীবা উপকার অমূ ফংনমদগীদি মীচম-প্রজাশিংনা অসুপকী মতিক পোনগুম-লাই চুহূনা লৈনখিগনি মহূদি, মখোয়না মঙোন্দা হম্না য়েংলক্লবা মতম ফাওবা লৈগ্ররোই। মীচম-প্রজাশিং অসিদি চুমগী তৌবীমন খওদবতমূ নত্তে, মখোয়দি হৌনবা খওদ্রবা বিশ্বাস-ঘাতকনি। মখোয়গীদমক্তা ওসি নহাক্লা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা ত্যাগ অমূ কনা তৌজহূনমূ নোংমদি নঙগী করিসূ লৈতবা ইচম-চম্বা নরাল মচা-পিশক অমগীদমকসূ মখোয় অহূমক্লা নওবু শোরো শোরো লাক্ত্না চিংলগা লৈখোম লৈনাং মরক্তা নমশিল্লবদা করিসূ চিংনবা লৈরগদবা নত্তে। মখোয়গী থাজবা লায়না ফংবগুম থাজদবসূ মমল্লায়নি খওউ।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ফরে, মীনাইগী থবক তৌরবদি—অহূ ফাওবদসূ ?'

'উম, অহূম্না হায়য়ু। নঙগী ঈকাইখুম্নমদি মকম অহূমক্তদনি। নোংমজমন মহৈনা পৈশা, পৈশাহূনা নশাগী জীবিকা। হন্দক্তি হায়রো চাউরবা নঙগী ত্যাগ অসিমক্তি কনাগীদমক তৌগদৌরিবনো ?'

'চাউরব-ককা হায়জিন্দুনা করেম্মরকনূ, মসিদি অচুম্বা ত্যাগ মত্তৌ অমনি। ঐনা তৌগদৌরিবা পূম্নমক অসিদি নূপীশিংগীদমক্তনি।'

'নূপীগীদমক্তা ? হায়বদি ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'হায়বদি নিপা নত্তবশিংদো।'

মচীন্দা মখোল অমা থোকহল্লগা জহয়না হায়য়কই ; মখোয়-নশাতগী মায়কৈদা অসুক য়াম্না ফ্রুং চিংখংনীংবগী শরৈমক্তা অসিদি করিগীনো ?'

'শেরাম্মরকনূ, মসি নত্তে, বায়েন-বিচার অমনি।'

'উম,' রায়েন বিচারগকনি চুপ্পী, কাজীগী বিচারনি। নুপীবু লুতোম কাহল্লগা ভগোই শাবনা হুজীব্বী নেশানি। নিপাশিংনা নঙগী করি তৌরম্মদুনা নঙগী থোজান অসি মথোয়দি ফংলোইদৌরিবনো শ্রীমতী ?'

'নিপাগী রাফমদি নিপাশিংনা' থনজসনু, ঐদি নুপীনি। থবক পুম্নমক থাদোক্লগা ওসিদি নুপীশিংগী চাওখৎনবা লম্বী য়েংবা দরকার ওইরবনি।'

'নুপীগী চাওখৎপা হায়ববু, নঙগী সভা-সমিতি তৌবা, নিপাগী মায়োক্তা কল্লক-য়েংথী পাউজেন শন্দোকপা, বড়বাজারদা পিকেটিং তৌবা, জেল চঙদুনা নুপী ওইবীনি হায়বগী খুদোংচাবা লৌবা— অসিরা, করম্বনো ?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অদু অমত্তা নত্তে, মথোয়ম্বু হিংবা তম্বীবনি। মথোয়দা তাকপিগনি—নথোয় অসি চুম্নগী নুপীনি হায়বা অদুতমু নত্তে, নথোয়সু মীনি। ঐগী থবক্তি—মঙান ফংজবিবী, আশা লৈজরবী, মমঙ-মচা অমদি নীংজবা খিবীক পুম্মাক্ত মাঙজরবী অদুগুম্বী মথোয়শিং অদুগী মরক্তনি।'

জহরনা মাগী মমায়দা অসুম য়েংদুনা লৈরকলে। শ্রীমতীনা হায়রকই, 'উফম হক্তুনা ঐনা মনীংমথা তম্বী নুপী শাগদৌরিবনি হায়নদি নপুক্তা খনগনু। নিপা শমকক্ ককপী, মমায়দা পাউডার তৈশিন্দুনা সিনেমাদা হোবে হোবে চেনবী অদুগুম্বী নুপী জাৎ অদুদি ঐ পামদে। সভা ময়ায়দা লেপ্তুনা নথোম্বু চৈবা-থাংবা তৌবী, নুপীমখৈবু কোয়চাই হেক চাইথোকহল্লবা থোগত্তুনা পাউজেন-চেশিংদা পঙইদা ইশিনবী, আন্দোলন অমা থোকহল্লগা পনথুংফম খঙদনা লম্বীদা পুঙচেন্দ চেন্দুনা লৈবী অদুগুম্বী নুপীশিং অদুদি ঐ থক পামদে। নুপীগী আন্দোলনবু সমাজ-রোমদদি পুশিল্লকপা তৌদনা রাজনীতিরোমদা ওনশিলহন্নীংবা অদুগুম্বা মথোয় অদুদি লৈবাক অসিগী নুপীশিংবু থক মশক খঙদ্রবনি। ঐগী মঙাদি নুপীশিংগী লমচৎ চেৎনা লৈহনবা অসিতনি। মথোয়গীদমক্তা ঐনা অথাকপা লৈতনা য়েঙ্কোকদৌরিবা অদুগুম্বা মথোয় অদুগীদি মশা মউ ফবা হায়বদু লৈতে, স্বর হোজিন্নবা নুংশিং লৈজদে, মহৈ-মশিন তম্বগী করিগুম্বা মঙান অমত্তসু ফংজদে। ঐগী থবক্তি—মচা-মরানচিংবনা

ওৎপি মৈথীবদা রানা থাঙজবদগী হেন্দুনা মচীন কাওথোকচদবী, অরা-অনংনা য়োমত্নুনা মরাঙ কংশিল্লবী, তুহৎপিবতনা মরাই-লূকচরবী, সমাজ অমদি শাস্ত্রনা মায়কৈ মরিমক্কুগী মখোয়বু কোটি চাম-চামরক হন্না ফাজিন পূমশিনবীগ্রবী, কনানসু মখোয়গী থম্মোইগী মমল থখীদ্রবী, অনা-অয়েকতা অমদি অরা-অনা ফংলবদা, মতম পূম্নমক্তা মতেং পাংঘীনবা কনাসু লৈজদ্রবী—অত্নুগুম্বী মখোয় অত্নুতগী মরক্তনি।'

'মখোয় অদুবুদি নঙদি কদাইদা ফংলুগদোরিবা ?'

'মখোয় ঙাক্তনা লৈবাক থম্না লৈরিবসিদি ? মখোয়দি মক্মার তৌত্নুনা শি, মপুরোয়বগী চৈত্নুপ মখা থাত্নুনা শি। মখোয়দি থকচনবা হূগী পাত্রসু ফংজদে, চাক চখোম অমত্তং মবূক্তা তাহজবসু ঙমদে, শেৎচ-ইজনবা ফি মতং অমা ফাওবসু ফংজদে! মমিং খুমজিল্লগা মখোয়না সংসার অসিদা থাউগী কোলু চিংই, অংদগীদি মখোয়গী মশা মউ ফবা, লৈজবা মপাংগল, মথোন কাবগী মতৌ, মশাগী মঙাল—পূম্নমক নোংমদি কদোমদা চৎনখিবনো থঙহোদে মখোয় পূম্নমক অরৈবা মীনাই ওইশিল্লকই। ঙসিদি, অসিগুম্বী অরৈবা মীনাইনুবীশিং অসিগী মীকপ-মীরাউতনা লৈবাক 'পূম্বা শীনবা থুংখরে। পূক্নীং হকচাং লাকশিনবা, খুবম চেৎপা, অরাংবা থাক্কী ফীদম্নফম ওইবা, মতীক চানা জ্ঞান লৈবা, লমচৎ-শাজৎতা অরংবা মৈরি থোকহনবা—অসি পূম্নমক মখোয়গী মরক্তা পুরক্কবা হোৎনগদবনি। মখোয়না অসুম্না শিত্নুনা লৈবা মতৌ অসি ঐদি অসুম থাওত্নুনা লৈবা ঙমদে।' অসি হায়রগা লেপত্নুনা শ্রীমতীনা মমিং ঈরা চেন্দ্নুনা মপাল্লোমদা য়েংথোরকই।

জহরনা মাগী বক্তৃতা অত্নুদা করেম্নীংবা থরা য়াওরবসু তূমিন্না অত্নুম্মক তোকলে। শ্রীমতীগী মখোজেনদা ফোঙদোয়ক্লিবা মথরায় শোকপা মতৌ অদুবুদি অমূক লঙনরুবা য়াবা থোক্রে। তপ্না তপ্না মহাক্না কৌরকই, 'তারিবরা ?'

শ্রীমতী মমায় লৈথোরকই। জহরনা হায়রকই, 'ঙসিদি ঐ লঙবু ওন্থোক্না পেল্লে, চৎসি ঙাইহাক্তং কোয়থোক্রুখিসি।'

'চৎসি, হুজীক্তি ঐগী থবক করিসু লৈতে। ঙাইখো, গাড়ী পূহল্লকখিগে।' হায়ত্নুনা মহাক্না হৱাগাড়ী অদুবু শেম শাহন্নবা মপান্দা থোকখ্রে।

গাড়ী] তোংহনা মখোয়না নুমিৎ অহ্ য়াম্না লাপ্না অসুম পঙকোয়দ-কোয়রকলে। লানবন মম্নাগী লমহাঙ অদুবু অমুক অনিরক কোয়রল্লগা মখোয় মথারোমদা অমুক পাংলকলে। ফিরিঙ্গী ড্রাইভার অহনা মাগী অভ্যাস মতুংইন্না লুপ্নী চুম্না, অহম্মক গাড়ী থোরি।

সন্ধ্যা মম্নাঙদা মায়কৈ অশোমদদি মতম অসিদা অঙৈবা নুংশিং মরাং কায়না ফংই। মরাং কায়না হকচিক লাংনরে, জহরনা তাঙ্গা অমদা নোক্লনা হায়রকই, 'অসিগুম্বা গাড়ী অসি ঐদি থক তোংফম থোক্তবনি, তকথংফমদুম থোকপনি।'

শ্রীমতীসু নোক্লনা খুমকই, 'নহানমথৈ তকথংপিরক্রিবদু গাড়ী অসি তোংজবা ফংনবগীদমক্তা ওইরিগনি। রারুগনু, কলকত্তা শহরনি, পাম্বু পায়বদি মদুগী লাইবক অদু নোংমা হেক থোক্লবসু য়াই।'

'হোয়, ওইবসু য়াই।'

টালিগঞ্জ কোইনা চৎলগা মখোয়না অপীকপা লম্বী অমদা লেক য়োনবা থোজিল্লকলে। হাইফেৎ লাপ্না চঙশিল্লরবদা ইঙ্গিত তৌহনা শ্রীমতীনা গাড়ী থামহল্লে। মতম অসিদি মী খরা মকুংই; ফিরিঙ্গী ড্রাইভারনা থোবা মিনার্ভা-কার অসিগী মনুংদা তোংলিবা অচৌ-অশাং ঈমুংগী বাঙালী পাখং-লৈশাবী অনি অসিবু তম্না মী অয়াম্বনা মম্না কাবমথৈ শেংনরকলে। অওইবমক্তি, শক-কা নাপনদি মখোয় অনিমক হেন্দোক্লা তৌনবা য়াই। মীরমলেন নত্তবা অত্তোপ্পা লোক অমদা লৈবা লাইগী মচা-মশুগুম্বী। অহল ওইরপ তৌবী নুপী অমনা অদোমদা চংখিবা মতমদা হায়রম্মী, 'ফজেদা, বরদুম পীথোক্কে, পুন্সীনোকো।'

শ্রীমতীনা গাড়ীদগী কুমথরগা নোকফেৎ তৌহনা হায়রকই, 'চৎলু, অশোমদা চৎলুসি, 'সোমদদি মী কুংমল্লি।'

অসুম কোয়না কোয়না অনিমক চৎলি। অয়াপ্পদা, জঙ্গলগী অশোম থংবা নাকন্দদি মতম অদু ফাওবদা সুমিৎ তারমদাইগী আভিয়া অদু অহম্মক তাংশঙ-তাঙনা লৈরি, মদুগী ওাঙানবা মঙাননা অমংবা নোংগী মশাদা য়েরুরগা মথাদা শাংলবা ঈশিং ঈমার মথক্তা নোংজাবী মচু ওইনা অমুক তাশিল্লরি। অনকপদা পীক্তকপা খুংগঙমচা অমা তাবগুম তৌরি, মদুগী মথক্তদা য়েললম্বী অমা ফাওরি, মথা মায়গৈ তম্না গাড়ী চেল্লি।

খোঙনা অমুম চত্তুনা লাপতক লাক্লগা মীয়াম মরক্তগীদি খয়া চথোক্লগা ঈশিং ময়া নক্লা মচি অমদা মথোয় ফমথনরে। নোংপোক লোমদগী লাকপা য়াচঙবগী অমম্বনা মতম অত্তুদা খজীক খজীক ওইনা অমুম চঙশিনবা হৌরকলে। লূরবা ঈশিংনা মাঙদা তনিক তনিকলি, খোঙউপ লোথোক্লগা শ্রীমতীনা থোংনা নৌনা নীংথিবী মাগী মখোঙ অনিমকপু ঈশিংদা লুপশিললে। মনাকমক্তদা নাপী খয়গী মত্তোন্দা চরাং অমথক কোয়না কোয়না অমুম পাইরি। শ্রীমতীনা হায়রকই, 'য়েংঙোয়, চরাং অসিগী ময়ুম কদাইদনো খঙব্রা?'

জহরনা হায়রকই, 'নশাগা মতিক চানবা য়াহংমক্লি। অা-রাইদা পাইরিবা ক্বাক অসিগী মাগী শাগৈ-নাতৈশিং অত্থ তেক্ত-কায়দনা লৈরিবরা হায়দুনা-কক্বা হংজিনবীরক্ত্রিবসিমক ঐগী লাইবক ফবনি।'

মক্রুবী মীনোক্লা মায়থোং মকারামহন্দুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'অত্থম ওইনমক ঐগী পূক্নীং অসিমক্তবু অসুম্বতা মতোই। ঐগী মীহুং ময়াদা দেবদারু পাম্বী অমথক হৌরিবত্থ উরেদনা? মাগী অমম্বা মতম্বাক অত্থদা অয়ূক অঙনবগী মঙান তাশিল্লবা মতম অত্থদদি ঐ অসি অসুম লৈবা হৈনরক্তে—করিনো হায়ফম থঙদবা মওঙ অমনা ঐগী পূক্নীং অসিবু লাঙতক্লহল্লকই; কদাইদনো চেনথ্রগে হেক্ক থল্লকই।'

জহরনা ঙাইহাক ভুমিন লৈরুরগা মথংদা হায়রকই, 'ঈশিংদগী নখোঙত্থ থাংগৎলু শ্রীমতী, করিগুম্বা অমনা হেক চীকপসু শঙদে।'

শ্রীমতী মখোঙ থাংগৎলে।

'ফরে শ্রীমতী?' হায়দুনা জহরনা মাগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, হায়য়ু য়েংসি, হেক হেক নহাক্লা ঙাঙলি-শকলিবশিং অসিবু অশেংবা নপূক্নীংগী য়াফম ঙাক্তরা?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙ অসিবু সংসার অসিদা করি অমম্ভবু থাজনবা লাকপা নত্তবরা?'

'নত্তে, পূম্নক্কী মনুংদা ঐনা চিংনবা অমদি অত্থম হেক্ত মরৈরে। শাথীনা চিংনৈ, শাথীনা নীংজিং-মাঙজিংনৈ। অত্থমদি ওইরগা নঙবু ঐনা অমুক অমুক কয়াগী মতিক পামজরকপা, কয়াগী মতিক পেঞ্জ-

রকপা, মহ্ পুম্নমক অদু নঙগী ননাক য়োঁরক্লগদি হেক্তমক খঙহনবা ঙমদে।'

'ঐ মদ্ খঙই।'

'খঙদে, শ্রীমতী, নহাক্না করিসু খঙবা ঙমদে, নঙগা ঐগা অতোপ্পা রাফম কয়া কয়া ঙাঙনৈ-শানৈ, অতোপ্পা য়াসু মথমৈ, হয়া হয়া কয়ারকসু নঙবু অৱাবা খাঙহল্লি অদুবু ননাক য়োঁরক্লগা ঐগী করি ফিৱম ওইবগে হায়বদুদি নঙনা করিগুম্বদসু থক খঙখিবা নৈত্রে। ঙসিদি, নঙগী অকোয়বদা মীগী মী ঙাক্তা ঙায়রে. মী য়াম্বগী মতিক য়া-সু য়ামলক্কলে, ঐদি মদুগী মতাইদা থেদোক্তুনা নঙতগী ননাক্তা লৈরি, ননাক্তা লৈজবা ফংবনা ঐগী লাইনীংনি, মদুনা ঐগী খ্বায়দগী চাউবা ইথৌনি। নোংমা, ঐগী ইশা অসিদা নঙগী নুংশা-স্বর মচেৎ অমত্তংনা য়ৈখিবা নুংসিৎ অদুদা, ঐগী থম্মোইগী মায়কৈ মরিমক্তা বাঁশী খোংগৎলকখি, ঐনা খংলাউ লাউহংখি, ঐগী পুন্সীগীসু মমল লৈজে, ঐসু হিংকম থোকই।' অসি হায়দুনা মশাগী থৈজোম গুঞ্জা মচি অমনা শ্রীমতীগী মখোঙ অনি অদুবু তপ্পা তপ্পা তৈথোক্লকই। পাখংপনা মথুং অদু থক থক নীকলি।

শ্রীমতীনা নোক্তুনা হায়রকই, 'খঙহৌদনা ঙসি ইখোঙ শোকপিরে, ঐগী ইরাইবক অসি কয়াদা ফগ্রবা?

'খোঙদগী ঈশিং তৈথোক্রি, ঈংহল্লকপসু য়াই।'

'ঐদি অতোপ্পা অমা খল্লম্মী। নুপীগী মশা শোকপদি তৌদনা খোঙ হান্না পায়বা মীশিং অঙ্গদি য়াম্মা চানাক ওইবা জাংনি। নুপী মথৈনা তাবা ফংখিদনবা লোন্না রা অমা তাকপিহৌগে সে, য়েংঙোয়, ঐখোয়বু গুঙ্গৎনবগী খ্বায়দগী লায়বা উপায়দি ইহান হেক হানবদা ঐখোয়গী খোঙ পায়বা অসিনি।' হায়রম্মগা মহাক নোকপা হৌরক্লে।

'অওইবমক্লনে?' জহন্না নোক্লা নোক্লা হায়রকই. 'মসিমদি ইখঙমক খঙলমদ্রিদনা?'

শ্রী-তীনা হায়রকই, 'নুপীগী পুক্নীংনি! কন্না পুনশিনগ্রবা মফম অদুমক মঙোন্দদি থুপকী-কিশিঙম লায়না থোকই।'

আতিয়াগী মচি মচিদা পুনশিল্লকপা অমম্বনা মথাদা হাইথরক্তুনা মায়কৈ মরিমক মুশি মুশি অসুম মমশিল্লকপা হৌরে। অরাপ অরাপ্পদা

শ্যাসকী মৈঙান অমমমসু অসুম থানগৎপা তৌরকলে। বসন্ত ঋতুগী মাচঙবা মতমনি, অনকপদা লৈবা উরকলোমদগী মশক মমিং খঙদবী ঈকাইথৌবী লৈরাংগী নুংশিরবা লৈনমনা অকি হংগোই য়ান্নেনা হায়জবা মতৌ অমা ফোংদোক্কনা নৈশিন নৈশিন্না অসুম লৈরি।

মখোয় অনি অসি অমনা অমবু য়েৌনা নুংশিনরে হায়বমক্তি কদায়-রাইদনো মীনম্বা থোকপগুম্বা অমদি লৈগদোরি। হকচিন্নরবা, মখোয়গী অসিগুম্বা মরূপ ওইনা তিন্নবা অসিগী মরুমদা লানঙমদনা লাপ্পবা মতৌ অমদি অহুম্মক মরৈরি। মক্কম অহুদদি মখোয় অনিমক অসি মথন মথন্তা নায়তোম নায়তোমনি। অসুক নক্না চঙশিন্নরক্লবা অসি ফাওবদা অসুক লাপ্পনা অমুক লৈনরিবসিদি মখোয়গুম্বা নিপা-নুপীগী মকাতদা ওইথোকপনি। পুন্সীগী করিগুম্বা মতাং অমত্তদসু করিগুম্বা অপুনবা অমত্তা লৈনদ্রবা অহুগুম্ব। মখোয় অহুগী মকাদবু নুংশিবগী অর্থ করিবু লৈনরক্কম থোকপনে। ?’

মখোয় অনিমক অয়ুক্তসু হোৌগৎননীংবা মতৌ তৌনদ্রে। অমগী মখুৎ অমনা পায়শিল্লি, অমনা অমগী মশাদা ঙাথনহুনা তুমিন্না করিনো অমা অসুম খন্নরি। আতিয়া মকোয়দা ময়েক লা-না অসুম অসুম থরান্মীচাক মথং মথং থোক্লরকদি, মঙান-মশা চাউদ্রিবা তরেৎনি পানবগী থা-না খজিক খজিক অসুম লংবা হেল্লকলি। ঙসিগী, নিপা নুপী অনি পকশিন্নহুনা ফম্বগী চিত্র অসিদি তাইবঙ-শেম্বা গুরুনা লৈমরেন লাই-রেম্বীগী মনাক্তা ফমহুনা যুগ যুগ থুনাংগা অৱাবা অমদি নুংঙাইবা মিৎকূপ কয়া কয়া মথং মথং ওইনা অসুম লেন্দুনতা লৈবা মতৌ অহুমক মান্না উরি।

জহরমা রা ঙাঙবা হোৌরকই। হায়রকই, ‘ঐদি, নঙগী রাতমক খল্লিবনি শ্রীমতী।’

শ্রীমতীগী ধ্যান কায়খ্রে। হায়রকই,—‘কয়াদা ঙকলিবনো? ঐসু নঙগী রা খল্লমল্লিবনি?’

‘ফাগি নত্তে শ্রীমতী। নঙগী রাতনি ঐনা খনবদি। নঙগী নচাক-নরল পূম্মক লোইনা তাকখিবগীসু ঐগী অৱাবা ওইদে; ঐনা খল্লি, অহুদগীবু কমদোবা? মীগী কান্নবা তৌনীংবগী নেশা অহুনা মাঙপ্রবদদি

নশাগী অৱা-অনং অত্নতনা অমুক চাউখৎলক্তনি। মতম অত্নদদি করি পীত্না নঙনা মাবু থেমজিনগদগে?'

'হায়বদি?'

'হায়বদি, নপুক্সী অধ্নতমক নখুত্তা লৈবদি নম্রিদ্রো, মথোনকাবা মতমগী চাউরবা নৱো অমসু নঙগী ননমগন্দা হুক্তক থোক্লিদো। পুন্সী লেম্লনবা থবক শীন্দোকপবুদি অরায়বনি, মীনাই ওইগ্নসু হেকমক লেম্লবা মরাই, অত্নগা নঙগী মথোনকাবী নতো অসিগীদি? মাবুদি তাং তৌত্না নাউশুম ঈশৈ শংলগা শুমত্না অসুম থম্মদি থক য়ারোইদো?'

শ্রীমতীনা হায়রকই; 'নঙনা করিবু হায়নীংলিবনো শেংনা হেক্তমক হায়দোকউবা, সাহিত্যগী লোন্দাদা অমুক ঙাঙদ্রবসু। নঙনা হায়রিববু য়ুম পানবগী রাক্ষমলা? অমুক হন্না লুহোঙবা অসিরা? করিবুনো?'

হাইফেং ঈক্-আক্ তৌনা জহরনা হায়রকই; 'অত্ন হায়বা নত্তে ঐনা হায়বদি, নত্তে, নঙ অসিবু অঙাং ওইরিঙৈদগী তৌনা অত্নম্মক মীগী-দমক্তা পুন্সী কথোক্কে হায়বা মমঙ অসিতমক মঙলকখিবরা?'

শ্রীমতীনা হায়রকই; 'হে অত্ন ওইরেসে? ওইদবদি হায়ররোই— মত্নগী মঙ অদুবু মঙজরবদি ঐ মহে য়াম্লমগদবনি, ঐবু শেম্বা লাইনসু ঐ অসিবু অচৌ অচৌবা শিন্থাতমক পীনিরমগদবনি। তৌইগুবসুং নুপী ওইবীগী পুক্নীং হায়বসিদি, মহাক্না তাইবঙ পানবগী অচৌবা ফিদমবুদি থজ্ঞমসু মরাই; অচৌবা পুন্সী-ফিদমদি মাগী রাখনদা থক সাক্তে। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐনা উজরকপদি অত্তোম্না মঙ অমনি।'

'অত্নদি নঙগী কারিগুম্বা মঙ অমদি লৈজরম্মীদনা?'

'অং লৈজরম্মী, য়াম্না হেন্না চমথ্রবা মঙনি, মত্নগী থোইদোকপা তোঙানবা মওং অমা লৈবা নত্তে।'

'মত্নদি করিনো? হায়দোকপা য়াবরা?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'য়াদে। মত্ন কোঙদোক্লুবদা হায়শিন্নবা হেক্তা মামগনি। অত্নম ওইনবক অসি কাওবদংদি থঙজিল্লু, মত্নদি—ঐনা ঙসি ইচাক ইরন পুম্নমক তাকহনগদৌরিবসিদি হুক্নীক ঐনা ওইরিবা অবস্থা অসিতননি। লৈজবা 'পুৰা অত্তোম্নগীদমক থাদোক্কে হায়নবু

থল্লবদি দরিদ্রনারায়ণগী পূজা কৎলগা হেকমক লোইরে, অদুবু মতুদি অতাং ওইরিবৈদগী থল্লরকপা ঐগী ইমও অতু নত্তে।'

নুংশা থীবা কোকপগী স্বর মহোন অমা হোন্দুনা জহরনা মাগী মথুং অতু কল্লপ পায়শিল্লগা হায়রকই, 'অতুম হায়য়ু শ্রীমতী, মতুম্মা হায়হন্নীংই। ইস, হিংলেদনা। নওবু নশক থওবা ওবসিদা ঐ হিংলে। হোওনা ফংলবা, মীবু পেলহন্নীংবগী নেশাদা নওনা নশাবু কাউথোক্লমদবা অসিমক্তি, নওগী নপূক্লীং অতু ওহ্থোক্লা মিংশিং-নাশিংনা লৈরম্মী হায়বা থওলে, মসি উবদা ওসিদি ঐ অসি হিংলবনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'চুম্মী, ঐগী পূক্লীংদি য়াম্মা মিংশিং-নাশিংই, তশেংনমক মিংশিং-নাশিংবনি হায়বতুমকসু অয়ানবা ওইবা তাই মরমদি, মতু শোকপদদি হেক্তমক চৈনা ফাওই। ঐগী পূক্লীংবু কনাওম্বনা শোক্ল-রবদি ঐওোন্দা হেক্তমক নেশা ফাওরকই। অতুমদি ওইরগা অসিওম্বী পূক্লীং অসিগা পীকলিবৈদগী অতুম্মক শাগোমরক্লুনা ঐ চাউরকখি। পূক্লীংগী মচীজাক থিবা অসুম কোয়না চথোকপা হৌরকপা মতাং অতুদদি ঐগী ইপাগী মরল মথুম মপৈ মপৈ অসিনা ঐবু পুন্দুনা থক থম্মা ওমখিদে। অসুম কোয়চেন কোয়চেন চেনবতদা ইমাতুম উরক্লবনি, অতুমক্তদা ওসি ফাওবদসু ঐগী আশা অতুদি থক কায়বা লৈত্রি। হুজীকসু মহাক্তি খুল্লক-লম্বাতদা তম্মা চেনশিল্লি, মতুগী লম্বী অতুনা অসুম অসুম চংখিহুনা কপোতাক্ষী-তুরেন মপান য়োক্ত্রি, মতুগী মায়কৈ মরিমক্তনা অপরাজিতা অশংবগী বন লৈ অতুগা লম-মালিকাগা চীগোংলৈগনা লেংগোয়হুনা হৌমিন্নে—'

'অতুদা—? মফম অতুদা নওগী করি লৈবা শ্রীমতী?'

'ঐগী য়ুমদি মতুমক্তদনি। —হায়রগা নওনদি থাজরয়োই; ঐগী নুংওাইজবদি মফম অতুদনি। মফম অতুদদি ঈরাং লৈতে; মীয়াম পুন্সে, পুন্সীগী করিওম্বা লানকম অমত্তা য়াওদে—অরোনবা মফমনি। অথূক্লা অমদি অচাকপনি। নুপী হায়বসিগী মপূক্লীংদি ওইরয়োইদবা কল্পনাতনা থল্লিবনি, মথল মথা অয়াম্বা মরল মথুম তানবগী মবুদ্ধিতনা পোংলুম হেক ওইজরিবনি অদুবু ঐদি অসি পূমমক্কী মরক্তা য়াওরক্তে, অতুম্মক তশেং তশেংলকই। ঐনা পামজরকপমক্তবু লৈফম-চাফম অদু তরু-তরু,

তনান তনানবা, ঈমুংগী মী য়ামদবা, অদুগা লায়না হিংনবা পুন্সী অসিনি। মালতী-উরীনা ঐগী য়ুমথক অদু হেক কৃপশিনগনি, রা-গী শারং মনুংদা শক্তিমচা অমা লৈগনি। শৃমাও মতোন্দনা তুলসীবুং, লম্বেন থোকপ্রগনা মথারোমদা তুরেল, সনাবুন পুদুনা তুরেন্দা ঈ রুজবা চংলগা ঈশিং মনুংদা লেপ্তুনা তুরেনগী ঈশিংদা হিহোনবশিংনা শকপা খুন্নঙ ঈশৈ অদু ঙক থাংগত্তুনা অসুম ভাজবা—'

'অদুদগীদি?'

শ্রীমতীগী মমায় অদু লংখংপা হেল্লকলে, 'অদুদগীদি, নঙোন্দবুদি হায়দোকপদা ঈকাইদে, পুক্নীং-চাবা নিপা অমা—নিপাদুমক্তি চাওখক্লিবা, লমচৎ-ব্যবহার করিস্নু খঙদবা, লাইরিক ময়েক চত্তবা, মপুক্তি শেংবা অদুগুম্বা খুম্লক্কী মীওই অমা ওইবা তাই অদুমদি ওইরগা মহাক অদু ইপুক্নীং চাবদি ওইগদবনি। ঐখোয় অনিগী মপান্দা সমাজ লিংদে, লৈবাকমচা তাবগী রা য়াওদে, ধর্ম্ম হায়বদুসু লৈতে। কদাইদা শাফম-লানফম থোকলিবা, কনানা লৈবাক জয় তৌরবা, কনানা খা-মেরুগী লম্বী তম্না তাউথগ্রবা, মখোয় পূম্নমক অসিগা করিগুম্বা পাউ অমত্তসু ঐখোয় অনিগী ইনাক্তা য়োৌরকলোই। অচৌকপা মফমদা লৈজবা য়ুমনি, থোরাঙ চঙব্রবা পুন্সীনি, চিংনবা লৈতবা প্রেম অমদি নুংঙাইরবা মঙলান-লক্তা হিংগদবনি।'

জহরনা হায়রকই, 'মসিদি নঙগী কবি মরোলমক্তনি শ্রীমতী?'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মদুসু ওইবা য়াই। মীওইবনা ফজবা রাখল অমত্তবু শল্লবদি মদু কবিগী মতৌনি, মসিদা ঈকাইরুনীংঙাই করিসু লৈবা পোং নত্তে।'

'নঙগী রাখল অসিবু হুজীক ফাওবদা অদুম্মক লৈরিবরনে?'

'মতম চুপ্পা অসুম লৈগনি, পুন্সী চুপ্পগীনি। ঐনা শিরবতদা মসিসু মাঙখিগদবনি।'

'নঙগী আশা অসিমক্তি 'লৈকংলাগী তরঙনি। চেনশিল্লুরিবমখৈ অদুম থাপতোকখিগদবতনি।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, লৈকংলাগী তরঙ নত্তে; তাইবঙ মপুদা নিজরিবা ঐগী ভিক্ষা অসিদি করিসু লৈতবা অচবনি। নহান নোংমথকসু তশেং

অশেংবা মী অমা ওইনীংবগী অপাম্বা অমা চাউনা লৈরম্মী—ইয়োখিংদা, ইহৈদা, ইবুঙ্গিদা অমদি পূকচেন চাউবদা সমাজগী লুচিংবী অমা ওইগনি, ইথক্তগী ইখোঙদা ইথন্তনা লেপচল্লনা নোংমদোন-অ-আত্তিয়াথকু অসিবু ইথূংনা হেক লামল্লনা পায়রুগনি—অদুবু মল্ল করিগীদমকনো ? মীওইবগী অবাংবা রাখল মনাকমক্তদা অকিবা ফংলবা লানফম অমথক লৈরি, করিগীদমক্তা অল্পগুম্বা লানফম অল্লদা ঐনা চঙলুগদোরিবনো ? ঐদি নুপী ওইবী মপোক্তা পোকপনি। খ্বায়দগী হেন্না চাউবা ঐগী ইথৌদি নীংথিরবা পূন্সী অমা শেম্বা অসিতনি।'

অমুক কুইবসি মথোয় কনা অমম্তনা উনরকপা লৈত্রি—থোংলবা, মেঙলবঃ থাবলনা মায়কৈ মরিমক তাউথোকহল্লমলি। মচি মচিদা চাইথোক্লল্লনা কোয়নরম্বশিং পূল্লমক মরক অসিদা কদোম কদোমদনো মানা মানা থোকপদা গুম্বা চৎনখিরমলে। মমাঙগী ঈশিং মনুংদা থোক্লিবা মথাঙ মৈখৎলকপা থাগী মঙাম্না মথোয় অনিমক্কী মায়থোং লংখৎতল্লি। শ্রীমতীগী শম্বুন অল্প নাংখায়ল্লনা ঈচোই চোইনা জহরগী মতম্বাক্তা তারি। থোংলবী খূৎচানা থোইনা পূক্লীং চঙলুবা লৈতনা মথূৎ নামথক শায়রগা হাইল্লনা অসুম শান্নরি।

য়াম্না থেঙলক্লবদা মথোয় থংপেক থংপেক খঙনরকলে, চুম্মী, মতম অল্প ওম্বোক্লা য়াম্না থেঙথখিরমলে। ক্ষিংনমলখিবনা মশা মশাতম্ব শেমজিন-থমজিন্নবগী তাঙ্গা ফাওবা ফংনখিদে। অল্লম ওইমমক তফিং তফিং হোগত্তুনা ফম্নগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'নঙ অসিমা মথোঙ চাখিদ্রেদকো, ম্নেংঙু, ঐগী শম্বুন থুগায়বিরিবসে ?'

জহরনা হায়রকই, 'নূপীগী শম্বুনদি ঐখোয় য়াম্না শাওনীংই।'

মথূৎ অনিমক থাংগত্তুনা শ্রীমতীনা মশম অল্প অমুক শেমল্লিলগা খঙহৌদনা জহরগী মশা ইল্লপ তৌল্লনা হায়রকই, 'নঙগীদমক্তা ঐসু ঈকাই-ঈকি-ককা খঙজিল্লক্রে, কনাসু 'সোমদা লৈনবিরমদবসিল্লম ইরাইবক ফবনি।'

'লৈতে হায়বদি কনানা হায়রিবা ? কনাগুম্বা কলেজ-ছাত্রনা ম্নোম্না ম্নেংলম্বসু য়াই।'

'ইমাই 'পেম্মা, অচ্চা, চৎতুম চৎসিসে হোৌগংলো, অমরোমদা অহিংসু

লোইশিল্লকলে।' হায়রদুনা শ্রীমতীদু মখোঙগী খোঙউপ উপশিল্লকলে। অরোইবা মায়কৈ-ঙমখৈ-য়ৌনা-খোনবী থাবল করবী বসন্তগী অহিংনা মোমোন মীনোক তৌনা তৌনা মখোয়গী লম্বী অমুম য়েংলি।

অসিগী তুংদা থাবুম অমা হৌখ্রে। হিসাব তৌদুনবু য়েংজুরবদি থা অমদগী ফাওবা হেল্লবসু য়ানা নৈরে। যুম অসিদা নুমিৎ খুদীংগী ওইনা মীয়াম চঙখোক চঙশিন তৌবা অমুম হৌরকলে। ডাক্তর, নার্স, ইঞ্জিনীয়ার, ওভারসিয়ার, কনট্রাক্টর, অমসুং অতোপ্পা-ইতিক তৌবনচিংবা মীয়ামা মাগী মাগী মখোই পাঙথোক্লনবা চংথোক চংশিন তৌনরি। ব্যাঙ্কতগী লুপা লাকলে, মপান্দা অচৌবা অফিস অমা খুলিরে। পাউ-জেন-চে-শিংদা শ্রীমতীনা তৌরিবা ত্যাগ অসিগী মরমদা অচৌ-অচৌবা ময়েক্লা ছাপা তৌনবা হৌরকলে, মী খঙহনবগী থবকসু কন্না চথ্রে। সমুদ্র য়াংমা লাম্না মীরৈবাক্তা অচৌ অচৌবা অর্ডার মথং মথং থাখ্রে।

স্কুল লিংখৎকনি তাবদা ছাত্রী অমদি ওজা-মিপা নুপীশিংনা মরোল অমা অপোমদা আবেদন-পত্র থাজিন্নবা হৌরকলে, ঈকাইখুম্নকম থোকপা মীওই কয়ানা হায়নীংবা য়া কন্না হায়দুনা পাউ থানরকলে। বোর্ডিংগী মুম্ফম থোক্লে, মতুগা লোয়নমা অফিস অমসু হাংলে অদুগা থায়গী মমৈদনা থবক তৌফম খঙদনা নৈনরম্বা মীওই কয়ামরুমগীদি মরক অসিদা অফবা পাম্বৈ অমা ওইনজরকলে।

উপায় ওইহ্রিবদি জহর মথক্তগী মঙায়রে। বিধাতানা মহাকপুদি খুদোংচাবা লৌবা মীওই ওইনা থাবীরকখিদে। মবুদ্ধি নৈনবা অমদি তুংগী পোইরৈ খঙবা মীতা অমবু ওইরম্লবদি মহাক্না শ্রীমতীগুম্বা অপঙবী নুপীমচা অমবু ঈরায় লায়না শুম্লগা মপুন্সী কোম্লনবা পৈশিলহৌবা য়াবনি অদুবু, মরাইবক থীবা অসিগী মপুক্কীংনদি মদোমদা থক চঙ-শিনখিদে, করিসু কান্নদবা হামচৎনরবা তক্লথরগা মায়কৈতদা নৈশিন্দুনা মহাক মাঙজরে। অদুতসু নত্রি, থা অমা লাইরিক তম্বীবগী তঙলব লৌরগা মহাক য়ুম অসিদগীসু মাঙথ্রবনি, হুজ্জীক মচাক মশক উখিদরে। মহাক কদাইদা, করিগীদমক চৎখ্রিবনো, কৈদোঙৈদা অমুক হন্নকদো-ক্রিবনো, মানা কন্নাবু পাউবা নৈখিবনো অসিমচিংবা করি অমত্তসু হায়রম তারুবা নৈখিদে, ছুন্নালচাঁদগুম্বা মরুপকী মরক্তা তাদুনা কনাগুম্বী

মন্দোন অমগী মনাক্তা অমুক সিন্দুর লোখা চংখিরম্বসু য়ারি। অতোনবা, লমচং নাইদবা, চাওখংতবগী অাংনি। চয়োল অমা হোৎখরে, চয়োল অনি হৌক্লিনখরে—অদুবু মহাক অদুদি কদায় ? জুয়ার শামদুনা মতম লেল্লম্বসু য়াই—, নত্রগা সন্ন্যাসীগী আশ্রমদা কুন্দুনা, গুকফম করিসু লৈতে। গঙ্গাহুম চিংলম্বসু য়াই নত্রগা অতোন-অতাংশিংগী য়ুমলক চঙদুনা নুপী মানবী নিপাশিংগা চাক্লিবশিংগা ঈনশিন্দুনা থম্লহল্লম্বসু য়ানা লৈ। কয়াদা ফজখিদ্রবা শাজং মতানো, কয়াদা তূকচথ্রবা মপুন্সীনো। অদুবু লম্বোইগুনা-ককাদি চংলম-লাক্লমলোইকো ? মাগী মশীং খঙদ্রবা হোবে হোবে ময়াম অদুগী মরক্তা শ্রীমতীনা মাগী লম্বী য়েংদুনা ওাইরি। মাগা থবক তৌমিন্নরিবা মহৈমশিন হৈবা চাওখৎলবা অমদি মতমগী মঙান চঙলবা অসুক য়াম্বা মীয়াম অসিগী মরক্তা, ফিজেং চমোংনবা, মথোঙ হুক্তবা অমদি মীরোন লোন্দ্রবা মীওই অদুবুদি মখোয় কনাগী মনুংদা থিরুদুনসু থক ফংখিদে। মখোয় পুম্নমক অসিদি মহাকপু ব্যবহার তৌনা চংলি, থাগৎনৈ, মাবুতা পেলহন্নবা হোৎনৈ, য়াইফ-পাউহংনদুনা মাবু নুংঙাইহনৈ, মাগী পাখোন মতুং-ইন্না থবক তৌই, পাউজেন-চেশিংদা মাগী ফোটো ফোঙদুনা, য়ারেং কয়া ইদুনা, মাগী বাণী কয়া ছাপা তৌনদুনা মাতগী পেন্নবা হোৎনৈ, তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অসিগী মরক্তা মীয়োক-মীচান য়াওদ্রবা, নুংশি খঙদ্রবা মীওই অদুতদি ময়াওরমশিদনে। মখোয়গী অপুনবা লৈশী-লৈথোনশিং অদুগী মরক্তা নুংশিহৈতনা করেম্নবা মতৌ অদুদি ভাজরকপা থক লৈখিদ্রে, নুংশিহৈদ্রবা নোক্র-য়াহৈগী চৈনা খাঙবদা কনানসু মহাকপু লাকহৎপিরবা তৌখিদ্রে, লোনম য়াওদ্রবা অশেংবা সমালোচনাগী শাজেনা ফুবদা মাগী শরু-শয়াঙ পুম্নমক খাঙফম খঙজদবা অদুগুম্বা মতৌ অদু লৈখিদ্রে। মখোয় পুম্নমক অসিনা মহাকপু নুংশিবী, নুনা তৌনবি, পূজাসু মতৌনৈ, মঙোন্দা হায়জ-চংচা, নিজ-হুমজ কয়া কয়াসু তৌনরৈ, তৌইগুম্বসুং মাবু করিসু নুংশিবীদবা, উং-য়াইগুম থন্দুনা থাপ্নদুম ঈনথোকপিরকপা, কাম্নরমদাইদনা তূকচরকপা, ফজবী নুপী অমনি হায়দুনা কৈদৌঙৈদসু মাগী খুদোংচাবা পীখিবা লৈতবা—অসিগুম্বা মীওই অমদি মখোয় অসিগী মরক্তা মরাংলে। ঙসি মাগী অকোয়বদা তিল্লরিবা মশীং-লাকঙমদ্রবা নিপা-নুপী পুম্নমক অসিদি

হল্লিংখোইমক্তনি, জাত অমত্তগী কাঙবুনি, মশক মচু চপ মান্নৈ, মচীন মচীন্দসু চপ মান্নবা খোঙেলনা অতৃন্নক ঙংনৈ!

ঙাইবা—নুমিৎ খুদীংগী শাংলবা নোংমা অমমম চুপ্পা ঙাইবা! অসুক চিনবা অমদি অসুক য়াম্না চখোক্না চৎশিনগা, চেনবগা চোংবগা তৌবা অসিনসু মতম লেনবদি ওইদ্রে। শ্রীমতীগী মশা মনুংদা মফম কদাইদনো মী অমথক্তি চৎলা হেন্দুনা উব্রাক্লনা হিপ্পগা ওইনদুনা লৈবগুম তৌরি। ঙাইবা, চৈনাখোলতনা রাতনবা ঙাইবা! মরাং কায়রবা অতৃগুম্বা পুন্সী অমগা শোক্ল-শম্নজবতুদি মফম কদাইদসু থোকখিদ্রে, মাগী মনাক্তা লৈজবগী হক খোকনা নুংঙাইজবা অমাদ থোরবা অতৃগুম্বা চৈনাখোন অতুদি মফম কদাইদসু থোকখিদ্রে, থীনা-থীনা হাম্নবগী খিংঙমদ্রবা হরাউজবা, থীক-থাদা চেল্লিবা ঈচেলগী খাঙবা রাম্নবা ঈহৌ অমদি অমনা অমবু য়োনা খঙনবা ঙবগী থিংন-চমদবা মতৌ অতুদি মফম কদাইদসু থোকখিদ্রে। পুম্নমক অসিদি ঈশিংচঙবা, খুৎশেম চঙলবা, লৈনিন-কারবা, মচু কোকথরক্লবা অতৃগুম্বা অরেম্বা ঙাক্তনি, মখোয় পুম্নমক অসিদি তংখায় অমমম শিনরবা, কুইনা হিংলরোইদবা, তুশোম্নরবা অমদি হামচৎনম্নবা অতৃগুম্বা মক্তনি।

ঙাইবা, মিৎকুপ খুদীং, নাহুম খুদীং, পুং খুদীং অসুম ঙাইবা। লাঙতক্লবা-নুংনাঙবনা চিংথায়রবা থম্মোইনা ঙাইবা। রাজরে, মহাক রাজরবীনি। য়াম্না হেন্না রারবীনি। মশা চোকথরে — হীকথরে। চোকথরবা অয়ূক-নুংথিননি, চোকথরবী অহিংনি। খোক্লিবা নুমিৎসু চোকথরে, চোকথরবা আতিয়াগী থরান্নীচাকশিংসু ঙম্না মঙান মশা চাউনদ্রে। রাজরে, য়াম্না রাজরে।

নুংশিবা? নুংশিবা নত্তে, পাম্ব। মাবু শাথীনা পাম্লক্রে। পাক চাউরবা শোরারেম অসিবু থম্মোইদা শৃপকোন কোনশিল্লগা চপথাম্নদুনসু অপাম্বদুবুদি থক ফংগদবা নত্ত্রে। অয়ূক নুংথিনগী অঙানবা মঙান, অমদি অহিংগী মেঙলবা অমম্বা অসিবু খুজোক থম্না হাপ্তুনা লোইনবা থকতোকত্রবা ফাওবদা অপাম্বা অতুদি থক ময়েং তারকদবা নত্তে। ঙাইবঙ-খুৎশেম অসি পাঙালদা নমথত্রসনু, প্রলয় তৌদুনা পুম্নমক উফুন ওনত্রসনু; কনাগী মীরমলেন, লাইরমলেনকক্কা মাঙজত্রসনু; ইক্কুল-

লায়েঙশঙনচিংবা অসিসু নরক-তা চৎপ্রসনু—ঙসি অসিদা মাবুদি ওম্থোক্লা পাম্লক্লে। নুংশিবা ? নুংশিবা নত্তে ; অপাম্বনি।

মমৈদা নোংমখত্তি জহর অহ্নু হল্লকলে।

'অমুক কুইরধ তুংদা ঙসিতদা হল্লক্রবোইরে তাদা ? কদাইদা লৈবীরুই ? হাইমা করি তৌবে 'সিদে ? শকক্কম অহুদি করিনো ? ঈমুংদা চঙবীয়ু সে।' হায়হুনা লখিয়ানা মহাকপু ঈমুংদা চিংশিনখ্রে। মথংদা হায়রকই, 'ইচে'বেম্মবুদি কউথোকপিবসু মঙমলে, অহুগা নচন অসিবুদি ? ছাত্রীবুদি ? তাদদি য়াম্মা নুংশিহৈতেনা।'

জহরনা নোক্কুম্না মাগী মখদাঙ পায়রগা নীরুকই, রাদি ঙাঙখিদে।

নুমিদাংবাইরম ওই শম্লকদোরবা মতমনি। শ্রীমতীনা লেপ্তুনা মাবু য়েংলি। লখিয়ানা জহরবু পায়হুনা কাংথোন মথক্তা ফমহল্লি। হায়রকই, 'চা থক্রিমখৈদি রা অমা ফান্দ ঙাংথোকহনবা ঙমগদবা লৈত্রে। ঙাই-হাক্তং ঙাইবীরমখো।' হাসহুনা মহাক মপানদ থুনা থোকখ্রে।

কদাইদসু কনা অমত্তা লৈত্রে, হুজীক মথন্তা ঙায়রবদা তপ্পবা-ম্যাক্রবা খোনকমনা শ্রীমতীনা হংলকই, 'নহানমখৈদি কদাইদা লৈরুই ?'

জহর রা ঙাঙলকখিদে।

'খঙবা-উবা হেনগৎনবা হোংনরুরিবরা ? অয়াম্বদি চৎপ্ররিমিদো ?'

জহর অহু কারনো অমা হায়গে লাকখিবনি অদুবু শ্রীমতীগী করেম-কথাইনবা মতৌ আসনদি খংশাউ শাউরকলে। হায়রকই, উম, অয়াম্বা চৎখ্রে।'

শ্রীমতীনা হায়রকই, 'মহু ঐ খঙই। দুলালচাঁদখোয়দি ম্যাইফরিদনা ? জুরায়দা লুপা কয়াদি লোকচরকই ?'

মাগী মখোংশ্বেন মতা অহুদা শাউরহুনা জহরনা হায়রকই, 'নঙোন্দা মহুগী হিসাব পিবা লাকপা নত্তে।'

'অহুদি করিগী লাকপিরিবা ? অচৌ অশাং ময়ুমদা চঙলগা হকচাং অহু অমুক থাকপিগে তৌরিবরা ?'

করি তৌগে লাকপদা করি ওইখ্রে 'সিদে ! মশা য়াম্মা শোম্বরবলি, অদুবু খঙহোদনা লাকপা খৎননীংবগী থিংঙমদ্রবা ময়াই অমখক্তি জহরনা অদুম কাজিন্দুনা থম্বা ওয়ক্তরে। অক-কক্ত পুয়মক কাউথোকখিহুনা

য়াম্না চাওখত্রব' অয়াকপা খোঞ্জেলনা মতাক্তা থুম্লকই, 'অহুতম্ নত্তনা মরম অমম্ লৈরম্মী, সে নত্ত অসিগী মরমদ, অদুবু মতুগী অপাম্বতু ঐরেঙোন্দা হুজ'ক্তি লৈখিদ্রে।'

'ক'রিগী লৈখিদ্রিবা? পূক থল্লবনরা?'

'চুম্মী, মতুমক নহোন্দা খত্তহনবা সাকপনি। ল'ক্রুবস্ য়ারম্বনি, লাক্লগদি উবা ফংলে, নত্তগী থৌরাত্ত পূম্নমক লোইশিল্লমলে, অসুক লাওব', অসুক নিন খোত্তবা, ভক্তমক্তনা অমুক কয়াগী মতিক য়াংশিবা,— হুজীক ঐবু থাদোকপদি কয়া লুবা থবক্লো? অতুমকপু তাকপিরমগে, থাকনা অমদি থূপ্লা চাও শ্রীমতী? নত্তগী চাকচা-য়ুথক মতা অতুদদি নপূক্তী লায়নাকক্তা পোল্লকপস্ খত্তদে।'

অপমান মত্তা অসিদা শ্রীমত্তীহু মমায় ঈচপমুক ঙাত্তশিনখ্রে। মখোঙ নামনা মখোঙ নামগী মথক্তা অসুম তঙ্ক্নতা লৈখ্রে।

হাইগংলক্লবা মশাগী শাজৈ অদুবু মখোম থোকহন্দুনা জহরনা অমুক হায়রকই, 'অচৌ-অশাং নিঙোলনিনা অফবা অমা লৈ মতুদি হয়িং কয়াগী মশা কেন্নখিবা য়াই, মরাইবক থীবশিং অদু ওথোকপনি। অদুবু মতুগীদমকস্ ঐ থোইনা থল্লুদে। লখিয়াগীদমক্তদি ঐনা রায়। নুপীমচা অসিদি য়াম্না ফৈ, দোষ লৈজদবী, পাপ লত্তজদ্রিবীনি। নত্তনা ঙম্লবাদি অসিঙম্বা দুক্তিগী থবক-কুম্বা তৃকচনবা মশক ওইবা মীনাই মওই অসিদগী মাবু থাদোকপিখো।'

কয়েম্লবগী অয়েবী থাক্তা শ্রীমত্তীনা হায়রকই, 'ঐবু ঈকাইবা পীবগী মরমদুবুদি মখত্তলগে, থত্তদ্রিবদি লখিয়াগীদমক্তা নত্তনা নকোক চীক্লিবহুনি। মতুনা অমুক করি মত্তলবনো?'

জহরনা হায়রকই, 'তৃকচরবা অসিঙম্বা রাহং অসিদি নুপীতনা হংবা ঙম্মী। মরম লৈতনা ঐগী ইকোক চীকপা করিগীনো; রাফম অদু তাবা য়াবা মতিক চাবা মীওই অতুদি নহাক ওইদ্রে শ্রীমত্তী। অসিদং হায়রম্বমস্ হেন্দোকমল্লে মতুদি, লখিয়াবু তশেংনমক ঐনা নুংশিরবনি।'

মচীনবান পৈথোক্ত্না য়েনা কয়েম্লবা খোম্হাক্তদা শ্রীমত্তীনা হায়-

রকই, 'নুংশিবা ? কনাগুম্বা নুংশিবা ? শেংনা তাবা য়াব্রা ? নুংশিবগীবু নঙনা কয়ি খঙবা ?'

অহন্ন অহু মিনিট খরদি তুমিন্না অহুম্মক লেপ্পুনা লৈরে। মথংদা নুংশা মপী হোম্দুনা হায়রকই, 'করে, তোকলো, খংনয়গনুসি। চংলম-দাইদা য়াম্না নুংঙাইমা চংখিগে হায়না খল্লকপনি, মহু থোক্রে।'

মিংকুপ খরদ ঈমুং মনুংদা হংগংহন্দা চংলুরগা মহাক্না অমুক হায়রকই, 'উগ, চা থক্লবা ঐগী মতম লৈত্রে, ঐ হুক্সীকমক চংলে। ঐবু ঙাকপীয়ু শ্রীমতী।' হায়দুনা মহাক থোঙজীন রাংমা লাম্থোরকলে।

চেনশিল্লক্লুনা লম্বী থংলগা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'কদাইদনো ?'

অহন্না হায়রকই ; লম্বী থাদোকউ শ্রীমতী, পুস্নীবু নাটক-ড্রামা ওইহনবা ঐ থমথেংনা পামদবা মীনি। পুস্নীদি নাটক-ড্রামা নত্তে উপন্যাসনি।'

শ্রীমতীনা মনুংশা থিংবমথৈ হায়রকই ; 'নঙনা তশেংনমক ঐবু ঈকাইবা পীবা মতম অহুদদি ঐ বা ঙাঙবা থোক্লক্তে অদুবু, নহাক চংখিবদি য়ারোই।'

'লম্বী থাদোকউ শ্রীমতী, মথোয় পুম্নমক লমপাক্তা চংথোক চংশিন তৌনয়ি। থবক তৌবা হোগংলকপদা ঙায়রিঙৈদা অহানবমক্তদা নঙগী নরমচংকী মরমদা ঈরাং হোনরক্লবদি পুম্নমক অসি পুম্মাঙ-মাঙলগনি। লম্বীদা লেপকনু শ্রীমতী, ঐ চঙবা য়াদবনি।'

কুচু তাইফেং তাইনা শ্রীমতীহু হন্দোক্তুনা লেপখ্রে। অহুমক্তদা অমুক হম্না হোংনহুনা শিথরবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, 'চংপা তারবা ? মপান্দা ঐগী থোঙশঙবা নিপা মরিথক লৈরি হায়বা খঙউ।'

মাগী মখোঞ্জেলগী অসিগুম্বা তোন্থবা মতৌ অসিবু উরবা মী অহুদি শোয়দনমক কপনীংগদবনি।

'শোয়দ্রবা জাংলা ? নিপা মরি ?' হায়রগা অহন্না ফাক ফাক নোকখোরকই, 'অহুদি কিফম থোকপা য়াননা! মীনা খৈনহুমা মতম চাদনা শিনীংঙ্গি শ্রীমতী, অহুগী শরুক্তি লাউ, নুংশি খাঙ্গী শাহুমা নঙগা লৈমিন্নরগা য়াচঙবা মতম অসিদং লেনখিগে, লাক-ও।' হায়দুনা থুদুম চেংনা শ্রীমতীগী মথুং পায়শিন্দুনা চিংশিন্নরুগা থোঙ হাইজিনখ্রে।

'কল্লিনো তৌরিবসিবো, থাদোক ও সে, লখিয়া লাক্লগনি সেমি।' শ্রীমতীনা মশাগী নাম্থোক্লবা হোৎনরগা মফি-মরোন শেমজিন শেমজিনা চখোয়রকলে।

জহরনা হায়রকই, 'লাক্ত্নুনা উবু উথ্রবদি ক্ষগদবনি। উরেদনা মশক লোৎপা লমলক-শা অমবু থাদোক্ত্নুনা নহাক লৈবা ঙমদে হায়বা, নত্রা?'

'লমলক-শা ককা হায়রহনা নশাবু খাগৎচগনু।'

'ফরেনে অহৃদি, লমলক-শাসু ওইবা, লমচৎসু নাইদবা—'সিবু ওই-রবদি সনাদা তম্ফা থিল্লেদনা। মাণ-মুক্তা ওনবা মীনা ঙসিতদা মণিগী মশক শেংনা খঙবা ঙমলে হায়বসি লখিয়াবু খঙহল্লম্বা তারি।'

মচীনমক্না মশাগী অশেংবা পরিচয় তাকথোকচহনা অমুক রাম্বিডৈ অসিদা ফাওবা মগাক্না শ্রীমতীবু নোকহল্লকলে। শ্রীমতীনা হায়রকই; 'লমচৎ নাইদবসি নত্তনা নঙগী অতোপ্পা করম্বা পরিচয়দি লৈজ্জরি?'

'অতোপ্পা অমদি লৈদ্রে। ঐগা অশেংবা পরিচয়দি মসিত্তনি।' অসি হায়হনা জহরনা চেয়ার অমা মখোল হৌনা চিংশিল্লগা ফমথরে। হায়রকই, 'ঐনা লমচৎ নাইরক্লবসি পীক্লিডৈদগীনি, মতম অদুদা ঐ চহি তরেৎকী অঙাংনি, তানাংবরা শ্রীমতী?' হায়হনা খঙনীংলবা শ্রীমতীগী মিৎমেং অদুদা মিৎকুপ অমত্তংগী ওইনা অমুক্তং য়েংলম্লগা মানা অমুক হায়খরকই, 'কলকতা শহর আসগী শীংথাবদ্রবা লৈকাই অমদা, লায়রবা ঈমুং অমদা ঐ পোকই। কয়া রানা করম্বা আশাদা ঐনা চাউরকখিবা! কয়াগী মতিক লল্লবা-অঙাওবা-মঙলাননো য়েংউ—মী অমগুম্না মী ওইগানি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদনা ইস্কুলদা হোৎখ্রে, মনায় লৌরিবা অপঙবা শিঙ্গা ইবুংঙো খরগী মমায়দা লাঙতক্লনা অসুম য়েংদুনা লৈরম্বা অঙাংশিং মহুগী মরক্তা ঐসু অমা ইরম্মী, পুন্সীগী মরমদা আশা কয়া, ওইথোক্কদবা রাখল কয়া, অসুম তৌনা নুংঙাইবা নুমিৎ অমা অসুম ঙাইবত্তদা নুমিৎ মশাং থাদুনতা লেল্লম্মী। পরীক্ষাগী মথংদা পরীক্ষা পাশ তৌরকলে অদুবু পুক্নীংদা অসিতমক খল্লকই মদুদি, মসিদি করিসু নত্তে; মসিদি মীনম্বনি, মখোয় অসিনা ঐগী পাম্বৈ করিসু ওইবীগদবা নত্তে, অসুম তৌনা মতম লেনবনদি খক ওইররোই। নুমিৎ

অহুদগী হোৎনা ঐগী ইন্নমচৎ অসি কনা অমত্তগসু চুনরকখিদ্রে, অহুনা ঐ অসি লমচৎ নাইদবা হায়বত্ন নত্তনা করি অমুক ওইনীংঙাই লৈরি ?'

শ্রীমতীনা করেম্মহুনা হায়রকই, 'নঙনা তোগে খল্লবশিং অহুদি করি করিনো তাশিদনা ?'

মতম অস্মিদা অচাপোৎকা লোয়ননা চা পুরক্ত্বনা লখিম্মানা খোদেম্ম-গা ঈমুং চঙলকই। টিপয় মথক্তা পোৎশিং অহু থম্মগা মহাক্না হায়রকই, 'থেঙলবসু থেঙনা ঙসিদি ঐবু লাইব্রিক তাকপিগদবনিকো তাদা, কা অমা অসিদা ঐ ফমহুনা লৈরবনিকো।'

জ্ঞহন্নর্না নোক্ত্বনা হায়রকই, 'ফৈ, ফৈ, ইবেম্মা।'

লখিম্মা মপান থোকখ্রে।

ঞ্জইনা হায়বা হোরকই, 'উম, চুম্মী ; ঐনা খনবা অমদি লৈরম্মী, মহুমক ঙসিদি নঙবু তাহনগে। ওস্থোক্না শাথীরবা লৈত্ত-লায়রনা য়োম-হুনা ঐ চাউরকলে। কয়াগী মতিক নংখিবা, মহু নঙনদি খঙলরোই ; নোংমনা চাবা ফংই, নোংমনা ফংদে। অঙোবা চেগী মথক্তা পেন্সিলনা ইক্লুলগী পারা হেক হেক ইরম্মী, মহুনা লোইরক্লগা তক্ত্বনা মুখংলগা মথক্তা অমুক হম্মা ই। চহি হোরকপদা ক্লাসতা কারগা লাইব্রিক লৈনবা হোৎনবদা কয়াগী মতিক লুনা থোকখিবা, শাগৈ-নাতৈ খঙনবা-খঙনদবা মী পুম্নমক্কী থোঙজীন-থোঙজীন চঙহুনা হূইগুম্না ভিক্ষা নিবা চৎখি, ঈকাইব-নংবা অমদি মীনা থোশাবীরক্তবা পুম্নমক্না খোজেঙ য়োনা থনগৎলকখি। ক্লাসতদি ঐ অফবা অঙাং অমা ওইরম্মী অদুবু খনবদা ঙকখি মহুদি ওজাশিং অহুনা করিবু তম্বীখিবনো, মসিমদি ঐগী পুক্লীংনা মম্মানীংখিদ্রে। মখোয়না খল্লম্মী, নোংমদি ঐখোয় অসিনা লৈবাক্কী মমায় পাকহল্লবা ওমগনি। তোইগুম্বসুং ঐখোয়না তমলিবা ইহৈশিং অহুদদি মায় পাকহন্নবা থোনাদি অমা ফাওবসু য়াওখিদে। মসি লৈপ্রসনু। ইঙ্গুল থাদোম্নকলে। অদুবু কদাইদা চৎকনি ? পীক্ল-পীক্লবা ইনাউশিং ইচনশিং ; ইমা লুপ্রাবী—পুম্নমক্না য়াম্না আশা চাউনা লাঙতক্লনা ঙাইনরি ; হন্দক্তি মখোয়গী মতম লাক্লগনি। মতম অহু লাকহন্নবা ঐগী থুংপায় শেলদি লৈতে। পাণ্টতাক থরা, নীতি থম্না ; কত্তবা লৌশিং থরদি লাইব্রিক তম্ন্বদগী খঙলকলে অহুগা করিসু কাম্নবা লৈত্রবা ইতিহাসকী মচাক থরসু মকংলে,

অদুবু হুজ্জীকী পুন্সী অসিদদি মখোয় অদুগী মমল করিসু লৈতে, অদুমক্পু ফরে—অচোবা মী অমা ওইনবগী থিংঙমদ্রবা থোইনশিন অদুদি মদুগী মনুংদা কদায়-রাইদবু য়াওরিগদগে ? অহানবমক্তদা মায়োক্নররে— পুন্সীগী লানফম, ঈথক্কী মথংদা ঈথক ;— য়াম্না চাউবা য়াম্না চাউদবা— মদুগা ঈয়-কাওনরে, অশোক-অপনতনা ইশা য়োমলে। মতম অদু ক্নাওবদা ঐগী পূক্নীংদা পাপ চঙলদ্রি, মিৎয়েংসু তশেং-তশেংলমলি। অমাঙ অতোংতমক থিবা রাখল অদু ঐঙোন্দা লৈতে ; ঐদ খুদোং চাবত লোযা অদুগুম্বা মীওইসু নত্তে, মরম অদুদগী উরকলে— পুম্নমক্না মাঙদা চৎখৎনখরে ; ঐনা তুংদা অসুম শোৎখদুনা লৈহোরে। নোংরিংঙৈ পুন্সীদা লোনম চাউরকপা, চালাকি তৌরকপা, মীনম শোরিদা হৈনরকপা অমদি অফবা মী শাশিন্নরকপা অদুগুম্বা মখোয় অদুতনা লাইবক ফবগী থোঙ লাওনা হাংদোক্লখি। মফম অমদা মতম খরদং চাকরি তৌরুই ; মদুদা ঐনা থেংনখি— কয়াগী মতিক তুক্কচনবা ওইবা মহিং অমনো—চীরোন খারোন, অতোনবা লন্নাই রাখল, তুক্কচরবা লোনচৎ-শাজৎ, চুমদবা অরানবা রায়েন, ঈকাইবা লৈতবা লৈতশিন্নবা মতৌ। খরদং হেন্না ফগৎপা, খজ্জীক্তং মপূক চাউজবা, ঈচম চম্না লৈবাক মচা তাজবা, চম্নবা য়ানা ময়ায় ওইবা— অসিগুম্বা অচম্বা মীওইশিং অসিনা মখোয় অদুগীদি অরৈবা মীনাইনি ; অতোপ্পগী মচাক মরল হূবা-মৎপা মখোয় অদুতনা সমাজদা অচোবনি, ভূত-প্রেতনচিংবা তম্নলাই কয়া, ফত্রবা শরো কয়া, মীবু পূমত্তাক তাকহনবা মশাগীতা য়েংবা রাখল অমদি হালেংত্রবা নমথাক-লাং কয়া কয়ানা মখোয় অদুগী মতুংদা থুপ্তুনা লোন্না লৈ। ঐগী আশা পূম্নমক উফুন ওইরকলে। লম্বীতদা অসুম কোয়না চৎপা হোরকলে, খল্লকই ; ইচম চম্না চুম্নগী লৈবাক মচা তাবা হায়বা জদুতং ওইনা পান-জবদং য়ামনবা উপায় অসিবু খক লৈখিদ্রবরা ? উপায়দুবুদি মরৈরমগনি অদুবু ভক্তি শ্রদ্ধা অমদি থাজবা অপুম্বা মাঙশিল্লক্লবা, মঙজরম্বা মঙ অমদি লৈজরম্বা ফিদম পূম্নমক মচেৎ মচেৎ ওইনা কায়শিল্লক্লবা মতম অদুদদি হিংলুবগী করিবু নুংঙাইবা লৈখিগনি শ্রীমতী ? পূম্নমক লৈনা লৈনমক ঐখোয়গী পুন্সী অসিনা অরেম্বা তাপ্লিবা অসিবু মীওইবা সমাজ অপূম্বগী দায়ি নত্তবরা ? ঐখোয়না ইহৈ হৈত্রিবা, ইশা ফত্রিবা, নুংঙাইবা ফংদ্রিবা

পৃকচেন চাউনা হিংজবা ঙমত্রিবা— অসি পুম্নমকসিবু করিদগীনো ? ধর্ম্মনা ঐখোয়বু মীয়েম ওইহল্লে, চৎনরিবা নীতি অসিনা ইখোঙ ইখুৎ খুদেকপিরে, তৌহৈবা তৌহৈদবনা ইমিৎ তাঙহনঘীরে। মীওইবগী নুংশিহৈতবা মতৌ ; মরূপ মপাং— শাগে নাতৈ ; মহৈ মহৈ নমথাক তৌনবা শাজৎ ; ইমুং-মনুং মচা মশূনচিংববু রারক রাতেম লান্না তৌবা মওঙ,—অসিগুম্বসিনা ঐখোয় ইশাগী মায়কৈ মরিমক অসি ঈফুন ফুজিনখ্রে। অমরোমদা অমূক মীখা পোল্লবা, মীনা খোঙনেৎনরবা ঐখোয়নি। ইশাবু ফোংদোকচনবা ঐখোয়গী লম্বী লৈত্রবনি, লমথুং য়োনা পুন্সীবু শাংদোকহঞ্জনবা ঐখোয়গী লম্বীদা তিংখংতনা শো শাগ্রবনি। ঐগী ইরৈবাক্লা, ইজাতিনা অমদি মীওইবা 'পুম্বনা অসুম মথং মথং শিখনরকপা মতৌ অদূবু লেপ্তুনা ঐনা অসুম য়েংলি শ্রীমতী। লম্বীতদা কোয়না চৎলি, ইরমচৎ ইতৌ অসিবু নোংমতসু লংখৎহনবা নত্রগা ঙান্থোকহনজবা ঙম্নক্রি, ঐ অসি লমচৎ নাইদবা মী থরগসু থেংনরুই, মখোয় অহুসু মাঙলবনি, মতৎ মতৎ তৎনরবা ঙাক্লনি। ঐখোয়দি তাইবঙ মপুবু খক থাজদে, চাওখৎপা অমদি লৈবাক মচা তাবগী মরমদা ঐখোয়না করিসু ধোশানরুবা লৈতে, পুন্সীগী মশীং লাকহমদ্রবা নুংঙাই য়াইফবা অমদি ওইরকপা য়াবা খোঙঙ পূম্নমকপু ঐখোয়না শম থেংনা করেম্নে, মরম অহুনা করিগুম্বা মফম অমদা মশাগী করিসু খনবা লৈতনা পৃকচেন চাউবা ফোংদোরকপা কনাগুম্বা অমগী মপাউ তাবা ফংলকপা মতমদদি ঐখোয়না শংপেক হেক থংনৈ, অহুগা মরম চাদনা লোনচৎ-ব্যবহার ফজবা কনাগুম্বা অমবু উবদনা ঐখোয় পূম্নমক ঙকপগী থেংবা হায়বহু ওই,— অসুম তৌনা মীওইবা জাতি পূম্নমকপু ঐখোয়না কনাবুসু য়েংনীংখিদে। ঐখোয়না শঙুই, পৃথিবী অসিদি অরা-অ[illegible]তগী, ওৎপি-নৈবীবতগী, চৈনাথোন-তগী অমাদি থরায় রাবতগী মশক্লি। নোংমদি থনৈ,— চৎসি, য়ুহুম থক্রুরগি, অরাবসি কাউহন্দবা য়াদে। অ[illegible]বু ঙস্থোকপা হায়বহুনি, ঙাওরগহুম তেম্না রাশিল্লকই, হান্নদগীহুম হেন্না থম্মোই অসি ইহাঙ হাঙজিল্লকই। মতম অহুদদি মহাক্লা হেন্না-নৌবা অমত্তবুসু তৌরক্রে, হান্নদি চৈনাখোন ফংবদা মিত্তগী পিহুম শিন্থরম্মী, হুজীক্তি তারক্কদবা পি অহুসু খক্তোকপ্লে। য়ু থকচিল্লগা অতৎপা লৈতনা ঐখোয়না লেকচর তৌথি— মহু ঐখোয়গী অঙাওবা ইতৌ নত্তে

শ্রীমতী, ঐখোয়গী থম্মোই-লকানুংগী ভাওচৎনরবা নীংবা কায়বগী তেংথা-রোন মক্তনি। কয়াগী মতিক ঐখোয়না চৈনখোন খাঙখিবগে হায়বহ্ খোরিচরম অসি হোগায়হ্না মীয়ামদা উংকে হায়না অমুক অমুক খল্লকই, পূকনুংগী থম্মোই অসি ককথৎলগা পুথোক্লনা ঐখোয়গী অরাংপহ্ কদাই-দনো, অনংবনা কৈদনো হায়বহ্ হেক হেক উত্তুনা য়েংহন্নীংলকট। ঐখোয় অসি সমাজনা লৎনবিরবা চঙনফম লৈজদ্রবা অদুগুম্বা কাঙবু অমনি। ঐখোয়না করি অমত্তবুসু য়ানীংলমদে। গুরুজনশিংবু কিনা-লুনা তৌবা, লৈবাকমচা ভাবশিংবু ঈকাইখুম্নবা, নুংশিফম থোকপা মীবুনা পেনবিবা—অসি পূম্নমক অসিবু চুম্নগী চীনবান থোঙতগী ওইবা, মপানদা মীবুভা উহনবা, অদুগুম্বা করিসু কাম্নদ্রবা-হামচৎমরবা পোং ভাক্তনি হায়না খল্লকই— মখোয়শিং অসিবুদি ঐখোয়না খমথেংনা থৌশাদবগা লোয়নননা নাকোই থৈথ্নবা চংনৈ, মখোয় অসিবু য়োকথৎলুদ্দুনা করিদি কাম্নগনি? মীনা নুংশিদনবা শৌদাক তৈবতনা ঐখোয়গী লেমজবনি, অথৌবা মিংচৎ শাগোম্নহ্নবা হিংনবনা ঐখোয়গী নুংঙাইজবনি। ঐখোয়গী ভাথৌ-রাহৈতনা নায়কৈ মরিমক পূমনিন নিম্নরক্লবা মতম অদুদা ঐখোয়না মদুবু য়াম্না হরাউনা তরাম তরাম ওকৈ, পেন্নৈ অদুগা লোম্না লোম্না মখোয় অদুবুদ্নম থাগৎনৈ। সমাজগী মপূক মথক্তা লেপ্তুনা কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা পাঙথোকপা ওমগ্রে হায়বা ভারবদি ঐখোয়গী পেন্নজবা লোইরবনি, থম্মোই মনুং মনুংদা হরাউবা ঈথক হোনরকই। ইরৈপাক, সাহিত্য, দর্শন, রাজনীতি, ইতিহাস— মখোয় অসিগী মরমদা ঐখোয়না হেক হেক বক্তৃতা তৌবা মতমদা কোয়না ভারিবা কাঙবুনা ঙকপনথৈ তানৈ, মখোয় মশেন হায়নৈ, ঐখোয় অসি কয়াগী মতিক লাইরিক হৈরিবা অদুগা কয়া য়োনা য়োনা উশিল্লিবা! মতুংদদি, ঐখোয়গী ইরাহৈগা ঐখোয়না তৌথোক্লরকপা থবক্তা অনিমক চান্নরক্রে, মনুং-মপান অনিমক থেন্নরে হায়বসি মখোয়না উনরকলে। মখোয় অহ্ শাউনরকলে, লৈখাতাবা ঐখোয়গী ইতৌদসু রান-বীরকলে, মপূক্লীংসু নুংঙাইনবিরমলোই হায়না খল্লি। করিদি তৌগনি শ্রীমতী? ঐখোয়বু তশেং তশেংনা নুংশিবীবা মীশিং অদুবুনা ঐখোয়না খায়দগী হেন্না অরাবা ফংহল্লি, মহ্নগী চৈনাখোম অহ্নুনা হনজিল্লক্লনা ঐখোয়গী

থম্মোইবু থিনগায়রে, অদুবু কমদি তৌগনি, উপায় অমত্তসু লৈখিদে। ঐখোয়না কিনা লুনা তৌজবা, ঐখোয়না নুংশিজবা মীশিং অদুতবু করিসু খন্দবমখৈ ঐখোয়না থোশাবীদে, মরম ইচা চাদনা হেক থাজদবা পোক্লকই অতুগা অমরোমদা পৃক্লীং অসিদনা মখোয় অতুগীদমক অমুক মিনুংশি চাউরকই। কোয়চৎ কোয়চৎ চত্তুনা লম্বাতদা অসুম লেপ্লি। পৃথিবী থুংনা শাংলিবা লৈরাংশিং, খোংলিনা উচেক-রাম্মাশিং, ঋতু লাইরেম্বী-নহাশিংনা শেমহুনা পুনরকপা লৈচন্দনশিং; সনামচু মাল্লবা নুংশা মঙান্দা ঈরং ঈরং লংবা শরৎ-থাগী আতিয়া মকোয়—মখোয় পুম্নমক অসি ঐখোয়দদি ঙম্না কাউথোক্লগ্রবনি। শারবা কালেন-নুংশা মরক্তা কুলি অমদি খুৎমুমন চাবা মীওইশিংনা নুংশাগী মৈশাদা কয়াগী মতিক কাহৎনবা, পুমহাঙ হাঙবা অতিয়া মকোয়না খোরাংবনা কমদোনা মরৈ হা হা তমলিবা, কুংলবা ইঙেন-নোংহোদা অহোবা ঈযুং মনুংদা ঈশিংগী মখুত্তগী মশাবু কঙনবা হোৎমজনা লায়র-চুদৎনবা মীশিংনা কমদোনা মতম লেনজবা, িংগম থাদনা মন-দা কুপ্লবা মফি মতৎ অমা লৈজদবা, অঙৈংবনা লাকহৎপিরবা কাঙবুনা মশা থক থক নীক্তুনা করম খাঙনবা— অসি পুম্নমক ঐখোয়দি ইমিৎ থিংনা থিংনা উনরকলে। অনাবা অচৌবদা উনা উনা গী পুম্নমক পুমতাক পুমতাক কয়া ডাক্লগ্রে, চাক-তাঙবদা, ঈশিং ঈচাউনচিংবনা খুদোং থীহল্লবা মতমদা যুগ কয়া কয়াদা মীওইবনা মচা-মপুবু য়োম্থোক্লখিবা, নমহুনা মাগী চাকথুং পীরদবা য়ারোই চায়বদগী অহল ওইরবা অপোকপা মপাবু মচামক্লা মখোঙ্গেঙ মেত্তুনা লোম্না হাৎনখিবা কয়া কয়া— অসিগুম্বা কুম্মৈ মখলশিং অসি লেপ্তুনা অসুম য়েংলক্লবনি শ্রীমতী। অসুম তৌনা ঐখোয়না উরকপশিং অসি ওক্থোক্লা মশীং য়ামগ্রে। ঐখোয়গী থম্মোইদি শিখিবা কুইরবনি, মীওইবগী লৈবা হৌনবা অথোৎ-অমেঙ পুম্নমক অদু ঐখোয়গীদি ঙম্নমক কংশিমগ্রবনি, ঐখোয়দি য়ুমতাক-কৈতাক্লবা হায়বদু ওইরবনি। ঈরৈবাক-কী মথোন কাবা-ঈনখৎলকপা মতৌ অদুনা ঙসি বন্দী ওইদুনা তেংথা-নাউরোয় কপলি, মাগী মমিত্তা মঙান য়াওদে, মনুংশা-স্বরূ হোন্দোক হোনজিনগী নুংশিং কংজদে, মথবায় হিংনজনবা মচৌঙ্গাকসু লৈজদে। অদুগুম্বা মথোন কাবা অদুবু ঙসিদি তুহৎ-নৈহৎপিরে। ঈকাই-ঈকিতনা

মায়কৈ মরিমক লাং শাখরে ; মাগী শেনগাউদা শেল লৈজদে, শাসন-চৈফ্না মাগী চেঙজেননি, মুক্তি হায়বদু মহাক্তি থক মশক খঙজদে। শ্রীমতী, মীগুম্বা মী অমা ওইনা ইরমচৎ-ইতৌ ফজনা নুংঙাইনা হিংজগে থল্লম্মী, অদুবু হিংগনা লৈননবা মফমদি কদায় ? মখোয় অগী মরক্তরা ? অসিগুম্বা অরা অনং, অসিগুম্বা ঈকাই-ঈকি, নুমিৎ হেক থূদীংগী অসুম ওইগনতা লৈবা ইথোঙ ইথূৎ পান্দবা অসিগুম্বা মতৌ, লৈথা তারবা সমাজ, মশক থীরবা লৈবাক্কী চৎনবী অমদি তূক্কচনবগী মশক ওইরবা লোনচৎশিং—মখোয় অসিগী মরক্তবু কমদোনা হিংগদোরিবনো ? ঈকাইবা লংবদগী ; নীংঙম্লক্তবদগী স্বর থিংদুনা মথক্তা শিজখিবা কনাগুম্বা মীওইবু মহাক করিগুম্বদা উখ্রবরা শ্রীমতী। চেকপন্দা মমায় গুগায়জগনা ঈহং-নাইহং শাখিবা অদুগুম্বা মীওইবু করিগুম্বদা উখিবা লৈখ্রবরা ? উপায় লৈজদ্রবা, মরান লৈতবা নিপা-নূপী কয়ানা মশাদা থাউ হৈজিল্লগা মৈ চূদুনা মথন মথন্নতা শিনজখিবা অদুগুম্বা মী করিগুম্বদা উখ্রবরা ? মহৈ-মশিন হৈংখ্রবা, লৈবাকমচা তারবা অচৌ-অশাংগী মচা-মশূনা অমম্বা অহিংদা রেল-লাইন মথক্তা মোনখাঙনহুনা মতৌ করম্না শিজনবা ঙাইদুনা লৈবগে হায়বদু করিগুম্বদা নহাক উখ্রবরা শ্রীমতী ? মমা ওইবীনা অপোকপা মচামক্কী চীঞ্জাক্তা করিগীদমক তূ য়ানশিন্দুনা পীজরিবনো হায়বগ্র নহাক খঙলবরা শ্রীমতী ? কক্সি-লাউবীনবা লৈত্রবা কনাগী পুন্সীনা করম্বা মতমদা মিংকূপ অমগী মনুংদা হেক্তমক অরেম্বা অমদি তূ চেনবা পুন্সী ওইরকপা য়াওবগে হায়বহ্র করিগুম্বদা নঙনা খঙবা য়াওখ্রবরা ?’

ঈমুং-লময়ায় থুংনা হংগৎ-হন্দা চত্তূনা ময়াই-কাবা খোম্থাঙদা জহরনা অমুক হায়থরকই ; ‘লম্বী থূদাং কোয়না চংলি শ্রীমতী ; অসিদা, আ-দা, মীরৈবাক্তা, সমুদ্র-ব্রাংমদা কোয়না অসুম চেন্দুনা থাঙই ; উথক্তগী কেল্লকপা উনা অকংবগুম অসুম কোয়পাই পাইদ্রমতা লৈ। অশূকপা উরক্তা, চীংথক্তা, সমুদ্র মপান্দা, তুরেনগী লৈঙোইশেকৃতা মথক্তদা থিব-থঙদবমথৈ অসুম চত্তূনতা লৈ, মীগী মশক উরগা কিবনা ঙকূই ; থম্মোই মনুংদা মখল অমগী মখোল থোক্লকই। ঐগী ইশা ফবা ফত্তবগী মরমদি মখোয়গী মথূত্তা লৈরিবা অদুগুম্বা মখোয় অত্তনদি অফবা ওইদ্রবদা ঐ ইথক্তনা ফজবা ঙম্নবা উপায়দি লৈতে। মখোয় অদুমক্তা হংগোইমফম

ওইগ্রবদগী হিংজনবা হোৎনবদা ঐনা অমুক রাবনি। হল্লক্তুনা ঈমুং মনুং শাগৈ নাতে মরক্তা অমুক তিল্লরগে থল্লকই; মখোয়দুবু অমুক নুংশিরকই। ঐদি ইথভনি, নায়ত্তোম পূমতা তারবানি। মখোয় অদুগা ঐগদি মাম্না লাপ্না কায়থরে,— মপান নাইত্রবা সমুত্রনা মরক থন্দুনা লৈয়ে। মখোয় পূমমকপু কোনশিল্লরগা হৌনা অমুক্তং লাউজগে থল্লকই— মখোয়না থল্লিবা মীওই অদুমক্তি ঐ অসি নত্তে। ঐসু নুংশিবা হৈ, নীংখিনা ইয়ুম-ইকৈ লিংবা গুম্মী; নখোয়বু নুংঙাইহনবসু মগুম্মী; পৃথিবী-অসিদা মী অমা হায়বদু ওইনা হিংননবা হক অদু কনাদগীসু ঐগীনা হন্নবা নত্তে। অদুবু নত্তে— মখোয়বুদি ঐনা তুক্কচৈ। ঐগী শাগৈ-নাতৈশিংগী মল্লক্তদি ওন্থোক্লমক শাথীবা মওঙদা মহৈ-মশিন হৈনদ্রে, পঙথনরে; লমচৎ-ব্যবহার থঙনদ্রে; অথীবা অমদি হকচাংগী মাংঙতাক্রবা ওইবা মওঙতদা হিংননবা হোৎনথরে। ঐগী শাগৈ নাতৈশিং অদুদি খ্বায়দগী হেনবা ঐগী ঈকাই-নীংঙাইনি শ্রীমতী! অদুবু মরাইবক থীবশিং অসিগী মরালদি করিনো? মখোয়না লৈখা তাখিবসিগী মরমদা মশা মশাগী দায়ি মচেৎ অমা ক্ষাওবা লৈতে হায়বসিমদি ঈরায় লায়না অদুমক খঙনরবা রাক্ষমনি। ঈশ্বরগী মিংদা মখোয়না মশাগী ধর্ম্মনি হায়দুনা মঙ-হাগুম্বা পোৎপুসু হেক্তমক থাজবা অদুগা মশাগী নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্মবুনা হেক্তমক তাথীবা তমলি, সমাজগী মিং থোনজিন্দুনা মখোয়না মীবু ওৎপা নৈবতমক হৈনরি, নীতিনি হায়জিন্দুনা মশা মথন্তবু মশানা মীনমজবা হোৎনরি। লাই, লাইশঙ, মীগী চৎনরোল, শাস্ত্র অমাদ নরকতবু কিনবা— অসিগুম্বা অসিতনা ওৎপ নৈবীবদা মখোয় মখোয়গী মপুন্সী অদুবু কীম্বহল্লি অদুগা ঈনখৎলকপা নহা ওইরিবা মশা অদুদনা করিসু মপাংগল মাওহল্লি। অরানববু চুমদবনি হায়না শন্দোকপা মখোয়না কি, মীনা তুহৎপিবগা মায়োক্তা থবাক লোংনা লেপচনবা মখোয়গী মথৌনা লৈতে; চুমদবা রাজেন-বিচারবু চুমথোক্রবা অচৌবা শক্তি অদু ক্ষাওবা মখোয়গী মশাদা য়াওখিদরে। শ্রীমতী, মীখা পোল্লবা জাতিবু মীনা খোঙনেৎনবগী মরমদি যুগ কয়া কয়াগী মখোয়না লঙশিজরকপা মপাপ অদুতনা ঋমদি মতম কয়া কয়া চুপ্পা মমিং পাঙ-লক্রুখা অদুগুম্বা মশাগী মরাল অদুতনা তৌহল্লখিবনি। মরম অদুনা

মখোয় অদুবুদি ওৎপা-নৈবা অমদি হিংসাগী থবক তৌরক্তনা মশাবু শেংদোকপিবা হায়বহ্ ওইগদবনি। মখোয়দি, মখোয়বু শাজৈনা ভৎপ-মথৈ ফুবিরিবা, মঙক্তা থৌরী হুকচিনবীরগা ফাঁসী তৌদুনা হাৎপিরিবা, ঈশিং মনুংদা নমশিল্লগা লম্বুনা থিনবীবা, হুই থৌজ্জিন্দুনা চীকহনবা মঙক-কনবা অরৈবা মীনাইশিংবু ভাওহল্লগা থাদোক্কনা অহিং অমম্বদা মকোক কেলহল্লবা তৌবীবা—অহ্‌ওম্বা মখোয় অহুতগী মথুক্তা মখোয়গী মুক্তি ফংজকমনি।'

ময়াই কারবা মাগী মমায় অহ্ উরুবদা শ্রীমতীগী মীৎয়েং অহ্ থক্-থক্ নীক্লকলে। খোঞ্জেন নীক্লা নীক্লা মহাক্না অসিদংদি হায়দোক্-চরকপা ঙমখি—'অহ্নদগীদি?'

অহ্নদগীদি করিসু লৈত্রে শ্রীমতী; ঐ ইথন্তা নায়তে'ম তারে; কনাসু লৈত্রে। পুম্নমক লৈন-লৈনমক চাক্লিথ ওইরয়ে। ঐগী ঈনখৎলকপা মত্তাং অহ্ অসুম্না অহুম্নক অরেম্বদা চৌখরে। নুপীগী জাৎসু অম্বাম্বা উরকলে অদুবু মখোয় অহুগীবু করি লৈজখগে? মতৈসু মশিনসু করি অমত্তা লৈত্তে; মশাসু ফত্তে; মখোয়গী থম্মোই লকানুং অহসু অমম্বা লৈচিন্না কুপশিল্লি; পুন্সীদা অরাংবা ফিদম অমত্তবুসু তানখৎকে মীংনদে—মখোয় অহ্‌ওম্বা অদুনবু নুংশি নুংওনগী করি অমুক থঙলমগদবা লৈবগে? নুংশি-নুংওন হায়রগা মখোয়না লু-তোংনা শাবা হকচাংদগী ফংবা হৌনবা অহ্‌ওম্বা নুংঙাইবা অদুতবুনি হায়না থঙনৈ অহ্নগা ইশা অসিদগী করিবু পীনীংঙাই লৈহ্না ঐগক্লসু মখোয়বু কমদোনা নুংশিরুগদোরিবা? করিসু লৈজরবা, চন্দ্রবা বাঙ্গালী মচামঙনি; হৌখিবা পুন্সীসু মখোয়গীদি অমম্বনা কুপখ্রে: তুংগী পুন্সীসু লৈচিন্না মমখ্রে, লৈখোম লৈনাং অমদি অমোৎ-অকায়তগা য়াওন্নহ্নবা মতম লেল্লি— মখোয় অহ্নগী থম্মোইনুংদা নুংশি—নুংওনগী ময়োন চোংহল্লক্লবা অহ্‌ওম্বা অচৌবা মপুকচেন অহুদি কদাইদগী লাক্লনি? মতৌশিং অসিতবু ঐনা উরি মহুদি— বন্দী ওইব-ভনা সত্তী শকচবা; তিন্ননীংবা ময়াইভদা লাঙতক্লবা, গর্ভপুবগী অরাবা খঙজবা হৈনবী;— ঐনা উরে, লুহোঙলবা মতৈ-মনাউ অনিগী মশক-খীরবা মুম্বান লৈবানশিং;— নুংশি-নুংওন হায়বহ্ ঐদি থক মশক খঙদে! নুংশিবা প্রেম? মহুদি কেথোক-মৌথোক্লবা সমাজগী মাঙদা শায়বা

লীলানি। নুংশি-নুংওন হায়বদুবু লৈবাক অসিদা লৈরমগদরা ? খরদং লৈরিবা অদুসু শীংথাবা য়াদ্রিবা নাটক নভেলগী ঈচম চম্বা মচাক মথৈতনি।

'ঐবু ঙাকপিয়ু শ্রীমতা ; কনাগুম্বী ভদ্রমহিলা অমগা মায়োক্নদুনা তুক বা-লান ঙাঙনবা অদু ফাওবা ঐদি কাউথোকখ্রে ; খনুং অসি কোহ্লিং কাখরে। ঐদি নুংশিবদা মতিক চাদ্রবনি, অদুগুমদুনা নুংশিববু ফংলুবসু ইত্তিক ইপা নত্রবনি। নঙবু ফংজনসিদা ঐনা কিরিবদি করিগুম্বদা নঙগী ইজ্জৎ মাঙহনবা থোক্লকদরা, নঙনা অমুক থম্মোই শেংনা মরূপ অমা ওইনা লৌশিনবীরিবা অসিগী মতিক চানা চৎপদ্ম করিগুম্বদা হেক ওমুকলোইদবরা হায়বা অসিতনি। নঙনা পীনরিবা অথীবা মিংচৎ অসিবু ওসি ঐনা ইকোক থক্তা থোংহ্নুনা চৎচখিগনি— ঐদি ওক্তবনি, লমচৎ নাইদবনি। মসি ঐগী লেমজফম নত্তে ; ঈকাইনীংঙাই মশক্নি। নঙনা ওম্বা থোক্লবদি ঐবু ঙাকপিয়ু শ্রীমতী।'

মরক অসিদা ; লখদা-খামৈগী আতিয়াদা অসুম অসুম মমশিল্লক্লম্মী, অমুক কুইবসি অমম্বা মরক্তা কনানসু অদোমদদি য়েংথোক্নরমদ্রি। হন্দক্তি খঙহৌদনা নোংমদোন-আতিয়া মকোয়বু অনি থোক্তা চিংখায়হন্দুনা অরংবা নোংথাঙ মঙাল অমনা ঈমুং অদুবু ফাওবা অমুক্তং ঈথক থক-হল্লমগা হেক থংনবা মিংকৃপুনা উনা উনা মোং গুরুঙ গুরুঙ ঙংলকলে।

মপান্নোমদা য়েংথোক্লগা শ্রীমতীনা ভক্কিং তফিং হায়রকই ; 'কদাই-দনো নঙবো ?'

অরেপ্পা মক্ষম কদাইদসু নত্তে ; 'ট্রেন মথং মথং তোংহুনা অসুম কোয়গদবতনি, থাগী তবল অমসু মকংগনি।'

য়াম্না লাঙতক্নবা মতৌনা শ্রীমতীনা হায়রকই ; 'নঙগী নকাদা ঐনা লঙজবা করি লৈগ্রবগে ? ঐনা নঙগীবু করি তৌগ্রবগে ? করিসীদমক্তা চৎকদোরিবনো ?'

জহরনা হাইফেৎ নোক্লকই। হায়রকই ; নঙগী নরাল নত্তে শ্রীমতী ; ঐতনা ইতিক চাজদবনি। নঙদি ঐগী ভক্তি-শ্রদ্ধা তৌনফম মশক্নি ; অঙকপা নঙগী নতিক মগুণ অদুবু ঐনা খুরুমলি। ঙসিদি থাপ্পা চৎগ্রগনি, লম্বী-লম্বীতদা কোয়দুনা লৈগ্রগনি, অরু-অরুবা বাহংগী পস নমথায়দুনা

চৎকদোরিবনি; অদুগা মরক মরক্তা নঙগী রাম্‌ অমুক অমুক নীংশিং-লক্তনি। পুম্নমক লৈহনসু করিসু অ'ন্তা লৈজদ্রবী নহাকনি, অদুম ওইনমক নঙদি য়াম্না রাংথ্রবী অমনি। নশাদা করিসু পাপ চেঞ্জদবী নহাক্তি, অদুবু নঙনা ফংলিবা দণ্ডিমত্তা অসিদি কম্নাদগীনো! নহাক্তা থবক ভোনবগী-দমক্তি চোংথোকলি অদুবু হি'হুনা লৈবগী নুংঙাইজবদি নশাদা করিসু য়াওজদ্রে।' হায়গুনা জহর অদু লেপখৎলকলে।

মপান্দদি অকনবা নুংশিং শউম লোয়ননা অচৌ অচৌবা নোংলী-মক্তনা রা-রা লাউনা কন্না চুথরি। নুংশিংকী অকনবা শউমনা মপান্দা শাউরবা লমলক-শা অমগুম অসুম প্রোক প্রোক নৈরকলি।

হোৎজুনা শ্রীমতীনা হায়রকই, 'ঙসি নহাক শোয়দনমক চৎলগ-দবরা? অদুদি ঐ লখিয়াবু কৌরগেদো, মাগী মরা হিক্তোক্তুনা অমুক্তা চৎলু য়েংসিনে?'

মাবু থামহুনা জহরনা হায়রকই, 'মঙোন্দগীদি নঙনা হায়বনা হেন্না লুম্মী শ্রীমতী! অদুবু ঙসিদি ঐ চত্তবা ময়াদ্রে, ঙসি অসিমক ঐগী চপচাবা মতমনি, খুদোং খীবা মরক্তদা ঐগী হংগৎ-হন্দা চৎফমনি। নঙনা ঐবু ঙাকপীয়ু।'

'অমুক্তি লাক্লরোইদবরা? কৈদৌঙৈ অমুক উন্নগনি?'

'অমুক্তি লাকখিবা য়ারি, নহাক অসি নত্তনা ঐগীনি হায়বা কনাসু অমত্তা লৈত্রে হায়বদু ইশা ইথন্তা তশেং তশেংনা খঙজরকপা অদুক্তা নুমিৎ অদুমক্তদা অমুক হল্লকখিগনি শ্রীমতী! নঙগুম্বী নুপীগী নখোঙ খুম্না-খাদা ঐ অসিবু নোংমা—' হায়না হায়না জহরনা মাংগোন লাম্থোক-খিদুনা মখাদা কুমথখরে।

থোঙনা অমদা মশা চীকথহুনা ছাথরগা লেঙবা ওৎপা ঙমদবা থরায় শান্দবা পোৎ অমগুম শ্রীমতীদু লেপ্তুনা অদুম লৈহোরে। মমায়দা মমিত্তা ঈ থাংবগী করিগুম্বা খুদম অমা ফাওবা উখিদ্রে, মশা মনুংদা ফাওবা মিহুল হুনখিদ্রবগুম তোপ্রে।

# চহি মরিগী তুংদা

চহি মরিগী মতুংদা নোংমা অহিং মিংশেঙ খাঙহনা শ্রীমতীনা চিঠি অমা ইখি :

নুংশিবা,

মতম অসুক কুইরবগী তুংদা নঙগী চিঠি ফংলে। ফংগনি হায়বা ঐ খল্লমদ্রবনি, ওইথোক্কবনি হায়বগী নত্তে, রাখনগী য়াংমদা লৈগ্রবা পোৎনি হায়রুননি। চিঠি ফংবদগীদি ঐ অসি নুংঙাইরবা হায়বহ্রা? খঙদে, অরাবা খরহুম ফংলমাল্লে নীংই। নঙগী চিঠি মরোন অসিনা ঐবু অনৌবা রা অমথক তাহল্লে, হায়বদি হান্না ওইরমদবা নঙগী অনৌবা পরিচয় অমা ফংলে।

নঙনা বিদায় লৌখিবা নুমিৎ অহ নীংশিংলিবরা? লেপ্পমক নীংশিংলমখিগনি। নিপা হায়বসিদি থোদোক অদূবুতা কাউদনা লৈ, ঐখোয়গী পুক্নীংদনা! পোলোইগী মহৈ অদূতবু অসুম পন্দুনা লৈ। পোলোই অদূতবুরা? নুপী হায়বসিদি অম্কসু হেন্না লুথবদা লূপ্পনা লৈ। মখোয়দি থোদোক অহগী মতুংদা লৈরিবা পুক্নীং অমদি থম্মোই অহুভদা য়েংহনা লৈ। ময়ম অহুনা মখোয়দি য়ারা তাবা হৈনৈ, নিপানদি লীলা-ড্রামাতবু পামনৈ। মীগী মরমচৎ-মতৌগী রা নৈনবদা নুপীশিংগী অঙকপা ফংনা নুংঙাইজবা মতৌ অমা উবা ফংই অদূবু মহুগী রাফম অহুদি লৈখিসনু। নঙগী চিঠি অসিনা ঐঙোন্দা লোন্না লোন্না তমলি. নঙদি হায়গীহ থক নত্রে। মতম খরগী মমাঙদা রাফম অহমক ঐসু খল্লম্মী। নং |য়গী লমচৎকীদি প্রগ্রেস লৈ. চৎপা নাই. ঐখোয়গীনা মহু নৈতে। ঐখোয়গীদি মঙাদা ওইবহ্ য়াখ্নেদসু অহুম্মক ওই। ঐখোয়গীদি কাঙখুন্দা মপাম শারগা মহৈদি আ মতোন্দা কোন্না ফংলৈ। ঐনা খঙই, ইশানা অসুম্না হেক্কমক য়াথোকচবা অসিদা নুপীশিংগী পীকথবা করিসু ওইরোই, মখোয় অপীকপদি নত্তে অহুমদি ওইরপা ঙমখৈনা লোম্বী লৈপাক লৈমঙম মখোয়সু ঙমখৈনা লোম্মী। অহুগা নখোয়দি? নখোয়দি আত্তিয়াঙম্মী— ঙমখৈ লৈত্তে। তশেং তশেংনা ঐগী ইশক খঙনবগীদমক নল্লাক্না ইনাক্কগী

থাপ্পা চখোকখিবনি। মতুম তৌনগল্লি। অতোপ্পবু খঙগে হায়রবদি ইশাবু হান্না খঙখিগদবনি। তৌইগুবসুং মতুংগীদমক্তা শেংন-খাইনবমক্তি থোইনা কান্নবা লৈখিবা নত্তে, হকচিন্নরুদ্রগা লোইরে। কনা কনাগুম্বা মীওই অমমম্নসু মওঙ অসুন্না অতুম্মক তৌনৈ মখোয়না, মশাবু য়াম্না থাপ্পা পুথোক্তুনা লম্বা লমখাঙগী নুংশিং য়ৈহল্লগা মশা মথন্তবু হেক হেক নৈনজৈ। মতুদগী ফংলকপা ফলনা অসুম তৌই, নঙগী নফমদা ঐ অসিদি অতুম্মক ঐ ওইনা লৈহৌই, অতুগা নঙদি আইডিয়াদগী হেনগৎনা চৎখৎখরে। নঙদি নশাগা নপুন্সীগা খক তিন্নরমদবনি অদুবু হন্দক্তি থিবদা মান্নবা আইডিয়া অমা ফংলবতুনি, ঐগীন্তু নঙোন্দা নাত্তে অমদি ফংলে। নুপীদি নাত্তে য়াম্না পামজবনি।

করম তৌরিবগে হায়না খঙনাংতুনা হংলক্লি। করম তৌরিবনো মতু শেংনা হায়বা ফনা লুই। নুপানা করম্বা মতমদা কমদোনা লৈবগে হায়বতুদি তাইবঙ মপু ফাওনা পাক খঙবা ঙমদ্রিবনি। মতুগী অর্থদি, খঙঙম উঙনদ্রবা অরোন-অধুপ অমনা মখোয়বু মতম 'পূম্বদা অসুম কোয়শিন্দুনতা লৈ হায়বা নত্তে. মখোয়গী শাজৎপু কনামা খঙগদগে হায়বসিদি নখোয়ন্তগা মচান্দগা ভাব মঙায়। মতুদি নখোয়গী ভাবনা শাগৎপা মিৎয়েংনি। নুপাদি অঙৎপা লৈতনা মচু ওল্লি, মতু খঙঙমদ্রবা শাজৎমক্তি নত্তে, মহৌশাগী ওইজবা মনাংনি। ঙসি নুমিদাংবাইরম লৈকাইগী নুপা অমা কোয়খোরক্লম্মী; চৎনমদাইদা মানা হায়রম্মী, পৃথিবী অসিদা নুংঙাইরিবদি ঐ অসি মঙায়রে। য়াহৈ অতু ভাবদগী হোতুনা অসুম খল্লকলিবনি, ঙসি অসিমক নঙগী চিঠিগী পাউখুম পাগদবা মতমনি। মাগী য়াহৈ অতুনা অথোবা পতুম অমগুম কক্ কক্ থিন্দুনক্তা অসুম মরৈরে। নুংঙাইবতুনা ওইরমাল্লে; মব হোন্দোকপা ফংজদরে। অতুমদি ওইরগা অয়াবগী শক্তম অতুমকসু ইমিৎ অসিদা উবা ফংদে; অশেংবা অয়াবা হায়বতু করিগুম্বা অমত্তুং লৈজরম্বা থোক্লবসু মতুগা লোয়ননা হাইফেৎসু মশান্নজগদবনি, হুর্জেকী মতম অসিদদি মতু থবক্তসু মকান্নরক্লবনি, মথল মখা অয়াপ্পা অয়া অনংগী ব্যাখ্যাতনা ঙসি ঙরাং অসিদি লৈবাক্কী নুংশিং আসবু ফাওবা শেংহন্দ্রবনি। নুংঙাইজরবা ঐগী হিপ্পফমদা নুংজ্রেঙতনা চক্ চক্ খিল্লে. পূন্নমক লৈনা লৈনমক করিসু

লৈজদরে অসিনচিংবা অরায়বা মমলগী শৈরেং ওইত্নবা তোক্লগদবা রাহৈ অসিদু ঐনা থক হন্না হন্না হায়নীংদে। পুন্সীদি পুন্সীনি— শৈরেং ইবনা মহুগী শরুক অমবুদি ওইরবসু ময়াই অত্নগা পুন্নমক্তি নত্তে। হোয়, ঐ নুংঙাইনা লৈরি। করিগীদি নুংঙাইরোইদোরিবনো ? শমনা হায়রবদা ঐ নুংনাঙবা য়াওদবতসু নত্তে, চৌক্লসু য়াতাজররবনি। নঙগী চিঠি অসিনা ঠিকানা ওস্থোক্লুনা লাক্লগা ঐগী খুত্তা থুংলবা অত্নগ্ধা মকম অত্নদি অনৌবা লৈবাক অমনি, মতুগী অকোয়বদুসু অনৌবগী অনৌবা ঙাক্তনি। হিপনা হিপনা ঐনা নঙোন্দা চিঠি ইরিবা কা অসিদি ইনা কুপ্পা থাংপোক মচা অমগী ঈমুংনা, শাংউং অমদি লৈপাক্কী ফক্লাংনি, রাগী য়ুম্বীনি, ঈমুং মনুংদসু ইচম চম্বা লৈতেংমক্তনি, থাউমৈনা মুংলি মুংলি ঙাল্লি। ইঙক ঙক্লা থোক্লবরা— কমদোই ? ইশামকসু ঙকশিল্লকই। পুন্নমক থাদোক্লম্লগা মফম অসিদা লাক্তুনা লৈরবা অসিদা হায়ফম থঙদনা পেক্সবা অমা মতম পুন্নমক্তা ইশাদা ফাওত্নবা লৈ। পুন্নমক লংশেক-লম্লগা রাজগে হায়না নারায়ণ লেপচহ্ননা লম্বোইথোকখ্রবনি হায়না ফকাদি থক্লরুগন্‌— নিপাওম্না লম্বোইথোকপা হায়বসি নুপীগী ধাতুদা থক য়াওরক্তে— অফ-নুংঙাই মতৌ পুন্নমক লংশেক্লম্লগা থৌমক ওইনা হেক লায়রা ভানবা হায়বসি ভরামাপন শুবা শতাব্দীগী পুক্সীং মতানি; অনংবা হায়বহ্ন ঐগীদি য়াওদে। অং, ঈমুংদগী মপান হেক থোকপগা মাংগোন লৈ, মতুগী মথাদনা লৈবাক্কী শুমাঙনি, হৈ-লৈ পাম্বীনা শুমাঙ থল্লা হোই, হন্দোক-হঞ্জিন চৎপদা অপীক অপীকপা লৈ পানশিং অত্ননা ঐগী ফীজি হেক হেক য়াম্নৈ। শম্বন ময়া নপ্পা হোবা মাধবী-লতাদা অমংবা নোং-মতুমঙম লৈমায়রোমদা ঈপুং-পুংনা হাইথরি। কোম্থোঙ হেক লাম্থোকপগা লম্বী হেকমক লেয়ে ! লম্বী অত্নদা কাঁসাই-তুরেন তাম্না ঈশিং শোকপা চৎপা য়াম্না নুংঙাই। ঈশিংদা সনাবুন অসুম ভাউহন্দুনা থম্লগা খোরী-য়োনা কুমথবদা ঈশিং মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী ছায়াসু নঙগী ছায়াসু অমত্তবু উবা ফংদে, ঐগী ইশক অসিতমক উরকই। ইফি ঈচোৎ চোৎনা কাখৎলকপা মতমদনা থ্বাঙদা পুরিবা সনাবুন অংদগী ঈশিং নীকথোক্তুনা ইশাদা তারকই। মসি লৈরসনু, অমুক ফাগিককাদি ভোররক্লগন্ন, ইনাক্তবু নঙনা লৈরম্বা থোক্লবদি নাতৈ চাদবা রা অমা হেক্তমক

হায়রবসু য়ারিবনি। কঃদি ভোগনি নুপীদি কাব্যগী মীওই অমগী শক্তম লৌবা অদু য়াম্না পামদ্রে।

সম্পত্তিগী বাফম অমত্তং হান্না হায়হৌখিগে। হুজীক ঐ ঐশ্বর্য্যদগী মুক্তি ফংজরে। ঐগী ইভো অসিগা মদুগা থক চায়দে। য়মাবু মানা ফংকম থোকপা সম্পত্তি শরুক লৌরনবা কোই, অদুবু মহাক্তি মদু লৌ হায়বা য়াখিদে। মপুরোয়বনা মরম্নাই তাক্তবা সম্পত্তি অদুতদা মাদি অদুম্মক পেঙ্খরে। ঐগী অকোয়বদা তিল্লবা মীয়াম অদু নহাকসু উত্রেদনা; মীয়ামগা থবক তৌমিন্নবা হায়বা অসিমক বারৈ চেনখদি সংসার অসিদা য়াওত্রে। মদু ঈচম চম্বা বারীনি! লখিয়াগী বা নহাক কাউদ্রিদনা? শোয়দনমক কাউরমলোই; নত্তনা মাবু নুংশিত্রিবনি! অশেংবমক্তি, অসুক লমচৎ কজবী লৈবাকমচা তাবী অমদি থম্মোই পানবী নুপীদি থক পত্তনা উদে। চহি অনি হৌথ্রবদা খত্তহৌদনা নোংমদি ভ্রকলে, লখিয়া অদু অত্তাং অমা পোক্কদোরে। ঐ হান্নদি করিসু খত্ত-লমদে; তশেংনমক অত্তাং অদু পোক্লকপা মতম অদুদদি মদুগী ঈকাইবদুবু মহাক্না খাত্তজবা ত্তমখিদে; মপুসা চুপ্পা ঐগী ঈমাত্তদা মরাই হাইগৎপা ত্তমলরোই হায়না খনখ্রে। অত্তাং হেক উমবগা ইকুই কুইদনা মহাক হাসপাতালগী কা মনুংদা মথন্তা শিজখরে। অসুক নরুনা লৈমিন্নদুনসু মহাক্নদি ঐবু খত্তখিদ্রে, ঈরায় হেক লায়না অসুম বিচার লৌইশিনখ্রে। মীওইবগা খত্তহৈবা মতৌ হায়বা সিমক্তবু অসুম মতৌই। করিসু লৈত্রবা অপাম্বা মচেৎ অমগীদমকসু মীওইবগী অচৌবা পূকচেনবু ঐথোয়না হেক হেক অপমান তৌনে—বঃহৈ অসিবু লখিয়ানা থাজখিমাল্লে। সংসার অসিদা লুপ্রাবীসু মচা পোকহৈদে হায়বা থক লৈত্তে হায়বসি মনামনিন করিসু নাইহল্লম্বা তৌদনা মহাক্না মথরায় কথোক্তুনা খত্তহল্লমলে। লখিয়া শিখিবদা নুমিৎ অদু ঐ য়াম্না থরায় নুংত্তাইখিদে।

তৌইত্তবসুং মহাক্না শিপ্রবা মতুংদদি শিংলম্বা নুংশিৎ অদু মধাক মথা ওন্থোকখ্রে। মহাক ঐগী শেগা ভাংলবীনি, ময়ম অদুনা হায়প্রিবা মাগী ফত্তবা মরমচৎ অদুগী দায়ীদি ঐগীনি— অসিত্তবা থাজবা অসিভনা খায়গী মিংয়েংদা ঐ অসি হংগোইনফম ওইরক্লে। মীগী থাজবা অমদি নুংশিবা হায়বসিদি মিংকুপ অমদা হেকমক লোইবনি হায়বসি নুমিৎ

অদুদা তশেং তশেংনা খঙখরে। মখোয়না ঐগী ইমায়দা মিংচৎ থীবগী কালি তৈশিনবীরে, নোকৗবা অমদি করেম কথাইনবা চৈফূনা ঈহং-নাইহং শাহনখরে। মহুস্থ মশাহল্লসনু ফরে অদুবু লখিয়ানা থমমশিবা মচা অসিবুদি কদাইদা কমদোনা ঐনা হন্দোকলুগদোরিবনো? মাগী মমা লৈজদ্রে অদুবু মমা অত্তুদি ঐসু ওইবাময়াইদনা। মীরমলেনগী থোঙজীন খুদীংমক্তা নোঙ্গুপ্রবী ইকোক অসি মমা অমা ওইরগা অমুক্কং কাঙখংচবা য়াবয়া য়েংগে খল্লি, নঙনা করি হায়বগে? নূপীগী স্বভাবতা মচা নুংশিবগী মফমনা থায়দগী মাঙ থানা লৈ হায়বসি য়ানীংবা থোক্লবদি ঐবু খুনুংগী মীওইনি হায়না নোক্নগনু; অহল ওইরবা উপালগী উক্রোঙদা অনোবা মহুম শাবহু ঐদি য়ায়া পামজে। অদুবু লখিয়াগী মচা অসিগী হাক্তক্তা অরাবা অমদি ওইরে— লৈফম লৈদ্রে। ঙক্লগনু, তশেংনমক নুমিৎ অদুদা ইকোক অসি লিংশিনফম লৈখিদ্রবনি। অত্তুক চাউবা ইয়ুম-ঈকৈ, লোয়া-য়ুম্ফম, ময়েক ওইনা লৈজরম্বা লুপা-শংবানচিংবা পুম্নমক অদুবু অথাকপা লৈতমা য়েস্পোক্লনা। পূকচেন চাউবা উৎখিবা পুম্নমক অত্তুদি ট্রাম্ফিশিংগী মখুত্তা লোইনা চংখ্রবনি— মরম অদুনা নুমিৎ অদুদা ঐগী লেপচফম লৈখিদ্রবনি। অদুগা করম হায়নবুসু লেল্লগদগে? তাথী-য়া মক্কনা হেক থোক্কঙ য়েথংলক্লনা পুম্নমক থাদোক্লম্নগা মতম অদুদা চেঞ্জখিবদং ঙমজবদি হিংলগদবোই খনখি।

মসি লৈরসনু; লেমহৌবা মখাক খরত্তদি নঙনা তারুবগী কাম্নদ্রে। নঙদি অরাবগা মশক যুম্না খঙনবনিনা ঐগী নুং-পান অনিমক্কী ইতিহাসতি অত্তুম্বক খঙলমগদবা মরৈরে।

চৈফূ চাবা অমদি ঈম্ন কা-নবা চকমল্লবদগী পুন্সীগী খোঙচৎ হায়বত্তু ঐ থেংনজরে। মায়কৈ মরিমক্তদি কয়াগী মতিক লাঙলিবা অদুবু ঐগী পূক্নীংনদি থোয়াঙ চাউদবা, পূক্নী লৈত্তাজবা অমদি থজীঙংনা পেঞ্জবা অত্তুখা অচৌকপা পুন্সী অমবু তপ তৌজরি। সংসারদা খোঙদারকপদগী হোৌনা ঈরাং কয়া তৌরকলে, কাঙবু কয়া শেমগৎত্রে, প্রচারগী থবক কয়া অমসু তৌবকলে, কোয়না চেন্দুনা মী কয়ারক খোমলকলে, থাগৎ-য়াইহ অমদি মিংচৎ ফাঙ্গনা কয়া অমসু কোয়রুরে অদুবু মহুদা ঐগী পূক্নীংদি থক মহুম শাহুনা লৈরকখিদে। ঐনা পামজবা হায়বমক্তবু

অটীকপা খাংপোকমচা অমত্তং, লৈপাল অমা অনিদং, অমেওবা মঙান মচেং খরদং, নুমিদাং মীইরমগী নোংজাবী— মখোয় অসিভনি, ঐনা খায়দগী হেন্না পামজবদি। ঐনা পামজরকপা হায়বা মভু— কনানসু ঐবু উবীদবা, কনানসু ঐবু খঙবিদবা— অমুম্না খঙনবা লৈতদা অমদি থিনকম খঙদনা মিংয়েং রাংমদা ঐনা লৈজখিবা।— কবি ময়োল হাইফেং য়াওপ্রমাগে— শাউগন্নুকো।

ইশাগী মায়কৈ মরিমক অসি শূক্রা মমশিল্লকুদ্রনা নঙোংশা ঐনা চিঠি ইরিবনি। চিঠি অসিনা অতোপ্পা কনাগুম্বগী মথুত্তা তারুবা থোক্লবদি মখোয় অদুনা মসিবু য়াম্না কে-না ইপ্রবা নুংশি চিঠি অমনি হায়না খমথিবা য়াই। খনগে হায়বমথৈ খঙসন্— পুক্নীংগী মিংয়েং রাংলবা মী ওাক্তনি। নওপা ঐগা ধাতু তিন্নদে, ঐখোয় অনীগী ইয়ক্তা য়েৌনা নুংশিনবগী মরী করিসু লৈনবদি নত্তে হায়বসি অথোবা মিংয়েংনা বিচার তৌবা ওবা অদুগুম্ব অশে বা পুক্নীংদি হুজীকী মতমদা ফনমক খিরুদুনসু ফংগদবা নত্রে। তঙাইফদবা করি লেবদগী ঐনা চিঠি ইরিবনো হায়বসিগী মরম খঙননবা শূক্রা মমলবা অহিংনা মমিং উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরি। অহিং তুমদবী চেক্লা অমনা তায়া পোংবা মখোন তারি, মশাগী মহুম থিজবা খঙপ্রমাগে। তীন-কাঙসু খোংলি— কৌজেঙ-হায়ৌ মখোনসু তারি, উপাধ্যায়গী উনা মরক খায়দুনা নুংশিং শিংলি; পুক্নীং চঙনা নাকোঙ থাংগত্তুনা তারবদি কাঁসাই তুরেনগী ঈশিং মখোলসু তাবা ফংলি। ঈমুংদনা মুংলি মুংলি থাউমৈ থাল্লি, ঈমুং লৈতেংদি ঈচম চম্মী— কজবা লাইরিক থরা, নুমিদাং রাইয়ম হেকচিংলহোবা অশাংপা কবোকলৈ শরা, গ্রামোফোন অমা অদুগা ঐশা লুমা তৌজবা লাইফদীবি থরনা মরায়দা। মখোয় অসিগী মরক্তা ঐ ইশামক অসিসু অচৌবা লাইফদীবি অমনি। মখোয় অসিবুদি ঐনা শাম্নৈ অদুগা ঐবু শামবা মীওই অদুবুদি ঐনা উজবা ফংথিদ্রে। ঐগী ইতম্বাক্তা তুমলিবসি কনানো হায়বদুদি খঙইদনা? তনৌ তনৌবা চহি অনিতগী অঙাং অমনি, সূর্য্যকুমার হায়না মাগী মমিং থোনজিনবীরে। তুম্বা চকমন্দুনা রায়বনি, অদুমক্তদা অনোকপা শককমদি মমায়দা অদুম্মক লেঙদনা লৈরি, মনাতোম্না য়োমবাত্তিওম্নী, মশমনা মংগ্রা মচুগী রেশম মাল্লি, মমিং অসি অদুনা

খোইমু অনিখকনা ভোংশিল্লবগুম কৈজে। য়েংশিন য়েংশিল্লগা নঙনা মহাকপু লংখোকপিরক্লবা নিংথৌমচা অমগুম থনগনি। অসুক তরু তরুবা, অসুক পাপচেন্ত্রিবা অমদি অসুক শেংনা কজবা শক অসিদি মক্ষম কগাইদসু নহাক্না উজবা ফংলোই। মনাক্তা অসুম হিপ্না হিপ্না ঈগুম গুস্নাংপা অঙকপা মথল অমনা অসুম অসুম ঐবু খুত্থম চনশিল্লকই। ইথক্তা লোম্না লোম্না হংজৈ, অশেংবমক ঐ অসিবু মাপ্নী মমা নত্তবরনে? কনানা হায়রিবা? মাগা খেংনরগা ঐগী ইথা অসিগী নাকল অনিমক্তা তুজ্জং-মানজুংলকপসিনা করিগীনো? ইশাদা চেল্লিবা শিংলী-নাউরিশিংগী মনুংদা নুংশিরবা পৃক্নীংগী ঈথক অমা হোরকলিবসিবু করিদগীনো? করিগীদমক্তা হায়ফম থঙদ্রবঃ রস অমনা লাকহত্তুনা ইশা অপৃম্বদা হেক হেক ফুং ফুং কারকলিবনো? মতৌ অসিবু নখোয়নদি করি কৌনবগে? মচা নুংশিবা? মমা ওইবা?

লৈপাক্নী লৈহিং মনম ফংপি, লৈপাক অসিবু ঐখোয়দি য়াম্না নুংশিজৈ, লৈপাক লৈমা অসিদি পৃথিবী অপুম্বগীনি। লৈপাক মনম্না ঐবু লাঙ-তরুহল্লি লৈফম খঙহন্দে,. অফা-অপুন করিসু লৈত্রবী ঐগী ঐ অদুবু মফম খঙদনা পুদুনা চংলি; মনম অসিনা ঐগী শিংলী নাউরী থুদীংমক্তা ঈথৈ শকংহল্লকই; ঐ অসিবু বুদ্ধি লৌশিং হেক মাঙহল্লকই; ভায়োল্লবী ওইহল্লকই। মপোক অমা হোংগদবা নুমিৎ অদুদা ঐনা হায়জরমগনি মদুদি, ঐনা অমুক হল্লকপা মতমদদি নাপী-শীংবী মত্তোনদা মপাল ওইনা শাংচগে, বসন্তগী অকেনবা উনা ওইনা অসুম কোয়পাই পাইদুনা লৈজগে, অপীকপা লৈঙোই লৈরীক্লুম মচি অমদা লৈপাক লৈমা অসিগা তংনা থানবা লৈতনা নপ্নদুনা অসুম লৈজ্জগে। লৈপাক লৈমা অসিগী মথাদা মা কোটি লীশীং তরাগী খোঙ্গুন ভাদুনা লৈরিবনি, অমম্বদগী অমুক হেম্না মম্বা মায়ক্কৈ তম্না চেনশিন্নরিবা মাঙবা ভাকপা নাইবা অদুগুম্বা মীওইবা জাতিগী খোঙ্গুন মরী মরী অদুনা ঐবু শোকপিন্নমদুনা চংনখিবা ওইসনু। অসিগুম্বী লৈপাক লৈমা অসিগা, মপা মশক থঙদ্রবা মচা অসিগা অনি অসিনা গুসিদি অশাংবা লম্বীদা ঐগী চেঙজেননি, মখোয়গা লোয়নদুনা ঐনা পুন্সীগী অরাবা কাউনগনি। মসি হায়বদা ঐনা হংগোইবা লৈররোই মদুদি, ঐগী পুন্সীগী বসন্ত-মতম অদু লোইখিদুনা

হৃজীক্তি নোংজু-পান্থা চঙলকলে, মপান শাবা মতম লোইখিত্নুনা মহৈ-য়ানবা মতাং য়ৌশিল্লকলে, হৃজীক্তি মরোং-লোক্লমদাই ওইরকলে। নুপী-পুন্সী হায়বসিমক্তবু অসুম্মা অসুম মতোই। বসন্তদদি মচু-মমেন লৈরম্মী, নোংজু-থা অসিদনা রস ফাওরকলে। অসিগুম্বা রসকী-থরায়-পুবা ঈচেলনা মায়কৈ অমদি মায়কৈগী অয়োক্তবা ওমথৈ থুংনা চেন্দুনা অসুম অসুম চাউথংলকই অমসুং মত্নুনা সৃষ্টি মপুং ফাহল্লকই।

হন্দক্তি নঙগী লাকপা মতম ওইরে; নুংশিবা, নহাক লাকলো। হৃজীকমক নঙগী লাকপা মতমনি। নঙদি খোঙচং কায়রবা গ্রহনি, লম্বী লম্মুক্করবনি, নঙদি করিসু হৈজদবা পাঙথোকচাম্বনি, মীনুংশিসু খঙদবনি, ঐগী ইনাক য়ৌরকলো, নঙগী নপুন্সী অদুবু ঐনা ময়োন চোংম্নগনি। নঙদি চংলিবা যুগ অসিগী মশক্কমক্তি—ওংপি নৈবীরবনি অমদি লৈতাক্ষম থঙজদ্রবনি, অপেনবা কোবা লৈত্রবা অমদি নুংনাঙ নুংশাত্তনহনুনতা খাঙলবনি— নঙবু ঐনা মুম্মা থঙনীংই, মঙনা নশাগী অচুম্বহ্ ফোংদোকপিররো। নপুন্সীবু ফুগায়না শাংকায়হজনবা মঙগী শক্তি করিসু লৈজদে, আশাতদা অসুম নশা হিকথজরবনি, মতম পুম্নমক্তা লাইবক ফনগী থোঙজৌন্দা চঙহনবীদ্রবা অতুগুম্বা নহাকনি—নমিংতা মঙানগী লম্বী উজখিদ্রবনি, লোইবা নাইদ্রবা অরাম-খোয়াংগী মকা-ফোংদবা অশাউবনা নঙগী লকানুংদা মথন্তা মকোক শুগায়জরি; হে মীখা পোল্লবা, হে মতমগী মহা ওইবও—নঙবু ঐনা তাংজফম পীজনীংই।

তশেংবনি, নহাক লাকলো। নঙগীদমক্তা য়ুম শাত্নুনা থম্মবনি, মালতী-উরীগী শম্বননা য়ুমম্মা নক্লা লৈতেংলি, খা-মায়কৈগী লম্বীসু অত্নুমক হাংত্নুনা থমলি। সন্ধ্যা-ম্নাচঙবগী অহানবা হুন্দোরকপা থবান্মীচাক্লা নঙগীদমক মিংশেঙ থাঙত্নুনা ঙাইগনি, হুন্দোরকপদা ঙায়রিবা থামিননা নঙগী নকোক চুপ্পগা চংখিগনি, ধূপকী মৈখু অমদি কেয়া-মপানগী মনম ফংবদা তুম্মীংবনা নঙগী নমিং উইথরক্কনি। ঈশিং খোয়াংত্নুনা হৌগংলকপা মতমদনা লৈপাক্কী পাত্রদা হৈ-মহী লানশিল্লক্কনি, ঐগী পুত্রী অত্নুদা থম্বান শাংলি, মত্নুগী ঈশিং শোক্লূরগা নঙগী খুজোক থন্না থম্মা হৈগনি। মহৈ-মরোংগী লোবুক লমদাইদা লেপ্তুনা অনৌবা ফৌ-চরোং

অসুম য়েংবতদা ইমুন মুনখিদ্রনা নমঙ-নহাঙম তৌরক্লবা অদুঙম্বা মতমদা উগী উক্লমদা ফমদুনা বণশেম্নহানা খোংবা বাঁশী তাবা ফংলকনি। মীওইবদু শক হংগোইবা তমলুগনু; মথোয়বু শাউবীবসু থক তৌরুগনু— মথোয়দি অপঙবনি, সহায় উপায় লৈজদবমক্তনি, মপান লাইরবা মিনুংশি থঙবা মতৌনা মপোম্নগী মরাল পুম্নমক কাউথোকপিখো।

হৌখিবা নপুন্সীবু হন্না য়েংলগা নঙনা ঈকাইরি, অদুবু হৌরবা লোইরবা নঙগী অদুগুম্বা নপুন্সী অদুদি শিন্নবনি, মদুদি অদুম্মক তাজহৌরসনু— মাঙগী লমীদা মদুনা নঙবু অপনবা পীরদবদুম ওইসনু। নঙদি লময়ানবা মী অমনি, থঙঙম-উঙমদনা লৈবা নঙগী তুংগী পুন্সীদা মদুক্তনা মঙগী চেঙজেসনি। হৌরবা লোইরবা নঙগী নশক অদুবুদি ঐনা থক পামজদে, ঐনা পামলিবদি— মঙাম চাউরবা অঙকপা মতৌ ওইরগদবা অদুগুম্বা নঙগী তুংগী নপুন্সী অদুতবুনি। লাক্কদৌরিবা অদুগুম্বা নঙগী নপুন্সী অদুবু শেমগৎপগী অরুম্বা কোকথোং অদুদি ঐনা পুরবনি।

ঐগী হকচাং কয়ম তৌরিবগে হায়বগী মরমদা নঙনা থঙনীংলকলিদি হায়ববু, হকচাং অদুদি লৈখিসনু, ঙসিদি পুক্নীংগী ৱাদুম হায়রকখো। হকচাংগী হিসাব তৌবা ঐ তোকলে, হন্দক্তি পুক্নীংগী খাতা ফাক্লোকলে; মদুগী জমা-খরচকী হিসাব পরেং অদুদি অনৌবা লমচৈ অমদা হেক্তমক চৎখিবরা? রস চেনবা ৱাহৈদা নথোয়না মথোন-কাবা মথোন-কাবতা হায়নবদু ঐগীদি লোইখ্রে, হুজীক্তি পুক্নীং লৈতানা ইমিৎ পাঙদুনা য়েংজবা ঙমলে। মথোনকাবা মতমদদি ঈয়াঙত-লাঙই, ঈথক-থকচানৈ— মতম অদুগী পুন্সীদি কুম্মেগী কুম্মে মক্তনি, হোবে হোবেগী লোইবা নাইদে, স্বর হোন্দোকপা ফাওবা শংদে, মতম অদুদদি চৎখিবা খরচতগী খাতা ফাক্তুনা লৈ। অদুগুম্বা মথোন-কাবা মতম অদুবু লাম্থোকহনখিবদগীদি হুজীক ঐ চনীং লৈতাজরে, হুজীক্তি ৱাখল মচোই মচোইদ্রে, চীক্না-ঈংনা অসুম পোথাজবা ফংলে। হুজীক্তি কাব্যগী ইহুন লৈখিদ্রে, ইতিহাসকী ৱারীতমক ফংলপমি।

নঙনা ইরকলি, ঐদি মঙ-হাতবু থাজবীনি। মসি অরানবা নত্তে। মঙ-মঙজবতনা ঐগী ইরলনি, নোংমা ফাদোক মঙ মঙহৌদবা নুমিৎ

অতুদি ইথবাক্তা নুংপাক অমনা ননবগুম থোকই। মপানথোংদদি য়াম্না চেকশিন খমজিল্লগা মনুংদনা অরোনবা মনীং তৌনবসি নুপীশিংদি য়াম্না পামনজ্জ হায়বা য়াহৈ অসিমমু নগুগী য়াকংনি। অদুবু মসিগী পাউথুমদি ঐগী ইনাক য়োৱক্রবা মতমদা পাঁরগে? নুপীদি ফিদমগী মনাইনি। মখোয়না পামজ্জ আইডল অমসুং আইডিয়াল অনিমকপু, নহাকপুসু খগুই নুংশি নৈত্রবা থাজগন্দবা নত্তৌনা নগুগীনি, নগুগী নপুক অতুদি তমথীরবা সিনিকুনি। ঈশ্বরগা য়া পল্লকপদা নগুদি নোক্না নোক্না উড়াইথোকই; মীওইবা পুন্নমক অসি নগুগী মফমদদি শা-ভাগী মশকনি, নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিনা নঙোন্দদি লু-তোংনা শাবা হকচাংগী করিসু নৈত্তবা ঈরাংগী মশকনি, অতুগা নগুগী য়াখনদদি পুন্সী হায়বসিনা, হৈতবা মীনা ইবা চয়ন্রবা ফাগি অতুগুম্মা। অতুম ওইনক সিনিসিজ্জমগী শকয়ে' মিংশেল অসিদা ভারবা নগুগী নশক অদুবুদি ঐনা তরং তরং উবা ফংলি। 'সোমগী নাকন্দনা অসিগুম্বা নগু অতুগা অশোম থংবা নাকনদনা নগু অসি ড্রীমার; রোমান্টিক, অমদি য়াখনভদা উঙবা মীওই অমনি। অদুবু মসিগী তর্ক অসিসু নশা লাক্লগা কোন্না তৌনরসি।

ককলে, অহিং ওইরকলে হায়বগী য়া নত্তে, নহাক অমুক থেঙ-খরক্লগনু লাকলো হায়বনি। মপানদদি চৎননবা নগুগী লম্বী খমখ্রে; ইমুং মনুংনা হন্দক্তি নগুগী অরোইবা তুংনফমনি। যুগ-কী লাংদাই-তোর্ব্বান্দা লেপ্লুবদা নহাক্না করিবু ফংলকলবগে? নশাদা শাগোম্নজরিবা অফবা বুদ্ধি, য়াইফ-পুকচেন—মতু পুন্নমক ফোংদোকচনবা লম্বীবু করম্বা মতমদা নগুনা ফংলক্কদোরিবনো? অয়াংবা পুকচেন অমদি অশেংবা মীওইবগী দরবারদা য়াকৎচক্লনবা নশাগী শক্তি অতুদি কদায়? মীওইবগী থম্মোই-লকানুংদা অফ-ফত্ত য়াখল শনজবা ভন্নবা নোংমা মৈরা থানগৎ-পিখিবা অতুগুম্বা মখোয় অতুমক্তী বিচারলিংদবা অপগুবা মতৌনা মরম ওইদুনা ভসিদি মৈরা অতুমক্তী মথরায় থাগদোরক্লে; আশা তৌনীংভাই ফরিসু নৈত্রে। মতম অতুদগী ভসিদি কা-হেন্না লীকুপা। মী অমগুম হিংননবা লম্বী অদুবু অরেপ্পা পংথৈ অমগী মনুংদা ফাজিন্দুনা থমজরবনি, মসিগী য়াংমদা থক খোঙ থাংদোক্লরোই। অয়া-অনংতনা মখোজেঙ য়োৱক্লবা তুহৎ-লাকহৎপনা মতম চুপ্পা খোঙনেৎনবীরবা, ময়াইবক থীবতনা মকোক

মোনজরবা, অহুঙবা মখোর জত্পী মীচঙদা চীক্লবা-সমখৈ অসিগী মনুংদা লেপ্পগা এখোয় অনীনা ঈকাইবা থঙম্বা ওৎপা নৈবগী মায়োক্তা সকনবা পোক্লাউনা নাকৎনবা হোৎনসি. নাপনগী মায়োক্তা থবাক লোংনা লেপ্পনবা অচুম্বা অধিকার অহু লেঙদনা অগুম লৈতম্বা হোৎননি। ঐগী অরোইবা রাদি হায়রবসিনি। নঙগী নবী য়েংহনা লৈরি। ইতি—

নঙগী

মরূপ

